# ꯃꯣꯏꯔꯥꯡ ꯅꯤꯡꯊꯧꯔꯣꯜ

# মোইরাং নিংথৌরোল





। অমসুং খোঙদোকপা।

নোদিয়া ভাংঙোইমচা

# ꯃꯣꯏꯔꯥꯡ ꯅꯤꯡꯊꯧꯔꯣꯜ
# মোইরাং নিংথৌরোল



ইথাকপা অমসুং ফোঙদোকপা ঃ

**নোদিয়া ভাংঙোইমচা**

নেশনেল অর্কাইবশ ওফ ইন্দিয়া, নিউ দিল্লীগী

শেলগী তেঙবাংগা লোয়নন ফাঙজবা ।

ইথোকপা অমসুং ফোঙদোকপা ঃ
মোদিয়া ঙাংঙোইমচা
মোইরাংথেম লৈকাই, মোইরাং ।

অহানবা খুৎনম ঃ ২০০৯ ইং ।

কোপী মশীং ঃ ১০০১

লাইরিক অসিগী হক পুন্নমক
ইথোকপা অমসুং অফোঙবগীনি ।

মমল লুপা

নম্ফম ঃ মেলৈ প্রেস, মোইরাং, মণিপুর

# নোল্লুক ৱাহৈ

'মোইরাং নিংথৌরোল' – খুন্থনা পোকত্রিঙৈ চহী–চা কয়াগী মমাঙদগী মোইরাং
।লাইনা মশাগী মচৎ–মনাৎ, লাইনীং লাইশোল অমসুং লৈঙাক্লোনগা লোয়নননা
।ৎকন–পাঙ্গলনা পানলম্বা মোইরাং লৈবাক্কি নিংথৌশিং, মীওই–লাইওইবশিংনা
।ানলিঁঙৈ মতমগী নিংথৌ তরেৎতগী হৈরগা খৃ: ১৭৪৩–১৭৬৭ তা পানখিবা
ৄরিক্লাই খেল্লে নূঙনাং তেলহৈবা ফাওবগী মতমদা থোকখিবা ৱাথোক–লানথোকশিংগী
।ারী ৱাখোঙ ইবা লাইরীক্কি ।। পুরিক্লাই খেল্লে নূঙনাং তেলহৈবগী মতুং, মোইরাংনা
।নিংতম্বা মাঙখিবদগী পোইরৈ মৈতে নিংথৌশিংনা মখোয়গী লৈঙাক্লোন্দা খুদোং
।ানবগীদমক, মোইরাংগী মহৌশাগী ওইবা চৎনবী–মনাৎকি ৱাংমদা হাপখিবা
নংথৌশিং ঙাক্তা ওইখিবনা গুরুশিংনা নিংথৌরোল শীংকক ইখৎপদা হাপলমদবনি
মদুবু মোইরাং নিংথৌশিংনা পানলম্বা চহী/মতম পুথোক্লবা/লেপ্লদা মোইরাংথেমচা
।ামানন্দনা মোইরাং কংলাদা ফম্বাল তোংখিবা খৃ: ১৮৯২ না য়ুমফম ওইরগা
।ায়েনবদগী রামানন্দা ফাওবশি নিংথৌরোলদা হাপচবনি ।।

লাইরিক অসি মোইরাংগী শক্লাইরবা পন্দিৎশিং শ্রীমাইবম চাউবা সিংহ,
ট–গুরু; শ্রীমাইবম শেখো সিংহ, মাইবহনবা; শ্রীমোইরাংথেম ইবোমচা সিংহ,
শৈহনবা; শ্রীসলাম চন্দ্র সিংহ, অশৈহনবা অমসুং শ্রীমাইবম ইবোতোম্বী সিংহ
।য়াইরেলহনবনচিংবগী তাবুনুংগী 'মোইরাং নিংথৌরোল', 'মোইরাং নিংথৌরোল
ীংকক', 'মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবা', মোইরাংলোন য়ূমকোক', 'থংজীঙ
ীঙগোইরোল' অমসুং 'লাংওন ৱারীনচিংবা' অরিবা খূৎই লাইরীকশিংদগী
খামজিলহৌবা মচাকশিংনা শাগৎচবা, মহৌশাগী ওইবা লোনশিংবু কায়হন্দনা প–
গী–ব, ত–দগী–দ, ক–দগী–গ, ল–দগী–র নচিংবদা খোনলৈ–খোন্দা খরা
শমদোক্লগা ইথোকচবনি; লাইরীক অসিগী মচাক পীবিরম্বা লাইওইশ্রবা পন্দিৎশিংগী
।ফমদা খুরুমজবগা লোয়নননা তৌবিমল খঙবা উৎচরি ।। National Archives of
ndia, New Delhi গী Scheme of Financial Assistance for
Preservation of Manuscripts/Rare books, 2007-08 কি শেন্থুং পীবিদুনা
াইরীক অসি ফোঙদোকপা ঙমহনবগীদমক Director, National Archives of
ndia, New Delhi অমদি Dr. Smt. K. Sushila Devi, Director, Manipur
State Archives নচিংবগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি ।। লাইরীক অসিবু
।পা নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা Mellei Press কী Staff Menber শিংগী মফমদসু
তৌবিমল খঙবা উৎচরি ।।

— নোদিয়া ঙাংঙোইমচা



## মখুমগী শক্তম

চীঙড়ু মোইরাং থংজীঙগী মন্দিরদা লৈরম্বা ১৭ নৎত্রগা ১৮শুবা শতাব্দিদা শারম্বা ওইগনি হায়না লৌনরিবা মকোক্তা মচী অমত্তং হৌরগা চীরোঙ অহুম লোঙবা, ময়ায়না সনা মচু মানবা, মমাঙনা পিথ্রাই মচু, মনীংনা লুপা মচু মানবা, অতিংকোক গুরুগী শায়োন তরাগী মনুংদা ৮শুবা শায়োন্দা ওইখিবা মশানা কৈগী মঙোঃমানবা শা অমগী শক্তমনি ।।

(পণ্ডিৎ ৺শেখো সিংহ)
মাইবহনবা
মোইরাং থংজীঙ মাইবা লোয়শঙ

This is the photo of the untraceable 17th or 18th century statue which was once in the glorious temple of Lord Thangjing, the reigning deity of Moirang. It is believed to be the eighth out of the ten forms of birth of Lord Atingkok in the replica of a tiger having three pronged tips of a single horn on the forehead, the front one in the colour of brass, the middle one in golden and the last one in silver colour.

Courtesy :
Late Pandit M. Shekho Singh
Maibahanba
Moirang Thangjing Maiba Loisang

# মোইরাং নিংথৌরেল
## মোইরাং নিংথৌশিংগী মমিং অমসুং পানলম্বা মতম

| মশীং মথং মনাও | নিংথৌগী মমিং | পানলম্বা চহী মশীং | পানখিবা মতম খৃষ্টবদা | য়াওফম লামায় |
|---|---|---|---|---|
| ১। | ঈৰাং পুরীল্লাই ঙাংনিংশিং | | | ১ |
| ২। | ঈৰাং পুরীল্লাই হামচা থাবা | মখোয় তরেৎ | | ১ |
| ৩। | ঈৰাং পুরীল্লাই ফাংলীল্লাই | অসিদি ইতিহাশকি | | ১ |
| ৪। | ঈৰাং পুরীল্লাই য়োঙ্গরেনবা | মমাংদা পানলম্বা | | ২ |
| ৫। | ঈৰাং পুরীল্লাই নারোঙ | নিংথৌশিং | | ২ |
| ৬। | ঈৰাং পুরীল্লাই ময়াম্বা | | | ৩ |
| ৭। | ঈৰাং পুরীল্লাই শুনুজা | | | ৩ |
| ৮। | ঈৰাং পুরীল্লাই ফাং ফাং পোংলেল হনবা | ৮০ | খৃ: মাং ৫২ – খৃ: ২৮ | ৪ |
| ৯। | ঈৰাং পুরীল্লাই ঈৰাং তেলহৈবা | ৫০ | খৃ: ২৮ – খৃ: ৭৮ | ১৪ |
| ১০। | ঈৰাং পুরীল্লাই লাইফাজেং | ৫২ | খৃ: ৭৮ – খৃ:১৩০ | ১৬ |
| ১১। | ঈৰাং পুরীল্লাই ঊরা ঙাংঙোইবা | ৫৫ | খৃ: ১৩০ – খৃ:১৮৫ | ১৮ |
| ১২। | ঈৰাং পুরীল্লাই হেবু সনা লাখৱা | ৫১ | খৃ: ১৮৫ – খৃ:২৩৬ | ২৫ |
| ১৩। | ঈৰাং পুরীল্লাই লাইয়ু পুঙ্গিবা | ৬১ | খৃ: ২৩৬ – খৃ:২৯৭ | ৩৩ |
| ১৪। | ঈৰাং পুরীল্লাই তুশেম্বা | ৪০ | খৃ: ২৯৭ – খৃ:৩৩৭ | ৩৬ |
| ১৫। | ঈৰাং পুরীল্লাই কোংদিংহনবা | ৫০ | খৃ: ৩৩৭ – খৃ:৩৮৭ | ৩৬ |
| ১৬। | ঈৰাং পুরীল্লাই থীঙ্গ্রী নাচাউবা | ৬০ | খৃ: ৩৮৭ – খৃ:৪৪৭ | ৪০ |
| ১৭। | ঈৰাং পুরীল্লাই নৃঙনাংতোম্বা | ৪৯ | খৃ: ৪৪৭ – খৃ:৪৯৬ | ৪৬ |

## মোইরাং নিংথৌরেল
## মোইরাং নিংথৌশিংগী মমিং অমসুং পানলম্বা মতম

| মশীং মথং মনাও | নিংথৌগী মমিং | পানলম্বা চহী মশীং | পানখিবা মতম খৃষ্টবদা | য়াওফম লামায় |
|---|---|---|---|---|
| ১৮। | ঈৱাং পুরীক্লাই খোকখৈ লানথবা | ৩৭ | খৃ: ৪৯৬ – খৃ: ৫৩৩ | ৪৮ |
| ১৯। | ঈৱাং পুরীক্লাই উরা কোঙয়াম্বা | ৪১ | খৃ: ৫৩৩ – খৃ: ৫৭৪ | ৪৯ |
| ২০। | ঈৱাং পুরীক্লাই থীয়াঙ মীচাউবা | ৪০ | খৃ: ৫৭৪ – খৃ: ৬১৪ | ৫৪ |
| ২১। | ঈৱাং পুরীক্লাই খোকৱা নূঙহুইরাং | ৫৮ | খৃ: ৬১৪ – খৃ: ৬৬২ | ৫৮ |
| ২২। | ঈৱাং পুরীক্লাই ঈৱাং চরন য়োইরীক্লাই | ৩৬ | খৃ: ৬৬২ – খৃ: ৬৯৮ | ৫৯ |
| ২৩। | ঈৱাং পুরীক্লাই থাঙ্গ ঈফেন লানথবা | ৪১ | খৃ: ৬৯৮ – খৃ: ৭৩৯ | ৬০ |
| ২৪। | ঈৱাং পুরীক্লাই শাংদোন খূবা | ৪৫ | খৃ: ৭৩৯ – খৃ: ৭৮৪ | ৬৪ |
| ২৫। | ঈৱাং পুরীক্লাই চীঙখূ উরা তেলহৈবা | ৪১ | খৃ: ৭৮৪ – খৃ: ৮২৫ | ৬৫ |
| ২৬। | ঈৱাং পুরীক্লাই মশেন্বা | ৪২ | খৃ: ৮২৫ – খৃ: ৮৬৭ | ৬৫ |
| ২৭। | ঈৱাং পুরীক্লাই কোইরেনবা নিংথৌবা | ৫০ | খৃ: ৮৬৭ – খৃ: ৯১৭ | ৬৭ |
| ২৮। | ঈৱাং পুরীক্লাই কাবা পুরাং | ৬৫ | খৃ: ৯১৭ – খৃ: ৯৮২ | ৬৮ |
| ২৯। | ঈৱাং পুরীক্লাই ঈথায় কায়রেম্বা | ৪১ | খৃ: ৯৮২ – খৃ:১০২৩ | ৭২ |
| ৩০। | ঈৱাং পুরীক্লাই শাংদোন লৈনাউতা | ৩১ | খৃ:১০২৩ – খৃ:১০৫৪ | ৭৭ |
| ৩১। | ঈৱাং পুরীক্লাই শোংলেন লানথবা | ২৯ | খৃ:১০৫৪ – খৃ:১০৮৩ | ৮৪ |
| ৩২। | ঈৱাং পুরীক্লাই চীঙখূ তেলহৈবা | ৫৫ | খৃ:১০৮৩ – খৃ:১১৩৮ | ১০০ |
| ৩৩। | ঈৱাং পুরীক্লাই লাইজিঙ পুঙ্গিবা | ৭২ | খৃ: ১১৩৮ –খৃ:১২১০ | ১০৯ |

## মোইরাং নিংথৌরেল

## মোইরাং নিংথৌশিংগী মমিং অমসুং পানলম্বা মতম

| মশীং মথং মনাও | নিংথৌগী মমিং | পানলম্বা চহী মশীং | পানখিবা মতম খৃষ্টবদা | য়াওফম লামায় |
|---|---|---|---|---|
| ৩৪। | ঈৰাং পুরীল্লাই উরা খোংজোম্বা | ৫৩ | খৃ: ১২১০ – খৃ:১২৬৩ | ১১১ |
| ৩৫। | ঈৰাং পুরীল্লাই য়োইরেনবা | ৪৯ | খৃ: ১২৬৩ – খৃ:১৩১২ | ১১২ |
| ৩৬। | ঈৰাং পুরীল্লাই পুন্সি খুরেলচনবা | ৬৯ | খৃ: ১৩১২ – খৃ:১৩৮১ | ১১৩ |
| ৩৭। | ঈৰাং পুরীল্লাই সনাহোঙবা | ৫১ | খৃ: ১৩৮১ – খৃ:১৪৩২ | ১২৫ |
| | নিংথৌ পান্দবা | ২৪ | খৃ: ১৪৩২ – খৃ:১৪৫৬ | |
| ৩৮। | ঈৰাং পুরীল্লাই খেনজংচাইবা | ১৯ | খৃ: ১৪৫৬ – খৃ:১৪৭৫ | ১৩৬ |
| ৩৯। | ঈৰাং পুরীল্লাই নানবা শরাবা | ৩৯ | খৃ: ১৪৭৫ – খৃ:১৫১৪ | ১৩৯ |
| ৪০। | ঈৰাং পুরীল্লাই হাওচরেং লানথবা | ৪৩ | খৃ: ১৫১৪ – খৃ:১৫৫৭ | ১৪১ |
| ৪১। | ঈৰাং পুরীল্লাই খারোয়নাই তেলহৈবা | ৪০ | খৃ: ১৫৫৭ – খৃ:১৫৯৭ | ১৪৩ |
| ৪২। | ঈৰাং পুরীল্লাই আমজি লানথবা | ২০ | খৃ: ১৫৯৭ – খৃ:১৬১৭ | ১৪৩ |
| ৪৩। | ঈৰাং পুরীল্লাই চীঙতরেং লৈশংবা | ৩২ | খৃ: ১৬১৭ – খৃ:১৬৪৯ | ১৪৪ |
| ৪৪। | ঈৰাং পুরীল্লাই মালং তাইবী আম্বা | ৩৩ | খৃ: ১৬৪৯ – খৃ:১৬৮২ | ১৪৪ |
| ৪৫। | ঈৰাং পুরীল্লাই খোকখৈ লালয়াম্বা | ৩১ | খৃ: ১৬৮২ – খৃ:১৭১৩ | ১৪৫ |
| ৪৬। | ঈৰাং পুরীল্লাই খোরী শাংদোল নাউ | ১৯ | খৃ: ১৭১৩ – খৃ:১৭৩২ | ১৫১ |
| | নিংথৌ পান্দবা | ১১ | খৃ: ১৭৩২ – খৃ:১৭৪৩ | |
| ৪৭। | ঈৰাং পুরীল্লাই খেল্লৈ নৃঙনাং তেলহৈবা | ২৪ | খৃ: ১৭৪৩ – খৃ:১৭৬৭ | ১৫২ |

## মোইরাং নিংথৌরেল
## মোইরাং নিংথৌশিংগী মমিং অমসুং পানলম্বা মতম

| মশীং মথং মনাও | নিংথৌগী মমিং | পানলম্বা চহী মশীং | পানখিবা মতম খৃষ্টবদা | য়াওফম লামায় |
|---|---|---|---|---|
| | নিংথৌ পান্দবা | ৬ | খৃ: ১৭৬৭ – খৃ:১৭৭৩ | |
| | পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা হাপ্পা নিংথৌশিং | | | |
| ৪৮। | পুরীক্লাই ব্রায়েনবা | ৮ | খৃ: ১৭৭৩ – খৃ:১৭৮১ | |
| ৪৯। | পুরীক্লাই মদন সিংহ | ৬ | খৃ: ১৭৮১ – খৃ:১৭৮৭ | |
| ৫০। | পুরীক্লাই কির্ত্তি সিংহ | ৫ | খৃ: ১৭৮৭ – খৃ:১৭৯২ | |
| ৫১। | মোইরাংথেম শীংজাম্বা | ২ | খৃ: ১৭৯২ – খৃ:১৭৯৪ | |
| ৫২। | মোইরাংথেম রামাকান্তা সিংহ | ৮ | খৃ: ১৭৯৪ – খৃ:১৮০২ | |
| ৫৩। | মোইরাংথেম চাউবা | ১৪ | খৃ: ১৮০২ – খৃ:১৮১৬ | |
| ৫৪। | মোইরাংথেম ধর্ম্ম সিংহ | ১২ | খৃ: ১৮১৬ – খৃ:১৮২৮ | |
| ৫৫। | মোইরাংথেম সুর্য সিংহ | ১৩ | খৃ: ১৮২৮ – খৃ:১৮৪১ | |
| ৫৬। | মোইরাংথেম তোম্বা (কনক্কো) | ১১ | খৃ: ১৮৪১ – খৃ:১৮৫২ | |
| | নিংথৌ পান্দবা | ৩০ | খৃ: ১৮৫২ – খৃ:১৮৮২ | |
| ৫৭। | মোইরাংথেম খাগোকপা | ৬ | খৃ: ১৮৮২ – খৃ:১৮৮৮ | |
| ৫৮। | মোইরাংথেম সনাহোঙবা (থা ৬) | | | |
| | নিংথৌ পান্দবা | ৪ | খৃ: ১৮৮৮ – খৃ:১৮৯২ | |
| ৫৯। | মোইরাংথেম রামানন্দ | ৩৫ | খৃ: ১৮৯২ – খৃ:১৯২৭ | |

# মোইরাং খুনশেম লৈশেমলকপা

হয়িচা, হৈয়াহে, হে খোইয়ম লাইনিংথৌ ।। কেকে খোইরা য়েলহৌগী য়াইবী পোকলেন অরুবা ।। ঙাংঙোই লাইজিং চয়হৌগী চীঙড়ু কোরৌ নোংমদোল হনবা ।। য়াইবী পনলোই তানবা নোংচুপ তোনপল নিংথৌ ।। চীঙড়ু নয়াই য়াম্না খোইয়ম নব্রোন হকপা ।। চীঙডু কোরৌ অব্রাংবা লাইনিংথৌ ।। নশানৌ খোইমোম লাইরৈমা, থংজীঙ কোরেল লৈমা, য়াইবী পনলোই তানবী, পাশোৎ লমলোইবী, চোয়নৌ সনা লকা ব্রায়মায়ুববু খাংনপনবী, সনা কৈজেংলৈ ব্রায়মায়ূববু ঙয়থোম্নবীগা ।। খোইমোম লাইব্রা লৈমা লাইশন থানবী কাংগ্র লৈহউপোকপীদা থাংমৈ মাপন থানবীগা খোইয়ম নতৈ ননাউ অহুম্মক্কী সনা নখোঙ খা থমবাল লৈয়োন থোক্তা, তয়ম মানবি খুৎতপ্লা মুকমু লৈতোন কোন চাংজৌ চেপ্লা লোন্না খুরুমজরক্কে ।। খোইয়ম নঙগী চীঙড়ু সনা ঈমাতা, চংবী লাকোন মাগিগুম খাইথরকপা পুকনুং ব্রা-খুৎথা ইংখোল নঙগী খুৎথা হৈগুম্বা য়িব্রাং পুরীক্লাই কেকে লৈকোয় ফমলকপাশিংগী মপী য়োইরেনফম সনা লাংজখৈ ফমলাংচালসু, কেকে নিংথৌরোল শাগৈ লাইরী অচেৎপা লাংবন চীঙশাং খোইরেল হীগুম্বাবুসু ।। পুরীক্লাই থয়াঙ মথৌমল চুঙশেল মরাল ওন কোমপী মচিনলম শাবল লৈরি মহেকলমগী ব্রায়র শামিং য়াম হুইএল লামিং হকপা পুম্নমকপু ব্রায়র শামিং মং হুইএল লানমিং মংবু হাঙদনা তেংথাজরক্কে ।।

খোইয়ম লাইনিংথৌ য়াইবী পনলোই তানবনা কেকে হারেপকে, মোইরাং ঙাংঙোই হাথগে হায়বগী মালেম লৈশেমলকপাবু কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরবদা, মপল খোইয়ম লাইনিংথৌ অব্রাং পাখং য়োয়রেনবাবু পাউথেমজখিএ ।। নপারী ঐনা কেকে লৈশেমজববু ঙাংঙোই লৈরেপ ফারে, কোরৌ নোংমতংবু মালেম লৈতাবিরক্তুনা মিংয়েং শানখৈবিরমও হায়না

পাউথেম-খোনগী ।। চীওঙ্ নোংথৌরেল অব্রাং পাখং য়োয়রেনবনা কোরৌ নোংমদোল খোইয়ম লাইরৈবাক্তগী মালেম লৈতারকলে ।। মপারী নোংথৌ খোরী হায়বা নাউব্রা খোয়দৌ শীৎপানা য়াউরৌ শাদুং কাংদ্রুক লৈরাং শাথিবি শা পুম্নমক্কা লেমলৈ ঙাব্রা ঙা-পুম্নমক্কা খরায় খুদোংথক্তা হাপনা য়াংলৌ লমখাংমা থোংলেন তিংবিথক্তা য়াউরৌ শাবু লান্না লমব্রোকলমএ ।। কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনবদি অকৎপাবু অরানবা কৌএ, অদু নোংগিবু ঙাংখ শারান থোং কৌনৈএ ।। লেমলৈ ঙাব্রামাদি খরায় খুদোংগা লোয়ননা লাইজ ঈশিংদা তারবগী ব্রানচেং শৃজা নম ঙাব্রা পুমফৌ লোলনা লাইজ ঈপাক থক্তা তাউখৎলকলে, অদু নোংগীবু খুয়োল পুমলৌ খা খরায় থোপচাউমাংব্রো কৌনৈএ ।। মপা চীওঙ্ নোংথৌরেল অব্রাং পাখং য়োয়রেনবনা মপারী খয়োম লৈনৌবা নোংচুপ তোনপল নিংথৌবু চীওঙ্ মতীক য়েংগে হায়বগী চেংলৌ মশক উহন্দনা মাঙখরে হায়বগী কেকে মাঙলৌতাকব্রো কৌনৈএ ।। মপারী নোংথৌ খোরী হায়বা হৈনা মউ চাউবা পামেল উচৃঙ হকপানা মপল খোইয়ম লাইনিংথৌগী মার মখোঙ-খুলবু থিখিএ হায়বগী মারজীঙ খোঙগুল থিবব্রো কৌনৈএ ।। মপল খোইয়ম নামুংবাবু চেংলৌ শকউদ্রবগী লৈনা কোয়না থিখিএ হায়বগী লৈয়কোয় অচনবা (লয়কোয় পূঙ) কৌনৈএ ।। মপল চীওঙ্ নোংথৌরেলদি মালেম লয়রোলনুংদা চেংলৌ শকথোং শংবান্ননা, পুনুং লায়োন লাগুম নৌনা লৈরম্ববু থিবা ফংলুরবদা, শাংদোল লৈনাউতাব্রো কৌনৈএ ।। চীওঙ্ নোংথৌরেল অব্রাং পাখং য়োয়রেনবনা ব্রাহোমলকএ ।। পারী নঙদি নপল ঐগী মার ঈখোঙগুলবু করম্না থিবা খঙলকপানো, চীওঙ্ ঐবু থংনা থিবা খঙলক্লবনিনা কোলোয় নমিংথোনবু " থংবাসু কোয়রেল নিংথৌ, চাউবাসু কোয়রেল নিংথৌ, শাংবাসু কোয়রেল নিংথৌ" কোয়রেল অহুমগী মথক্তা পানফবা

''থংজীঙ কোয়রেল নিংথৌবাব্রো'' কৌনা মিংথোংলমলগে ।। ঈপারী থংজীঙ কোয়রেল লাই নঙদি চাহি-চরোং চূম্নবা লাইজ ঈ-থাব্রো, ঈঙা কুমদম্ববু ঈঙেল কুমখাই শোয়দনা কেকে নৈকোয় ঙাকহৌরো হায়না পাউমেনলমলগা মপল চীঙডু নামুংবদি খোইয়ম সনা মফমলেন কোরৌ নোংমদোল অব্রাঙবদা হনকৎখরে হনখরে ।।

**মোইরাংলোন** -মোইরাং ব্রাদি লয়ফুরেল চনুনা য়ুচেংনে ।। লয়চীকলেন চনুনা য়ুকৌরেলনে ।। লয়থমলেন চনুনা সনা খিংখিং লাংবানে ।। লয়নুং য়ুপুরোই চনুনা হেবু কংচীকপা-ঙাংচেং লয়তকপাগা অনিমক পোকএ ।। লয়নুং য়ুপুরোই চনুনা উরেল হনবগা উরেল খূবগা অনি পোকএ ।। লয়নুং য়ুচাখ্বা চনু ঙাংশাবীনা ঙাংহুনথোকনে-ঙাংনিংশিংনে ।। ঙাংহুনথোকতি থোকচোমনে, মোইরাংথেম ব্রাদি ঙাংনিংশিংনে ।। ঙানুরোল য়াইরৈমনা হামশা ।। ঙানুরোল শংলৈমনা ফাংলীকলাই ।। ঙানুরোল লায়াইনুনা য়োঈবা ।। ঙানুরোল লীকয়াইনুনা নারোঙ ।। ঙানুরোল ব্রাহুইনুনা মায়ামবা ।। ঙানুরোল ঈরিকনুনা সুনুচা ।। নোংবানলোন মৈরা পোনজেনবীনা ফাংফাং ।। খায়োইরোল মেনতোমনুনা পুরীল্লাই তেলহৈবা ।। তেলহৈবনা লাইব্রা লৈমা কোংদিংনুনে পুকপী লৈমা নুঙঙৌসুনে অনি পানদুনা, লাইব্রালৈমা কোংদিংনুদি লৈমানে লাইফাজেং পোকএ ।। পুকপী নুঙঙৌসুনা চাউবা শৌবোন ঙম্বগা লোকপা লাইবগা অনিমক পোকএ ।। লাইফাজেংদি নিংথৌনে ।। চাউবা শৌবোন ঙম্বগী ঈদি মোইরাং চোংথামনে ।। ব্রাংঙমলোন নৌরেমতোলনা উরা ঙাংঙোই ।। উরা ঙাংঙোইবনা চীনফুরোল সনারেম্বীনে মোইবী লৈমা থিমোইরাংবা চনুনে অনিমক পানদুনা চীনফুরোল সনারেম্বীনা লৈমনে সনা লাখ্বা পোকএ ।। নিংথৌ ওইএ ।। মোইবী লৈমা থিমোই লাংবম চনুনা মুব্রা সনা পোকএ ।। মাগী ঈদি উরাবমনে ।। পুরীল্লাই

সনা লম্বানা নোংবানলোন য়াইবীরিক নোংখাই নিংথৌ চনুগা নোংবানলোন নিংথি তরেংবীগা অনি পান্নদুনা য়াইবীরিক নোংখাই নিংথৌ চনুনা লাইয়ু পুনশিবগা সনা হোঙবগা অনি পোকএ ।। নোংবানলোন নিংথি তরেংবীনা থাংব্রাই কোংদিহনবা পোকএ ।। লাইয়ু পুনশিবনা য়োইরুমলোন ইঙেল চনু পান্নদুনা পুরীক্লাই তুশেম্বনে ঊয়া লৈনাউতাবনে অনিমক পোকএ ।। ঊরা লৈনাউতাবগী ঈদি লাইয়ুজমনে ।। থাঙব্রাই কোংদিংহনবনা ঙানুরোল থমোইরেম্বী পান্নদুনা থীঙগ্রী নাচাউবা পোকএ ।। নোংবানলোন শুনুরেম্বীনা নৃংনাং নিংথৌ তেনবা পোকএ ।। চীনফুরোন চীঙজারেম্বীনা খোকখৈ লানথবা পোকএ ।। ঊরা কোংয়াম্বনা চাফরোন লৈফোনলাংবী পান্নদুনা থীয়াং মীচাউবাগা খমলাং অতোনবগা অনিমক পোকএ ।। খমলাং অতোনবগী ঈদি মোইরাং লমবুজমনে ।। থোংঙাইবা চনু চেংখুঙম্বিনা খোকব্রা নৃংহুইরাং পোকএ ।। চাফরোন পোনজেমবিনা চারনবা পোকএ ।। লিনশুরোন নোংদাইরেম্বীনা থাঙ্গ ঈফেন লাম্ববা পোকএ ।। থাঙ্গ ঈফেন লাম্ববনা য়োইরুমলোন ফৈরোইশূ কোনলাংনুগা চাফরোন লোকনুশূগা অনিমক পান্নদুনা য়োইরুমলোন ফৈরৌশূনা লৈমনে পুরীক্লাই শাংদোল খূবা পোকএ ।। চাফরোন লোকনুশূনা চাখা খমলাংবা পোকএ ।। খমলাংবগী ঈদি থাংজমনে ।। শাংদোল খূবনা য়োইরুমলোন হৈরেময়াংবা চনু সনা লাংমৈরেম্বী পান্নদুনা লাইজীংখু ঊরা তেলহৈবা পোকএ ।। য়োইরুমলোন য়াংলৈ ঙম্বিনা মশেম্ব পোকএ । মশেম্বনা চাফরোন লৈহনমোম্বীগা, ব্রাংঙমলোন মাইনৌ চনুগা অনি পান্নদুনা লৈহনমোম্বিনা কাবা পুরাংগা ঈথায় কায়রেম্বগা পোকএ।। ব্রাংঙমলোন মাইনৌ চনুনা কোয়রেন নিংথৌবা পোকএ ।। মখোয় অহুম্মক নিংথৌনে ।। কাবা পুরাং নিংথৌবনা ঊয়েন লৈমা সনা লীকলাং খোমহানবী পান্নদুনা ঊরা হনবা পোকএ ।। মাগী ঈদি মোইরাং কবাজমনে ।। ঈথায় কায়রেম্বনা

নোংবানলোন মালং অহোঙবা চনুনে লাইতোন লৈমা খাংনৌবীনে য়োইরুমলোন ফৈরৌশূ সনা পোনজেম্বীনে অহুম পান্নদুনা, লাইতোন লৈমনে- য়োইরুমলোন ফৈরৌশূ সনা পোনজেম্বীগা অনিদি লৈমনে ।। নোংবানলোন মালং অহোঙবা চনুনা খাংহল নিংথিবা পোকএ ।। লাইতোন লৈমনা উরা ঙাইখোম্বা পোকএ ।। সনা পোনজেম্বীনা শাংদোন লৈনাউতাবা পোকএ ।। খাংহন অহনবগী ঈদি মোইরাং ব্রাংবজমনে ।। উরা ঙাইখোম্বগী ঈদি মোইরাং নিংথৌজমনে ।। মোইরাং কাইরেনজমনে ।। শাংদোন লৈনাউতাবনা নোংবানলোন নোংলে শংবী পান্নদুনা অতেনলক্কি লোইজা ঙমবা পোকএ ।। অতেনলক্কি লোইজা ঙম্বনা ব্রাংঙমলোন হাওখা লানথবী পান্নদুনা পুরীল্লাই য়ূমখূ তেনবানে চীঙখু অখূবনে থমং অতোনবগা অহুম্মক পোকএ ।। য়ূমখূ তেনবা চীঙখূ তেলহৈবদি নিংথৌনে ।। চীঙখূ অখূবগা থমং অতোনবগদি ঈ লৈতে ।। পুরীল্লাই চীঙখূ তেলহৈবনা হৈরেম লাইফা চনু পান্নদুনা পুরীল্লাই ঙাংঙোই পুন্সিবাগা সনাবগা অনিমক পোকএ ।। সনাবগী ঈদি মোইরাং তেলহৈবমনে ।। ঙাংঙোই পুন্সিবনা নোংবানলোন লাইরোংলেম্বী খায়োইরোন পুয়াম চনুগা অনি পান্নেএ ।। লাইরোংলেম্বীনা উরা খোঙজোম্বা পোকএ ।। খায়োইরোন পুয়াম চনুনা অচোমবা পোকএ ।। মাগী ঈদি মোইরাং অচোমনে ।। উরা খোঙজোম্বগী ঈদি নিংথৌনে ।। উরা খোঙজোম্বনা ব্রাংঙমলোন ময়ামবী পান্নদুনা পুরীল্লাই য়োইরেনবা পোকএ ।। য়োইরেনবনা ব্রাংঙমলোন চীঙশোম্বীনে ফৈরৌশূ কোঙয়াম্বীনে অনিমক পান্নদুনা ব্রাংঙমলোন চীঙশেম্বীদি লৈমনে মহাক্লা পুন্সিবা খুরেল চনবগা য়োইচারোনগা অনি পোকএ ।। ফৈরৌশূ কোঙয়াম্বীনা চাফাবা পোকএ ।। চাফাবদি ঈ লৈতে ।। পুন্সিবা খুরেল চনবনা নোংবানলোন সনারেম্বীনে ঙানুরোল য়োইরেনবীনে চকপা চনু মেনখোমনুনে অহুম্মক পান্নদুনা নোংবানলোন সনারেম্বীনা লৈমনে ।।

ঙানুরোন য়োইরেনবীনা উরা খোংহল পোকএ ।। নোংবানলোন সনারেম্বীনা সনাহোঙবগা খেলৈ পানবগা অনিমক পোকএ ।। চকপা চনু মেনখোমনুনা য়াওশৃরাকপা পোকএ ।। সনাহোঙবনা নোংবানলোন সনা থোইয়া পান্নদুনা খেজং চাইবনে কাশূং চাইবনে লীক্লাই খ্বানে অহুম্মক পোকএ ।। খেনজং চাইবনা নিংথৌনে মাগী ঈদি মোইরাংথেমনে ।। কশূংচাইবগী ঈদি ওক্রেমনে ।। খেনজং চাইবনা য়োইরুমলোন লৈহৌঙমবী পান্নদুনা অমবীখোং পোকএ ।। পুরীক্লাই অমবীখোংনা কৌবরোন তোমশোন লাংমৈনুনে নোংবানলোন কোইরেমবীনে অনিমক পান্নদুনা তোমশোন লাংমৈনুনা হাওচরেংগা খম্বগা অনিমক পোকএ ।। কোইরেম্বীনা নোংশিংচাইবা পোকএ ।। খম্বগী ঈদি মোইরাং খাকপমনে ।। পুরীক্লাই হাওচরেংনা ব্রাংঙমলোন ওমবী পান্নদুনা খারোয়নাই পোকএ ।। পুরীক্লাই খারোয়নাইনা কৌবরোন মোনশাম্বী পান্নদুনা আমচি লাহুবগা য়ুরাগা অনিমক পোকএ ।। আমচি লাহুবদি নিংথৌনে ।। য়ুরাগী ঈদি য়ুরাউবমনে ।। আমচি লাহুবনা ব্রাংঙমলোন কিয়ামবী পান্নদুনা চীঙতরেং লৈশংবনে চাবানলোইনে অনিমক পোকএ ।। চীঙতরেং লৈশংবদি নিংথৌনে ।। চাবানলোইগী ঈদি মোইরাং পানলোইবমনে ।। চীঙতরেং লৈশংবনা য়োইরুমলোন হাওনু পান্নদুনা তাইবী আমবগা, চামিবগা অনিমক পোকএ ।। তাইবী আমবদি নিংথৌনে ।। চামিবগী ঈদি মোইরাং খোনবমনে পুরীক্লাই তাইবী আম্বনা য়োইরুমলোন নোয়বীগা হাওবিজম চনুগা অনি পান্নদুনা হাওবিজম চনুনা লাখৱা পোকএ ।। য়োইরুমলোন নোয়বীনা খোকখৈ লানয়াম্বানে, লুৱাংবনে, নাকৌনে অহুম্মক পোকএ ।। লূৱাংবগা নাকৌগদি শোইনাইদে ।। খোকখৈ লানয়াম্বদি নিংথৌনে ।। লাখৱাগি ঈদি লাকখোমনে ।।❑

## ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংনিংশিং

নয়োন কেকে মোইরাং লয়মা ঙানুরোল খমচিং কোল হাইহৈবনা য়েনবি, য়াইথোঙ ব্রায়েন চুম্বা চনু খুনবী সলাইহন, মালেম লয়খারোলদগী থম্বাল লৈঙাং লৈগুম্লা লমহউফবি, ময়বী শারম ওই উরেপ চারা ওইনা মোইরাং লয়কোয় হালনা হাথহৌরকপী, লয়নুং য়ুচাখা চনু লয়মরেল ঙাংশ্রাবী পায়মা সনা উনগোয় নুংগী, নয়ু নিংথৌ, চীঙঙু শমু মখুৎসূ থম্বাল লৈয়োন নুংগী লাইজ-ঈ-পুথরকপা মিংবু কোলোয় মিংথোংফবা, ঈব্রাং পুরীক্লাই কেকে পোংলেন হনবা, পলেম পীমিংনবা ঙাংনিংশিং অতেংবাব্রো কৌত্র । নয়ু নিংথৌ ঙাংনিংশিং অতেংবদি খোইয়ম লাইজ মহী-হুলনিগিনা কেকে লয়কোয় মঙাল নাই লোক্তাক লাইজ ঈরাই-খল নুংঙাই মরাং কায়না পানফবা, লয়তরেৎ মকাইফম খুয়োল য়াংবা মরয়-নেৎতা, থৌদু অদুগুম্ববু লেপ্লা য়ুং চেঙজা অদুগুম্ববু হালনা খিলহৌরক্পা নয়ু নিংথৌ ঙাংনিংশিং অতেংবদি থংজিঙ্গী ঈনা শমথরকপা চোয়নৌ সনা মিংহুলগিবু চূনবনে ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই হামচা থাবা

নয়োন কেকে মোইরাং লয়মা, ঙানুরোল য়াইবী লয়মা, লয়নুং থোংঙাইবা ব্রায়েন চুম্বনা, শেললৈ পামুংখোং, তকলৌ লৌহিপাল মেননাং তনবা শীংকাইপাল, চাবি লমতনথোং, হুএল লালনিগিদি লেমলয় ঙামিংনবা শারোং খোইনুচা ফানা খোংবু অশৈ লমলেন শকপা চনু ঙানুরোল তরমশূ পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ হামচা থাবা য়োইমা চঙদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগিবু চূনবনে ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই ফাংলীক্লাই

নয়োন কেকে মোইরাং লয়মা শংলয়মা তরমশূ, খমনুং লউরী শেমবা শিংকাং তাউবা, নুব্রোক শঙশা মথেল তৈবা চনু, মপাম হুএল লালনিগিদি,

খুনবী নুঙথোঙজিন থোঙজা লালনংথেনগি, অঙৌ নুঙতোংচা লিনলা হাওতমথিবু অহোঙ লানলু তৈনা শুংবা চনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগি ফাংলীকলাই কেকে পোংলেনহনবদি চোনৌ সনা মিংহুনগিবু চূনবনে ।।

## ঈন্নাং পুরীল্লাই য়োঙ্গীরেনবা

নয়োন কেকেমোইরাং লয়মা ঙানুরোন লায়াইনু তৌকাই খুনথোকলাবু মিংথোং ফবি, লোইরেন খুনবীরোক্তা লীচয় তরাল শূনা, শূকমু থনববু ন্নাতেম্বা, লাংয়া থনন্নবু ন্নাহমবা, লানলোয় মীঙাথোংবু য়েলহৈবা, শারেল মীশুংলাংবু হাইহৈবা, থৌদু নূঙপাক থক্তা মুংফি লৈরুম্মা ফাকং লৈরোয়ননা ন্নাঙনবা চনু, মপাম হুএল লালনিগিদি হাইতরা লৈফোনচা মেননোং থাঙ্শাববু কায়না হুনবা চনু ঙানুরোন লায়াইনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ ঈন্নাং পুরীল্লাই য়োঙ্গীরেনবদি চোয়নৌ সনা মিংহুনগিবু চূনবনে ।।

## ঈন্নাং পুরীল্লাই নারোঙ

নয়োন কেকে মোইরাং লয়মা ঙানুরোল লীক য়াইনু, ময়ু থোংঙাই য়িমথংবা, লমলেন ফেনচিকোপ, ঈকোপ লাইপন শোয়, নোংপোক হাওরংশি লাইমনলাংবু, য়াংবা থোংঙাইশূগা হাওরা নূঙতোংবগা তিমেন তা চায়নবা লমদা খৌশাবা, হুএল লালনিগিদি হয়রেম অকাংয়াঙ খুনজান মকুয়াঙবু কায়না হুনবা সনা ঈবু ফাবী, ঙানুরোল লীকয়াইনু অঙানবা মৈরৌ লীকপু মৈনা ন্নায়না মিংথোং ফবি পায়মা সনা উনগোয়নুংগী, নয়ু নিংথৌ ঈন্নাং পুরীল্লাই নারোঙ লাইরী শূবদি, খোইয়ম লাইরী খঙবা, চীঙডু লাই-বাউ নিনদবা উনবি পুক্লিং তপ্পা-লাইরী শমন্না চুম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুনগিবু চূনবনে ।।

---

২। মোইরাং নিংথৌরোল

## ঈশ্বরাং পুরীল্লাই ময়াম্বা

নয়োন কেকে মোইরাং লয়মা ঙানুরোন ৱাহুইনু ঙানবা খাইফবা, থোংঙাই তেমফাবা, কাওরেল মনলা তাম মনলা মশীং ৱাৎপদি, তালোয় তূনুংশি থংলেন ৱানুংশিবু ওইনগনু ।। কাওরেল মনলা তামদবা মনলা মশীং ৱাৎতবদি তালোয় তূনুংশি থংলেন ৱানুংশিবু ওইনৌরো হায়না, শূকমু থনববু ৱাতেমবা লাংয়া থনববু ৱাঙনবা চনু, মপাম হুএল লালনিগিদি কানে নিংথৌ মশুম মরাংববু মোইমিৎ লৈচুনবা চনু, ঙানুরোল ৱাহুইনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী কেকে মোইরাং নিংথৌ পুরীল্লাই ময়ামবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে ।।

## ঈশ্বরাং পুরীল্লাই শুনুজা

নয়োন কেকে মোইরাং লয়মা, লাইজ ঈরীক লাইবু মৈনা ৱায়না মিংথোংফবী, ঙানুরোল ঈরীকনু, ঙানবা শরা নাচৌশ্ খোইয়ম লাইহৎথৌবনা য়েনবি, মপাম হুএল লালনিগিদি, থৌবাল ঈরম লাই তুবি মকোক অনি লোঙবা, লাইরেল মৈমাতোম্ববু অহোঙ লানলু তৈনা শূবা চনু, ঙানুরোল ঈরীকনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ পোংলেন হনবা সুনুজা পুরীল্লাই অতেংবদি থোংনাং মনিল নাইবা ময়াং লয়কোয়পূঙবু শেম্বগী, থোংনাং মনিংথৌ, ময়াং লাইজীং ৱাঙনবা মাইবঙ্ চীঙ্গোই ফম্ববু থৌজাল পূক্সান্ননা লোয়নমনগী, থোংনাং য়াংলৌ মরমশাংবু তামনা, হাওরম ফুলনদা, লাইজ উনিংখোংবু কংনদা, খোইমা নারক লান, পামেল শীংলম লানবু ঙমবলনদনা য়াংলৌ লম ফাওনৈএ ।। মপল লাংগোই লৈরামবীচা লূৱাং তংকাংজম নিংঙোনবী মোমনূ য়ৱা শিনথোঙ হাং পায়মা শিনলৈ লোম শিন্নাই মথোং খঙদবী, তরেং খোংফাং নামুংনবীনা ওইখিবা শা, তোইবী লাংয়া খুনথৌবা চনু মশালৱোন, অঙৌবা তোরা মচন নুমানশা, লাংগোই লাংনেম কাও লুৱাংবু লাংগোই শাতীক্রনা পানলমএ হায়দবরা ।। ঈশ্বরাং পুরীল্লাই শুনুজা পুরীল্লাই অতেংবদি চোয়নৌ সনা মিংহুনগীবু চূনবনে ।।

---

নয়ু নিংথৌ ফাংফাং পোংলেনহনবনা সনা ফমবাল তোংনা পানলিঙৈদা খোইয়ম লংবা য়াইহৈবগা খাবী য়াইতমবীগা ময়াই য়াইয়েংনঙৈদা লংবা য়াইহৈবনা খাবী মকন মনুং লৌ, পায়মা লিনশাং পক্লা য়াইনরবগী খাবী লুকোক চনুদি লুতুরে ।। মপারী চাখরাচা পোনজেম্বা অমুরাচা খোকনিঙশুম্বনা ইপল খাবীবু য়াইনবা লংবা মায়পোক্পা অনলৌ থাঙশাবা লনহাং লোইকেনববু কদায়নো হায়না থাঙলেন মখূৎ শূবু থৌদু নৃঙমায় শীৎ, লাইজ খীকফেন চাই, থাঙলেন মথৌ হেলনা, ইপল খিবিকপু হাৎখিবা খোইয়ম লংবা য়াইহৈববু কদায়দনো হায়না য়াইবী কলহৈনীকনা ঙাইখিএ ।। লংবা য়াইহৈবনা, চাখরাচা পোনজেমবা, অমুরাচা খোকনিঙ শূম্বব্রো, নপল খাবীদি কদায়নো হায়না পাউহংববু, 'ইপল খাবীদি লংবা নয়াই য়াইরংচালনা হাৎলবগী নোংমনলে' হায়না পাউখুম্লক্লবদা, নপল খাবীবু ঐনা য়াইনদে খাবী খোম্লেন তূমখূন হুনববু ওইরমগনি, ঐ য়াহৌবীগে হায়না লংবা মীহিং য়াইবু শিনখরবগী লুখূম থানফম লেপ্লা খাবী খোমলেন তূমখুনলগনুব্রো হায়না য়াহৌরবদা খাবী লুকোক চনুদি তাইবঙ মালং কারক্লে ।। অদু নোংগীবু খাবী থানফমলেনব্রো তৌনা কৌএ, খোইয়ম লংবা য়াইতম ব্রায়নে ।। খাবী লুকোক চনুগা লংবা য়াইহৈবগা ময়াই য়াইখঙনরবগী তেনা নৌনাখিএ, খুয়োল তেবী তেনৌব্রাব্রো তৌনা কৌনৈএ ।।

কেকে চাউবা পূঙবু চাউহৌনা, মোইরাং শাংবা য়াইবু শাংহৌনবা, কেকে তানথোং ময়ুং কুই, মোইরাং লেমথোং মফৈ পাকহনগে হায়বগী খোইয়ম লংবা য়াখমলোয় তরেৎমক্লা লংবা য়াইরূপতিলনখিএ ।। নুমিদাং লয়পূঙ য়াকাবশিংনা, লংবা য়াইরূপ পোংবৈখোনবু কোরৌ নোংতামদা থাবি নোংলেপ্তুনা নাতারবগী, কেকে লয়কোয় ফম্বা পুরীক্লাই ফাংফাং পোংলেনহনবনা ব্রা হোম্লকএ ।। তয়ম কেকে খুনফমথৌ, মোইরাং নাইফমথৌশিং পুম্নমক তাবিয়ু, ইনুং শোইয়াইমদা, কোরৌ নোংতামদা থাবি নোংলেপ্তুনা নমু পোংনিলখোন তাবা অসিবু করিনো খঙনবা থিশে খোমলেন

তুমখুনফদেএ ।। কেকে চুম্না থাঙঙা লয়কাই হেপপা মোইরাং লয়কাই পোইববু ওইরমলোইএ, নমু লিনজেল ফত্তবা, মীরল চোইশা য়েংবা শাইগঙ লৈহনবা, তেকপী মীওক হূবা, কাইরৈ মী-য়েন হূবা নমু লৌথোক খুৎশা খোনবু ওইরমগনিএ, শমু খোঙগুন থিনা ফান্নব্রো কেকে মীথা পুঙ মোইরাং মীতুফম, পানম মীয়ানফমদা নোংমন হনশে হায়না ঙাংঙোই লয়মাবনা ব্রাহোমখিএ ।। পুরীল্লাই ময়াথংবু নাতারবগী মদাইরেম কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফাংথৌশিংনা অচেন লোকলৈ হৌনা মিৎয়েং শানখৈরুরে ।। খোইয়ম লংবা মপাউতোইনিগিনা, নমু তাইবঙ মীবু নওরবগী মানবী খুৎতপ্লা মুকমু লৈতোল কোলনা খুৎফাং চাংজৌ চেপ্লা লোলনা ব্রাকৎচখিএ ।। কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লয়মাবাব্রো পুরীল্লাই সনা নয়াথংবু নদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং ঙাংঙোই নাইফমথৌশিং পুম্না হুপ্লা মিৎয়েং শানখৈরুববু, মীরল চোইশাবা শাইগঙ লৈহনবা নমু লিনজেল ফত্তবশিংবু মিৎয়েং শানখৈরক্তেএ, খোইয়ম লংবা য়াখমলোয় তরেৎমক্তি য়াইবী কলহৌ নীক্লা, কেকে চাউবা পুঙবু নমদা হুলনা খুয়োল লয়খোঙ থুগায়রম্ববু চেংলৌ মিৎথিৎলকএ, হায়না ব্রাকৎলরবদা ।। ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই পোংলেন হনবনা ব্রাহোম্লকএ, তয়মশিংব্রো অশায়ঙৈগী ইনুং শোইয়াইমদা নমু মীনিনখোন তাবা অদুবু কেকে থাঙঙা হেপ মোইবাং লয়কাই পোইববু খাজিকএ, খোইয়ম লংবা য়াখমলোয় তরেৎমকপু ওইঙমলে, লংবা য়াইরূপ ওইনা হৈনা মতুং ইলনা লৈহৌববু কনা লৈবনো ।। হোয়দা কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেলহনবাব্রো, লংবা য়াইরূপ ওইহৌবদি মোরি লৌশিংববু খানলৈ লৌদবু উঙমএ হায়না ব্রাকৎলবদা, তৌইগিদি ইদাইরেমশিংব্রো, মোরি লৌশিংববু থুনা কৌরুব্রো হায়না ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা থৌশীখিএ ।। কেকে শমু খোঙনা য়াঙবনা অচেন লোকলৈ খুদোল হুলনা খানলৈ মরৌলেংদগী মোরি লৌশিংববু পাউকৌরুরে ।। কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনবদি অচেনববু অপাইবাব্রো কৌএ, অদু নোংগীবু মোরি পাইরৌ লমনুংশিব্রো তৌনা কৌএ ।।

মোরি লৌশিংবদি কেকে পোংলেলহনবগী সনা মখোঙ খাদা ব্রাইথুংলরবদা, ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই লয়মাবনা ব্রাহোমলকএ ।। তয়ম মোরি লৌশিংবাব্রো লংবা হৈনা মতুং ইলহৌবা নঙদি শাম্মা মমৈ ব্রায়না লংবা য়াইরূপ ওইনৌব্রো, খুয়োল লয়খোঙ কায়রবা অসিবু মালেম লয়তাইনৌব্রো, তয়ম নঙনা মালেম লয়তাই ঙমদ্রবদি কেকে মীথা পৃঙদা নোংমলহনগনিএ ।। মোরি লৌশিংবদি অব্রাবা মখৈ নৈতনা লংবা য়াখমলোয় তরেৎমকপু হাওরৈ নোংপোক পাংবা–রমদা নুংশি মখৈ নৈতা, পায়মা নুংয়েং চেং খোইয়ম খোঙগুল য়েংনা পুরুমজখিএ ।। হে খোইয়ম লাইনিংথৌব্রো, নদাইরেম ঐনা চীঙঙু হৈনা নতুং ইল, শাম্মা নমৈ ব্রায়না খোইয়ম নখোয়বু চেংলৌ শকখঙনৈ হায়বা নুংগী, মোইরাং লবখোঙ কায়ববু লয়তাই ঙমদ্রবদি ঙাংঙোই মীথাপৃঙদা, পানম মীতুফমদা নোংমলহনগনি হায়রে হায়না পাউকৌজখিএ ।। খোইয়ম লংবা য়াইহৈবদি মোরিনা পাউকৌজববু মিংয়েং শানখৈরবগী, থিংলৌ নীংনা তেনা হলরাইরক্লে, অদু নোংগীবু য়াওশৃ চীঙহলনাই মোরি লেপপা চীঙ, লমলেন কোংয়েং চীঙব্রো তৌনা কৌএ ।। চীঙঙু লংবা য়াইহৈবনা, মোরি লৌশিংবাব্রো নঙনা মালেম লয়তাই ঙমগে হায়রবদি অঙৌবা মরম তরেৎপু থানা ঈরাংলো, লংবা ঐখোয় তরেংকী ইচাকচানে ।। মোরি লৌশিংবনা লংবা মচীনজাকপু পীগে হায়না হোইয়ারবদা চীঙঙু লংবা য়াইহৈবনা মালেম লয়তাই ব্রাবু মোরি মনাকোঙ নাকোঙ থোঙজাওরেলদা লাংবন খোইমু খোনতানগুম্না পাউতাকপিরম্লে ।। মোরি লৌশিংবদি থিংলৌ নীংনা তেনা হলব্রাইরক্লবদা খুয়োল লয়খোঙ কায়ববু মালেম লয়তাইগে হায়বগী মিংয়েং শানখৈরুববু মালেম লয়খানুংদগী তুবি চিনাইবা লাইরেল চিরোংবনা তুবি থেকতুম থেক, লাইরেন কোনদুম কোন মথেক ফৈবু শানা, মেনাং তনবা খুয়াও ঙামজাও চোংবগুম্না শানফোঙঙমবাবু মিংথিংলবগী, খেনচোরাংমৈ অরাংবা মোরি লয়তাই ব্রাবু ব্রাংঙমলোন পানথোইবীগী পাউশা লাইমৈ খপ্না লৌএ হায়দবরা ।।

হে ঈৱাং পুরীল্লাইৱো কেকে খুয়োন নমাইবনা উতং কাপতু লয়খে লেং, লীহিং লাকলেন ফিদাই তম, কূরাও শাহী উগা য়ুং, কাওরেল উরীকমানববু, মানবী শাখৌ থৎ, ঙাইরোং শিংখাই-তৈ, ফিরাক ফমফি-থা, লয়য়োৎ নোংয়োৎ লয়শেন, নোংশেন য়াওনা মালেম লয়তাইরবদা ঙাংঙোই অমরক মরাঙ হৌ, কেকে মনিল নাইনা পানলে হায়দবরা ।। খূয়োল লয়খোঙ কায়রববু মালেম লয়তাই নোংগী, পুরীল্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা, কেকেচীঙলক অচনবা শোয়রেল খমঙাকফম্বু মোরি লৌশিংবদা খোঙঙা ওইনা পীখিএ ।।

নয়ু নিংথৌ ঈৱাং পুরীল্লাই ফাংফাং অতেংবা অঙানবা খেনকা য়াইগুম, সনা ফমবাল তোংফবা, ঙাংঙোই পোংলেলহনবা লয়কোয় ময়াইবেল, হুএল লালনিগিদি নোংয়াই অমু তরমশূ হাওচেং নমপোককি লোকতাক পনয়া কোয়ববু লৈমু শেংতাল্লা লয়হাও শেংওইনবা পূঙ ।। অয়াং লেমথোং পাখংবনা খোংজঙ য়াকাফম্বু ঙমলোন নাতৈননা, কেকে লাইখু-ঈ, মোইরাং লাইহন-ঈ,নাইখূকোনবা কোনবু ঙমলোন নাতৈননা,চীঙঙু মারজীং খোঙগুনথিবু লযকাই ঈনলুম্বনা, শঙলেন মখূৎফা কেকে কংলা তোংনা য়াংদা শঙলেন ময়াই লাংনা তাউখঙলে হায়দবরা ।। ঈৱাং পুরীল্লাই ফাংফাং পোংলেলহনবা অহোঙ য়োঙ্গীথোন শঙ, হুএল লালনিগিদি কংলা শঙজি অমদা পানবা কৈজেংলাং কৈরেল য়েকলাববু লৈমু তম্না শেংতাক্লেএ, কংলা শঙজি অমদা ওক্লেন লাবা খারোনবা থিংলৌ য়াফৈববু লয়হাও তম্না শেংৱোইনৈএ, কংলা শঙজি অমদা কৈবি য়েক শাওম য়াওরৌ খূৎশমু শাওম থারাই তাঙবু লৈমু তম্না শেংতাক্লেএ, কংলা শঙজি অমদা লোকখা নিংথৌ য়েনৱাইববু লয়হাও তম্না শেংওইনৈএ ।। শঙলেন ময়াঈরেলদি লাংমৈ লমবুবা অয়াঙ ফানচা মনাও, কোঙয়াং লীকশিশূ মখূৎ মোইখূৎ তানবা, মমায় মোনমায় ইনববু লৈমু তম্না শেংতাক্লনা হোঙনা শঙনে ।।

কেকে ঈৱাং পুরীল্লাই, ফাংফাং পোংলেলহনবা সনা ফম্বাল লাং, মোইরাং কংলা তোংনা য়াঙবু তানফংবা পুরীল্লাই থয়াঙ মথৌমল ঙাংঙোই চূঙশেল মরাল ওন্দি হাওরে নোংচূপ পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোন মমা লয়নুং পিয়াইনুচা খোংফাং অতোনবনা, লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু খুনথিরকপদা য়াংলৈ তাউবা মাহূইচাবু, খাঙলী য়াওথাং লাং, নৃঙবী শানন ফূবাক লাংনা খুরৌরবগী, চীঙখোঙ পোইরৈতোলনা, থিংলৌ নীংনা তেনা শোংবু মনুং চঙবু লৌরুইএ হায়বগী লাংতে লৌমন লাংব্রো কৌএ ।। লাংতে লৌমন লাং লোইরেন সনা পুঙদা খারম মচীঙ কা, লাংতে য়ূময়াই খায়না পনথেংলবদি, লোইবী মপৃঙ কায়, মৈরী তাঙগোই পাই, মৈখু নোংদা কানা হেম্বা খাংজেন থূমলে ।। পুরীল্লাই থিংগু মথিনাই ঈৱাং মরাঙ হৌ, চূঙলেপ হুমফু চোং কাওরেলশনখাং তরা লান্না খৌশাবনে, হুএল লালনিগিদি খারম লাংতে মনিংথৌ হীগোক কুমপান লৈনা খাংনৌবা, কাইরং লোংচন লৈনা কোকহেনবা, লীল্লাং ঙংকোয় শিনা থারাংবা, তরেৎ শেনতম শিনা হেনমোইবা, লূপা তাজিন শিনা শকহেনবা, খারম লৈশোক অঙাংবনা চূপলেন নাপ্পা ঙালনা হেনমোইবা, খাবম লাংশন লানথৌ য়াঙবু কায়না হুনলে ।। কেকে মথি নাই পুরীল্লাই মচীহেন, ঈৱাং মরায় লাংনা, ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুন্নমক্কা, কেকে মথিনাই মোইরাং মরাঙ হৌনা হলব্রাইরকপদা লানপোৎ চরৈ ফিকৈ পানবু পুনুং মঙাল নাই, ঙাংঙোই খুনয়ায় চঙ, থোংখোঙ লানগা-হা,কেকে কংলা তোংনা য়াঙদা, কোঙয়াং লালহোইচৈবু কৎনা, কেকে চেঙজা নৃঙগোইবীদা হুএল লাল চনলে হায়দবরা ।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই মপানা নুংঙাই মরাং কায়না কেকে লয়বাক ঙাক্লিঙৈদা, নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ, কেকে শাৎমাবা, থংজীঙ কোয়রেল লাইমরুনা, খোইয়ম লাইরী লাৎ, কোরৌ পাউ অফবা পুন্নমকপু পাউতাকপিগে হায়বগী খোইয়ম মশালৱোন চীঙঙু মতৌ ওনথোকপনা নমু পুক্লিঙ শুমলবগী, কেকে চাউবা পুঙ মোইরাং শাংবা য়াইবু কেকে চীকনেমলে

মোইরাং থানেমলে ।। পাখং য়াকাদা নূরা পোংবৈদা খুয়োল হূইখোং য়েনখোংদা, নাউরা অপিশকনা পলেম পীথিদা, নহা নুপীনা খোমথিদরে ।। নয়ু কেকে লয়মাবা ফাংফাং পোংলেলহনবদি নিংথৌ পায়মা নুংবু লাইজ ইরৈচনগুম নুংবঙলবদা, লয়মা থরাম লাইহৌবী, খমতোং নিংথৌ চনুনা, কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লয়মাবারো, কেকে পারী লাৎ মোইরাং পুরী লাৎপবু করিগী থৌকাউবনো হায়রবদা, নিংথৌনা হরাওনা হোইয়াখরে ।। কেকে নমাইবা থিংকোল মোরি ফাউবিয়াচা লাংচেং লাংমৈবাবু খোমলেন মঙজঙহনসে হায়রবগী, কেকে মোইরাং নিংথৌ ফাংফাং পোংলেলহনবনা কেকে ইমাইবা লাংচেং লাংমৈবা নঙদি খোমলেন মঙজঙলুরো হায়না থৌশিখিএ ।। থিংকোল মোরি ফাউবিয়াচা লাংচেং লাংমৈবা মঙথী মঙলান চুমবা, মঙপোৎ অয়াম্বা চাবা খোমলেন মঙজঙ থৌবনা, কেকে য়োইকংলা মোইরাং কংলা তোংনয়াংদা ফৈরোয় মঙতারুক, মনুং খোমওন লূক, ঙাইখোংতোনবা পানৌরুকতা, চেঙেঙ্গী ফাহাপ্পা য়েরুম কাংগখিন্না তরেৎ মরায় য়েং, নোইনুম কাকুপ্পা শিং লাগা য়োম কুরেক খাইচা য়ান্না, য়েনবা খুরৌ থাং ফিমু লৈরুম শি, লুখুম মঙপোৎ থানা খোমলেন মঙজঙখিববু খোইয়ম লাইনিংথৌ কেকে শাৎমাবা থংজীঙ লাইমরুনা খোমলেন মঙপাউ চেনলকলে ।। তয়ম থিংকোল মোরি ফাউবিয়াচা লাংচেং লাংমৈবা কেকে ননিংথৌদা হায়রুও, কেকে পারী লাৎপবু করিগী থৌকাউনবনো ।। কেকে মচেৎ অমনা থবি থবা লাৎলো, মোইরাং মচেৎ অমনা মৈবী মৈবা তাইও, খোয়োন মচেৎ অমনা লাযগা নোংগা তাইও, কেকে মচেৎ অমনা কুরেক লাইখোং লাৎলো, মোইরাং মচেৎ অমনা য়াইবী ফেনতং তাইও, খোয়োন মচেৎ অমনা লৈচীল নোংফাই লাৎলো, ঙাংঙোই মচেৎ অমনা ঔগ্রি হংগেন তাইও (শাবনলী হংগেল), খোয়োন মচেৎ অমনা লৌকূ-লৌকা (লৌকুম লৌকা) লাৎলো, কেকে মচেৎ অমনা কুমলেপ মোইফেন নেমও, মোইরাং মচেৎ অমনা খূনম পোংথৌ লাৎলো, খোয়োন মচেৎ অমনা য়িমপূঙ লমপুঙ

তাইও, কেকে মচেৎ অমনা উতোম উফাং লাৎলো, মোইরাং মচেৎ অমনা ঈপুম পামতাই লাৎলো, খোয়োন মচেৎ অমনা লৌরু খোংলেন লাৎলো, কেকে পূন্না হৌ, মোইরাং পাক্লা তাইনা থাঙ্গ চীঙলক চঙ করাং তাইও, অতাই চিরাৎলো, মেরা য়েন-চনলো, উকাক খাংবা লমতাইও, তানথোং লেমথোং চেনলো হায়না খোইয়ম লাইবাউ চেনবিরমলে ।। য়াংবা মরোল শৎনা খোল্লেন মঙফাউ ৱাগী কেকে নমাইবা থিংকোল মোরি ফাউবিয়াচা লাংচেং লাংমৈবনা কেকে মনিংথৌদা খোইয়ম লাইবাউ চেনলম্ববু, মানবী খুৎতপ্না মৃকমু নৈতোল কোননা চাংজৌ চেপ্না লোলনা চীঙঙু কোলোয় মপাউ মেনবু খাকতনা পাউদম্লবদা, কেকে মচেৎ অমনা থবি থাবা লাৎলে, মোইরাং মচেৎ অমনা মৈবী মৈবা তাইরে, খোয়োল মচেৎ অমনা নৈগা নোংগা তাইরে, কেকে মচেৎ অমনা য়াইবী ফেনতং তাইরে, খোয়োল মচেৎ অমনা নৈচীন নোংফাই লাৎলে, কেকে মচেৎ অমনা ঔগ্র হংগেন তাইরে, খোয়োল মচেৎ অমনা লৌকুম লৌকা লাৎলে, মোইরাং মচেৎ অমনা কুমলেপ মোইফেন নেমলে, কেকে মচেৎ অমনা খূনম পোংথৌ লাৎলে, মোইরাং মচেৎ অমনা য়িমপূঙ লমপূঙ তাইরে, খোয়োল মচেৎ অমনা উতোম উফাং লাৎলে, কেকে মচেৎ অমনা য়িপুম পামদাই লাৎলে, মোইরাং মচেৎ অমনা লৌরু খোংলেন তাইরে, কেকে পুন্না হৌ মোইরাং ঙাংঙোই পাক্লা তাইনা থাঙ্গ চীঙলক চঙ করাং তাইরবদা, চীঙঙু মথৌ জানগী খোয়োল হূইখোং য়েনখোংদা নহা নুপীনা খোমথি দ্রববু খোয়োল হূইখোংলক্লে কেকে নাউৱা অখূবাশিংনা পলেম পীথিরক্লে ।। পাখং য়োমলোই হৌ, নূরা য়োমদাং শাংনা লৈপুঙ য়াকারে পাখং পোংবৈরে । লৈরক শিনশূ মনিল নাই নমু মীয়াম চৎনা ঙাংঙোই নহা শাবল লৌবা, পুয়ি ঙাগুম খেরাং থাং লাংঈ ঙাগুম খরায় লেপ্তম চোংনিংলকলে । পাখং উরাংমৈ খ্বাঙনৌবা পামেল চুমলৈ মহুনলকপশিংনা শমু খুৎশম পাল্লোইননা নুংশি শামৈ লেন, শরীক চোমজাও খীঙ, লাংবন তৌদ্রি খোং ৱাকমা খোলমান শক্লা

---

পাউদোইনরক্কে । কেকে চনুরা নূরা শন্না তোংবী মপল খাংখনোংলুমপান, মদু য়াখোঙ চারেমপালগী খূয়া ঈচোৎতা, খুদোল নাহৈদনা পানবি, লাংবন লুহেন চেক্কুমবিশিংনা খোয়নৌ মঙাইরোয় লোয়নাই য়ামজেং মফেৎলোয় পূম্না তিলনা চরৈ ফিনৌ শেৎ লীকলাং কোনগ তাইনা শীংলেন চূনবা লৈরাং নিংথিববু মোমনু তাঙজ শমলক খায় চূপলেন নাবু ঙালনা অনৌবা হেনমোইথোকলকলে । তয়ম লৌরম চনু অমুবী তরা চাতানলোয় লোইমোম নাউয়োকলোয় নোংশা লৈবু খুইদবী, নোংচু লৈবু পৎতবী, মথা লৈখোম চোং চোমলাং লৈরীক কাবিশিংনা মপল কাইখা থৌপাইগে হায়বগী মোমনু য়ারেল মথৌ শঙনা লোইবী থিংবা চোম্না নাহৌনা, মরাম চোম্না মহেন-থোইনা মদু নিংথৌ খানলৈ লৌকন থোকপা-লোয়শিংগা খুৎবাক তাবুং ফু চকোই লেপলৌ শা নোইনা ঙমদম হৌ কৈরোয় মনিল নাই হরাও মরাং কায়রক্কে । শূমায় হাকুফমদা নমু মীয়াম তিলনা কেকে মরাঙ হৌ মোইরাং মনিল নাইনা পানলকলে হায়দবরা ।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা খুয়োল লৈখোঙ কায়রববু মালেম লৈতাইবা, কেকে সনা ফমবাল লাং মোইরাং কংলা তোংন য়াইবু হালনা তানফংবা, মতীক পুনুং অচৌ মৈগুম্বা চীঙঙু কোনলোই মপাউ মেনবু খোইয়ম লাইরী থিনা খমলাং পারী কাউদবা ঈরেং পুরী নিনদবদি নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ চীঙঙু য়াইবী পনলোই তানবা মথৌজানগী নুংঙাই মরাং কায়না পানলে । কেকে মরৈবাকপু হেমবা লাংখোং তৌনা কুরাউ পলনুং য়ুংলবগী লোইবী কনানা অকেৎ থিরদা হেমবা করম্বনা অরৌ লঙলদনা পানলে হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই লৈমাবরো, নয়ু নিংথৌ ফাংফাং পোংলেনহনবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগিবু চূনবনে কুমশীং ৮০ পানলমএ ।।

# পুরীল্লাই ঈৱাং তেলহৈবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা খায়োইরোন মেনতোমনু, মপাম নোংয়াই লৈকোয়পুঙ, খূমন তাউতেক কোলনা তা, খুনজান মেকারূক মেনখা-য়াং, হৈরেম খোইয়ম লাইশাবনা খাগোক লুদা তূপ পনখোং লুদা থেংনা খোইয়ম লাইশা-ৱাই, থাঙঙা লোঙলেন মখূৎশূনা চৈবিৱাই, নোংয়াই খোঙথিনপাল, খূমন লাইচিং লম, অদোন লাইকাবনা নোংবানলোন চেকয়ামপোক খূমন নামতুম খায়িপানবু পুম্না চলনা অশৈনবা চনু খায়োইরোন মেনতোমনু পায়মা সনা উনগোইনুংগী পুরীল্লাই ঈৱাং তেলহৈবাও কৌএ ।। পুরীল্লাই তেলহৈবদি হাওরৈ খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে । মোংবা লোইকেনবা কাকলেন লানথবা শৌবোন খোঙকনবা লমবু লোইবী মচীঙ-কা, শৌবোন মাঙওইচিনি, হেমবা পনথেং হৌ, লোইবী য়ূময়াই খায়, নূঙতেক য়াগা চাইনা খারম পামতান্নরে ।। পুরীল্লাই থিংগু মথি নাই ঈৱাং মরাঙ হৌনা খৌশারে, হুএল লালনিগিদি লোইবী নূঙতেক মনিংথৌ হুএল নূঙবু লায়বা লানথৌয়াংবু কায়না হুনলে ।। পুরীল্লাই খারম নূঙতেক লানথবা ৱায়র তেলহৈ শকপা ঈৱাং তেলহৈবদি খোইয়ম লাংওন খূৎলাম খামবু তানফংবনে ।। পুরীল্লাই ঈৱাং তেলহৈবগী শমক্রু তোমথিন ঙানলম্বা কেকে খুনফমথৌ য়াংলৈহনবদি খোয়োন লাকপানা মশানৌ মোম্নু তালোয় মরুম্বী হোঙবীতোনগী শীয়োম্নুংদগী মপারী নাউৱা হেঞ্জুবু ফংজরবদা হরাও মথোই কা, খোইয়ুম লাইথোঙ চঙনা মপারীগীদমক থৌনিখিএ ।। চীঙঙু নোংদমখোন খোইয়ম থৌশিন মথৌরাংবু হীকতোকফদবনা মপারী নাউৱা অখূবানা অচাও লেপফাদা, শাংশূ ঙমদমদরিঙৈদো য়াংলৈহনবা অঙম্বদি চংবী লারাক শেৎপগুম খমনুং শাৱা তাল অমন য়াইথোঙ কুমখিএ । মদোম পাহাঙ নুংয়েং চেংনা, খোইদোম লুখ্রা ওইহৌরবী হোঙবীতোন্না মপারী নাউৱা হেঞ্জুবু নাউয়োকচহৌই ।

---

নাউব্রা হেঞ্জু নহাদি লোইদাম নিনমাং থাগুম লাংচেং নেম-নেম মকারক লোকলৌ তবোপ কাইগুম চেংলৌ শকথোং মঙাল নাইরক্লবদা, শেলোয় মপাতাউ পুনুং শাৎমারোয়শিংগা লৈপূং য়াকারে খাংজেং পোংবৈমিন্নরে ।। কেকে চনূরা, নূরা শব্রা তোংবিলক্তগী খোইজু হোঙবা মমোমলোয় থোংনাং লাইরৌলেম্বীগা নুংশি খায়োম লৈপুলনরবগী কোরৌ নোং-অমা লমতা থাহলনোং থাংজ নুমিৎ খোইয়ম লাইরূপ পোংবৈনোংদা, তাংলৌ ইনুং অথেঙবদা মশানৌ নাক্ত খুনপোইখিএ । য়াংলৌ লম্মখাঙ কেকে খুনদিনবী লমলোঙদা খোইয়ম লাইরূপ তিনলম্বব লমওক্লরবগী মোইরাং পাখং খুনপোইবশিং লৈরে খন্দুনা খোইয়ম লাইরকতা চঙনা পোংবৈমিন্নরুরে ।। খোইয়ম লাইরূপলক্তা নমু তাইবঙমী য়াওরে খঙলক্লবগী লাইয়াম্না হেঞ্জুগী য়াইবী লৌগে থৌরাংলকলে ।। পাখং হেঞ্জুনহাদি মখুংশূ কাঙহু হিংজননা থাঙলেন নাপন হাইবগুম হাইনা হুমনা খোইয়ম লাইয়াম্বু তানখায়রগা, মশানৌ থোংনাং লাইরৌলেম্বীগী মোংবা মরানয়াই, তাউথোং লৌরেন তম্না অচেন লোকলৈ, হৌ, খুদোল হুলনা চেনলক্লে, খোইয়ম লাইশিংনশু মাবু ফংনবা লেপ্পা লৈতনা তান্নরকলে ।। নিংঙোল মোংবা মরানয়াই, পনথৌ মংগোল খেলাইথোং শাইগং ইনলুম খাদা পাখং মখুংশূ কাংহু হিংজন নানথোকখরে, খোইয়ম লাইনা শমু খুৎ-থূম্না ফারবগী, হেনজু অমন শিগুমলে ।। খোইজু হোংবা মমোমলোয় থোংনাং লাইরৌলেম্বীশু নূরা হৈজ্রাং মখুংশূনা থম্মোয় ফিরাক খায়রবগী মশাবীগী হৈনা মতুং ইন্না অমন য়াইথোং কূমলে নুরা পাখং অনিমক কূফাং চলনা হাওশি মংথিনলে ।। খমনুং লাইরৈপূংগী য়াইবী পনলোই তানবা লৈনুং থোঙঙারেল অহনবনা নূরা পাখং অনিগী থব্রায় মিরাংপাল অমন শিগুমখ্রববু নীংতে হলব্রাইরক্লবদা মালেম লৈরোলনুংদগী তাইবঙ ওনতে হলব্রাইরকলে ।।

নয়ু নিংথৌ ঈরাং তেলহৈবনা কেকে লৈকোয় ঙাক্লিৈঙদা, মপারী চাউবা শৌবোন ঙম্বগী ব্রায়র মতেজানা খাবা নোংজেংববু হাৎতুনা, কেকে লৈকোয় পূঙ, লোইরেল সনা পূঙদা শানথূপলম্বা নোংদা লাইরেন পাখংববু কংলৈ ফম্বাল কাহনলে ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই পোংলেন হনবা, ঈব্রাং তেলহৈবদি চৈইনৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে ।। কুমশীং ৫০ পানলমএ ।।

## ঈৱাং পুরীক্লাই লাইফাজেং

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা ঙানুরোল, ঙানবা খাইফবা থোংঙাই তেমফাবা, লানলোয় মঙাক থোং শারেল মীসুং লাংবু হাইহৈবম চনু, ঙানুরোল পায়মা সনা উনগোইনুংগী নয়ু নিংথৌ ঈৱাং লাইফাজেং অতেংবাও কৌএ ।। পুরীক্লাই থয়াং মথৌমল ঙাংঙোই চূঙশেল মরাল ওনদি হাওরে নোংপোক লাইনা পাংবা লমদা লান্দখিএ ।। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগ মশানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগা লমৱোক্লবা লম লিনলোং শাহৌ পাৎপু ফৈনা শম, তাকঈ ঈয়া হেপ, নোংবান খুমুরোং অয়াঙবা য়াউরৌ শানা ৱায়, য়ামলা লমতমথি, ঈতম চৎথোক পাল কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। নোংবান খুমুরোং অয়াঙবনা য়াউরৌ শা–নাগে হায়ঙৈদা মোমনু তানলোয় মারুমবী অহুই অরাংবম চনুদা পাউমেনখিএ ।। য়োইবু নাইও নথংলেন ঐদি লাবা খূমনবু য়াউরৌ শারম লীববু ফয়েং নোংফাইগে ইনুং য়াইরেককে, মোমনু নঙদি নতা খুনপোইগনু, লৈকাই খামবী মৈরৌগনুৱো ।। তরেং খোংফাং নাইও নথংলেন ঐবু ককলু খুনানবা হাউনা খুরৌববু লান্নংগনিএ হায়না পাউমেনলম্লগা, য়াউরৌ শানাবা চৎখিএ ।। মোম্নু তানলোয় মরুমবীনা মতা খুনপোইদা লৈকাই খাম্বী মৈরৌদববু, খোয়নৌ মতা নোংবান ঙাখাবম নিংঙোনবী লূৱাং মেল্লেবম হঞ্জবিনা পাউহংলকএ ।। হে খোয়নৌ ঈতা অহুই অরাংবম চনুৱো, নঙনা নতা খুনপোইদা লৈকাই খাম্বী মৈরৌদববু করি তৌবগীনো ।। খোয়নৌ ঈতাৱো থংলেন খুমুরোং অয়াঙববু লাবা খূমনবু য়াউরৌ শারম লীখিএ, থংলেন মাবু ককলু খুনানবা, হাউনা খুরৌববু লান্নংগনি, ওকলেন লাবনা নাপল্লক্কনি হায়বগীদমক ঈতা খুনপোইদাবনে হায়না পাউখুম্লকএ ।। নোংবান ঙাখাবম নিংঙোনবী লূৱাং মেনলৈবম হনজবীনা পাউমেনলকএ, খোয়নৌ ঈতাৱো নথংলেন খুমুরোং অয়াঙবদি লাবা খূমনবু চৎতে, য়ারৌ কৈদৌনুংগী শারম লীরুগবনো চকপা থোংখোঙ লৈহাউনুপীদা, শোয়খোঙ তাইথেৎনা মনুং থোঙগা পারৈনরিএ, অদুগীদমকপু

ফয়েং নোংফাইবা চীঙনুং য়াইরেকপানে ।। ঈপাম নোংবালনা তেংথানবদি লোংবু য়ামবীব্রো কৌএ, মোয়ু য়াম্বী লুরোই থোং লেমলৈ ঙাতাবা শানা নথংলেনবু মিংয়েং শানখৈরুশে হায়না য়াহৌরকএ ।। নোংবাল ঙাখাবম নিংঙোনবী লূব্রাং মেনলৈবম হঞ্জবিগা খোইনৌ মতা অহুই অরাংবম চনুগা অনিমানা য়ামবী লুরোই থোংনা পানম চৎথোক্লকপদা, নোংবাল খুমুরোং অয়াঙবনা মরান ওস্তেরকপদা লমওক্লরে ।। য়োইবু নাই নঙবু নতা খুনপোইগনু লৈকাই খাম্বী মৈরৌগনু লাইজ ঈশোকতনা তুরেল মোংবা নামুংনৌও হায়বা নওবরা, পানম কৈদৌবা চৎথোক্লকপনো হায়না পাউহংখিএ ।। থংলেনও মোয়ু ঐদি ঈত্র খুনপোইদে লৈকাই খাম্বী মৈরৌদববু, খোয়নৌ ঈতা নোংবাল ঙাখাবম নিংঙোনবী লূব্রাং মেনলৈবম হঞ্জবিনা, নথংলেন খুমুরোং অয়াঙবদি চকপা থোংখোঙ লৈহাউ নুপীদা শোয়খোঙ তাইথেৎনরে মিংয়েং শানখৈরুশে হায়না য়াহৌরকপগী মোয়ু য়ম্বী লুরোই থোংনা পানম চৎথোক্লকপানে ।। মালং মথি নাই খমকোল মরাং হৌবনা লুব্রাই কোয়রেল থক্কী য়াম্বী লুরোইথোংববু লাইজ ঈদা হুমথখিএ হায়না পাউমেনলবদা, মথংলেন খুমুরোং অয়াঙবনা খোকখৈ তিমেল মখুৎশূনা লাইজ অহকপারা ঈমু অপাবরা হায়না তমলমএ, অদু নোংগীবু ঈতম চৎথোকপাল য়ামলা লমদমথিও তৌনা কৌএ ।।

য়ামলা লমদমথি ঈতম চৎথোকপালবু কালনা চোং, লৈমা লৈনাউ তাবিনা পাকোল লুদা থোংনা হলব্রাইলম, মশানৌ চীঙখোঙ পোইরৈতোন্না য়োৎকি চৈশু মখুৎশূনা মালেম লৈদা য়ুংনা খুনখৈ-চীঙ কাইনৌ লৌ-চীঙখৈ হেমবা ব্রাবা চীঙবু নাতৈননা তাংখুল, লমবুই মপূঙয়াইদা লোইবী মচীঙকা হেমবা য়াওকোক তালনা পনথেংলবদি লোইবী পামদান না লম্বুই মপুং তাকলে ।। পুরীল্লাই মথি নাই ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারে, হুএল লালনিগিদি তাংখুল লম্বু মনিংথৌ নূঙশল লায়বা লানথৌ য়াঙবু কাইনা হুনবা পুরীল্লাই ঈব্রাং লাইফাজেং অতেংবা থয়াঙ মথৌমনদি অদুনসু

মদোমদেএ, হাওরে নোংচূপ পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। লোনলোয় মদাইমা তোনবান-মফেৎ তাউরেল খোম্বনা চীঙদা কানা পাময়ানবা লমলেক শাংনা হাও ওইবা মখুনলেন লোইবী খূরোয় মপূঙয়াইদা হুএল লান্দাখিএ ।। কেকে মথি নাই ঈৱাং মরাঙ হৌ লোইবী মচীঙ কানা পনথেংলবদা শোংবু পামদান্নরে খূরোয় য়াগা চাইরে ।। পুরীক্লাই মথি নাই ঈৱাং মরাঙ হৌনা খৌশারে হুএল লালনিগিদি লোইবী খূরোয় মনিংথৌ কাওরেল শলমিংনবা হুএল লম্মু অথৌবাবু কায়না হুনলে হায়দবরা ।। নয় নিংথৌ কবুই খূরোয় লানথবা ঈৱাং লাইফাজেং অতেংবা কেকে ফম্বাল লাংবু চহী ৫২ তানফংবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে ।

## ঈৱাং পুরীক্লাই ঊরা ঙাংঙোইবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা, ৱাংঙমলোন নৌরেমতোন মৱায়ফাবী, কংলা থানবী ।। লাইরেন মপা মৈদিংগু ঊরা কোম্বৌবা পানম নুমিৎথোকপবু চূনবা, নাকারুগী চৈহৌবা, খোইয়ম পোককি চৈথংবা, খূরোয়বা তিনলাং খোমবা, ঈমু থকপা, লৌনম শংগোল, থৎপা ইতৈ-লৌ, মৈরা পোনজেন লমদা খৌশাবনে ।। হুএল লালনিগিদি লংমাই থীকমায়বেং, কুম্না নাউশং, ৱাহোং চানতৌ লীকতোম থৌরাং অথৌববু কায়না হুনবা মমোম তমফা ৱাংঙমলোন য়োইরেল শঙনামুং মুংতিংননা যূমকূপশঙ, মোমলাংননা শাইতা শঙ, লৱাই চেংকরুকনা তরা চাওই শঙ পুনুং চেকায়পোকনা ৱানথোং শঙ, নাচাও পারৈ লৌবা শঙ, থোংখূ পারৈ চিংবা শঙ, অদোন মোইবুং লোকতাগী থেংবুচা কোইঙম্ববু য়ূমচীন চগো নারেং থোংনা শঙ, কাওরেন ঙৌবা মচন কোনথিং তাউবী হোঙনা শঙ য়োয়রেল শঙনামুং লল-উন তানবী, চেংলৈ ৱাংগোনলেন ৱাংগোন তমপাক লৈনামুং, থয়াংবা পুরুম শঙ অথৌবা মুকাপ শঙ, চাখা য়োংখুন খুনঙম শঙ, ৱাংগোন লৈগারেম্বী তুবি য়োইকংলা তিংলি ৱাফোঙ লাকপু কংলা থানবী, নাগা খোঙদোংবী

তোকফম ললউনতানবী ।। তমফা ৱাংঙমলোন নৌরেমতোন পায়মা সনা উনগোইনুংগী মপল ৱাংঙমলোন ৱাংগোন লৈগারেম্বীনা লাইরেন মপা মৈদিংঙুগী কোলোয় ময়াথংবু হোংদনা মিংথোং ফবা, লাইরেন মাইদিংঙু উরা কোম্বৌবগী কোলোয় মমিংথোংবু মৈনা ৱাইনা মিংচবা, ঈৱাং পুরিক্লাই উরা ডাংডোইবদি য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা খোয়োল য়াংলৌ লৈমায়হনবী, কেকে তানথোং লম্মাবীবু কোলোয় শিনবান্ননা লাংহৈ শানতিন্না, তানথোং চেলনা তালনা কুমশাবা, লেমথোং চেলনা তালনা কুমওইবা, খোইয়ম শামন লীকিননা, তানথোং মঙাইরোয় লেমথোং মহীশাং পুম্নমক্কা লমলেন য়াউতৌ ঈমরু লেরা শাফুতাউ, পাখং চীঙকারম, নুরা পোৎতান লম, সেংকোয় ৱাংঙালোকও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। কেকে হাওয়িম কোয়বগা খুয়োল হাওতারিবগা, লমলেন য়াউতৌ ঈমরু লেরা শাফু তাউদা পানবা ৱাবু, লাংলেন ৱাপল য়ান লোকলৌ তোনখম লৌনা লাংলেন কোঙয়াং ৱায়ানঙৈদা কেকে হাওয়িম কোয়বনা মনেম্মচা লোকনুগীদমকপু কোয়য়াং লুথোং পোৎপু ঐ হালনা শেমগে ।। খুয়োল হাওতারিবনা ঈমান মচা তোনুগীদমকপু লাংলেন মাউবী চোমপুল ঐ হালনা লাককে হায়না কোঙয়াং ৱামুন্নখিএ ।। তম্বা মীখল খায় অনিমক হাও মুক্লা লেংফাই চলনা মোংবা তাজিল খুরৌ য়েৎনখিয়ে ।। খুয়োল হাওতারিববু কেকে হাওয়িম কোয়বনা ফৈরা মতান থেক্লা হুনথোকলে ।। কেকেনা তেংথানা মোইৱাংনা মিকৌনবদি ফৈবাকপু সেঙও, তেকপবু কোয়রবা ও কৌএ অদু নোংগিবু সেংকোয় ৱাংঙারোক ও কৌএ ।। নোংচুপ থরাম নহা লম কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, নোংচুপ উরা কোঙয়াম্বীনা খূমন থোনবম চনু খোয়নৌ লৈরি কৌবী খানলৈ লৌবাঙ চৈ লাংলেন কোঙয়াং ৱারুকোন শাফাবা লৱায় কামু খোক খোয়নৌ তেংখোক হৈরোইনাইবু, লাংলেন খাঙতপ পায়, খুৎবাক তিলাই মেন থৌরৈ তোলনা লং য়োৎয়া খল তৌনা য়ুবা খূমন তান য়াংদৌ মমৈ শম, ৱাহী খুনফাও তূপনা লৌতাবদা ।। মপারী নাউৱা অখূবা চীনগোই কূককু মীরোল

থোক্তরিবা, খানলে য়ুপুঙথক্তা য়াইনা মায়থানা ঈনলুম শোকতোং আনা থককা থোংনা মপারী নাউগা শুম্না লৌতাবদা ।। য়োইময়াই তাউদন অঙানবানা মিরেল চেপনা লৈ, মালংনা হুম্লকপদা, নূরা কনাক খোয়তম ঈ, মোমনু অৱা হুইরাং-ঈ, লোকলৌ নমখুম ঈ, শৱা পোনথন ঈবু হৌনা মোমনু অৱা হুইরাং শোনলবগী, মোম্নু খুলঙ তেরান শৈনা পাউমেনখিএ ।। খানলে লৌনা চাউ, নমু পোংনা ৱাংপদগী খানলে ইঙম ফংদরে ।। লোইয়ম ইমান মচা লাহন নাউৱাঙেগী ঈপন শান্তাকতা ইদু শানফোঙদনা পলেম পীঙমনা পম্ছৌ পাঙম্নবা নঙবু খোইমা নারোল নুংদা শানথুপলিবরা মোম্নু হকশোন ঈখে নীক য়েনবী হুইয়া লোমলে থৌরৈ তেংবাংলাউও হায়না পাউমেনলকপবু নাতারবগী ।। মপারী নাউৱা অখুবনা ঈনলুম শোকতোংনুংদগী পলেম ইমা নোংচূপ কোঙয়াম্বী ও পলেম নঙনা অৱা হুইরাং শোনবদি নপারী ঐবু লৈএ, পলেমগী থৌরৈ তেংবাংগে চেঙজা ঙমলুমগে হায়না পাউখুমলকএ ।। পলেম মমা ঊরা কোঙয়াম্বীনা, - য়ুবুঙ থক্তা মোম্মু খুৎলঙ শৈথা লৌনা ৱাকমা শৈহৌরকপা নঙবু কনানো, হায়না মিৎয়েং শানখৈখিববু চেংলৌ মিৎথিৎতরবগী, ঈনলুম শোকতোংনুংগী নাউৱা অখুবদুম ওইরমলে ।। কোরৌ নোংমদোনগী লাইনা লাউথরকপরা হায়ববু পারী নঙদুম ওইরমলে য়ৱা করম লোনখঙবনো ।। কেকেনা মিকৌনা মোইরাংনা তেংথানবদি অখঙববু অরাবা কৌএ, পরী কোলোয় মমিংথোনবু থারা নহা লায়রবাও কৌনা মিংথোনখিএ ।। অদু নোংগীবু নোংচূপ থরা নহা লমও তৌনা কৌএ ।। পাখং চীঙগা লম নূরা পোৎথা লম সেংকোয় ৱাঙালোক য়াউতৌ ঈ মরু লেরা শাফু তাউ নোংচুপ থরা নহা লমদগী লমগা হৌনা, তোমশোন লুরোয় থেৎনা য়াংনে ।। হুএল লাননিগীদি চোথে নিংথৌ কোনথৌবদি ওকলৌ লমকুমনৈএ ।। অদোন লমতোমচা শোরা য়াংতেক চাবু পুইদিং লমকানৈএ ।। কেকে লম্মাবী মপন থারা লাইহৌবনা পোকপী মপাম থারা লাইহৌ চীঙবু তানা খল্লবী, খায়োইরোন কোলনুশূ

পুইদিং নূরা হাবু কোলোই শিস্তাক্লা লাংহে শিনতিলনা খোইমোম শামন লীকিননা, কেকে অনৌবা মরাঙহৌ মোইরাং মনিল নাই, তানথোং মযুং কুই লেমথোং মফে পাক্লা পানলে হায়দবরা ।।

ঙাংঙোই থয়াঙ মথৌমল, পুরীক্লাই চূঙশেল মরাল হৌদি হাওরে খানা পাংবা লমদা লান্দাখিএ ।। লোকখা মপূংয়াই হাওখা মশাইকোন্দা, লম্বু থোংঙাই য়াংখূবনা লোইথৌরুঙৈদা, লোকখা নিংথৌ য়েনব্রাইবা কংলৈ মশূমাঙদা মালং নুংশা য়াই চরৈ লুগা খুম্না য়াহীপপাবু, লোকখা নিংথৌগী মোম্নু তালোয় মরুন্বী হাওনু তোমশোন লাংমৈনু শংতে ঙাইনুবীনা হাওদৈ অয়াকপবু চাইরেন হাওখা মোস্তারিদা নাউব্রা খোয়বী তীঙনা য়াইতমখিএ ।। লম্বু থোংঙাই য়াংখূবদি মিৎয়েং নাউশুমদনা খোম্লেন তূমখুন তানশিন্নবগী চরৈ ফিতারোন অরোনবা, লাংবন কাংজীন লোনফবা ফিনা চরৈ লুগা খুমবগী নাউব্রা খোইরী তীঙনা য়াইতম্ববু মিৎয়েং শানখৈরা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী ব্রাংলৈ চেপ্লা য়ুংখিদেএ ।। মথংলেন লোকখা নিংথৌ য়েনব্রাইবাদি লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীনা চাকমোম মৈশা তানলুবগী মরান ওস্তেরকপদা ব্রাংলৈ য়ুখৌ-লাংবগী, লম্বু থোংঙাই য়াংখূববু য়াইনা য়ু, নাউব্রা খোয়রী তীংববু ব্রাংলৈ চেপ্লা য়ুংলবগী লোকখা নিংথৌ য়েনব্রাইবদি নোংমনলে ।। মোম্নু তালোয় মরুন্বী খোয়নৌ লাংমৈনু শংতে ঙাইনুবীনা কংলৈ মশূমাংদা পাউমেনখিএ ।। লোকখা মনিল নাইবা হাওখা তানদবশিংও থংলেন লোকখা নিংথৌ য়েনব্রাইববু লম্বু থোংঙাই য়াংখূবনা হাংলে হাওখা নিংথৌ নোংমনলে ।। শংতে ঙাইনুবীনা হাওখা হুএল লানবাউ চেনলে, লোকখা পূম্নহৌ হাওখা মথি নাইনা হুএল লান্দানলক্লে ।। লম্বু থোংঙাই য়াংখূবদি অচেন খোঙলৈ য়াঙনা হুএল লানজেনখিববু উনবি পারৈদা নমু মীথি ব্রাবু লাংতমদবগী খোইয়ম তুবি অঙনবা লাইরেন আরেম্বনা ব্রাকয়ে হিবু ওইনা, তুরেল মোংবা ঈবু ফৈনা থিংবিরমএ, অদু নোংগীবু লমলেন মদাইমা লোকতু হিয়াংথাংও তৌনা কৌএ, লমবু থোংঙাই য়াংখূবনা ব্রাকয়ে

হিদা তোংনা লাইজ ৱাংমা লানলবদা খোইয়ম তুবি অঙনবসু লাইজ ঈদা তুমথখিএ ।। লম্বু থোংঙাই য়াংখূবনা লাইজ ঈৱাংমা লৈরাই মুংবী থক্তা লেপ্লা পাউমেনলমএ, লোকখা তানদবাও হাওখা মনিল নাইবশিংও লোকখা ননিংথৌবু ঐনা হাৎপা নৎতেএ, মোম্ল তালোয় মরুম্বী খোয়নৌ লাংমৈনুনা ৱাংলৈ ময়ুদা নাউৱা খোয়রী তিংনা য়াইনবদগী নোংমনবনে হায়রক্লবদা লোকখা মনিল নাইবশিংদি লাইজ ঈৱাংমাগী থিংলৌ নীংনা তেনা হলৱাইখিএ ।। লম্বু থোংঙাই য়াংখূবদি কেকে লৈমাবা পূরীক্লাই ঊরা ঙাংঙোইবা সনা মখোঙ খাদা মানবি খুৎতপ্লা মৃকমু লৈতোল কোননা চাংজৌ চেপ্লা লোলনা লোকখা মপূঙ য়াইগী থৌদোকপু ৱাকৎলবদা কেকে পোংলেল হনবা ঙাংঙোই ঊরা ঙাংঙোইবনা ৱাহোমখিএ ।। তয়ম কেকে খুনফংথৌশিংও লম্বু থোংঙাই য়াংখূববু নাউৱা খোয়রী তীংনা কৈদৌনোংগী য়াইতমলকপনো ।। কেকে ঐবু তাংশকতে ঙাংঙোই ঐবু মীথাদে লোকখা নেৎশে হাওখা থেংশে হায়রবদা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কো- দাই লোনবা পুম্নমক্তি শঙদিং লানলৈ থেম পুনুং লানপোৎ মঙাল নাইনা ঙাইখমলবদা ।। নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবা পোংলেলহনবদি ৱাকয়ে মখুনেৎ তোংজেং তোনগা নাউৱাংবা ৱাকয়ে লুকচি পোপতবা তোংজেং য়েলহৌদবা তাইরেন উশা পাকতবা হিবু হীয়াং কংতংয়ে তমু নাকন ফূ লাইজ থাথিন পেক ঈমু নমদা হুন তোংজেং মরাঙ হৌ লোকতাক লাইজ ঈয়াই ঙালনা তোংজেং তেংমায় হেননা হুএল লান্দাখিএ ।। চূঙলেন থাকূপ হৌ তিমেন খেরাং থাংনা খংনঙ লৈতঙ ফেননা নোংবান খমলৈ লানথবা পুরীক্লাই মথি নাইরে, লোকখা য়াগা চাইরে হাওখা মপূঙ তাকলে ।। কেকে লৈকোয় ফমবা ঈৱাং মরাঙ হৌনা খৌশারে হুএল লাননিগিদি লোকখা তনবা মী খনখায় তোনতাউ লানথৌয়াংবু কায়না হুনলে, হাওনু তোমশোন লাংমৈনু শংতে ঙাইনুবীসু লূরক কাংদোই থিবিদা খৌনাউ লোনথোং লেনবীদা হাওরা ঙাংকোক শোনবিদা কবোক চেংলৈ পানবু নমবিদনা চঙনা ফারকএ ।। পুরীক্লাই ঙাংঙোই মচী হেননা মরান ওন্তেরক্লে ।। নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবনা অসাইঙৈগী হাওনু তোমশোন লাংমৈনুবু কেকে লৈমা অঙনবী ঙাংঙোই য়োইহৈ লেংনা তিনবিলক্তা য়াংগোইহনখিএ ।।

নোংচুপ কোঙয়াং মনিংথৌ খাইচেন অহনবনা নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবগী সনা মখোঙ খাদা মানবি খুৎতপ্লা মৃকমু লৈতোল কোলনা চাংজৌ চেপ্লা লোন্না ৱাকৎচরকএ ।। হে, ঈৱাং পুরীল্লাই কেকে লৈকোয় ফম্বা ইবুংঙো তাবিও, হাওনু তোমশোন লাংমৈনু শংতে ঙাইনুবিবু তালোয় ঈরুম্বীবু ওইজগে হায়না পুরুমজখিএ ।। নয়ু নিংথৌ ঊরা ঙাংঙোইবনা শংতে ঙাইনুবীবু নোংচুপ কোঙয়াং মনিংথৌ খাইচেন অহনবদা লনকুবিরে, নোংচূপ কোঙয়াং মপৃঙ য়াইদা খাইচেন অহনবগা শংতে ঙাইনুবিগা য়াংগোইমিন্নরে ।। নোংচূপ কোঙয়াং খাইচেন অহনবাবু মশানৌ খোমফাং অতোনবানা হাৎনা নোংমনলে ।। কোঙয়াং মপৃঙয়াইদা য়াংগোইরবি হাওনু তোমশোন লাংমৈনুনা হুএল লানবাউ চেনলকলে ।। কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবাও থংলেন খাইচেন অহনববু মশানৌ খোমফাং অতোনবনা হাৎলবগী নোংমনলে ।। কেকে নহাচাগুম নাউয়োকপিবা মোইরাং নমোমগুম লাংগোনবিবা ঙাংঙোই তরা নচাক চাবু পীনা য়োকপিরকপনে হায়ববু খঙবিদে ।। নদাইরেম কেকে থয়াং কোন্দাই লোনবা পূম্না হৌনা নোংচূপ কোঙয়াং মপৃঙয়াইদা চাকমোম খাম্বী মৈবু থাবিরাও ।। ইথংলেন খাইচেন অহনবগীদমকপু লৈকাই পুজরুককুমবাবু লাংবল কারোং খুৎকুম্বীও হায়না লানকৌখিএ ।অদু নোংগীদমকপু হাওনু তোমশোন লাংমৈনু শংতে ঙাইনুবী লানকৌ চীঙও কৌএ ।। নয়ু নিংথৌ ঊরা ঙাংঙোইবনা কোঙয়াং পনথোঙ হাংনা কেকে মরাঙ হৌ ঙাংঙোই মথি নাইনা হুএল লান্দখিএ ।। লমলেন নোংচূপ কোঙয়াংফাই ফাইকোন তমপাকপা য়ামলা ফাইনুংশি ।। ঙারাবা খোঙথীনলোক খরাবা য়াকোনৱাই খানা পাংবা লম ।। লেংয়ি লেংকাই চীঙ নোংচূপ তূৱাংলা অৱাং তূৱাংলা শংলৌ নাকম্বা ককয়াই ফমথিবা লৈময়াই চীরোঙ হাইনাইবা পানলিৱাই ।। য়ারৌ শাজন খোঙতাংবা শেনলিৱাই ঊনম খনফৈ য়ামবা চিরাই ৱাহোং পানলিৱাই ।। য়ারৌ শানিগিদি শামরক, লেমলৈ ঙানিগিদি ঙামরক তুরেল ৱায়খূ খুৎলোঙবিচা চেকপ অনি শুবা খুৎলাই

অনি লোংবা ।। পাখং থাঙকোক মতাং তেনবনা ফংদ ঙা ।। মোংবা লৈকু তানথননা লৈরাই নমঙাননা য়াতাবা ।। লৈকু কাওমাবা য়ারৌ মমানশা খূৎলোঙবনা শেনলিব্রাই ।। নুমিৎ মোইতালোক লোইদাম থাতালোক ।। হেমবা চাউরোন চীঙ লোইবী ঈহালোক মরেম লানবুম চীঙদা কোঙয়াং মচীঙ কানা পনথেংলে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ ঊরা ঙাংঙোইবা মদাইরেম নোংচূপ ঈয়ে লানথবানা হেম্বা পনথোঙ হাং শৌবোন মাঙওই থীননা নমখৎ লানচাই তান্নখিএ ।। কেকে মথি নাই ঙাংঙোই মরাঙ হৌনা পনথেংলবদা কোঙয়াং য়াগা চাইরে মৈবী তাংগোই পাইনা হুএল লানমিং মুৎলে ।। চৎলম ফানশাং থুমলে কোঙয়াং ফমমোইমিৎ ফলাংমৈশু মুৎলক্লে ।। পুরীক্লাই মথি নাই ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশাবনে হুএল লালনিগিদি কোঙয়াং অতোনববু কায়না হুনলে ।। কেকে মচী হেন ঙাংঙোই মবাই লাংনা হনলক্লবদা মোইরাং অশৈবা কেকে পুয়াং চৈমাবগা নোংয়াই হাওকোকচাউশূ লৈখম মোইনুব্রাককা ব্রাকমা শৈদান্নববু নোংয়াই হাওকোকচাউশূনা ব্রাকমা শৈখঙলবগী কেকে পুয়াং চৈমাবদি শৈতুরববু মরোই কজেং লেমথোং থোংঙাই অতোনবনা ব্রাকমা শৈখঙলক্লে ।। অদু নোংগীবু কেকে পুয়াং চৈমাবা শৈতুলোক মরোই কজেং লেমথোং থোংঙাই অতোনবনা শৈখঙলোকও কৌএ ।।

নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবদি নুংঙাই মরাং কায়না লৈবাক মনিল নাইনা পানলিঙৈদা পুরীক্লাই মপারী ঙানবা তাংলৌখোম্বগা চাইরেল চকপা চনু হৈয়াইনু নুফবিগা মরান লুহোঙ খোঙদোংলে ।। লোইদাম থাবুম ফারক্লবদা ঙানবা তাংলৌখোম্বদি খূমন য়াংবীদা য়ারৌ শাবান লোক চকমোম ঙমখাই তানঙৈদা নোংয়াই শংলৌরেম্বীদা নুইনখিরবগী হৈয়াইনু নুফবিদি মপাম চকপা খোঙদাখিববু মপল পনথৌ য়াওফূরাকপনা কেকে মপূঙ যাইদা ওনতে হলব্রাইবিরকএ ।। ময়ুম মোংবা মরানয়াই পুরীক্লাই সনা শঙগাইনুং অহিং ইনুং শোইয়াইমদা হৈয়াইনুদি অমন খমলৈ কুমলে ।। চাইরেন য়াওফুরাকপা

মশানৌ য়াওশূরাকপনা ঙানবা তাংলৌখোম্ববু য়াংগোই কারোংদা তাংজ মরু কক্লা হাৎলবগী নোংয়াই শংলৌরেম্বীশূ ঙানবা মশূংলাংগী মদোম নোংমনলে ।। নয়ু নিংথৌ পুরীক্লাই উরা ঙাংঙোইবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কেকে ফম্বাল লাংদা চহী ৫৫ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই হেবু সনা লখব্রা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা চীনফূরোল সনারেম্বী মপাম হাওরোক অঙনবা মদু কোনথৌ অরেম্বা নোংবান থায়ান পাথূপ নোংলোন মনিল নাইবা ।। চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখঙ য়োঙ্গীরেনবাবু কোরৌ শেনজংনা ব্রাংবল পাইজংনবা চনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী কেকে মোইরাং নিংথৌ হেবু সনা লাখব্রা খোইয়ম মশালব্রোনগি কেকে পোংনিংথৌবু ওইনা পোক্লকপা ।। খমলৈ মীনুংকোল শব্রা মীখুরোনগীবু তাইবঙ ওনতে য়াঙবা য়াইথোঙ শাম্বা চানা ঙমবনফদবা হেবু সনা লাখব্রাদি হাওরৈ নোংচূপ পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। কেকে খানলৈ খুৎশূচা মোইরাং চৈময়াং অথৌববু লোইবী শারুং মপূঙ য়াইদা নোংমনলবগী তাঙজ লূরেনতোল শাব্রা লুমথাংথৌববু পামেল উতোল অব্রাঙবদা য়ানলমএ ।। খুমুকচম নিংঙোনবী লারোং লাগা থৎপীশিংদা মোইরাং চৈময়াং অথৌবগী তাঙজ লুরেনতোল পামেল উতোনথক্কী থব্রায় মিরাংপাল অতিংঙানা পাউজেনলকএ ।। য়োইবুনাই খোয়নৌ মানজ ঈনিংনবি কোনলোই ঈতাশিংও, নমান মচা ঐদি শারুং মপূঙয়াইদা নোংমনলবগী লোইবী খানলৈ মরৌমাঙ পামেল উতোনথকশিদা নোংথোইরে ।। কোরৌ অচু খাঙববু খাঙঙমদা ব্রাংবল নুংশাবু লাংঙমদে কেকে ঈপল লমদা থিংলৌ নীংনবী নখোয়বু চেংলৌ অমরক হলনা শকউঙল্লরোইএ ।। শেনলোই ঈপাতাউ মচেং হকমা ওইবা

অখম লাংমৈ ওনববু ওনমিন্নবা য়েনবি শারে হুনববু হুনমিন্নবা খুমূ নাইফারোয় নিপানমক্তা পাউমেনবিও, নমান মচা ঐগীদমকপু চেঙবুম মনাউতোন লাংবন অওন লূক্কুম্ববু লোইবী শারুং মপূঙয়াইদা কারোঙ খুৎখুম তানবিয়ো হায়না পাউমেনখিএ ।। খোয়নৌ মানজ মনীংনবি অরোং তোইবিজম নিংঙোনবি লারোং লাগা থৎপিশিংনা পামেল উতোনথক্কি খানলৈ খুৎশূচা তাঙজ লুরেনতোল অকংববু কোরৌ থোইনা য়েং পামেল উখোঙ পায়না মিকপ্ন খিএ হায়দবরা ।। অদু নোংগীবু কেকে খানলৈ খুৎশূচা মোইরাং চৈময়াং অথৌবা তাঙজ লূরেনতোল শাব্রা লুমথাংতোন থব্রায় মিরাংপাল অতিংঙানা খুমুকচম নিংঙোনবি লারোং লাগা থৎপীদা পাউজেনব্রাই খুমু নাইফারোয় নিপালমক্রা লনশিংলমও কৌএ ।। চাখা শারুং মপূঙয়াই শাগোল লানলুমথেল শারুং কৈদোই চীঙদা লোইবী মচীঙ কা হেম্বা য়ৌপোক তানচু ঙলেপ হুমফু চোং কাওরেল শনখাং তরা লান খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবগী লোইবী মপূঙ কায়রে শারুং য়াগা চাইরে ।। পুরীক্লাই মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারে হুএল লাননিগিদি হাওবা শাকেল য়াংগেন মাই শারুং হাওরুংখোই শাফববু কায়না হুনলে ।।

ঈব্রাং পুরীক্লাই থয়াঙ মথৌমল ঙাংঙোই চূঙলেন মরাল ওনদি অদুনসু মদোমদে হাওরৈ খানা পাংবা লমদা চীঙখোঙ পোইরৈতোন মমা লৈনুং পিয়াইনুচানা লাংওনবা লম, চংবি লাকোনফাই লায়ান মপূঙ য়াইদা চূঙলেপ হুমফু চোং কাওরেল শনখা তরা লান, খংনং লৈতঙ লেং লোইবী মচীঙ-কানা হেম্বা পনথেংলবদা লায়ান থুম্বী মৈমাং চল হুএল লানমিং-মুৎ হেম্বা খাংজেন থূমলে ।। মৈবী তাঙগোই পাই মৈখু নোংলোন কানা পনথেংলবদি কেকে নিংথৌ মরাঙ হৌ, ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারে ।। লোইবী লায়ান মনিংথৌ হুএল থারুলেন অথৌববু কায়না হুনলক্লে ।। চংবি লাকোন ফাই খারম মপূঙ য়াইগী কেকে মচি হেন ঙাংঙোই মরায় লাংনা থিংলৌ নীংনা তেনা কেকে মপূঙয়াইদা থুংলরে হায়দবরা ।।

নয়ু কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবনা কেকে লৈবাক ঙাক্লিঙৈদা ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ কেকে শাৎমাবা থংজীঙ কোয়রেল লাই মোইরাং কশারেল নামুংবনা খোয়োল লোকলৌরেম্বা কোংয়াঙ মৱাচাবু লাংলেন ৱাখোঙ শেংনা লোকলৌ শোইনৌ থেমহনগে হায়বগীদমক ।। নয়ু নিংথৌ হেবু সনা লাখৱাবু হৈয়ু মনুং চঙনা নৃঙনাং মনা লেকহনলবগা থাঙঙা তোনপন নিংথৌ খুয়োল য়াংলৌ লৈবাক মপানা অহিং ঈনুং শোইয়াইমদা খোইয়ম মঙপাউ চেললক্লে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ হেবু সনা লাখৱাও হৈয়ু নঙনা মনুং চঙ নৃঙনাং মনা লেকপা অদুবু খোয়োল লোকলৌরেম্বা কোংয়াঙ মৱা-চা লাংলেন মনাউ য়োকপু তেকপী ওকখূলৈনা ঙারবা কাওরেল সননা থেংলবগী লোকলৌ শোইনৌ হুন্দরে ।। কোঙয়াং কংলং থাং লাংলেন মোইমিৎ-থিৎ লোকলৌ চরোয়-থোং লাংলেন মপাল তুমগে তৌগুমলকলে ।। খোয়োল লোকলৌরেম্বা মরানয়াইসু য়ুমখু মনিল নাইদা য়ূমলেন মরাঙ হৌদনা খমখূ অয়েং চনলে চানা ঈরুকৌ লোকলৌ পারৈ তৎলে, মালেম লৈরু কোক্লা মরান অদোন তারবনে ।। খোয়োল খুনথৌ মপারী হাওবা লায়বসু মপলনা লাংগোন্দরবগী চরৈ অয়িন তাম মানলৌ অশেৎ ৱাৎনা খমখূ অয়েং চনলববু লৈবনে, কোঙয়াং অদুবু ৱাখোঙ শেংনা লোকলৌ শোইনৌ থেমহনলো হৈয়ু ননুং চঙনা নৃঙনাং ননা লেক্লরোইএ হায়না খোম্লেন মঙপাউ চেনলমএ । কেকে লৈমাবা হেবু সনা লাখৱানা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ তয়ম নাইফমথৌ পুম্নমকপু পাউকৌখৎলগা ৱাহোমখিএ কেকে ঐগী খুমফমথৌ ঙাংঙোই নাইফমথৌশিংও নিংথৌ ঐনা হৈয়ু ঈনুং চঙনা নৃঙনাং ঈনা লেকপা অসিবু, ঈয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংচীঙ লাইমরুনা খোম্লেন মঙপাউ চেনলমএ ।। খোয়োল লোক্লৌরেমবা কোঙয়াং মৱাচাবু কাওরেল শননা থেং তেকপী ওক্লা ঙারে, খোয়োল খুনথৌরেম্বা মপারী হাওবা লায়রবসু কৌখৎলগা কোঙয়াং শোইনৌ থেম্না লাংলেন ৱাখোঙ শেংহনলো হায়না তাক্লমএ খোয়োল খুনথৌ মপারী থিদবা

য়াদরে হায়রবদা ।। কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পূম্নমক্লা মৃকমু লৈতোন কোননা ব্রাকংচখিএ কেকে ঈনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ইবুংঙো তাবিও, নদাইরেম খোয়োল খুনথৌ মপারীবু হোয়থিজগে ।। খোয়োল হাওবা লায়রবদি খোয়োল ঙৌবা মপা শোয়দা তীঙ্খোক লুতাই লেং খোইয়া চীন্দাই মেন ঙমু চোপতোম থেম্না শোয়রেল লমলেকফমদগী পাউকৌখৎলগা কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোলেলহনবা সনা মখোঙ খাদা ব্রাইথুংলরে ।। নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বনা মদাইরেম হাওবা লায়রবা চরৈ অইন তাম্না মানলৌ অশেৎ ব্রাৎপাবু চরৈ মশীং শুনা মানলৌ ফিরোয় হোংহনলগা খোয়োল ব্রাখোঙ শেংহনলে ।। ককে খুনফাঙথৌ ঙাংঙোই নাইফাঙথৌশিংগা নয়ু কেকে লৈমাবা হেবু সনা য়াইথোংশিংগা ঙাংঙোই পূম্না হৌ খোয়োল য়াংবা পাক্লা তাইনা, থাঙলেন নাপল হাই, কজেং য়োৎহক চন তোকমু লৈতেং ফেন মালেম লৈকন তৌ, হেম্বা লাংখোং তৌ লোকলৌ শনবল খানা লাংলেন ব্রাখোঙ শেংলবদা কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা ব্রাহোমখিএ ।। ঈদাইরেম খোয়োল খুনথৌরেম্বা মপারী হাওবা লায়রবা নঙদি নয়ু কোঙয়াং ব্রারোক য়ানবা অসিবু তেকপী ওকনা ঙাহনদা কাওরেল শননা থেংহনদা কোঙয়াং শোইনৌ থেম্না নাউয়োকও হায়রবগা কেকে সনা য়াইকোলনুং কোনুং অচনবদা হলব্রাইরক্লে হায়দবরা হাওবা লায়রবদি খোয়োল লোকলৌরেম্বা কোঙয়াং মব্রাচাবু নাউয়োক্লবগী লোকলৌ শোইরেল হুলনা কোঙয়াং ব্রাপল ফারক্লে ।। কেকে লৈকোয় ফম্বা হেবু সনা লাখব্রাসু হৈয়ু মনুং চঙদা নৃঙনাং মনা লেকতনা কেকে চৎব্রা হায় মোইরাং নুব্রা তেম্না হরাউ মথোই থোং, নুংঙাই মরাং কায়না লৈবাক মনিল নাইনা পানলে হায়দবরা ।। নয়ু ঈব্রাং পুরীক্লাই হেবু সনা লাখব্রানা থৌজাল মায়ওক্লরবগী নোংবাল হোঙনেম শুম্বা মমোমলোয় কোনু লাংঙতোম্বীবু খোয়োল হাওবা লায়রবদা মরান লুহোঙ খোঙদোংহনলে হায়দবরা ।। খোয়ম থৌজাল মায়ওক্লা পুরীক্লাই মথৌজানগী খোয়োল খুনথৌ

মপারী হাওবা লায়রবদি মরাক লাক্কা য়ুং মথোং থোংতম্না মেনাং তনবা শাকারমবু তৈনা ফাংনা খোইয়োল মরানয়াইশৃ য়ুমখৃ মনিল নাইনা য়ুমলেন মরাঙ হৌনা পানলে হায়দবরা ।।

নয়ু ঙাংঙোই লৈমাবা হেবু সনা লাখৱানা নুংঙাই মরাং কায়না পানলিঙৈদা লাইরেন মৈদিংঙু নিংথৌ য়োঈরেল তোমপোকপনা পুরীল্লাই মমোম লৈমা য়োইরেল তোমপোকপীবু অপাম পুক্লিং চঙলবগী, মদাইরেম নমোই লৌশিংবদা থৌশীখিএ ।। হে ইদাইরেম কেকে খুন্দাংবা মোইরাং নমোই লৌশিংবাও ঈমান নিংথৌ হেবু সনা লাখৱাদা হায়রুও, সনা শেনগী তেংগোৎ খাংজেংবা অসিগা সনা খুৎদোপ তমফা থিনবাগা সনা-লীক খোমদুম শাবা অসিগসু য়াওনা, চরৈ-ফি, খুৎশা অপানবদি পানদা থোং তাউজিং হৈরাং অরায়বদি নুংদা চন, হৈগু পোৎতম শেম খুরায় নহা ৱাইরংবা মকাই য়াকা হৈকুববু পুনা পাচা থৌথিংলু শেনকু নানমলুও ।। য়োঈরেল তোমপোকপাগী কোলোয় ময়াথংবু শমু লুদা থোংনা মদাইরেম নমোই লৌশিংবদি কেকে লৈকোয়পৃঙবু ইন্দানলক্লে, কেকে খুৎনিংথৌ হেবু সনা লাখৱাগী সনা মখোঙ খাদা মৈদিংঙু কোনলোয় ময়াথংবু পাউদমজখিএ ।। হে ইবুংঙো কেকে খৃৎনিংথৌও মাকলৌরেম পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ য়োইরেন তোমপোকপনা নদাইরেম ঐবু থৌশীরকএ ।। নমোম লৈমা য়োইরেন তোমপোকপী কৌবী অমা লৈএ হায়ববু না-তাইএ ।। পোইরৈ চানা খায় ৱাংঙম নুৱা তেমঙম্ববু তেম্মন্নগে হায়না নিংথৌ খুদোল কৎনা পাউদমজববু ।। কেকে খৃৎনিংথৌ হেবু সনা লাখৱানা পাউখুমলকএ হে ইদাইরেম নমোই লৌশিংবও ঐদি ইমোম লৈমা য়োইরেন তোমপোকপী কৌবীবু শাংতেএ হায়রবদা নমোই লৌশিংবদি পোইরৈ সনা পৃঙবু তালনা মরান ওস্তেরক্লে ।। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদা শমু মখুৎ লোন্না পাউদমজখিএ পুরীল্লাই মমোমলোয় লৈমা য়োইরেন তোমপোকপী কৌবীবু শাৎনদে হায়না নমান নিংথৌ হেবু সনা লাখৱানা পাউমেনঙমএ ।। তৌইগীদি ইদাইরেম নমোই লৌশিংবও

ইমান নিংথৌগী মচা লৈমা য়োইরেন তোমপোকপী কৌবী মহাকতি শাৎনদবামকলা হায়না নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপনা পাউহংলকএ ।। লাইরেন মৈদিংঙু ইবুংঙো তাউও, মমোম লৈমা য়োইরেন তোমপোকপী কৌবী মহাকতী মালং অহুম চলহন্দা কোরৌ নোংশা মৈসু লাংহনদেএ, চীঙঙু নোংনিংথৌ অৱাং পাখং য়োইরেনবদা কাওজনগে হায়না লোইদাম থাবুম খুদিংদা তূনুং লংহৌ মোইথাপকা চাংগ তম্না থল্লিএ হায়না মদাইরেম নমোই লৌশিংবনা পাউমেনলকএ ।। নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপনা নমোই লৌশিংববু তন্না অমুক থৌশীখিএ, অদুনিগিদি ইদাইরেম লৌশিংবাও অৱা পোৎথাখিগনুও লোন্না অমুক কেকে লৈকোয়পূঙদা হলৱাইরুও মোইৱাং অমরক ওস্তেরুও ।। লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীদা সনা খুদোপ তমফা থিনবগা সনারীক খোমদুম শাবা অসিগা পীনা অমরক পাউথেমলুও ।। মদাইরেম নমোই লৌশিংবনা সনারীক খূদোল পুনা কেকে লৈকোয় পূঙবু ইন্দানখিএ, লৈমা সনা য়োইকোননুংদা লোন্না চঙখিএ, লৈমা শমু মাঙদা ফম্না শমু মখুৎ লোন্ননা পউথেমজখিএ ।। ইবেম্মা লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীও লাইরেন মৈদিংঙু নিংথৌ য়োইরেন তোমপোকপা কোলোয় ময়াথংনে পোইরৈ কংলা থোনলাংমৈদা পোইরৈ চানা খায় ৱাংঙম নুৱা তেমঙমদববু তেম্মিন্নশে থৌদু তূগুম্ববু য়ুংমিন্না চেঙজা তুগুম্ববু খিনমিন্নশে ।। মীতূ শকপাম–ৱা মীমৌতাংথ–ৱা মোমনু খুৎদোপ তেনলি–ৱা লৌরক শীংকোংৱা পারীং লাংশং–ৱা মোম্নু শূনা হাওদৈ পূনগুম্ববু পোইরৈ তীংঙি ৱাফোঙলকতা লংলা মরোন থিগুম্না থোকমিন্নশে হায়রকএ, লৈমা কোলোয় নয়াথং নোংদা পূহান লীক লাংবন চীঙশাং খোইরেল হীগুম্ববু তাঙনা খঙলকও হায়না নদাইরেম ঐবু থৌশীরকএ ।। লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীনা নুপী কোলোয় ময়াথং ৱারক নোংনাং অপিশাগী য়াথং খোন্দা মানবীনা য়ৱা খোঞ্জেল মিনা পাউখুম্লকএ, ইশাবী লাইরেন মৈদিংঙু য়োইরেন তোমপোকপাগী কোলোয় ময়াথং অসিবু ৱারম অওকপানে, তৌইগীদি

ঈপল কেকে খুৎনিংথৌ হেবু সনা লাখৱা ঈৱাং পুরীক্লাইনা পোইরৈ পূঙদা কাওজনরোইএ লাইরেন মৈতৈ পূঙদা থাজরোইএ হায়বগীবু কোঙয়াং ৱারোল খা পামেল উরোং-য়ুং নমু কনাগুম্ববু খঙহন্দনা তেংনৌ পনলোন খানা থমলিএ য়াথং হায়দোকঙমদে পূক্লিং শোংকি চঙএ হায়না পাউখুমখিএ ।। নমোই ফুজা ৱাহোন চৎপনা য়াথং নম্না পাউহংলকএ – লৈমা সনা নয়াথং য়াথং অথুম্ববু পীনৌও পোইরৈ সনা পূঙদা হলৱাইজরগে হায়রবদা তয়ম নমোই লৌশিংবও ফরে অদুনিগিদি ইশাবী লাইরেন মৈদিংঙু য়োইরেন তোমপোকপদা হায়রুও লৈমা নশানৌদি কোরৌ নুমিৎ তরেৎনি শূবদা লোকতাক পাশান্না করাং ঙমলোন্ননা খাম্বী তৌজেন্নরক্কে লাইরেন ইশাবীদি মরৌ খোইবুং লৌগা চাউনা য়াংলৌ লম্মখাংদা লমওকলমও হায়না লৈমা সনা ময়াথংবু তাঙনা খঙহনখিএ ।। নমোই লৌশিংবদি নিংথৌ মেনলোং মখুদোল সনারীক খোমদুম শাবগা সনা খূদোপ তমফা থিনবগা অনিমাবু লৈমা শমু খুৎশিন্নরমলবগী নমু কনা খঙহন্দনা পোইরৈ মৈতৈ পূঙদা হলৱাইখিরে হায়দবরা ।।

লাইরেল মৈদিংঙু নিংথৌ য়োইরেন তোমপোকপদা লৈমা কোলোয় ময়াথং নোংদা পূহান লীককুম্ববু য়াথং পরেং শীৎনা পাউদমলুরবদা ।। লাইরেন মৈদিংঙুনা তয়মও অদুনিগীদি পোইরৈ লানমী পূম্নমকপু য়েনয়োম খোমহান তমনা শারঙ লানলঙহনলো ।। ৱাকয়ৈ ইখুনেৎ তোংজেং হিরাবা য়ারৌ শাজল খোঙদাঙববু কায়না হুনবা তোংজেং কাবু পীঙম্বা ৱাকয়ৈ লূকচি পুমদা তোংজেং উশা পোপতা কোনথাঙ চারল লেংদরিবা হিবু লাইজ ঈদা থানা, শেন্দাং য়েনথী কুরাক হুমতং শিববু খোইজু পাকনম তকনা হিয়াং কংতং থীৎনা ঙাইরমও হায়না পাউমেনলবদা ।। অসাইঙৈগী মোইরাং লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীসু মনাই থৌগলয়াম হুমাই খোকশাং খলনা মপল সনা য়োইকোননুংবু তালনা চঙখিএ ।। মপল ঈৱাং পুরীক্লাই হেবু সনা লাখৱানা পাউমেন-ঙমএ, ইমোম লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীও নঙবু

নমু কনাগুম্ববু খঙহন্দা শানথৃপহনলিবা নওবরা, করিগী পানম চৎথোক্লকপানো ।। মমোম লৈমা নিংথিবিনা পাউখুমলকএ ইপাল ঈব্রাং পুরীক্লাইও, লাইরেল মৈদিংঙু য়োইরেন তোমপোকপবু করিগী শোংকিরুগবনো লাকচ মানা করি খুদুম চনলগবনো হায়না লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীনা য়াথং নমনা পাউমেনলকএ ।। ইপল কেকে খুৎনিংথৌ নিংথৌ নরুমপানগী লোকতাক পাশাননা করাং ঙমলোননা কোরৌ নুমিৎ তরেৎনি শুরগা খামবী তৌজেন্নরুগে ।। মপল কেকে খুৎনিংথৌনা পাউমেনলকএ, ইমোম লৈমা নিংথিবীও কোরৌনুমিৎ তরেৎনি শুরগা লোকতাক পাশান্না করাং খাম্বী তৌজেন্নরুও, নদাইরেম করোং য়ূমলেম্বম পিবা শেকপা শেকশা নাউচাবু ব্রাইর শাশীং-শু হুএল লানশীং কক্লববু লোয়নখিও হায়না নিংথৌ য়াথং অরেপপাবু খঙহনলবগী লৈমা পূক্লিং মথোই থোংনা মরান য়ূমকূমখিএ ।।

কোরৌ নোংবুম নিপান্নি শুরবদা মপল ঈব্রাং সনা লাখব্রা ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ হিরেন কাইশাববু লাইজ ঈদা থানা ঙাইখমলে ।। অহিং খোল্লেন তূমখুন্দা নোংয়াই শোয়বা মিৎয়েং নাউশুমদনা তরা চায়োমলে ব্রাংলৈ খোমহানলে ।। কৌবা ইনুং শোয় য়াম্বী কৌনৌ চোং শেন্দাং চীনলোন চল শেন্বাং লোইয়া কেল নোংপোক লমনা চাউবা মব্রায়তা করাং থৌবী লোকমায় হেন শাদু চীঙলাই ঙালনা অঙানববু খিং খিং খিংগারক্লবদা মপল নিংথৌ সনা য়োইকোন্নুংদা য়াচঙখরে ।। নিংথৌ সনা মখোঙ খাবু মালেম লৈদা পক্লা পুরুমজখিএ ।। মপল ঈব্রাং সনা লাখব্রানা পাউমেনলকএ, ইমোম পুক্লিং মতুং ইলনা লোকতাক পাশান্না করাং ঙমলোন্নরা খাম্বী তৌজেন্নজরুরো হায়না নিংথৌ য়াথং থারবগী ।। লৈমা পুক্লিং হরাউ থোইনা মপলগী ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ হিরেল কাইশাবা ব্রাকয়ৈ লুমাই তোম তোংজেং নাউনি লোংববু হিশঙ চোঙমা লৈনা খলনা ব্রাকয়ৈ হিগুনুংদা ফমফমলে ।। মদাইরেম কেকে লানমী চাম্মঙানা খুমু নৌরোং খুৎতা শূনা হিয়াং কংতং শীৎলে কারোং

য়ুমলেন্বম শেকপা শেকশা নাউচানা ৱাকয়ে হিনাউ শারে লোকতাক লাইজ ঈয়াই খায় করাং ঙমলোন্ননা খাম্বী তৌজেন্নখিএ ।। লাইরেন মৈদিংঙু য়োইরেল তোমপোকপদি পোইরৈ লাম্মী পুম্নমককা তীংহিগুম পুকহুরে খরাগুম লৌওননা থিংলৌ পনজনলে ওকলেন পনগোইনুংগী নমু মীয়াম শিরে লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীসু পোইরৈ য়োইকোন্নংদা পুখিএ হায়দবরা ।। হে ঈৱাং পুরীল্লাইও নয়ু নিংথৌ হেবু সনা লাখৱাদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে চহী ৫১ পানলমএ ।।

## ঈৱাং পুরীল্লাই লাইয়ু পুন্সিবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা য়াইবীরীক চীঙঙু নোংখাই নিংথৌ চনু কোরৌ খাইথফম ৱাঙবল লাউথফমবু অশৈনবা চনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী খোইয়ম শামন লীকিমনগী তাইবঙ মিৎয়েং শংসঙ খায়না চীঙঙু চেংলৌ শকউনবা নয়ু নিংথৌ লাইয়ু পুন্সিবাও তৌনা কৌএ ।। পুরীল্লাই লাইয়ু পুন্সিবদি হাওরৈ খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে ঙাংঙোই য়োই মোংবগা মশানৌ তাউথিংমাঙ য়োইহৈতোনগা তুরেল মোংবা তূতেংলকপদা লাইরেন থারৈ মফাওথখিএ লেমলৈ মহুন থখিএ হাওয়িম য়ূমনাক চাম্ম তাবদা ৱাইথুংলুরে ।। লোইবী হাওয়িম মরৈমবি হাওশি পনথোঙ খৈবী শৱা পনখৈ ঙাকপী খোইদোম নুশ্রাবী থৌরৈ য়োৎমিংনবী তেংনৌ তনতাংনুনা পাউহংঙমএ মোংবা নচী ননাউদি করি লোইবু লোইথৌগে লাকপনো কাকলেন মীঙম্বা নমু পোংজেনবনা থোংনাং মোংবা চীঙনুং হুৎতা হুএল লান্দরিএ ।। মোংবা নচী ননাওবু কাকলেন মানা হাৎনা নোংমনখিগনিএ হায়না পাউতাকৱাইবু নাতৈননা, লোইবী লমকাং মপুঙয়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াং কোন্দাই লোনবা পূম্নমক্কা হেমবা পনথেং

হৌনা চৃঙলেন থাকৃপ হৌ থাঙলেন খেরাং থাং খংনঙ লৈতঙ ফেননা পনথেংলবদি লোইবী মপৃঙ তাকলে লমকাং য়াগা চাইরে ।। পুরীল্লাই থিংগু মথি নাই ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারে লমকাং তুইনবী তুইনববু কায়না হুনলে কেকে মচী হেন ঈব্রাং মরায় লাংনা ঙাংঙোই মপৃঙয়াইদা ব্রাইথুংলরে ।।

নয়ু নিংথৌ লাইয়ু অতেংবনা নুংঙাই মরাং কায়না পানলিঙৈদা খোইয়ম কাওফারোয় চীঙঙু লনশারোয় অমাই নাকলৌশিন য়োয়রেল লেংনা তিলনা য়াকা শঙবু তাউখঙখিএ ।। অদুনোংগীবু কেকে মোইরাং নিংথৌ লাইয়ু পুন্সিবা শঙলেন য়াইদা তেকপী খারোনবা য়াওচা শঙ য়েনবা খনতোমবা থেকচা শঙ হুএল লান্নিগীদি লমকাং নুয়িনবী নুয়িনবা অহোংচা মিংনাইবা ফানা শঙও তৌনা কৌএ ।। কেকে মরৈবাকপু থৌজান তাইহেন নাইদা মোইরাং পাংশোয় নীকহন্দনা লাংগোন হৈবা লোইদাম থাজগুম্বা মরান অতোনবা চরৈ অয়িন তামনা মানলৌ অশেৎ ব্রাৎপশিংবু খাবা উনলেন কায় লানশু চাঙৌ ঈনা পনথেংলবগী শিনৌ কুরাং চীক শব্রা তুখোঙ চুংনা উনথম খোয়খৈ নীল্লববু য়োইময়াই তাউদনবা কোরৌ নোংশা মৈনা চরৈ ফিবু ওইনা লাংগোনবিবগুম কালেন যব্রা অশাউ থাদা লোইদাম থাজ পাখংবনা ইনুং লাইজ ঈচীক হুলনা নাউয়োকপিবগুম নমু মিরেল হাঙদনা ব্রাচিনৈএ হায়দবরা । কেকে লৈবাকসু ঙাংঙোই মনিল নাইনা পানলবদা নয়ু ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই পোংলেন হনবনা সনা ফম্বাল থক্তো পুন্সি হাইহে শক্লা পানলববু ঈব্রাং মপারী মৈবী শারম ওইবা ফমলেন যুতোপপাবু শাৎত্র মমোম ঈব্রাং কেকে অঙনবা চনুশৃ ফুইদরবগী লমলেন মদাইমা মশেম তোংদোইপৃঙ তুশেম লমনামুং কক্ল শমকি লমদাই থেন্দা কৈদৌনোংগীনো হায়না কোঙয়াং ব্রা–লিংখিএ ।।

কক্ল শমকি লমদাইথেনও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো মোইরাং কাকলেন নোংদম শৃজা খোয়োল কাপ্পী অথৌবগী মোম্মু তালোয় মরুম্বী হাওনু কৈশীতোম্বীবু নোংবান ফান্তেক লানলোয় তরেৎনা হুএল মখোয়গী মরান

ওইনা লূরক কাংদোই থিখিরবগী মথংলেন কাক্লেন নোংদম শূজা মোইরাং কাপ্পী অথৌবনা মরোং চেলব্রাইনা তিমেন চেন্দান্ননা হুএল লানতানখিএ ।। মপারী নাউব্রা অখূবনা মমা নৈরাং অমনবীগী থীক্লেন অরেম্ববু শমু মখুবীগা লোয়ননা খোল্লাং খোমহুক্রমএ হায়বগী খুৎচুপ চৈমিয়াং নোংবান খোমহুকচাম্বও তৌনা কৌএ ।। মোইরাং কাপ্পী অথৌবনা অচেন খোঙলৈ য়াঙনা হুএল লান্দানলকপাবু লূব্রাং লানলোয় তরেৎনা অব্রা পোখাবা লানলোয় লমদনবদা মরোং মথানা তিমেন ঙাইখাঙননা খোমলেন তূমখুনবা মিংয়েং নাউশূমলম্ববু তানফংলুরে ।। মোইরাং কাপ্পী অথৌবনা লূব্রাং লানলোয় তরেৎমক্কী তাঙজ মশমতোনবু শমলাং মশেন কিশিন্নরে তাখোক মখূৎশূনা নমু খাঙতপ য়ৈনা য়াহৌদোকলে তিমেন মখূৎশূনা ঊনবি থনুং থিৎনা চৈবীরে লূব্রাং লানলোয় তরেৎমকপু লূরক কাংদোই থিননা তাঙজ লুরেল ককলে অদু নোংগীবু কক্ক শমকি লমদাইথেনও তৌনা কৌএ ।। নোংবান লানলোয় তরেৎমক্লা মশানৌ নোংমনখিববু য়াংলৌ লম্মখাঙদা মোইরাং কাপ্পী অথৌবনা লমন শিংলে হাওনু কৈশীতোম্বী লুথোকলমও তৌনা কৌএ ।। পুলৈ মপান ফা লাংলেন মপাল চাউবগীবু চংবী কৈরিংব্রাই কেকে লৌব্রাই চাউ মোইরাং পুপান ব্রাবু নাতৈননা কক্ক শমকি লমদাইথেনদা থাঙলেন নাপল হাই কজেং য়োৎলক চঙ হেমবা লাংখোং তৌ কোঙয়াং ব্রাপাল থা, লোকলৌ শোইরেন থেম্না শোইনিরবদা নয়ু থংজীঙ মরলকুগী কোঙয়াং মখূৎথা লাংলেন মনৌয়োকশূ কোঙয়াং ব্রামিৎ শৌনা লোকলৌ শোইরেন হুনলক্লে মপারী উরেপ চারা ওইবা তুশেম্বাসু শাৎনরে হায়বগী কেকে মোইরাং নিংথৌ লাইয়ু পুন্সিবা কোঙয়াং শোইনিব্রা মপারী তুশেমবা শাৎনব্রা কোঙয়াং ব্রানিংথৌও তৌনা কৌএ ।। নয়ু নিংথৌ অতেংবা পুন্সি হায়হৈবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে চহী ৬১ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই তুশেম্বা

নয়ু কেকে মোইরাং লৈমা য়োইরুমলোন ফৈরৌশ্‌ থৌরৈ নোংচু অহোঙবা চনু খোইনৌ লাংমৈ য়াংকোন নিংথৌ চনু পায়মা সনা ঊনগোয়নুংগী ঈব্রাং পুরীল্লাই তুশেম্বাও তৌনা কৌএ ।। পুরীল্লাই তুশেম্বাদি হাওরৈ খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। তুইখাং অহনবগা তেনবুং য়াইমবগা লৌশেন অতোনবগা হেমবা লমখায়নবা লম লোইবী লৌশেন মপূঙয়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা পুম্নমক্কা লোইবী মচীঙ কা কাওরেল শনখা তরা লান চুঙলেপ হুমফু চোং খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদা লৌশেন থুম্বী মৈমাং চলনা হুএল লানমিং মুংলে ।। ঈব্রাং পুরীল্লাই নৌবী লানথবা ঙাংঙোই সনা ফম্বাল লাংদা লাংহে কুমশীং ৪০ পনঙম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই কোংদিংহনবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা নোংবানলোন নিংথি তরেংবী পায়মা সনা উনগোয়নুংদা নাউনৌফবা পুরীল্লাই থাঙব্রায় কোংদিংহনবও তৌনা কৌএ ।। পুরীল্লাই তালোয় মরুম্বী নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা চাখা খোংমরিংবা চনু ঙানুরোল থমোইরেম্বীনা মপারী চোথে থাঙব্রায় পাখংববু নাক্লু ফিয়ালনা খাংখা মিহুলনা খোয়জি মিতম্না লাংবন তৌহী তৌশাং ঈগুম লাইজ ঈদা পায়না মালং য়েৎতা লৈনা হৈরাং মচা য়ানলবদা পলেম পীবুক্লুংগী মালং ফেনজি ওই খমকোন নোংলৈ ওইনা খোইয়ম লাই ওইখিএ ।। চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখং য়োয়রেনবা সনা মখোঙ খাদা ব্রাইথুংখিএ ।। পলেম মমা চাখা-খোংমরিংবা চনু লৈমা থমোই লেম্বীনা থংলেন ইমানমচা থাঙব্রায় কোংদিংহনবাও মোম্নু তালোয় মরুম্বী ঐবু নূরা ঙাইখোংশিন তাউজিং ঈরু পাল্লবগী অব্রা হুইরাং শোল্লিঙৈদা অঙাংদি মালং ফেনজি ওইনা খোইয়ম লাইওইখিরে ।। ইপারী য়ূমলেপ চারা ওইববু শাৎলক্কবরা ইমোম কেকে

মোইরাম্বা চনু ঈৱাংলোনবু ফুইরক্কবরা হায়ববু লোইদাম থাবুম অহুম শুরববু মালং ফেনজি ওই খমকোন নোংলৈ ওইনা লাইওইখিরে ।। চীঙঙু কোরৌ ইনোংথৌ মিরেন থাবু য়োকপাও ৱাংবন ঈশা কনবনা খোইমা ঈমায় লৈবনা য়ামজেং মনম মুকলবগী তৌবরা মোম্মু চীঙঙু লাইবক থীবি ৱাংবন কশা চাউবীবু করম ওইরবনো কনলকএ হায়না কোরৌ মনোংথৌবু শোনমোইখিএ ।। খোইয়ম লাইয়িংথৌ চীঙঙু থংবা য়োইথংলেন মিংয়েং পানজুম্বা কোরৌ নোংমদোন হনবা নমু ফমলম শীনবনা নপল পলেম নমা পীবুক্লুং ঈমু শীয়োম লাদা অনৌবা লাংওন তেথখিও ।। হয়েং নাউৱা নঙনা অচাউ লেপফারা শাংশু ঙমদমলা কেকে চা-নূরাবু শীংলেন শেৎথ নূরা শাৱা তোংবীবু লৈরোং চঙনদনা তালোয় নাক্তা থাদরিঙৈদা নদোম অৱাং কোরৌ নোং-কারকও হায়না পাউমেনলবদা কেকে মোইরাং থাঙৱায় পাখংবদি পলেম মমাগী পীবুকনুংদা অনৌবা থিংলৌ নীংনা তেনা খোয়জী মিতম্বা হৌরক্লে হায়দবরা ।।

নূরা পীবুক্লুংগী হৈরোঙ মমি তম্লকপবু লোইদাম থাবুম মঙা শুরক্লবদা কেকে মোইরাং লৈমা থমোইলেম্বীগী খোমলেন মঙলানচান্দা চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল অৱাং পাখং য়োইরেনবা থংবা য়োইথংলেন কোনখৈ অতাম্বা শৱাং অথাপ্পা থংবা নোংনিংথৌনা খোমলেন মঙপাউ চেনখিএ চাখা খোং-মরিংবা চনু লৈমা থমোইলেম্বীও হৌজিক নঙনা নাকলু ফিয়ানবা খোয়জি মিতম্বা অসিবু খোইয়ম ঐগী ঈপারীনে তরা চাকমাংগনু ৱাংলৈ য়ুমাংগনুও পাৎঙা য়েনশোইগনু শংলৌ য়েনমাংগনুও ।। চাখা খোংমরিংবা চনু লৈমা থমোইলেম্বীগা মথংলেন কেকে থাঙৱায় কোংদি অহনবগা অনিমদি তরা চমাংদা শারেল শামাংদা পাৎঙা য়েনশোইদনা শংলৌ য়েনমাংদনা নোংহামখিএ ।। লৈমা থমোই লেম্বীনা লোইদাম থাবুম তরানি নুমিৎ শীংবুম চাহুমনি শূনা লৈরবদা থবা অশেংবা নুমিৎ অৰূবদা ঊরা হুমপু পায়না তৌরাং লোনজা পায়না নাউনৌখিএ ।। কেকে থাঙঙা লপয়ান কাদা চাকমোম

খাম্বী মৈনিঙথক্তা পলেম মমানা শরেন য়েৎতা কোন্না য়াতারিঙৈ কোরৌ নুমিৎ শূদা মপন খাম্বী চীঙখোনদরিঙৈ চীঙঙু নোংথৌ সোরারেন অৱাং পাখং য়োয়রনবনা ইনুং শোইয়াইমা নোংয়াই চবুক য়েনখোংমা অহিং খোমলেন মঙলান চান্দা পাউমেনলমএ ।। য়োইবুনাই লৈমা থমোইলেম্বীও হৌজিক নঙনা নাউনৌরিবা নপারী অসিবু খোইয়ম ঐগী ইখুৎথা তাউজিং ঈরৈ নাউয়োক ইংখোল খুৎথা হৈনে পারী কোলোয় মমিংথোংবু কেকে মোইরাং চোথে থাংৱায় পাখংবা হায়না মিংথোংনৌও ।। চীঙঙু নোংথৌ সোরারেনগী কোলোয় মপাউমেনগীবু কোরৌ নুমিৎ মঙানি শূরবদা মপারী নাউৱা অখুববু কেকে মোইরাং চোথে থাঙৱায় পাখংবও তৌনা মিংথোংখিএ ।। কেকে মোইরাং লৈমা চাখা খোংমরিংবা চনু পায়মা লিনগোইগী চোথে থাঙৱায় পাখংবনা অচাউ লেপফারা শাংসু ঙমদমলা তাঙজ মশমতোনবু শমলাং লৈরোং শা কাইবী য়েকশাওম শওম শৌরাইতাংগুম শমফানা চরৈ লেংহুম চাউ ঙানবা লৈতোঙ লেপ্লা কেকে চনুরা অতেংবী মপন্না হৈরাঙ মীহৈ চাদ তাউজীং মীহৈ তংদরিবী চেংলৌ শক্লা হেনবী পুক্লুং লিন্না ঙানবীবু মিংয়েং পান্দম য়েংনা নূরা চেংলৌ শক্লা খোনববু লৌমা তৈরক্লবদা ।। কেকে মোইরাং লৈমা চাখা খোংমরিংবা চনুনা ময়াংশুনু লোইকেনবা চনুগী মনোংয়াই লৈমা শুনুরেম্বীগী মপল পন্থৌ নিংথৌগা পলেম মমা মচাদা পাউমেনখিএ নমোম লৈমা শূনুরেম্বীবু ইপারী চোথে থাঙৱায় পাখংবনা চেংলৌ মিৎচুইএ, পায়মা নুংজঙএ হাইএ নমোমগীদমকপু হৈরাং অশং য়েং তাউজীং অমুন খন্না য়েনপৎলবনে হায়না হোইথেমখিএ ।। লৈমা শূনুরেম্বীগী মপন পন্থৌ নিংথৌনা পলেম মমানা হোয়দা ইমোমগী চীঙঙু মরাইবক্কীনে য়ামচেং মতুরোয়গীনে মাই মৈচিন ওনলোইএ লীকলাং পাউহোংলোইএ হায়না হৈকু পোৎতম শেমলকপবু হোইয়াখিএ ।।

কেকে থাঙৱায় কোংদিংহনবা ঙাংঙোই পোংলেনহনবনা মহুইরোন লৈমা শূনুরেম্বীগীদমক চেঙলুক লমকোইশু ঙাপা পৌতোংয়ান খুমলোং

নাকথং লোন, হৈকু পোৎতম শেম কাওরেন শনফাংহোই মানবী মরেন শিন্না শূমাঙ শনকু পৈনা হোয়থিরবদা কেকে থাঙব্রায় নহাদি লৈমা শূনুরেম্বীগা তালোয় খাজিক্লা লুমলেন খাপাংনানা পানমিন্নরে ।। লোইদাম থা অমা শূরবদা কেকে থাঙব্রায় পাখংগী অহিং খোমলেন মঙলানচান্দা চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখং য়োইরেনবা থংবা য়োইথংলেন কোনখৈ অতাম্বা শব্রাং অথাপ্পনা পাউমেনখিএ–পারী চোথে থাঙব্রায় পাখংবও লাহন নোং নঙনা পলেম নমা চাখা খোংমরিংবা চনুগী পায়মা উনগোয়নুংদা লোইদাম থাবুম অহুম শূনা খোয়জি মিতম্লবদা মালং ফেনজি ওই খমকোন নোংলৈ ওইনা খোইয়ম লাই ওইরকঙৈদা নপল পলেম নমানা কোরৌথোইনা য়েং ব্রাংবন পাংনা য়েংনা মীকপ্পগী খোইয়ম নপা ঐনা পলেম পীবুকনুংদা অনৌবা খোইজি মিহুন তমহনখিবনে ।। হয়েং নঙনা অচাউলেপফারা শাংশূ ঙমদমলবদা তালোয় লুমতিন্নদা নরুম্বী নাক্তা থাদরিঙৈদা অব্রাং কোরৌ নোংগারকও হায়বা নওবরা ।। নঙদি অচাউ লেপফারা শাংশূ ঙমদমলববু চীঙঙু পন্দল্লক্তনা কেকে নপুঙ য়াইদা করিগী য়াংগোইরম্বনো খোইয়ম সনা ঈখোঙ খাবু য়াঙনা ইন্দাল্লকও হয়েং কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুবদা অব্রাং কোরৌ নোংগারকও ইঙা কুমচেন লম ইঙেন কুমখাই লমবু ইনখৎলকও থোংলেন পাম্বে শেমলমগে খোইয়ম কোলোই ইতিনমেনবু নুমিৎ শীংবুম থাববু শোয়গনুও ।। কেকে মোইরাং চোথে থাঙব্রায় পাখংবদি চীঙঙু কোলোয় মতিনমেনবু লীকলাং পাউহোংদা মাই মৈচিন ওনফদনা কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুবদা কেকে চাউবা পূঙবু কালনা চোংনা তালোয় মরুম্বী লৈমা শূনুরেম্বীগা লোয়ননা কোরৌ নোংগামিন্নখিববু চীঙঙু থংবা য়োইথংলেন শাব্রাং অথাপ্পা কোনখৈ অতাম্বনা থৌজান লনকুবীরবগী মোম্নু তালোয় মরুম্বী লৈমা শূনুরেম্বীগা অনিমকপু কোরৌ নোংলোন থক্কী কেকে ঙাংখ ময়াঙ্গী খায়না কোরৌ নুংথিল পোবোপ্পদা তাইবঙ ওন্তে হলব্রাইরকএ হায়দবরা ।। কেকে মনিল নাইবনা চীঙঙু নোংথৌ সোরারেনগী মপারী নোংথৌ খোরী ফাবা

নাউব্রা খোয়দাং শীৎপাগী চীঙঙু মশানওন্নে হায়না মেনাং তনবা শা–নামুং মানবী খুৎচুপ কেন্দবনা লমওকঙমএ ।। হে ঈব্রাং পুরীল্লাই থাঙব্রায় লাই পাখ্ং অতেংবাবু মপারী ওইনা তানফংবা ঙাংঙোই পোংলেনহনবা থাঙব্রায় কোংদিংহনবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে কেকে ফম্বাল লাংদা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না চহী ৫০ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই থীঙ্গ্রী নাচাউবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা ঙানুরোন লৈমা থমোইরেম্বী ঙানবা খাইফবা থোংঙাই তেমফাবা চনু ঙানুরোন পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নাক্লু ফিয়ান্না খোয়জি মিতস্ববু লোইদাম থাবুম অহুম শূরবদা লুব্রাই লেমফু থোঙজাও হাং তাউজিং মনুং ওইদনা হৈরাঙ য়াইথা চেনকেলনা নাক্লু ফিয়ান তাম ঈমু শিয়োম তিং খাগা মিহুল মাঙনা তাউজিং তুগুস্ববু নিনমাঙনা মালং চৈরোয়নখিববু অব্রাং নোংনিংথৌ পাখঙ য়োয়রেনবা চীঙঙু কোলোয় ময়াথংগী থিংলৌ নীংনা তেনা মপন ঙানুরোন পায়মা পীবুকনুং ঈনুং শিয়োম লাদা খোয়জি অমরক মিহুল হৌনা নাক্লু ফিয়ান ফবা অচাউ লেপফারক শাংসু ঙমদমলক্লবদা মরুম্বী থোংনাং লোইনেমবা চনু লৈমা শূনুরেম্বীবু ঙাইরোইননা অব্রাং কোরৌ নোঙ্গাফবা ।। খোইয়ম লাইরৈবাক নূঙনাং কাউখঙকোনগী চীঙঙু মথৌজান খোইয়ম মরনকু তাইবঙ ওনতেব্রাবু লুদা থোংনা কোরৌ নোংথিন পোবোপ্পদা ঙাংখ ময়াঈ খায়না কেকেদা চাউনা শাংনা খুন্দারকপা কেকে মোইরাং নিংথৌ থীঙ্গ্রী নাচাউবা নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ চীঙঙু লাংওন চঙখোম্বনা পোক্লকপা ঙানুরোন পায়মা সনা উনগোয়নুংগী ঈব্রাং পুরীল্লাই চোথে থাঙব্রায় পাখংবও তৌনা কৌএ ।।

নয়ু নিংথৌ পুরীল্লাই থাঙব্রায় অতেংবদি হাওরৈ লাইনা পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। চীঙপল চারা ঈরুলম য়াইরেন খুনকুমলম লোইবী কোইরেং মপূঙ য়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা

পুম্নমক্কা কোইরেং মচীঙ কা লোইবী য়ুমখৈ থেংনা শৌবোন মাঙওই থিন, চৃঙলেন থাকুপ হৌ খংনঙ নৈতঙ লেংনা থোনয়া হাথৈ কং ঈরোক শানথুপফদনা পনথেংলবদা লোইবী মপৃঙ তাকলে কোইরেং য়াগা চাইরে ।। মৈবী তাঙগোই পাই মৈখু নোংলোন কা কোইরেং পাখং ফানবু হেমবা খাংজেন থৃমলে পুরীল্লাই মথি নাই কেকে নিংথৌ মরাঙ হৌনা হেমবা খাংজেন মাংদা খৌশারে ।। হুএল লালনিগীদি লোইবী কোইরেং হাও পাখং মরোং চৃঙশৃবা ইঙেন নৈথেৎ তৈবা কাইবী শাওম হুননা মরোং চৃঙমাই তেপ্পা হেনমোইবা চুঙবু মরোং ঙকতা হূকপা খুবোম য়াইশি লোনবা খৃদাং য়াইখুবা লোইবী নৃঙনাংচোং অথৌববু কায়না হুনলকএ, য়াইরেন খুনকুমচীঙগী পুরীল্লাই মরায় লাং ঈব্রাং মচী হেন লানমী মরাঙ হৌনা কেকে মপৃঙ য়াইদা ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।। পুরীল্লাই লোইবী কোইরেং লানথবা ঈব্রাং পুরীল্লাই লাই পাখং অতেংবা থয়াঙ মথৌমন হুএল মরাল হৌদি অদুনসু মদোমদে, হাওরৈ নোংচূপ পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। লমলেন চোথে নৃঙশৃক চীঙ পানবী নাউথেম চীঙ মকন তুরু চীঙ নাতে পালৌ শনগোন কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি, হাওনু তোনতাউনু লৌথিবী মপারী শাৎতা মমোম ফুইদ্রবীনা থৌদু নৃঙদুম নমদা পো, পানবী নীঙপাকপবু থাদা পমনা নাউথেমখিএ ।। ইদু চোথে পাখংবাও হয়েং নমোম ঐনা শেনেমশে হায়ঙৈদি শেনেমলকও শেব্রাংশে হায়ঙৈদি শেব্রাংলকও হায়না মদু চোথে পাখংববু লানকৌখিএ, শমবুম মতাই ঙাইবু হুনলাল্লে, অদু নোংগীবু চোথে নৃঙশৃক চীঙ পানবী নাউথেম চীঙও তৌনা কৌনৈএ ।। লোইবী ঈশিংখোং অমদি তৃই–থারেংও কৌএ, লোইবী ঈশিংখোং অমদি তৃই–শারেংও কৌএ, হেম্বা ঈশিংখোং অমসি অয়াওবা তৃইও কৌএ, লোইবী ঈশিংখোং অমদি চংবী ঈমমাথৈও কৌএ, লোইবী লমদাং অমদি নৃঙমি তাংও কৌএ, হেম্বা লমদাং অমদি লৃব্রাং তাংও কৌএ, লোইবী লমদাং অমদি কাশনতাংও কৌএ চোথে লমদাং অমদি থোংনাং লাকও কৌএ, হেম্বা

লমদাং অমদি লানলুম শাগোনতাকও থোংনাং কামবা অথৌবা ফানা লমও কৌএ, লোইবী খাংজেন অমদি মকনও কৌএ, হেন্না খাংজেন অমদি তুনলুও কৌএ, লোইবী খাংজেন অমদি চোথে নৃঙগাং চীঙও কৌএ ।। হেন্না ঈশিংখোং মঙা থকপা লোইবী লমদাং মঙা তিনবা চোথে খাংজেং মঙা শাবা চীঙ চোথে নৃঙশূক চীঙ তাংখোং তাংলৈ চীঙ মকন তুরু চীঙ পানবী নাউথেম চীঙ লানলুম শাগোনতাক মৈনং খুৎপী চীঙ নাতে পালৌ শনগোন চোথে মপৃঙ য়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা পৃম্নমক চুঙলেন থাকৃপ হৌ খংনঙ লৈতঙ লেংনা ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারে ।। চোথে মপৃঙ তাকলে খারম য়াগা চাইরে মৈবী তাঙগোই পাই মৈখু নোংলোন কা, হেন্না খাংজেন থৃমলে, হুএল লালনিগীদি চোথে মনিংথৌ নাতে লাচাওববু কায়না হুনলক্লে । চোথে মপুঙ য়াইগী থিংলৌ নীংনা তেনা হলব্রাইরক্লবদা হেন্না পনথেং মাঙদা খারম লৈশোক অঙাংবা খাবা উনলেন্না থেংলবসু উন চঙদবা কোরৌ নোংনা চোৎতবা শীংঙেল লৈনানা য়োমনা পানবা লৈবু লৈরাং খয়োম শানা লাংলকএ হায়দবরা ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ লোইবী শমবুম লানথবা চোথে থাঙব্রায় পাখংবদি মদাইরেম ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পৃম্ন মক্কা কেকে মচী হেন পুরীক্লাই মরায় লাংনা কেকে মপৃঙ য়াইদা ব্রাই থুংলরবদা অশাইঙৈগী খারম লৈশোক অঙাংববু মশানৌ কেকে মোইরাং লৈমা , লৈমা শূনুরেশ্বীনা মিংয়েং চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পাউমেনজখিএ ।। ইশাবী কেকে লৈমাবাও শীংঙেল অসিবু করি নিঙথিজবনো, লৈরাং অসিবু করম চূনবনো কেকে-চা পাখংশিংনা চিনলবদি পাখং মানবা শমজি কক্লা থৌখামবীও ঙাংঙোই চনুরাশিংনা থেৎলবসু মোম্নু তাঙজ শমজি কক্লা থৌথিংবীও হায়না ব্রাহোল্লবা নোংগী খারম লৈশোক অঙাংবা লৈমা শূনুরেশ্বী থৌখাম লৈও তৌনা কৌএ ।।

হে ঈব্রাং পুরীক্লাই থাঙব্রায় লাই পাখং অতেংবা ঙাংঙোই নপৃঙ য়াইগী শেনবী চকলৈ লোইকেনবা মামোমলোন য়োইবু লৈমা হাওশি নমোইনু

পাউথেমলুইএ, হে ইবুংঙোদা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌও ঈয়ুম কেকে চাউবা পুঙ মোইরাং শাংবা য়াইদি নৈরক মৈরোম্বাবু হলনা ঙমদে খোংবাল লুপাকপবু তেংনা ঙমদে চীঙভু নঙনা হালনা তেংনরুলাউও হায়না পাউথেমলূঙেদা খোইমোম কৌবরু মপারী খোইনাই কৌবা অঙাংঙাবু পারী নঙদি কেকে খুৎনিংথৌবু ওইরুও হায়না থৌশীখিএ ।। ঙাংঙোই কৌবা অঙাংঙা লোয়নাই খুন্দাবদি লাংগোই শারু তোং লোনলেল য়ুথক চিন মোইকাই য়েনথা শাবদি সনা চোঙলেন খাল চপথাঙ য়ৌরোং ফাননা কোরৌ নোংথিন পোবোপপদা মৈবুল হাইজাউ থালনা লোইজীং নিনদুম নিল লোইয়া ঙানদুম ঙালনা খুনগুমলকএ ।। খুয়োল লুথোপচাউ থোপচাউ অহনবসু মেনতে লীশিংখা মেনতোং নৃঙগায় চীঙগী লমগা হৌরকএ য়াংলৌ লমখাংমদা লমওক্লরে ।। খুয়োল লূথোপচাউ থোপচাউ অহনবনা পাউহংখিএ, কোরৌ নোংথিন পোবোপপদা মৈবুল হাইজাউ থালনা নোংশা থরকপা নঙবু কনানো হায়না পাউহংলকপবু ঐনে, ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌগী মপারীনে খোইনাই কৌবা অঙাংঙা হায়বদি ঐনে, ঈপল অব্রাং কৌবা মপু নিংথৌনা কেকে খুৎনিংথৌবু ওইরুব্রো হায়না থৌশীথরকপানে, নঙদি কনানো হায়না পাউহংখিএ ।। ঐদি ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌ চারীক মপান থা নোংপ্রে (নোংথৌ ঈ) মউ লিংবগী মপারী খুয়োল লুথোপচাউ থোপচাউ অহনবা হায়বদি ঐনে হায়না পাউতাকলকএ ।। কৌবা অঙাংঙানা ঐদি কেকে ঈপাচা মোইরাং য়াংবা ঈশিংখ ইনে হায়বদি খঙদে হায়না পাউমেনলকএ ।। অদুনগীদি খুয়োল য়াংবা ঈশিংখাইবু নৎতে হায়রবদি কাইরৈ য়েনবু মখা শেৎ, তেকপী ওকপু শাবৈ লৌনা য়েংনশে ।। তেকপী ওকশু শাবৈ লৌ কাইরৈ য়েনশু মখা শেৎনা খুদম ব্রাচুম য়েংনববু শোয়নদরবগী কেকে ঈপাচা মোইরাং ঈয়েনলূবু ওক্লরে, কেকে ঈপাচাবু থংনরে হায়বগীবু কেকে ওক্লরেল ঙাংঙোই থংনরেল খুয়োল মেন্তাক খোইনাই তাইবী লৌ পূকফাৎ শাবৈ লৌ কাইরৈ য়েনখা লৌও তৌনা কৌএ ।।

কেকে ওক্লরেলবু নাতৈননা চংবী মকৈরেল কৈরেল মখূৎফা চমলৌ লারুং কুই পুনুং লাফৈ পাকপগীবু চংবী কৈরিং ব্রায়, নাচৌও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। নয়ু নিংথৌ থীঙ্গ্রী নাচাউবনা অব্রাং কৌবা লৌচিংখেদা য়াউরৌ শাচাঙে লোইমোম কৈহোঙঙেদা মরান ওন্তেরকপদা নিংথৌ মমাঙ শংশঙবদা য়াউরৌ শানূরা অমবু চেনলমএ, লীরী তেনগা থোং লকা তেনমৈ লাকনা কাপথোকখিববু শারেল উনবী চফম লেংনা তেনবানলবগী য়াউরৌ শাশু মনা চাউরমএ হায়বগীবু নাচৌও তৌনা কৌএ ।। য়াউরৌ ঐগী শাফাফম অসিবু চমলৌ লাকোন শেমনা থারমগে হায়না লাকোন শেম্ববু চংবী লারাকশু চাউরমএ হায়বগী লাচাউও কৌববু কেকে তাবু থিবা মোইরাং হৈমন তানবনা শাগা লাগা পানা নাচৌও তৌনা কৌনৈএ ।। নাচৌ শমবুম লানথবা অশোং য়ুমজঙ য়ামবা পুরীল্লাই থাঙব্রায় লাইপাখং অতেংবা থীঙ্গ্রী নাচাউবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে, কেকে ফম্বাল লাংদা চহী ৬০ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই নূঙনাংতোম্বা

নয়ু কেকে মোইরাং লৈমা নোংবানলোম লৈমা শুনু রেশ্বী অঙৌবা লাইরেন হিকামবা নোংয়াই কোকচা হিরুবনা কোইবা লম অদোন লাংয়েন শিনাইবা ঙাকপা লমদা খৌশাবা নাইফা শিংকমহনবা শেনবা নমথাংচাবু কায়না হুনবা চনু, লোকখু ব্রাংখূরেন খূৎঙম য়ুমমারোং য়ুমদা ফানা য়ূমবু পূম্না চন্না অশৈনবা চনু নোংবানলোন লৈমা শুনুরেশ্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ নূঙনাংতোমবা তৌনা কৌএ ।। পুরীল্লাই নূঙনাং তোম্বনা কেকে লৈকোয় ঙাক্লিঙৈ, লৈনুং থোঙঙারেল অহনবগী মোমনু তালোয় মরুশ্বী য়াইদিং লৈমা লাইচমনুনা খম্নুং কোনবীরৈ লৈরাং ঙৌনা শাংপীবু কেকে লাইশোয় পাংতা লৈরাং খুমু পাশ্বী থানা কেকে খাশ্বী লৈকাইদা শিনশূহোংবা মমোমলোয় য়াইদিং কোনু ওইনা লাংওনখিএ ।। খোইমোম

লাংওন চঙখোনবী য়াইদিং কোনুদি, অচাউ লেপফারক শাংশূ লমঙমলকললবদা, চেংলৌ শকপানথোংবু সনা ফুদোংবগুমএ কেকেচা পাখং শব্রা তোংবলকতগী পাখং শাম্ব নহা লমগানবগা নুংশি খয়োম লৈপুন্নখিএ হায়দবরা ।। নহাননোংগী মথংলেন থোঙঙারেন অহনবা কোলোয় মতিলমেনবু হীক্তোকফদ্রবগী, খম্নুং কোনবীরৈ লৈরাং ঙৌনা শাৎপীদি শীংঙেল লৈচু ওনলে লৈরাং মুনা শাৎলল্লবদা নুরা য়াইদিং কোনুদি অমন খমলৈ কুমনা খম্নুং লাইরৈপুঙদা হলব্রাইখিএ, পাখং শাম্ব লমগানবসু নূরা মনেম মচাগীদমক নুংশি মখৈ ফংনা খম্নুং শব্রা তানমিন্নখিএ ।। খম্নুং থোঙঙারেল অহনবনা, নূরা পাখং অনিবু থৌজাল লনকুবীরবগী, তালোয় মরুপ্পী য়াইদিং লৈমা লাইচমনু খোইমোম লাংওন চঙখোনবীবু তাইবঙ লাংওন মতোল লোল্লুও হায়না শাবী শানৌ অনিবু খম্নুং লাইরৈ পূঙগী তাইবঙ ওন্তে হলব্রাই হনলল্লবদা নুজা কোলোয় মমিংথোনবু 'খম্নুং য়াইদিং কোনু ও' কৌনা মিংথোংখিএ ।।

ঈব্রাং পুরীল্লাই নূঙনাংতোনবদি লমলেন মদাইমা লৈতাং য়ুমমোই কোন লানলোয় পাউবীতেকতা খৌশাবনে ।। লৈতাং খুনলৈতাংও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, শামন কোনথৌজাম্বা শারা ব্রাইরৌপামবানা শেনলোয় লংমাই নিংথৌ চনু কোইশঙ কোইরাইনু শাফবী, থব্রান লৈশং চূনবিদা থব্রা নুয়িনঙৈ নোংয়াই পাখং অতেংবশিংনা শামন কোনথৌজাম্ববু লাংবন উয়ুঙ শূকনা চৈবীরবগী শারা ব্রাইরৌপাম্বদি লাইজ ঈপাক থক্তা নোংমনলে ।। কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবদা লাইজ ঈরোলনুংগী শমু মখুৎতোন্না হালনা লাইজ ঈফাওরকপবু তাক্লা খাইনা উরে, অদু নোংগীবু লৈতাক খুৎলৈতাঙও তৌনা কৌএ ।। অয়াঙ লাইফা চনু অখোং অয়াং ফাবিগা ঙাতেন লাংগমবম চনুগা ইনফুই মায়রং শোন হঙ্গেন তাইখপ লাকপদা পৌরা মখুৎশূবু তেক্লমএ, অদু নোংগীবু লানলোয় পৌবিতেকও তৌনা কৌএ ।। হনবা চা কারাম্বনা লূকঈ শেংশৌননা লমতাই ব্রাই লৈতাং খুৎলৈতাং শারা ব্রাইরৌপামবা মননা শোয় নোংয়াই থাঙশাফম অদোন লৈমাখম থংজি চাউখোং চনু লাংশুম

মতে মনাউনা লেমলে ঙাতাব্রাই লৈতাং খুৎলৈতাংদা খৌশারে হুএল লালনিগীদি নোংয়াই ফেনলেমবম নাইচা লৈতাং হাও-ওইববু কায়না হুনলে ।। পুরীল্লাই মচী হেন ঙাংঙোই মরায় লাংনা কেকে মপূঙ য়াইদা অহোঙ লৈরেন খৈনা পূঙলেন মখূৎফাবু তানফংখিএ, নোংয়াই ফেনলেমবম নাইচা লৈতাং হাও-ওইববু লৈমু শেংতাক্লা লৈহাও শেংওইনবা পূঙও তৌনা কৌএ ।। নয়ু ঈব্রাং পুরীল্লাই নূঙনাং নিংথৌ তোনবা অহোঙ লৈরেন খৈবু তানফংবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে, কেকে ঈপূঙয়াইবু তরা অচা ব্রাৎতা চরৈ অইন তামহনদনা চহী ৪৯ পানলমএ হায়দবরা ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই খোকখৈ লানথবা

নয়ু কেকে ফমমোইমিৎ ঙাংঙোই ফলাং মৈবু মৈনা ব্রায়না তানফংবদি নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা চীনফুরোন চীঙজারেম্বী লমলেন মদাইমা তোরোখোং লোক কারামবা পললানখোং উরন চীঙখোঙব্রাই তৌমু খোঙলেং লম তৌরা লমথা ব্রাই থাঙঙা অমুবা য়াইতোনব্রাই কমবোং অঙাংবা য়াইখঙ পাৎ য়াংবা খুনথিবা নূঙখং পূঙ পুরোই লৈকোয়বা মথৌ য়াংগেনবা লম কামু কমবোংবা নোংমনব্রাই কমবোং মংশা শারু-চীক ব্রাংবন কানাবা চুমমৈশাংনা চীঙঙু নোংথৌ সোরারেন অব্রাং খাকপা মতেন-থা কোরৌ নোংশীঙজংবু পামেন শীংবী উকাথক্তা কানা মৈগা ওৎনা তেনশীংব্রাই ব্রাংঙমলোন পোংনু নুকোন চনুনা ইপাম কুমগে শিখাম কুমগে হায়না পাৎথি নমগে লমলোইব্রাই, লানলোয় লমশেম লমবু অশৈনবা চনু, মপাম হুএল লালনিগীদি কম্বোং মুংমাইবী মুংমাইবা, অরাই শমলোংবী শমলোংবা য়াইরৌ য়ুশূংবী য়ুশূংবা কমবোং নায়োমবী নায়োমববু অহোঙ লানলু তৈনা শূবা চনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু কেকে লৈমাবা ঈব্রাং পুরীল্লাই খোকখৈ লানথবদি হাওরৈ খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। খোইয়ম লাইয়িংথৌ ব্রাংবরেল খানা চাউবা মমা ব্রাংনু লৈমা খোংজোমফাবীচা খোইয়ম পীশূম

কনবা চীঙঙু খোংফৈ চাউবা লাইজ ঈথোঙ লোনবা নমু পোংথোঙ থিংবা খোইয়ম তালোয় মরুমবী অনান খুনথক চনু অনান খুনখা চনু শগাং লমকাং চনু লোইবী থাকুপ চনু মারেন থায়াই চনু, মরৈ পূঙ খুনদোন চনু ঙারা খমতেং নুপী তালোয় লুমলেন তরুকমকতা নুয়িনবা চীঙ, লোইবী লমকাং মপূঙ য়াইদা কেকে থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুম্নমক্কা চূঙলেন থাকুপ হৌ হেমবা পনথেং হৌ খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদি শাকাং থুমবী মৈমাং চল হুএল য়াইশীং মুৎ হেমবা খাংজেন থুমলে ।। পুরীল্লাই মথি নাই ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশাবনে হুএল লালনিগীদি শাকাং মনিংথৌ হুএল শংকৃপলেং অথৌববু কায়না হুনলে হায়দবরা ।।লোইবী শাকাং লানথবা ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ লানথবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে ঙাংঙোই ফম্বাল লাংদা চহী ৩৭ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই ঊরা কোঙয়াম্বা

নয়ু কেকে মোইরাং লৈমা য়োইরুমলোন নোংদাইরেম্বী পায়মা সনা ঊনগোয়নুংগী নয়ু কেকে নিংথৌ পুরীল্লাই ঊরা কোঙয়াম্বাও তৌনা কৌএ ।। নয়ু নিংথৌ ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই ঊরা কোঙয়াম্বদি হাওরৈ নোংচুপ পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। লমলেন লোইবী ফৌওই চীঙ কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, য়াংমোম মহুই লোইনাই লোইমোম ফৌওইবী খোয়নৌ মতা নিপানমক্লা থোংনাং কারোং লৈ ময়াং কাফাই লৈবু ইন্দাল্লশে হায়না লোইনা শূনা হায়নখিএ অদু নোংগীবু লোইজিং ফৈরোয় চীঙও তৌনা কৌএ ।। য়াংমোম মহুই লোইনাই খোয়নৌ মতা নিপানমক্লা থোংনাং কারোং লৈ ময়াং কাফাই লৈবু ইন্দাল্লকপদা, অমচি নূঙলাইকোন তাংখুন লৈহৌপোক্তা লাইজ মথি নাই ঈমু মরাঙ হৌ নুঙবী ফৈদোই চোংববু লানঙমদ্রবগী তকলৌ শিতং শোলনা লোইমোম ফৌওইবী কোঙয়াং মচৈ শূনা লাইজ ঈপুক খায়না য়ৈরমলে

অদু নোংগীবু লমলেন লোনলোই ঈয়েবীও তৌনা কৌএ ।। খোংজি নূঙলাইবা চনু চীঙজেং নারন মচন লেমলৈ ঙারা ঙাওইবী ৱাকয়ে হিবান ৱাইবু ৱাইওনবী খুমু মনৌরেলবু লাময়োনবী তৌরা ৱাইবু ৱাইওনবী, নোংমনৱাই, মদু চীংজেং নারন পাংগনবা লীশং লমবু নাতৈননা লোইবী মপূঙ য়াই নূঙশাই মশাইকোন্দা থাঙলেন খেরাং থাং তিমেন হুংশোন-লৈ, খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদি লোইবী মপূঙ কায়রে নূঙশাই পাম-তন্নরে, হুএল লালনিগীদি মরেম লাংমৈবা অথৌববু কায়না হুনলে ।।

নয়ু নিংথৌ কবুই নূঙশাই লানথবা সনা মচূঙলেনদি অদুসু মদোমদে ।। নয়ু নিংথৌ উরা কোঙয়াম্ববু, য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা থাঙয়ি অহোঙবীনা খোইমা মায়ওক্রবদা তরা চা-গা হোঙ, অহোঙ লৈরেন খৈনা পানলে হায়দবরা ।। কেকে মপূঙ য়াইদা নুংঙাই মরাং কায়না পানলিঙৈ, মোইরাং কোনমবা অথৌবনা ৱাকয়ে খোঙ-ওইননা, লোঙলেন খুৎতা শূনা পোনবি কোনথৌ ঙাইবু চেক্লা তুংইন তানখিবদা, হৈরেম খুনজান নিংথৌ চীঙজরোং থাবনবগী হুএল মরান ওইরে হায়দবরা ।। কেকে নিংথৌ ঙাংঙোই উরা কোঙয়াম্বনা কেকে মপূঙ য়াইদা অহোঙ লৈরেন খৈ, চমলৌ লাফমকা, হাওদৈ য়ুনৈ হৌ, শারেন ফাহাপ্পনা হোঙনেমঙৈদা, হৈরেম খুনজান নিংথৌ চীঙজরোং থাবনববু অহোঙ তরা চাককৌ নোংদা কেকে মপূঙ য়াইদা ৱাইথুংলৈত্রে ।। মোইরাং কোনমবা মপারীনা মপন পনথৌগী মার খোঙগুন থিরুববু মালং নোংহুম পাউগুম চীনগোই পাউরন্দবগী মোইরাং কোনমবা মপারীনা পাদম মপা খঙগে হায়বগী হৈরেম খুনজান নিংথৌবু য়াইবী কলহৌ নীক্লা তমবা খচীক হৌ হুএল লানমিং থানা কনজাওশনো হায়বগী, কেকে মনিংথৌগী অহোঙ তরা চায়েনবদা ৱাহোমখি, ।। য়াম্বা হৈরেম খুনজান নিংথৌ চীঙজরোং থাবনবা উফূক মানবা খৌচোনবা ঈরুম মানবা শোকতোংবা তেকপী মানবা পূকচোনবা তরা নচাক চাবু লাংগোইগুম ফাহাপ্পা তেকপী চাকচা খুমাঙ থাং, তাউবা চাকচা অহোংননা চাকচাখিও

হায়না ব্রাহোমখোনগী, হৈরেম খুনজান নিংথৌ চীঙজরোং থাবনবনা য়াইবী কলহৌ নীক তিনলাং মখোয় শাউনা ব্রাহোমলকএ ।। কেকে মীরোয় অতোনবা লমজা পানা য়োক্তবা শরা পীনা কোন্দবা অতাক্লনা থকশী লনখুম খঙদা খাশী লীকলেং খঙদবা নঙবু, ঐসু হৈরেম খুনজান নিংথৌ মহাক্নে, তমবা থয়াঙ ইথৌমনসু মোইরাং কোনমবা অথৌববু কায়না হুনবনে হায়রবগী ।। মোইরাং কোনমবা মপারীদি উনবী কলহৌ নীক পিরেল খাকমাতা, মানবী খুৎতপ্ল মৃকমু লৈতোন কোননা চাংজৌ চেপনা লোলনা ব্রাকৎচখিএ ।। কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ইবুংঙো তাবীয়ু, নদাইরেম ঐগী পনথৌ ইপা পোকমাবনা ব্রাকয়ে খোঙওইননা লোঙলেন খৃৎতা শূনা পোনবী কোনথৌ ঙাইবু চেকতুং ইন্দানখিববু মরান ওনতেরক্তরে ।। খোইয়ম লাইনা লৌবরা লাইজ ঈদা তুল্লবরা হায়ববু হৈরেম খুনজান নিংথৌগী হুএল মরাল ওইরমলে ।। নদাইরেম ঐগী ঈপন পনথৌগীদমকপু লৈকাই পুজরুক চেঙবুম মনৌতেন লাংবন অওন লৃককুম্ববু লনশিংজগে হায়না ব্রাকৎখোনগী, কেকে লৈমাবনা হায়রকএ, তয়মও, হৈরেম ইরেম ইপু মচানে তরা ঐনা চাককৌ নোং অসিদা করোং খুৎখুমফরোইএ, হয়েং শীংজা ব্রাইকোয় য়েং য়েনলাং থৌচৎ য়েংনা লাংবন করোং খুৎখুমজৌও ।। মোইরাং কোনমবা মপারীনা লমলেন মদাইমা চীঙমৈবা কানরম লাইমৈবা তননরম পানবা চীঙজেং নারন পাঙ্গনবনা তিলনা ওননা লাননা চীঙ, থেরে লোংবা চনু মপারী কজেং তাংখু তাংহলনা লীরী থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাকনা তাঙজ লমফম ব্রাই কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। থেরে লোংবা চনু মপারী কজেং তাংখু তাংহলনা পাউমেনলকএ, পলেম ইমাও নপারী ঐখোয়গী পনথৌ ঈপা পোকমাবদি কদাইনো পাউহংলকপবু, পারীশিংও নপন পনথৌদি পামবা চীঙজেং নারন পাংগনবগী কৈরেল পীবুক নুংদা শানথৃপলিএ হায়না পাউতাকখিএ ।। কজেংতাংখু তাংহন শানৌ মচীন মনাওনা চীঙমৈ অচনবদা খোইমা নারোন্নুংদা তাংজ নাফমখিএ লিনলা তুগুম্ববু নাথেৎখিএ ।। পামবা

চীঙজেং নারল পাঙ্গনবনা চীঙমৈ অচনবদা লানলকপবু মিংয়েং শানখৈরবদা কজেং তাংখু তাংহন অনিমক্না লীরী থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাকপবু মপল পন্থৌনা পামবা পীবুকনুংদগী পাউমেনলকএ, পারীশিংও নপল ঐবু ব্রায়র তেনবানগনি, কৈরেল খূমাঙ লেংগা তমনা চৈবীয়ো হায়রবগী তাংখু তাংহল অনিমক্না পাউমেনলকএ, ঈপলও পামবা কৈয়ারোমদা লৌথোকশে হায়রবসু কৈরেল মরু খাকনে হায়ঙেনে, পামবা নীংলমদা লৌথোকশে হায়রবসু কৈরেল ফায়দোকলমলে হায়নঙেনে ।। পামবা শাবুক ফাংনা লৌথোকলকপবু মপল পনথৌ ঙানবা খুমু কৈওইবদি কৈরেল পীবুকনুংদগী অচেন লোকলৈ হৌনা চেনখ্রবদা পামেল উনমমূক নমূক উতোনথক্তা তোংলমএ, লমলেন মদাইমা কৈতোংও কৌএ ।। অদু নোংগীবু কজেং তাংখু তাংহলনা তাঙজ লমফমব্রাই কৈরেল খূমাঙ লেংগা তম্ন–লম ঙানবা খুমু কৈওইবগীদি পামবা পীবুকনুংগী য়োইয়োই লমও কৌএ পনথৌ মপা মচা অহুম মকতি তাইবঙ মালং পান্দা পানমিন্নরে ।। কজেং তাংখু তাংহল অনিমক্না ফূবা উকায় তোংখল লাংবু লাংথাকঙৈদা পোনবী চেকয়াম ফারকএ, মপল পনথৌ মপানা লাংথাকপদি পোনবী চেকয়াম ফারকতে ।। শানৌ মচীন মনাওনা ঙাংনরমএ, পনথৌ অসিবু য়ারৌ শারিংজেল পামবা কৈরিংজেনবু চেনলববু ওইরে, হয়েং কোরৌ নুমিৎতি পনথৌ মানা ফুবা উকায় ফমশঙ লাংবু লাংথাকলিঙৈ চেকলা লাংলম লীকিঙৈদা শানৌ মচীন মনাওনা লোন্না মিংয়েং শানখৈরুববু, মপল ঙানবা খুমু কৈওইবদি চেক্লা লাংদা থুরম্ববু পামবা কৈচোং তম্না য়াওচারমএ ।। মপারী অনিমক্না পনথৌ করি খোয়নো, হায়না পাউমেনলুববু পনথৌ মপাদি তাঙজ ইকাইরবগী তাইবঙ মীওই ঙমদনা পান্বা কৈ ওইনা চেনখিএ ।। মপারী অনিমক্ন পনথৌ মপাগী হৈনা মতুং ইলনা তাননখিএ, পনথৌ মপা পামবা কৈওইবগা মপারী খোইয়ম লাইওইবা অনিমক্কনা লান্নখিএ হায়বগী কৈরাল লাইরালও কৌববু কেকে তাবু থিবা ঙাংঙোই হৈমন তানবনা কারল নারলও কৌনৈএ ।।

খুনদিনবী চীঙনামুংবু নাতৈননা, খুনদিনবী চীঙনামুংও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, লোইদাম থাজ পাখংবা কোঙয়াং মচৈশূবু লোইদাম খুৎয়োন থাবগী আইনা মপৃঙ য়াইদা শাদু চীঙলাই ঙালনা ফেনথরকপবু, চাইরেন আইনা মরৈমবী হাওনু কশালননা খুনলৌরে ।। থাজ পাখংবা কোঙয়াং মচৈশূ চাইরেন আইনা মরৈমবী লাংলেন মব্রা খঙবু কোঙয়াং চৈশূ পানলোইননা কেকে তমদা কুমনা মোইরাং তমদা তারকলে ।। আইন মরৈমবী কোঙয়াং মচৈশূবু কেকে খোরী নমোইয়াংনা পাখং শংগাই য়াইনম মখুৎশূগা লোইমোম ফৌরুবগনা খানলৌএ ।। লামোম মথোঙজিন্দা চৈশূ ফৈনা ঙাববু য়াংলৈ তাউবা মহুইচানা কানলুবদা তাউবা খোঙকাপ শান্দনা নোংমনলে ।। কেকে খোরী নামোইয়াংনা কংলৈ মশূমাংদা ফেনদোকখিববু কোঙয়াং মথনদা ব্রাপল ফা লোকলৌ শোইরেল হুনলক্লে ।। তেকপী ওকনা ঙারে ওক মরাইতা, য়াংলৈ তাউবা হূইনা শোক্লবসু তাউবা হূইরৌ চন্না নোংমনলে, কাওরেল শলনা ঙারবসু মানবি শনলাই তাইএ, নমু পোংবা কোঙয়াং ব্রায়ানলবসু খোঙকাপ নৌরৈ থাংঙমদনা কোঙয়াং নমঙাননা লু তুইএ ।। কেকে থাঙঙা মারৈকাইনা ব্রাবু লানবু চাউনা শাংনা পারোং পারাং থোক্ল ব্রাওইনৈএ, অদু নোংগীবু কেকে পারোংব্রা মোইরাং পারাং ব্রাও তৌনা কৌএ ।। কেকে থাঙঙা মরৈকাইনা কোঙয়াং ব্রাপল তৌ লোকলৌ শোইনৌ ফূকনা লাপ্না হুনদোকখিববু খুনদিনবী চীঙনামুংদা কোঙয়াং ব্রাপল ফা লোকলৌ শোইরেল হুনলক্লে ।। লোইদাম থাজ পাখংবা ময়াই য়াইরংচানবু কোঙয়াং চৈশূ কানা তিনলমএ অদু নোংগী য়াইতুবীও কৌববু কেকে তাবু থিবা মোইরাং হৈমন তানবনা খুনদিনবী চীঙনামুংও তৌনা কৌএ ।। খুনদিনবী চীঙনামুংবু নাতৈননা চীঙমৈ অচনবদা তাঙজগুম্না নাফমখিএ লিনলা তমনা নাথেংখিএ ।। হৈরেম খুনজান নিংথৌ চীঙজরোং থাবনবনা কেকে চাউবা পুঙদগী থিংলৌ নীংনা তেনা মরান ওস্তেরক্লবদা মোইরাং কোনমবা মপারীনা লূরক কাংদোই থিনা খৌনাউ লেনথোং লেনলে হায়দবরা ।।

নয়ু ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই ঊরা কোঙয়াম্বনা কেকে মরৈবাকপু লোকলৌ শানা কোলনা নাউয়োক হৈবগী ঙাংঙোই মনিল নাই মোইরাং মরাঙ হৌনা পানলিঙৈদা পাখং লেরা খোংজোম্বা ব্রাংলেন পূঙদিং হৈবনা পূঙলু মিতম শেম শাউন খুরৈ তিং ব্রাংলেন পূঙগা তিংনা ব্রাংলেন পূঙখৎ তৈবগা মশানৌ চকপা মোইনু চনু য়াইনু ফিশা হৈবীনা ইয়োং শংদিং চকফি লাইজি থোং চরৈ ফিদোল লোম্না ফি ককপগা মান্নশে অপাম নুংশি ব্রাইথুংনশি হায়না শরী পন্দোম লোম্নখিএ ।। পাখং মশিনথা ব্রাংলেন পূঙদিংলকপবু নূরা তেমথেং কাঙবগা মান্ননা শিন্দাননৈএ, লমলোয় কল্লক খম্বন ব্রাবু ব্রাচানরুরবগী পাখং ব্রাংলেন পূঙদিংহৈবদি তম্বা খুৎলৈ থুনা পূঙদিং মতোন লোম্লবগী ব্রাংলেন পূঙখৎ তৈখিএ ।। মশানৌ য়াইনু ফিশা হৈবিদি তুনুং লংলা অমগী থরাক নাৎলম কাঙলিঙৈ ব্রাংলেন পূঙখোন তারবদা নানবা চকফি ককঙমদনা নূরা শরী নামুংলবগী নিংঙোন শমু মখুৎশু চরৈ ফিশা তেম্না থমোয় ফিরাক খায়না অমন খমলৈ কূমলে ।। য়াইনু মশুং লাংগী ব্রাংলেন পূঙদিং হৈবশূ পাখং শমু মখূৎশূ লাংশোই তানা উনবী চফম লেংনা নোংমনখিএ হায়দবরা ।।

হে ঈব্রাং পুরীল্লাই কবুই নূঙশাই লানথবা য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা থাঙয়ি অহোঙবীনা খোইমা মায়ওক্লরবগী তরা চাককাহোঙনা অহোঙ লৈরেন খৈবা কেকে মপূঙ য়াইদা নুংঙাই মরাং কায়না চহী ৪১ পানঙম্বা ঙাংঙোই ঊরা কোঙয়াম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুনগীবু চূনবনে ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই থীয়াঙ মীচাউবা

নয়ু কেকে মোইরাং লৈমা চাফরোন খুন্নুং লৈহন নিংথৌ হাওরা লোইরেলজাম্বা লোইয়মচা অহোঙবা চনু, ময়ু খুন্নুং লৈহন নিংথৌ লোইয়মচা অহোঙবনা থয়াঙ মথৌ মলবু ব্রায়র শাশীং থি শারেল মপুম ফা য়ারৌ শিরুকংবু শারেল শাকোক থিনা কেকে লমলেন মদাইমা খুয়োল থাঙলৌ

লম্মাহনদা খরী লৌখোংচু চামলৌ লৈফম ফানা হোঙনেমএ অদু নোংগীবু লোইয়ম চাবা অহোঙবও তৌনা কৌএ ।। লূৱাং লোয়নাই য়াওশূ তানবনা লাবা খূমনবু য়াংদৌ শারম লীরকপদা লোইয়ম চাবা অহোঙবনা ৱাংলৈ য়ুকৌরমএ, কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনবদি হৈরাঙ অপিশকপু/ অপিশাবু অতোইবও কৌএ, লূৱাং লোয়নাই য়াওশূ তানবনা তাউজিং হৈদ্রোইবু ফম্না ৱাইনা ৱাংলৈ য়ুমিনববু হাওদৈ অয়াকপবু থৈনা চামলে অদু নোংগীবু ৱাংলৈ থৈচামপালও তৌনা কৌএ ।। লূৱাং লোয়নাই য়াওশূ তানবদি ৱাংলৈ তোংঙম্নববগী তিমেন চৈশৌননা খোকলাং মখূৎশূনা ঙানা ঙানা চৎখিএ খোকঙা তা-ঙা পূঙও কৌনৈএ ।। চাফরোল খুন্নুং নিংথৌ লোইয়ম চাবা অহোঙবা চনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী ঈৱাং পুরীল্লাই থীয়াঙ মীচাউবা ও তৌনা কৌএ ।।

নয় নিংথৌ থীয়াঙ মীচাউবদি হাওরৈ খানা পাংবলমদা খৌশাবনে চীঙখোঙ পোইরৈতোন মমা লৈনুং পিয়াইনুচা খোমফাং অতোনবগা মতৈ লৈমা লৈনাউতাবিগা লোইজম থোংখোঙ শেমবা চনুগা চীঙবুরোই তমবু কেলনা লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু খুনথিরকপদা চীঙখোঙ পোইরৈতোলনা শাবী ইতৈ লৈমা লৈমা লৈনাউ তাবী নঙনা পোইরৈ শিদয়েন ৱাংঙম নাদ য়েনবু থৌকাউরমলবগী পারী খাইনা য়াম ইমোম তোক্ল হকলে ।। থৌদু খুফম হোংবদি চেঙজা খুফম লেঙদবা লাইজ ময়েং তাদবা লোইবী শিদববু খুনথিরকপদি চরৈ অইন তাম মানলৌ অশেৎ লৈতরে হায়না ৱাওইববু শাবী মতৈ লৈমা লৈনাউ তাবীনা তাঙজ ইকাইখিএ, হয়িঙৈদা ইকাইববু অয়াকপাও কৌএ অদু নোংগীবু শাইরেম য়াকপিরোলও তৌনা কৌএ ।। লৈমা লৈনাউতাবী শেনকোয় চীঙ শায়রেম য়াকপিরোলদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা পূন্নমক্লা চূঙলেন থাকুপ হৌ তিমেন খেরাং থাং খংনঙ লৈতঙ লেংনা লোইবী মচীঙ কা হেম্বা পনথেং হৌনা পনথেংলবগী খারম মপূঙ তাকলে থুম্বী মৈমাং চলনা হেমবা খাংজেল থুমলে ।। ঈৱাং মরাঙ হৌনা

খৌশারে হুএল লালনিগীদি মালেম শেনবূ লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলে লোইবী মপূঙ য়াইদগী কেকে মচী হেন ঙাংঙোই মরায় লাংনা কেকে মপূঙ য়াইদা নুংঙাই মরাঙ কায়না ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।। ঈব্রাং পুরীক্লাই থীয়াঙ মীচাউবদি মোইরাং মরৈবাক্তা নুংঙাই মরাং কায়না পানলিঙৈদা পূঙলেন মপূঙ ফা অহোঙ য়োইথোন পূঙবু পূঙলেন ময়াই লাংনা তানফংলে কেকে মোইরাং নিংথৌ থীয়াঙ মীচাউবদি পূঙলেন মখুৎফা অহোঙ য়োইথোন পূঙ হুএল লালনিগীদি খূমন হেমচু নহা খুব্রাংবা ফানা পূঙও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।।

থীয়াঙ মীচাউবা চূঙলেন মারালওনদি হুএল মরালহৌদি হাওরে নোংপোক পাংবা লমদা শেনবী মদাইমা কবো মখল অমা পনলু লৈময়াইও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোন মমা লৈনুং পিয়াইনুচাগা মতৈ লৈমা লৈনাউতাবিগনা শেনবী শিদবা কবো নাদববূ খুনথিরকপদা চীঙখোঙ পোইরৈতোলনা ব্রাওইরকএ ।। শাবী ইতৈ লৈমা লৈনাউতাবিও নঙদি শাবী লৈনুং থোঙঙারেল অহনবা সব্রা কংলৈ পূঙফাবগী তালোয় অখুবী লুমলেন অতোনবীনে অহিং তরা চাথোননা নোংথিন শিনলৌ লোনলাংবীনে পূক্লা ফুইএ লিননা ঙানলে মকোই পাউনিংশিংএ হায়বা নওবরা পোইরৈ শিদয়েন ব্রাংঙম নাদ য়েনবু কৈদৌবগী থৌকাউরম্বনো ।। শাবী নঙনা অখোম শীঙঙুৎয়েন শনখোঙ তাইময়েনবু কাউরমলবগী পারী খাইনা য়াম ইমোম শেৎনা য়ামএ হায়না মপারী চাখা য়াইথাবা লৈশং খেকব্রায়বগা মমোম খায়োইনু অহনগা হাওচেং লাংনু শাফবী হুয়াই কোংদিংনু অহনবীগবু পন্না মিকপলমএ অদু নোংগীবু পনলু লৈময়াইও তৌনা কৌএ ।। পনলু লৈময়াইদা কেকে মথি নাই মোইরাং মরাঙ হৌ সেনক কাংজম থোঙজাও হাংনা থেংলবদি মৈবী তাঙগোয় পাই মৈখু নোংলোন কা শারীক লাইখন থুম চকপা খারা খেনচক কীনখরে ।। পুরীক্লাই মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারবদি হুএল লালনিগীদি শেনবী ব্রাপী হাওবা থৌমন লানথৌয়াঙবু

কায়না হুনলে ।। নয়ু নিংথৌ পনলু লানথবা ঈৱাং থীয়াঙ মীচাউবদি নোংপোক ৱায়রং কোনগা লমবু ৱায়রং লমশাং ইলনা মরাল ওনতেরক্লবদা কেকে মপূঙয়াইদ ৱাইথুংলরে হায়দবরা ।।

কেকে মরৈবাকপু নুংঙাই মরাং কায়না পানলিঙৈদা ঙাংঙোই পোংলেন হনবনা ৱাহেমলকএ ইদাইরেম হাওরোক পানবিশূ ৱাবা পানদমবা কোঙয়াং ৱাবু লানবা নঙদি য়াউরৌ শাশেমও ।। ইদাইরেম খোয়রী তোনজাউশূ নঙদি কেকে খোরীদাক মোইরাং নোংগাংখোংদা লেমলৈ ঙা-শেমও ।। কেকে হাওরোক পানবিশূনা য়াউরৌ শাশেন্নবু য়াউরৌ শায়াম চনলে মোইরাং খোয়রী তোনজাউশূনা পাথৌ খন্নন ৱাগী ইনুং শোইয়াইমদা য়াউরৌ শাপল পনদোল য়ানথৎলে থিংলৌ কোনজাইখিএ শারেল পলঙমথোকখিএ হায়দবরা ।। হাওরোক পানবিশূনা ঐদি কেকে ইনিংথৌ থীয়াঙ মীচাউববু শোংকিএ হয়েং কেকে মীথাপূঙদা মোইরাং মীতুফমদা পানম লানয়াফমদা নোংমনলো হায়ঙৈনে থাঙলেন কোমশৎনবা লাংগোই শরী থোকপবু থোইনা শোংকাঙএ, পাখং নমবা ফি চরৈ লাকমা তোমবা মানলৌ য়ুংনা হৈবা ফিনা শমু ঙকতা কিনা য়াউরৌ শাপল পনদোল থক্তা য়ালনা নোংমনখিএ ।। মরুমবী খায়োইরোল চীঙহাউনুনা ৱাওইখিএ ইমান মচা হাওরোক পানবিশূও ৱাবা পানদম্নবা য়াউরৌ শাশেন্নবু লাকতরে খোয়নৌ মানজ মৱা ওই লৈমা লোইরেম ফাবিনা থৌখাম্লবা নারিঙৈনে হায়না ৱাওইখিএ ।। লৈমা লোইরেমফাবি খুনজান কাইমু শেনবা চনু মপল শেনবা লালহাবনা পোকপী মপাম হৈরেম শেংথোং পাৎ ঙাননু হাইপু অশৈনবম চনু লৈমা লোইরেম ফাবিনা ইমান মচা হাওরোক পানবিশূও য়াউরৌ শাশেমখিববু মরুমবী খায়োইরোন চীঙহাউনু শাফবী নিংঙেল নুপী মৈহনচৈ খুংফাবী কামু নুপী কুমওৎচৈ মায়মুবীনা থৌখামলবা নারিঙৈনে হায়না ককয়াই মানবা লৈবু শমু খুৎতা থুমনা পাদ্দমখিএ ।। ইমান মচা হাওরোক পানবিশূবু মরুমবী খায়োইরোল চীঙহাউনুনা থৌখামলবা শীংঙেল লৈচু থাউ লৈরাং থৌবি

নৱাক চামলক্কনুও ৱাবা পানদম্বৱু অমন ৱাংথা পুগা ওই অকেম চাকমোম লাংগা ওইরবদি শীংঙেল নচু থাউ লৈরাং থৌবি নৱাক চামলকও হায়না পাদম্বৱু শীংঙেল লৈচু থাউ লৈরাং মৱাক চামলকলে ।। লৈমা লোইরেম ফাবিনা মমান মচাগী তাঙজা খোঙগুল থিনা মার খোঙগুল লীরকপবু হাওরোক পানবিশূদি য়াউরৌ শা-পল পনদোন থক্তা য়ালনা নোংহামলমলে ।। লোইদাম থাশিরা লাংহে কুমওনলবগী মোংনু ময়াঙ ফূনা নোংমনলমএ অদু নোংগীবু লমলেন লুফু কুমদম সোয়ও তৌনা কৌএ কেকে তাবু থিবা মোইরাং হৈমন তানবনা লমলেন লুফু কুমদম সোয়ও কৌনৈএ ।। লৈমা লোইরেম ফাবিনা ককয়াই মানবা লৈবু শমু খুৎতা থুমনা পাদমবগী ঙাংঙোই মপূঙ য়াইবু কেকে চারী কুই ঙাংঙোই খোঙদোল শাংনা লেমলৈ ঙাচা ৱাৎতা ঙাপা ৱানথোং তামদনা লেমলৈ ঙাহোঙশনো হায়বগী সোয়রেল খমখাং খুদিংদা লেমলৈ ঙায়াফম ৱানচেং মতিনফমবু তৈনা শেমবা পাংথি লমলোই তালনা য়াউরৌ শাফা লম শারেল পোংবৈফমবু থিংলৌ কোনলোই তৈনা পনলেন খোংতৌবা অহোঙ য়োইথোনবা পোমবী য়াকাফম শাৱা পোংবৈফম তৈনা শেমবা লৈবাক মচা য়োককুম ঙাংঙোই মপূঙ য়াইবু পোমবী শাৱা লূম কোলনা লোকলৌ শানা কোলনা লাংগোলহৈবগীবু কোলোয় মিংচৎপু ঈৱাং পুরীল্লাই থীয়াঙ মীচাউবদি চোয়নৌ সনা মিংহূলগীবু চূনবনে ।। নয়ু ঙাংঙোই লৈকোয় মপু থীয়াঙ মীচাউবদি কেকে ফমবাল লাংদা চহী ৪০ পানলমএ ।।

## ঈৱাং পুরীল্লাই খোকৱা নূঙহুইরাং

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা ঙানুরোল চেংখমবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ খোকৱা নূঙহুইরাং অতেংবাও তৌনা কৌএ, ঈৱাং পুরীল্লাই খোকৱা নূঙহুইরাং অতেংবদি হাওরৈ নোংচূপ পাংবা লমদা

খৌশাবনে ।। হাওদোম চনু লাংহৈ থেমবী অশেম থোইনা নাকোই কাণ্ডবী অশা থোইনা চেংলৌ মিৎথোঙ লোনবিবু খোয়রী থোমবা নিংঙোল সুজা লমবু অমনবা চৈশৃ থারবনা হে ইমোম হোইদোমবী চনু লাংহৈ থেমবী অশেম থোইনা নাকোই কাঙবী অশা থোইনা মিৎথোঙ লোনবীও নদু হোইদোম সেনবনা নোংমন চীঙ লোইবী চাবং লাকথিংলম হাওচরেং কুব্রাক লানলোয় মাবু ফাবা কদাং চীঙ মালং অয়াঙবা মচীঙজিনদি অসিনে হায়না চীঙলেন মতম য়েং শমু খুৎপু থিলনা পাউতাক ব্রাই লমলেন লোনলোই লৈমতাকপু নাতৈননা লোইবী কাদাং মপৃঙ য়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্নমক্কা থাঙলেন খেরাং থাং তিমেল হুংশোল লৈনা পনথেংলবদি লোইবী মপৃঙ তাকলে কাদাং য়াগা চায়রে মৈবী তাঙগোই পাই চৎলম ফানশাং থূম শাইফু মৈতান পক্লা পনথেংলে পুরীল্লাই মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারে হুএল লালনিগীদি কাদাং চীঙমানলং অয়াঙববু কাযনা হুনলক্এ, লোইবী মচীঙলেনদগী নুংঙাই মরাং কাযনা কেকে মপৃঙ য়াইদা ব্রাইথুংলরে ।। নয়ু নিংথৌ কাদাং ঙমবা খোকব্রা নুঙহুইরাং অতেংবদি কেকে মপৃঙয়াইদা পৃঙলেন মখুৎফা অহোঙ য়োইথোল পৃঙবু পৃঙলেন মরাই লাংনা তানফংএ হুএল লালনিগীদি কাদাং চীঙমানলং অয়াঙবা ফানা পৃঙনে ।। ঈব্রাং পুরীল্লাই অহোঙ লৈরেন খৈবা পৃঙলাং য়ুহৌবা থেরে লাফনবদি কেকে মপৃঙ য়াইদা হরাউ মথোই থোং নুংঙাই মরাং কায়না চহী ৪৮ পানলমএ ঈব্রাং পুরীল্লাই খোকব্রা নৃঙহুইরাং অতেংবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই চরন য়োইরীল্লাই অতেংবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা চাপারোন/চাফরোল পোনজেনবী খুননুং লৈহন নিংথৌ চনু লোইয়মচা অহোঙবা চনু পায়মা সনা উনগোয় নুংগী নয়ু নিংথৌ চরন য়োইরীল্লাই অতেংবাও তৌনা কৌএ ।। কেকে লৈমাবা চরন

য়োইরীক্লাই অতেংবদি হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোন মমা লৈনুং পিয়াইনুচা খোমফাং অতোনবগা মতৈ লৈমা লাইহননুগা লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু খুনথিরকপদা লৈমা লৈনাউ তাবিনা মমোইথাপ মমোইরেনবু য়োনজরমএ অদু নোংগীবু লোইবী হাওময়োন ময়োন খুলেন লৈও তৌনা কৌএ ।। ময়োন খুলেন লৈদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুম্নমকক্কা চূঙলেন থাকুপ হৌ তিমেন খেরাং থাং খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদি লোইবী মপূঙ তাক ময়োন থুমবী মৈমাং চনলে হুএল য়াইশীং মুৎলে ।। পুরীক্লাই মথিনাই ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারে হুএল লালনিগীদি লোইবী ময়োন মনিংথৌদি হুএল লুমচাউবা লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলে ।। ঈব্রাং পুরীক্লাই কেকে পোংলেলহনবা চরন য়োইরীক্লাই অতেংবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কেকে ফমবাল লাংদা হী ৩৬ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই থাঙ্গ ঈফেন লানথবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা লিনশূরোল নোংদাইলেম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী ঈব্রাং পুরীক্লাই থাঙ্গ ঈফেন লানথবাও তৌনা কৌএ, ঈব্রাং পুরীক্লাই থাঙ্গ ঈফেন লানথবদি হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। খাবা লৌতাং খুন তাংখুন মচি লম লোইবী লৌথব্রাই থাব্রাই লমনুংশিবু নাতৈননা তাংখুন মারৌ নূরাবীনা হৈরাং ব্রাইচৎ হৌ পানম হেকমাই কাঙেদা তরা চাকপু লামলবগী তরা চাকয়োম থোকপদা লাইজ ঈ-রৈতবগী তাউজিং হৈবুম মনানা তরা চীননমখিএ অদু নোংগীবু তাংখুন মরৌ নূরাবী তরা চীননমহৈ কৌববু পোইরৈ-তা ফাথিবা ব্রাংঙম হৈনম তানবনা চীননম হৈও তৌনা কৌএ ।। তাউজিং হৈবুম মনা তব্রা চীননমব্রাইবু নাতৈননা তাংখুন লৌতৈ মপূঙ য়াইদা কেকে মথি নাই মোইরাং মরাঙ হৌনা হুএল লা- দাখিএ ।। লোইবী মচীঙ কা হেমবা পনথেং হৌ চূঙলেন থাকুপ হৌ খংনঙ

লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদি লৌতৈ থুমবী মৈমাঙ চল হুএল য়াইশীং মুৎলে, পুরীক্লাই মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশাবনে ।। হুএল লালনিগীদি তাংখুন লৌতৈ চীঙলুখুমগী কেকে মচি হেন ঙাংঙোই মরাই লাংনা মরান ওনতেরকলে কেকে মপূঙ য়াইদা ব্লাইথুংলরে হায়দবরা ।।

হে ঈব্রাং পুরীক্লাই নয়ু নিংথৌ তাংখুন লৌতৈ লানথবা কেকে পোংলেল হনবনা মোইরাং মরৈবাকপু নমু পোংনা য়ামবগী লোকতাক খরা শানা পানলে।। লাইজ ঈনা ঙমলকলে হায়বগী লাইজ ময়েং তানা লোকতাক পনয়া কংশনো হায়বগী মদাইরেম লৌমী সেংমারেনবু কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনাবদি লৌমীবু থাঙউরেলও কৌএ ।। মোইরাং থাঙউরেল পূম্নমকনা তোকমু লৈতঙ ফেন মালেম লৈকন তৌনা কেকে খোরীদাক মোইরাং নোংগাংখোংবু মোংবা তূখুন ফাওনা লাইজ ঈফেনথবা, ঈব্রাং পুরীকলাই থাঙ্গ ঈফেন লানথবনা কেকে মরৈবাক্তা নুংঙাই মরাং কায়না লৈবাক মনিল নাইনা পানলিঙৈ কৌবরোনবু চনু তোইবী শোইপাই লানথেমবীগী মদু কৌবা অখুববু নোংয়াই মশা ওই খূমন মরাল ওইখিরবগী মোমনু নুংওন মতৌ কমবু লৈতনা পিরেল খকমা-তা, কংলৈ মশূমাঙদা মিকপখিএ ।। ইদু কৌবা অখুববু লাংচেং নেম-নেম মকারক পামেল চূমলৈনা হুলকপদা হাওশি খূদোপ মনলাইবা হাওমন লাংনা কেমলাইবা তুগুম্ববু য়াইবী হিংথৎননা নোংয়াই করম মীশা ওই খূমন করিগী মীরাল ওইখিবনো কনলকএ নমোম ঐবু তমবা নুপা ওইনা করম ওইফদবনো ।। নোংয়াই য়ূমলক চঙ খুমন পনয়া থেংনা লৈকাই পুজরুক লাংবন অওন লূককুম্ববু করিগী লনশিংফদবনো হায়না মিকপখিএ হায়দবরা ।। ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইবসু তানথোং লমমৈ ককনা লেমথোং লমদোন লোমলবগী ব্রায়র শাথিএ হুএল লানথিরিএ হায়ববু নাতারবগী কৌবা রোনবু চনু তৌইবী শোইপাই লানথেমবীগা খোইনৌ মতা খোইনাই ওমবু চনুগনা কেকে মনিংথৌগী সনা মখোঙ খাদা মানবি খুৎতপনা মুকমু লৈতোন কোন্না খুবাং চাংজৌ

চেপ্লা লোন্না মোমনু হেকঙাই নুংয়েং চেংনা ব্রাকৎচখিএ ।। কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবও তাবিয়ো, নদাইরেম ইদু কৌবা অখুববু নোংয়াই মীশা ওই খূমন মীরাল ওইখিরে, ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইবা অয়াঙ হুমফুমাথোইমক্লা হুএল লানথিরিএ হায়ববু নাতারে । ইদু শানম ঙাইথিংতোন কৌবা অখুবগীদমকপু নদাইরেম খোইনৌ ইতা ইবিংঙাদি নোংয়াই থাঙলেন মখুৎশূবু শোংকিরোইএ খূমন তিমেন মনুংচঙবু শোংকাংদনা হুএল লানলুমজরুগে, লৈকাই পুজরুক লাংবন অওন লূক চেঙবুম মনৌতোনগুমববু লনশিংবিয়ো হায়না পুরুমখোনগী ।। নয়ু কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবনা ব্রাহোমখিএ, তয়ম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌশিংও ইদাইরেম মোমনু নুজা অনিমগী মদু নুংওন খোয়খৈতা নুংশি লাননেক ব্রাগীবু তয়ম অথৌ লীচা হেপপা নখোয়বু হুএল লানলুমলুও ।। মদু কৌবা অখুবগীদমকপু লৈকাই পুজরুক লাংবন অওন লূককুম্ববু লানশিংবিরুও হায়না থৌশীনখোনগী কেকে অথৌ লীচা হেপপা হুএল লানবুমমানা লমলেন মদাইমা তরেৎ লৌসেনতা সেন্তা ঈব্রাইকোন্দা লাংফম কাগুপ্লা নাফমখিএ লিনলা তুগুম্ববু নাথেৎখিএ ।। তরেৎ লৌসেনতা সেন্তা ঈব্রাইকোন কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, কেকে অশৈবনা তাউরোয় পূঙলেন ব্রাক্লা অমন শিথিনবদা চরৈ ফিমা হোংলবদা লেংদোল য়ান্না ওনতেএ তেৎনৌ য়োৎমা ওনলবদি খুৎতা শূনা হলব্লাইএ, তরেৎ শেলনা ওনলবদি নামৈ য়েপ্লা ওনতেরকপবু লাইজ ঈরানবদা তরেৎ লাইওং মান শমু খ্বাঙদা য়েপপবু লাইজ ঈদা তাখিএ শমু খুৎনা ব্রায়না লৌখৎখিএ অদু নোংগীবু তরেৎ লৌসেনতা সেন্তা ঈব্রায়কোলও তৌনা কৌএ ।। তরেৎ লৌসেন্তাদা লাংফম কাগুপ্পনা তাংজ নাফমখিরা, লিনলা তুগুম্ববু নাথেৎখিরবগী কৌবরোনবু চনু তোইবী শোইপাই লানথেমবীগা খোয়নৌ মতা খোইনাই ওমবু চনুগনা লৈরি থেম্বা চনু খোয়নৌ লৈরি কৌবী খানলৈ লৌরং চৈ লৌব্রায় কামু খোকপু তাঙজ লুদা থোংনা নোংয়াই খানলৈ লৌতাখিএ ।। খূমন অয়াঙ

হুমফুমাথোইমক্তা খোইমা নারোলনুংদা হুএল লানলুম্ববু চেংলৌ মিংথিংলবগী তরা চামন থোংদা চাবুম মালং নোংশিং চৈরোয়ননা য়ব্রা খোননাইববু শানা মোমনু চীনবান থাংচপ্লা পায়মা নিংশা থিনকাম্লনা মোইতম খোনলোনখিএ ।। তোইবী শোইপাই লানথেম্বীনা শংলৌ য়েননৌ তংলক্তে লেমলৈ ঙাতেক চারকতে পায়মা নিংশৌননা মালং নিনসু নাদবিনে করি ব্রানো মোমনু তাঙজ ইকাইএ হুইয়াই শেনকোয়এ, তেংকোক ইখুৎশূনা থোকশিংলা ইনপাক ইরুতুপ নঙনা থোকশিংলা মোমনু খাংবা ইনমথাং নঙনা থোকশিংলা হায়না পাউমেনববু, নোংয়াই হুএল লানলুম্বা অয়াঙ হুমফুমাথোইমকনা উনবি পুব্রিং ঙাকঙমদনা নোকথোকলবগী কৌবরোনবু চনুগা খোইনাই ওমবু চনুগা থব্রায় মিরেল খঙদনা তেংকোক খুৎপায়-থা অচেন খোঙলৈ য়াঙনা হুএল লানজেনলকলে ।। নোংয়াই লানথিবা পুম্নমক্তা হুএল লানতানলকলে, খূমন তোমবা অথৌবদি মদোম খোঙকাপ নৌরৈ মাবু হেন্না অচেন খোঙলৈ য়াঙলকলে ।। তরেৎ লৌসেনতা সেনতা ঈব্রাইকোনবু নাতৈননা লাকলবদা তোইবী শোইপাই লানথেমবীনা পাউমেনলকএ কেকে ইপন ঙাই ঙাংঙোই ইদু ঙাইশিংও উশূক লাংয়া হৌবিদানা খোইমা লাংখোঙ লেঙবিগনুও নোংয়াই লানপাম্বদি খূমন তোমবা অথৌবদি মদোম খোঙকাপ নৌরৈ হুননা হুএল লানদানলকএ অদুদি হুএল লানদোমপোকনে হাননা হুএল লানতুবিগনুও নোংয়াই নীংতেনখিরগনি লাংফম অহৌ কাইবিগনু হায়না হুএল লানপাউ চেনলমলে হায়দবরা ।। কেকে অথৌ লীচা হেপপা পুম্নমক্তা নোংয়াই লানবুম মাবু থিংলৌ তুগুম্ববু পনজনলে ওকলেন তুগুমববু পনগোয়রে নোংয়াই শিফা নীকনা হুএল লানতুরে খূমন তোমবা অথৌববু কায়না হুনলে ।। অদু নোংগীবু কৌবরোনবু চনু তোইবী শোইপাই লানথেমবী লানথেমকোন খূমন তোমবা লানশি ব্রাইও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ পুরীক্লাই থাঙ্গ ঈফেন লানথবা মোমনু চীনগোই ময়াথং মদু নুংওন খোয়খৈ তানা ব্রাকৎখোনগী লৈকাই পুজরুক লাংবন অওন লূককুমববু লনশিং তানবিবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কুমশীং ৪ ১ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই শাংদোন খূবা

নয়োন কেকে মোইরাং নৈমা য়োইরুমলোন ফৈরৌশূ মবেন হৈরেম কাংহৈনু খিংখিং কাংহৈনু লেমলৈ ঙানা পামবী লাংবন খোইদা মিংথোন ফবি ময়ু নোংবান য়াংহনবা থৌরৈ নোংচুপ অহোঙবা খোইনৌ লাংমৈ য়াংগোন নিংথৌ চনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ শাংদোন খূবাও তৌনা কৌএ পুরীক্লাই শাংদোন খূবদি হাওরৈ খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মোংবা লোইকেনবা কাকলেন লান্দাবা শৌবোন খোঙগনবা লমদা ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ তোংজেং মনুংচঙ ব্রাকয়ৈ লুকচি পোপতবা তোংজেং চেননা হৌদবা পামেল উশা পকতবা কোনথাঙ চারন লেংদবা হিয়াঙ কংতং মরুং কুমদবা হিবু ব্রাকয়ৈ খোঙওইনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পুন্নমকনা তেন্দোং নমদা হুন লীরুং খোঙদা নেৎ তনমু নাকল ফূ হিয়াঙ কংতং য়ৈ ব্রাকয়ৈ মথি নাই তোংজেং মরাঙ হৌনা থৌদু নূঙতেক চীঙদা পনথেংলবদি নূঙতেক য়াগা চায়রে লোইবী মপূঙ তাকলে ।। হুএল লালনিগীদি লোইবী নূঙতেক মনিংথৌ হেমবা খাংজেং থক্তা ব্রাঙনবা মরেম চাংলৈবু লানথৌয়াংবু কায়না হুনলে ।। কেকে মরায় লাং ঙাংঙোই মচী হেননা ওনতেরকলবদা কেকে লৈকোয় ফম্বা ঈব্রাং পোংলেনহনবনা ব্রাহোমলকএ, তয়মশিংও লোইবী য়ুমখৈ থেং নূঙতেক য়াগা চাইরুবশিংবু অব্রা নখোয়বু হক্লা চোক য়েনবি হুয়াই লোমলিঙৈনে ব্রাকয়ৈ লমদনখিশে তোংজেং পোখাখিশে হায়না মদাইরেম তোংজেং নাউমৈগী খুমু নৌজাও শূবা পোনবী মশূং ওইনা মিৎয়েং নানি লোঙবা কোমবা লৌশং চানা ব্রাকয়ৈ লুনা হননা হি থাংখিএ, অদু নোংগীবু মোংবা মদাইমসু কোমবা হিথাংলমও তৌনা কৌএ ।। কেকে অথৌ লীচা হেপপা পুন্নমকসু অব্রা পোখারম্লগা মরান ওনতেরক্লে, কেকে মোইরাং নিংথৌ শাংদোল খূবসু ব্রাকয়ৈ তেংমায় ঙান লোকতাক ঈয়াই খায়না ঙাংঙোই মপূঙয়াইদা ব্রাইথুংলরে ।। লোইবী নূঙতেক লানথবা ঈব্রাং শাংদোল খূবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে চহী ৪৫ কেকে লৈকোয় ঙাকলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই উরা তেলহৈবা

নয়ু কেকে মোইরাং লৈমা য়োইরুমলোন হৈরেম য়াংবা চনু সনা লাংমৈরেমবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ উরা তেলহৈবাও তৌনা কৌএ, ঈব্রাং পুরীক্লাই উরা তেলহৈবদি হাওরে খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোন মমা লৈনুং পিয়াইনুচা খোমফাং অতোনবগা মতৈ লৈমা লাইচম থোংখোঙ শেমবা চনুগানা চীঙবুরোয় তমবু কেলনা লাংওনলকপদা চীঙখোঙ পোইরৈতোলনা তুরেল লাইজ ঈরানলকপদা শাবী ইতৈ লৈমাও লাইজ ইরোলনুংদা থৌদু ইশং থাংএ শমু খুনানথোক্কনি তাংজ খোঙখুন ইনলকও হায়না পাউমেনব্রাই মোনশাং মপুঙ য়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা পুম্লমক চুঙলেন থাকুপ হৌনা তিমেন খেরাং থাং খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবগি লোইবী মপুঙ কায়রে মোনশাং য়াগা চাইরে, হুএল লালনিগীদি লোইবী মোনশাং নিংথৌ হুএল থাকুপলেং লানথৌয়াংবু কায়না হুনলে ।। লোইবী ময়ূমনাক মোনশাং মশাই কোনগী থিংলৌ নীংনা তেনা হলব্রাইরকলে কেকে মপুঙ য়াইদা ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।। পুরীক্লাই উরা তেলহৈবা কেকে ফমবাল লাংদা কুমশীং ৪১ পানঙস্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই মশেন্বা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা ঙানুরোন য়াইরৈমা/য়াংলৈ ঙন্বী ঙানবা তেকচা পামবা শারা নাচৌশূ খোইয়ম লাইহৎ থৌবনা য়েনবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী কেকে মোইরাং নিংথৌ মশেন্বাও তৌনা কৌএ পুরীক্লাই মশেন্বদি হাওরৈ খানা পাংব লমদা খৌশাবনে ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোননা পোইরৈ শিদবা হেমবা নাদববু খুনথিরকপদা সাচুং নিংথৌ সাচুন লাংমৈরেন্বগা লমওক্লরে, হয়িঙৈদা পাথৌ কৌববু ইচুম্মাও কৌএ সাচুন নিংথৌ লাংমৈরেম্বনা ইচুম্মা নঙদি কনানো হায়না পাউহংববু ইচুম্মা ঐদি চীঙখোঙ

পোইরৈতোননে পোইরৈ শিদবা হেস্না নাদববু খুনথিরকপানে ইচুম্মা নঙদুম কনানো হায়না পাউহংলক্লে, ঐদি সাচুন লাংমৈরেম্বনে হায়না পাউখুমলবদা ।। তৌইগীদি ইচুম্মা সাচুং নিংথৌ সাচুন লাংমৈরেমবাও নঙনা পানফুক পানফোই লৌ শিংখা শিংথুম লৌবু লৌতারমবা অসিদি শানূরা শাবরা য়োমলোইরা য়োমতাংলা হায়না পাউহংববু, চীঙখোঙ পোইরৈতোনও শানু শাবা নত্তে য়োমলোই য়োমতাংনে হায়না পাউখুম্ববু, সচুন লাংমৈরেম্বও য়োমলোই য়োমতাং নারিরোই নতিক নমেন মানএ শানু শাবা নরিঙৈনে হায়না ব্রাহোমলবদা ।। হোয়দা ইচুম্মাও শানুনে শাবনে ইমোম ঈরুম নাশংনে পারী তেক কোকলিব্রাইনে হায়না পাউখুমলবদা ।। ইচুম্মাও ঐদি পারী খাইন য়াম ইমোম তোকন হকলবগীবু লোইবী শিদববু খুনথিরকপনে হায়না পাউখুমলবদা ।। তৌইগীদি নপারীগী কোলোই মমিংথোনদি করি কৌবনো পাউহংববু, হোয়দা পারী অমদি চাখা খোংহনবাও কৌএ ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোনও নঙদি অদুগীবু সুকহন সোইহনখিবনে ।। পারী অমদি সাগাং য়াইথাবাও তৌনা কৌএ, খুনুং য়োইচাখা অরিবাও নঙদি অদুগীবুসু খাইখিবনে ।। পারী অমদি কাংতোন লৈনৌবাও কৌএ, লৈনুং পোংনাউতা অতোনবাও নঙদি অদুগীবু সুকনৌ সোইনৌবনে ।। ইমোমদি খোইজেং-নুব্রাহন হাওচেং লাংমৈনু শাফবী হুয়াই কোংদিংনু অহনবীও কৌএ, নঙদি অদু নোংগীবু সুকহোং সোইহোংবনে ।। নমাইবদি করি কৌবনো পাউহংববু, হোয়দা ইমাইবদি থীকনম ফোইনমবও-কৌএ, নঙদি অদুগীবু সুকনম শোইনমবানে ।। নথিং কাইদি করিনো, ইথিং কাইদি উপন লেংতানে, নঙদি অদুগীবু সূকপন সোইপনবনে ।। নমাই য়েকতি করি কৌবনো, ইমাইয়েকতি য়াংগেন নাফানে, নঙদি অদুগীবু সূককেন সোইকেনবনে হায়না ব্রাওইখিএ ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোননা সাচুঙ নিংথৌ সাচুং লাংমৈরেমবাও নমাইবদি করি কৌবনো, হোয়দা চীঙখোঙ পোইরৈতোনও ইমাইবদি থোংনাং কাইবয়াংও কৌএ ।। নঙদি অদুগীবু সূকয়াং সোইয়াংবনে ।। নথিংকাইদি

করিনো, তাউজিং হৈমিংয়াংনে, নঙদি অদুগীবু সূকয়াম সোইয়ামবনে ।। নমাই য়েকতি করি কৌবনো, ইমাই য়েকতি উতং তাংতনবনে নঙদি অদুগীবু সূকতাং সোইতাংবনে ।। সাচুঙ নিংথৌ সাচুং লাংমৈরেমবাও নমাই ইমাইবগা, নথিং ইথিংকাইগ, নমাই ইমাই য়েককা, শিন্নশে হায়না চীঙখোঙ পোইরৈতোন মমাইবা থিকনম ফোইনমগা সাচুং লাংমৈরেম্বগী মমাইবা থোংনাং কাইবয়াংগা অনিমক শিন্নরমএ অদু নোংগীবু লোইবী সাচুঙ পূঙও তৌনা কৌএ ।। লোইবী সাচুঙ মপূঙ য়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুন্নমককা সাচুঙ চীঙদা-কা থাঙলেন খেরাং থাং, চুঙলেন থাকুপ হৌ খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদি লোইবী মপূঙ কায়রে সাচুঙ পামতান্নরে ।। হুএল লালনিগীদি লোইবী সাচুঙ হাও পাখং হুএল শেনতাকলেং অথৌববু কায়না হুনলে কেকে মচি হেন ঙাংঙোই মরায় লাংনা কেকে মপূঙ য়াইদা নূংঙাই মরাং কায়না ৱাইথুংলরে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ লোইবী সাচুঙ লানথবা ঈৱাং পুরীক্লাই মশেম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে লাংহে কুমশীং ৪২ পানলমএ ।।

## ঈৱাং পুরীক্লাই কোয়রেন নিংথৌবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা চাফরোন লৈহনমোমবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু কোয়রেন নিংথৌবাও তৌনা কৌএ, ঈৱাং পুরীক্লাই কোয়রেন নিংথৌবদি হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। নোংয়াই য়েকমা নাউতা অদোন থোংলেন কোইচানা পামেল উথিরোক ৱাকয়ৈ খৌচি লূকাবা তোংজেং তোনগা নাৱাংবা থোকন লম হৈরোক অচনবা কৌবদি কৈদৌ নোংগীনো ।। নোংয়াই তোংজেং তোনগা নাৱাংবা অদোন থোংলেন কোইচা য়েকমা নাউচানা ৱাকয়ৈ হিয়ানঙৈদা মরোয় খূমন কদাং লায়রবা তরা চেঙজেল তাম নোইনুম থুমচেন ৱাৎপা ঙাপা ঙায়োম য়োমতামবনা

পামেল উথিবদা, খোইমোম লাই হৈয়িং ফিগে কূরাউ মপান মানবা হৈবু চরৈ ফিগাউ শানা হেকলকএ, ময়িম নোংয়াই য়েকমা নাউচা অদোন থোংলেন কোইচাগা লমওক্লরবদা , ঈরোয় খূমন কাদাং লায়রবাও হৈরাঙ অসিবু করি নীংথিজবনো তাউজিং অসিবু করম চূনবনো, হৈরাঙ মচেৎ পাংমনা তরা নওগী চেঙজেন ব্রাংপাবু তরা চেঙজেন শকপিগে, তাউজিং সুংদাই অমনা নোইনুম থুমচেন শকপিগে হায়খিএ অদু নোংগীবু খোইয়ম লাই হৈয়িংপু নোংয়াই তরা চেঙজেল হৈও কৌএ ।। হৈরোক অচনবদা নোংয়াই য়েকমা নাউচা অদোন থোংলেন কোইচানা পামেল উথিরোক খূমন কাইবি খুরাম পামবা অতেরা চানা চরৈ ফিদুং খাওন্ননা পামেল থানশেমলোক নোংয়াই কদাং লায়রবা তরা চেঙজেন তাম, নোইনুম থুমচেন ব্রাংপা ঙাপা য়েনয়োম তামবনা ঙবোং নানৈ খম্না সেনগোয় লোকপু নাতৈননা, তাউহইরেং অহনবগী লাংগোই মখুনেৎনা লুতুৱাই, খাম্বী মৈরিং চীঙ তাংকং খনতোময়াংদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা পুম্নপমক্কা লোইবী মচীঙকা হেমবা পনথেং হৌ খংনং লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদি লোইবী মপূঙ তাকলে তাংকং য়াগা চাইরে হুএল লালনিগীদি অমো সংলৈ লানথৌয়াংবু কায়না হুনলে ।। পুরীক্লাই মচী হেন ঈব্রাং মরায় লাংনা মরান ওনতেরকলবদা কেকে মপূঙ য়াইদা লৈবাক মনিল নাইনা পানলবগা খোইয়ম নোংদমবা মথৌথাবু ব্রাকনফদবগী পুনসি চাহে লোমলে হায়দবরা, নয়ু নিংথৌ খাম্বী মৈরিং চীঙদা খৌশাবা ঈব্রাং পুরীক্লাই কোয়রেন নিংথৌবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কুমশীং ৩৬ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই কাবা পুরাং

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা চীনফুরোন লৈহন মোমবী পায়মা সনা উনগোয় নুংগী কোয়রেল নিংথৌবদি ঈব্রাং মৈবী শারম ওইবা ফমলেন য়ুতোপ্পবু শাৎতবগী মশানৌ শীংখোঙ য়াইমবা ব্রাকলেন তোংয়াইগী কাবা

পুরাংনা সনা ফমবাল তোংলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ কাবা পুরাংনা কেকে মরৈবাকপু লোকলৌ শানা কোলনা ঙাংঙোই মনিল নাই মোইরাং মরাঙ হৌনা পানলিঙৈদা থাঙয়ি অহোঙবী লোইমোম ফৌওইবীনা কেকে থোইয়া থোইদিংজম নিংঙোনবী মপারী মোইরাং অকোংজাম্বদা তাংথরমএ ।। কেকে অকোংজাম্বদি য়াংদৌ শারম লীখরবগী, খোইমোম লাইরেম্মনা হে কেকে থোইদিংজম নিংঙোনবীও য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবসু মতাং তেনখিরে, নঙগী মোংবা নরানয়াই ফুঙ্গা লাইরু খাদা ফয়েং নোংফাইজগে হায়রবগী থোইয়া থোইদিংজম নিংঙোনবীনা মোমনু নুজা নঙদি নমু মীহিংচা মানলে ঐগী মোংবা ইরানয়াই ফুঙ্গা লাইরুখাদা য়াইরেকফরোইএ ।। তৌইগিদি কাওরেল নশনকোন্দা তাংথগে শূমাঙ নথৌবোমদা তাংথগে হায়বসু, কাওরেল ইশল য়ামএ তেকপী ইওক হকএ তাংথফরোইএ হায়না শমু খুৎনা ইল থেংনা কোইনা ব্বারৎনখিএ ।। খোইমোম লাইরেম্মদি য়ুমলেন শাইগংখা তিঙলি মাঙশোকলমদা নমদুম নম অনম তালনা য়াতারমএ ।। কৌবা নোংগা শোয়রবদা খোইমোম লাইরেম্মনা, কেকে থোইয়া থোইদিংজম নিংঙোনবী শূমাঙ নথৌবোমদা ফকলোং চিরাই মরিশূববু থাজৌও হায়না পাউকৌখিএ ।। লোইমোম ফৌওইবীনা খোইমোম খাংবা মনমথাংবু খীকথরম্ববু থাঙয়ি চীবুঙ পৈ, লোইমোম চীঙবু শানা পৈরে খোইমোম লাইরেম্মদি থোইয়া থোইদিংজম নিংঙোনবী মরান য়ূমবু হুনলাল্লমএ ।। থোইয়া থোইদিংজম নিংঙোনবীদি খোইমোম লাইরেম্মবু নৎতবরা খাজিকএ হায়না তকলৌ শিতং শোলহৌএ ।। মপারী অকোংজাম্বা য়ারৌ শাবাল লোকখিববু ব্রাইথুংলরবদা পলেম ঈমা পোকমাবীও খোইমোম লাইরেম্মাবু করম চেংলৌ শকখঙহৌদবনো কনলকএ হায়না মরোয় পাদুয়াংবু থৌশীখি, লোইমোম ফৌওইবীবু থৌখামহনখিএ ।। কেকে পাদুয়াংনা অচেন লোকলৈ হৌনা ইন্দানখিববু য়াওশূ চৎলম ফানশাংলেনদা লোইমোম ফৌওইবীবু তানফংখিএ, খোইমোম লাইরেম্মা নঙবু য়াম্বা কেকে অকোংজাম্বনা থাংয়ি

নঙবু ওনতেরক লোইমোম নঙবু হলব্রাইরকও হায়না পুনেমজরকএ হায়না হায়জববু, কেকে পাদুয়াংও খোইমোম ঐদি ওনতেররোই লোইমোম হলব্রাইরকলরোইএ নয়াম্বা কেকে অকোংজাম্বদা হায়রুও হায়না খোইমোম লাইরেম্মনা হোইয়াবিদরবগী কেকে অকোংজাম্বদি কংলৈ পৃঙফানহৌদে অহোঙ তানফংনহৌদে হায়দবরা ।।

নয়ু নিংথৌ কাবা পুরাংনা ঙাংঙোই মপৃঙ য়াইবু থৌজান তাইহেন নাইদনা লাংগোনলিঙৈদা, নোংয়াই মনিংথৌ হাওরম নৃঙগোয় অহনববু লীক্লাং ব্রারোংনা থবা ব্রানৌনরবগী মশানৌ হাওরমতোন লৌথীবা থাঙলেন মখৃৎশূনা য়াননা নোংমনলবগী মশাবী শীংখোঙ য়াইমবা হাওরম নৃঙ্গোয় য়াইমদি নোংয়াই মপল লম্বু নমদা হুলনা কেকে লৈকোয় পৃঙদা, পুরীক্লাই কাবা পুরাংগী সনা খৃয়া খাদা, থাঙলেন ময়া চীক শরী পন্দোম লোম্না মোইরাং কশা য়ারবগা কেকে লৈশবুঙ লাৎনা ঙাংঙোই মপুঙয়াইদা খুং দখিএ ।। হে, ঈব্রাং পুরীক্লাই কাবা পুরাংবদি কেকে মপৃঙ য়াইদা সনা ফমবাল তোংববু উনবী শেনলোই নীকনা ফমএ, লাহন ফমমোইমিৎ কাদ্রিঙৈ ফোংলাংমৈ তোংদ্রিঙৈগী মশানৌ ঊয়েন লৈমা সনা লীক্লাং খোমহানবী উই ব্রাকোন পাম্বা ব্রাকোন লোইরেম ফাবা কৈরেল খুৎলামখামদা নাউনৌবা ইংখোল ফৈরোয় থক ফিবোং চামিথকতা শারেন য়েৎনা কোলনা নাউথেম্ববু হোইয়াদবা ।। উয়ি উকানুং উকক তপতাই থক্তা ফৈরা তান্দা থোংনা নাউথেম্ববু হোইয়াফবা উই ব্রাকোন পামবা কেকে লককি ব্রাতা নিংথৌ হিগা লককি ঙাইতা নিংথৌ ব্রাকোন লোইরেম্বা চনুবু নুংশি পুক্লিং তৎঙমদনা নুংওন খোয়খৈ তাবগী পুরীক্লাই মাগী কানফম ঈব্রাং ফমদোংফম অখুবদা কোরৌ নোংঅমদা থবি নোংলেপতনা মশানৌ ঊয়েন লৈমা সনা লীক্লাং খোমহানবীদা কৌবা চীঙদোই লংগুম তোয়নবা ব্রাগী ।। মশাবী কেকে মোইরাং লৈমা লাইতোন লৈমা খাংনৌবীনা ব্রাওইরকলে, শানৌ কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবাও নঙদি সনা ফম্বাল লাংবু নমদা হুলনা করিগী নশানৌ

উয়েন লৈমা লীক্লাং খোমহানবীদা লৈরাং হেকমায় কাবনো ।। কেকে লৈমাবা কাবা পুরাং নিংথৌবনা পাউমেনলকএ শাবী চীনফু শোক্লাই নোংবান ফানতেক অহোংবা চনু কেকে লৈবাক পুম্নমক্কি নুজা মী মরেন তোংনা পলেম পীওইনবীও, নশাবী ঐদি নশানৌ উয়েন লৈমা খোমহানবীবু শীংঙেল তুগুস্বু শেংনা ঙমলোই লৈরাং খাইনা ঙমলোইএ, নশানৌ ঐবু ব্রাওইরগনুও ।। ঙাংঙোই লৈময়ায় নুংঙাইবা অসিদা কেকে শেনলৈ মীরুতোং মোইরাং পাইরে মীরাই ঙাক্লা শানৌ শানম ঙাইথিংতোন ঙাংঙোই ঈথায় কায়রেম্বা সনা খোম্মদোন অতোনবগা কেকে মোইরাং লৈবাক ঙাক্লা সনা ফম্বাল তোংমিন্নহৌরো হায়না কংলা য়াইবুঙ মনিল নাইনা কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পুম্নমকপু পাউকৌ খংলে ।। কেকে ঈপাচা ঙাংঙোই ঈয়েনল্ হৈরাং ঈউশা তাউজিং ঈহৈকোন ঈমাতোননা পোকপা পলেমতোননা য়েনবা খাইচেং লেমচেং হাইচেং লেংনা তিনবা নখোয়সু তয়ম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌশিংও, কেকে ননিংথৌ ঐদি খোইয়ম লাইবু নীংনা ইদোম কোরৌ লনশাজরগে, শানৌ শানম ঙাইথিংতোন ঈথায় কায়রেম্বগা শাবী চীনফু শোক্লাই নোংবান খমলৈ অহোঙবা চনু লাইতোন লৈমা খাংনৌবীগনা কেকে লৈকোয় ঙাক্লশনো ।। কেকে পূম্না হৌ মোইরাং মনিল নাইনা ঙাংঙোই মরাঙ হৌনা শংলৌ থৌরাঙনা য়েনলাং ঙমদমলবগা নিংথৌ হৌনা মরমচংপু, ফম্বাল চরৈ ফিনৌ হোং লীক্লাং মঙাল নাই চোয়নৌ সনা লৈওইননা সনা ফম্বাল লাংবু পুরীক্লাই ঈথায় কায়রেম্বদা থুম্বীরে হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাই নয়ু নিংথৌ কাবা পুরাং নিংথৌবদি মরম লমলেন মদাইমা কেকে লৌথাঙকা থাঙগা লিংবী চীঙ মানশা লৈমা চাউনু চনু লাংহে থোইবী করাং মপীথেল হুএল লালনিগীদি হাওব্রা থেনুশৃ নমপোক চৈথংগী কম্বোং মৈরা চাউগুম্বা ফান থেন নোংবান খৌখৃ নুমানবা করাং নৃঙখোঙ চীঙ কেকে চীঙঙাবম নিংঙোনবী মোইরাং মোইবী অশৈবী থাঙগা খুলহোং চীঙ মদু য়োয়বা ফাননৌজাম্ব ঙমশোই খোং কেকে মোইরাং মুকাপ অশৈবা

অশৈ তেরান ৱাই, য়াংমোম লৈমা ফানতেক অচাব চনু ঙমশোই খোংবু পুন্না চননা অশৈনবা কেকে পুরীল্লাই কাবা পুরাং নিংথৌবদি থাঙগা লিংবী চীঙদা খোইয়ম লাইবু নীংনা পানলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ কাবা পুরাং নিংথৌবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কুমশীং ৬৫ পানলমএ ।।

## ঈৱাং পুরীল্লাই ঈথায় কায়রেম্বা

হে ঈৱাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই ঈথায় কায়রেম্বনা কেকে মরৈপাকপু লোকলৌ শানা কোননা নাউয়োকহৈবগী ঙাংঙোই মনিল নাই মোইরাং মরাঙ হৌনা পানলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ ঈথায় কায়রেম্বদি লমলেন মদাইমা ঈথায় পুনেম চীঙ মনাই তাবা ঈয়াই পনজন লম শেকৱা তাংদন পোক থবা পালংমৈ মচীঙজিন নুমিৎ পালংমৈ মচীঙলেন খুনজান হেমবা লোইহেপপাবু মরুমবী ৱাংনু চেংঙা চনুনা কোঙয়াং তাংখু য়াইনা খানিং মিকোন চীঙদা চংবী কৈরিং তানবনে ।। ঈথায় পুনেম চীঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো থাংয়ি অহোঙবীনা কেকে অকোংজাম্ববু তোপ্লা হুললানলমএ, মপল ৱাংঙা লৈমা মাইনৌ নিংথৌ চনু চীনফুরোন লৈহন মোমবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী ঙাংঙোই ঈথায় খায়রেম্ববু ইন্দান লকঙে, তুরেল লাইজ ঈরানবদা তূবান মকোইয়েন তুরেল মিংথাংকোই নাউৱা খোয়রেন থাঙনা ৱাকয়ে হিবু ওই শংলৌ কৌদ্রাংকোন্না খুমু নৌগা ওই পোম্বী ৱাইরংচেক মাকপা পানজুম্বা চেক্লা খমবিরংচাক খোঙশুবিনা তোংজেং হিনাউ শানা লাইজ ঈরানলকপবু য়ারৌ শা-রৌ-চাউ শজি খোংকুরানা লাইজ ঈতমখিএ ।। হয়িঙৈদা লাইজ অরুববুদি অহকপা কৌএ, ঈশিং অথেনববুদি অপাবও কৌএ, য়ারৌ শারৌচাউ শজি খোংকুরানা লাইজ অপাববু য়ারৌ খুকলু খুতপননা হকএ হায়না ঈতমএ লাইজ অহকপবুদি শজি মরৌ হৈনা খুদোন কাঙনা পায়এ হায়না ঈতমখিএ ।। লোইমোম ফৌওইবীদি

ব্রাকয়ে চেপনা হৈনা তোংজেং ঈফাই চনলবগী ব্রাকয়ে হিউপলে লাইজ ঈনা থৈথুঙমলে, খোইমোম লাইরেম্মদি লাইজ ঈদা তূমলবগী নোংথৌ ব্রাংবশল মখোঙ তরুক শূবা মশা মরি পানবা লৌব্রাই মানশরীক শংলৌ য়েননাউ চেকনা, ইতা খোইমোম লাইরেম্মও লাইজ করম ঈদা শিরকপনো হায়না থাংয়ি নমদা পো লোইমোম থাদা পম্না লাইজ ঈরোলনুংদগী লৌখৎলকএ ।। শংলৌ য়ূনারেক মনৌতোন কল্পা ব্রাংমা তাবি শংখূ য়েননা লাইজ ঈব্রাংমদা ইতা খোইমোম লাইরেমমাও লাইজ ঈদা করিগীবু শিরকপনো শংলৌ ইকা থক্তা তনলমলাউও হায়না লামদুম লামনা কৌঙমএ অদু নোংগীবু শংলৌ য়েনব্রাংমা কল্পা ব্রাংমা শংখূ য়েনও তৌনা কৌএ ।। লোইমোম ফৌওইবীনা নুংশি কোনলোই মতিন মেনবু মেন্নথিএ, খোয়নৌ ইতা নোংথৌ ব্রাংবশল লৌব্রাই মানশরীক নঙদি হয়েং থাংয়ি ঐনা ইপান ফার লোইমোম ঐনা নাউচোংলক্লবদা নহে নকেংমাবু থাজরাউও, খোয়নৌ ইতা শংলৌ কৌদ্রাংকোন নঙসু হয়েং লৌরী শেনতোইনুং লংমাই চাইজি লৌখলনুংদা থাংয়ি খোঙলোন্না লোইমোম খোঙতিন্নবা ওংমিন্নশে ।। খোয়নৌ ইতা পোশ্বী ব্রাইরংচেক চেক্লা খম্বিরংচাক খোঙশূবী নঙদি হয়েং থাংয়ি ঐনা ইয়াইকা লোইমোম চিগা পৈরবদা ফকলোং চরাই থক্তা লমওক্লশে ইতিন ইকাং মবু মনজরাউও ।। খোয়নৌ ইতা য়ারৌ শামকোই তুরেল মিংথাংকোই তুবান মকোই য়েন নাউব্রা খোয়রেন থাঙ নঙদি হয়েং তাইবঙ নমু পোংওইবনা থুমনাউ হেশোন নোং য়েননাউ নাহে নোংদা তরা চাইন্নশনো চমলৌ লূকপান থক্তা লমওক্লশে ।। য়ারৌ শারৌ চাউ শজি খোংখুরা নঙদি হয়েং থাঙয়ি ইহৈমবু লোইমোম ইপালমাবু তংলবদি কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা খঙশনো হায়না শোনমোইরমএ ।। লোইমোম ফৌওইবীনা কোরৌ ইনোংথৌ ব্রাংবল ইকাশা নঙনসু করম লৈবনো, লাইজ ঈনসু করম থৈথুঙমবনো হায়না শংলৌ নাকা থক্তা থৈনা ঙানা কোরৌ মনোংথৌবু পুনেম্নমা ব্রাওইরমএ, অদু নোংগীবু ইথায় পুনেম চাঁঙও তৌনা কৌএ ।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই ঈথায় কায়রেম্বা হলব্রাইরক্কি মপল নিংথৌ উমেনলক্কি তংতা নিংথৌ মালেম লৈদা তারবদি চাতা নিংথৌ চরৈ ফিদা য়ারবদি তংতা নিংথৌ কেকে পুরীল্লাই ঈথায় কায়রেম্বনা হরাউ মথোই তোং নুংঙাই মরাং কায় লৈবাক মনিল নাইনা পানলিঙৈদা মশাবী কেকে মোইরাং লৈমা লাইতোন লৈমা খাংনৌবীনা ব্রাহোমখিএ ।। শানৌ ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বাও নশাবী ঐবু হয়েং কেকে চাদোন্না কাউদনবা ঙাংঙোই শূদোন্না নীংনশনো য়োইবু কোলোয় ইমিং থমলমগে, ময়ুম কেকেনা তেংথানাবদি লমবীবু লেনতাকও কৌএ খোংবু পুইতুও কৌএ, লেনতাক লমথোনগে পুইতু খোংতৌগে মোইরাং ঙাংখ লমশেমগে হায়না পাউমেন লবগী পুরীল্লাই ঈথায় কায়রেম্বনা শংলৌ থৌরাংননা য়েনলাং ঙমদমখিএ ।। কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পুম্নমকপু মায়খঙনগে হায়বগী মদাইরেম খোরী নমোইয়াংনা সেনবী মপুঙ য়াইদগী য়ারৌ শাতীল্লুববু তেকপী ওকপুম চাম্ম কাইরৈ য়েনবুম চাম্ম ঙানু খেরেচা চীনপাকপসু মশীং চাম্ম থৌরাঙএ ।। মশানৌ কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই ঈথায় কায়রেম্বনা ব্রাহোমলকএ, তয়ম লোইবী ঙাইখোং মরমবু নঙদি লোইবী ময়ূমনাক ঙাইখোং মশাইকোন্দা লোইথৌরুও ঙাইখোং নিংথৌ অমেবাসু কূম্লকও মপারী নিংথৌবসু তারকও পাম্বা কৈ অমসু ফারকও ব্রাকয়ৈ হি অমসু থারকও শাবী কেকে মোইরাং লৈমনা লেনতাক লমথোনগে পুইতু খোংতৌগে হায়ববু মায়খঙনবা ঙাইখোং পোৎলেন লোইশূ পুথরকও হায়না থৌশীখিএ ।। লোইবী ঙাইখোং মনিল নাইবনা ব্রাকয়ৈ হিমাদি য়ানলকএ পাম্ব কৈমদি ফারক্তে, মপারী নিংথৌবদি তারকএ মপল ঙাইখোং নিংথৌ অমেবদি কূমলকতে, ঙাইখোং পোৎলেন লোইসু পুথরক্কবা ব্রাগীবু নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই ঈথায় কায়রেম্বনা ব্রাতা থিখিএ তয়ম ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাবা মপারী নিংথৌবাও নপল নিংথৌ খোংঙাবা অমেবদি কৈদৌবগী কূমলকতবনো পাম্বা কৈমদি ফারক্তে ব্রাকয়ৈ হিদি থারকএ ঙাইখোং পোৎলেন

লোইশ্‌ কৈদৌবগী থারক্তবনো, লোইবী কনশূক নুংজানা হেন্না নুংগন্নৈএ হায়না ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাবা মপারী নিংথৌববু থাঙলেন চেপ্পা চন্না নোংমলহনলে অদু নোংগীবু ব্রাকয়ে হিথাখোং কেকে নিংথৌখোংও তৌনা কৌএ ।। নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই ঈথায় কায়রেম্না ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাবা মপারী নিংথৌববু কায়না হুনবাও তৌনা মিংখোংখিএ হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীল্লাইও নয়ু কেকে মোইরাং লৈমা লাইতোন লৈমা খাংনৌবীনা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ কেকে খুনথক খুনখা মনিল নাইবা পুন্নমকপু তরা লূকমায় লেম্না মায়খঙখিএ ।। কেকে লৈকায় লাকপদি ঙাংখরাকপা কোঙয়াম্বনা তরা চাথোংবা শারেল শাথোংবা লোইরবদা লাইতোন লৈমা খাংনৌবীনা ব্রাহোমলকএ, ইদাইরেম অথৌ লীচা হেপ্পা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা শজিক লানোং তম থবা লানোং খাইবু শোয়দবা লংমাই ফূরোইনুং থাঙগা কমবোং ওংবী মন্না শৌ কোঙয়াং ব্রাশা শৌ লোকলৌ শৌরাই তাংনা খূয়া যৌরুম মেন ঈমু ফিরাক শাববু শোংকিদবা কাওরেল শনশকপা কৈরেন তেংথাবা নখোয়দি তরা লূকতোম চা-ও ।। ইদাইরেম থয়াঙ কোন্দাই লোনবা মোম্নু মশুং মালনা নুজা মমান তম্না নখোয়দি য়াংলৈ তাউবা ইহুইচাগা তরা লূকচুম মিন্নৌও থুমনাউ মখুৎতোনসু থেকচানা য়েননাউ মাশাতোনসু খাইচানৌও হায়খিএ ।। মদাইরেম ঙাংখরাকপা কোঙয়াম্বনা কেকে লাইতোন লৈমা খাংনৌবীও তাউবা মহুইচাগবু তরা করম লূকচুম্মিনশিবনো হায়না ব্রাকৎচববু ব্রাকনফন্দনা তাউবা মহুইচাগা থুমনাউ মখুৎতোনবু থেকচানখিএ অদু নোংগীবু লাইতোন লৈমা খাইচা পূঙও তৌনা কৌএ কেকে অথৌ লীচা হেপপশিংদি তরা লূকতোম চানা মায়খঙনখিএ ।। কেকে মোইরাং লৈমা লাইতোন লৈমা খাংনৌবীগা কেকে লৈমা অঙনবী মোইরাং শংকন অরেমবী, খামবী লৈমা কোংয়াম্বী, লৌব্রাই হাওসেনপাই হুএল ঙাচরোইবা ফাবিগা, ঙাংখ লৈমা য়োঈরেনবী চোথে নিংথৌ চারেংবা ফাবীগা, শামন লৈমা নমোইনু লোনফু লৈমা মৈতৈনু

মদু নিংথৌ খাকরাচা অচানবা চোয়নৌ সনা হেনখাঙনবা কিয়াং লীকফাং শিবগা ফুইমিন্নবী, লোইব়ী পানবোং গুম্বী হুএল অরুরেং ফাবীগা, উরা লোকনুংশু শাচুন গুম্বী লেংকাতাং ফাবী, লাইজীঙ তোনুংশু মহৌ গুম্বী অরুরেং ফাবীগা, নিংথৌ উমৈ চনু লৈমা হামজাউবী লোইব়ী চবং গুম্বী হুএল চীঙমৈবা ফাবীগা, কেকে মোইরাং লৈমা তরেৎমক্লা চোয়নৌ সনা সেন তেংকোনবু লুদা থোংনা মালেম লৈহোনখিএ ।। মোইরাং ঙাংখ লৈশেমএ অদু নোংগীবু লমলেন মদাইমা কেকে লাইতোন লৈমা খাংনৌবী পুইতু খোংতৌবী খোংতৌ লম লেনতাক লমথোনবীদি লমথোনব্রাই মোইরাং ঙাংখ লমশেম লমও তৌনা কৌএ ।। নয়ু ঙাংঙোই ঈথায় কায়রেম্বনা কেকে মপূঙ য়াইবু খোইমা তুমজঙহন্দা তিংখং ব্রাশৌ লৈহন্দবাগুম লৈবাক মনিল নাইনা পান লবদা মোইরাং খোইরেন লাংয়ান অথৌবগী মপারী য়াংহনবা, য়াংখূবা মচীন মনাওনা অমন শীংগুম্মদ্রিবী পলেম মমা ঈরোকহনবী মোম্মু খোইদোম নুখ্রাবীগীদমক অশি পোংলোই লাংববু লোইব়ী চীঙদা কা, হেম্বা লোকনুং চঙনা পামেল অঙনবা তলা চাউথোইববু য়ানঙৈদা পামেল উনা লাউনা খোংনা তুখিএ হায়বগী লোক্লাউও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। শানৌ মচীন মনাওনা শীংজঙ হাইবী মরায় লাংনা অশি কাই শাববু লোইরবগী মশাবী য়াংহনবদি পলেম মমাগী শারেপ পাদম লৌ, কাইরেল কূ মনুং চঙনা য়াহীপলিঙৈ মশানৌ য়াংখূবনা কাইরেল কূমায় য়ৈশিনলবগা ঈরোক লাইচমনুংদা ইছুরক্লবদা, খুগা নানবী তূখুন ইন্না চরৈ ফিগুনুংগী তাউদ্রি য়েপ্লকপবু খুৎলং তেরান শৈ শৈশকননা তাউথরকপবু নিংথৌ ঈথায় কায়রেম্না মমোম লৈমা কুমজরেম্বীনা মশাবী য়াংহনববু থব্রায় লাংগোলহৌএ হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা থাংয়ি অহোঙবী তমফা শীংজা কোনখিন য়াইনা খোইমা মায়ওক্লনা য়ামচেং থাফমননা য়োইচানবা পুইতু খোংতৌবা, লেম্তাক লমথোনবা ঙাইখোং নিংথৌ মপারী নিংথৌববু কায়না হুনবা নয়ু নিংথৌ ঈথায় কায়রেম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহলগীবু চুনবনে কেকে ফম্বাল লাংদা কুমশীং ৪২ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই শংদোন লৈনাউতা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা য়োইক্রমলোন ফৈরৌশু সনা পোনজেম্বী থৌরৈ অহোঙ নোংচুবা খোইনৌ লাংমৈ য়াংগোন নিংথৌ চনু মপাম নোংবান য়াংহনবা খোইনৌ লাংমৈ তেংথানবা মিংবু মৈনা ব্রায়না মিংথোন ফবী লাংজেং তোন্না পানবা খোইমা তোন্না লাংবা তোমশোন চেপথেৎ লৈগুম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু কেকে মোইরাং নিংথৌ শংদোন লৈনাউ তাবাও কৌএ ।। ঈব্রাং শংদোন লৈনাউতাবদি হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংবা লমদা খারম আইমোন মপুঙ য়াইদা খৌশাবনে, ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূন্নমক্রা কেকে মথি নাই মোইরাং লানমী মরাঙ হৌ, চুঙলেন ঙকতা হূক তিমেন খেরাং থাং হেমবা পনথেং হৌ খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদি লোইবী মপুঙ কায়রে আইমোন য়াগা চাইরে, মৈবী তাঙগোই পাই মৈখু নোংলোন কানা হেমবা খাংজেন থূমলে পুরীক্লাই মথি নাই ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারে হুএল লালনিগীদি খারম আইমোন মনিংথৌ মরেম লাংঙারেং অথৌববু কায়না হুনলে ।। নয়ু নিংথৌ খারম আইমোন লানথবা পুরীক্লাই সনা মচুঙশেন হুএল মরাল ওন্দি অদুনসু মকদোমদে, হাওরৈ নোংচুপ পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। লমলেন লোইজিং ফৌওইচীঙ শিংশীৎ মৈরোং শেমবা শেমলিব্রাই খুদেং মায়থা তাউবা তাউরিব্রাই নামৈ লাকপা লাশোং পামবা হাওমুরক্কি কমবী ফাবা হাওশংলক্কি ঙাইখোম্না তিমেন ময়িন লম খোকমৈ মশেন লম লোইবী মরোং মপুঙয়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা পূন্নমক্রা লোইবী মচীঙ কা চূঙলেন থাকুপ হৌ নূঙবী য়াশৌ নেৎনা খংনঙ লৈতঙ লেং শৌপোন মাঙওই খিননা হেমবা পনথোঙ হাংনা পনথেংলবদি শোংবু পামদান্নরে মরোং য়াগা চাইরে কেকে নিংথৌ মনিল নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারে হুএল লালনিগীদি লোইবী শোংবু হাও পাখং হুএল চামাইরাং অথৌববু কাইনা হুনলক্লে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ নোংচূপ মরোং ঙমবা খারম আইমোন লানথবা সনা মচূঙলেন হুএল মরাল

হৌদি অদুসু মদোমদে হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা খৌশাবনে, য়োইময়াইনা খেনগাবা অঙানবনা খেনজোংবা লমদা নোংপোক ব্রাইরং লমশাং ইননা হুএল লান্দখিএ ।। শেনবী তৃমু মনিল নাইবনা য়োইময়াই তাউদনববু কোরৌ থবা লাংনা খোইয়ম লাইয়িম চঙনা চীঙঙু লাইবাউ হোমবা পৃঙ উয়ামপোকপু নাতৈননা চীঙখোঙ পোইরৈতোন লৈনুং পিয়াইনুচা খোমফাং অতোনবগা মতৈ লৈমা লৈনাউ তাবীগা শেনবী শিদবা কবো নাদববু খুনথিরকপদা শেনবী কবো চানা মুদুম মুনা তৃম্লমএ অদু নোংগীবু তৃমুও তৌনা কৌএ ।। শেনবী তৃমু মপৃঙয়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা পৃম্লমক্লা শেনবী কাংশঙ থোঙজাও হাংনা পনথেংলবদি শেনবী মপৃঙ তাকলে শরীক লাইখন থৃমলে খরা খেনজাও কীনথরে হুএল লালনিগীদি কবো ব্রাপী হায়বা লাশৈ লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলে কেকে মচী হেন মোইরাং মরায় লাংনা মরাল ওনতেরকলবদা নুংঙাই মরাং কায়না কেকে মপুঙ য়াই মোইরাং শাংবা য়াইদা ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।।

নয়ু নিংথৌ খারম আইমোন লানথবা কবুই মরোং ঙমবা তৃমু য়ুমজঙ য়াম্বা পুরীল্লাই শংদোন লৈনাউ তাবনা কেকে মকংলা মোইরাং কংলা তোংনয়াংদা ফমনা ব্রাহোমখিএ ।। তয়ম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ অথৌ লীচা হেপপা পামবা কৈশকপা কৈরেল তেংথাবশিংও হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা লমলেন মদাইমা নোংয়াই কোকচা হীরুবনা কোইবা লম অদোন লাংয়েন শিনাইবনা ঙাকপা আহাও তোংকনশা মরমখৈ লৈমা পিদোন লাংবী মাতুয়া নোংয়াই অথিং শোইথিংবিচা অদোন থিংকোন য়াৱা শোইচেপপিচা মরৌপান শারা মাইরেমবা মকাইফম য়োইরুমলোন মপাম লৌশি খোংতৌবী খোংতৌলম তোমফাং ইথেমবা ঈথেমব্রাই থৌবাল লাইজ ঈমরুদা হুএল লান্দারুশে খৃমন মংখৃ তোংবা কে কোনবা লৌশঙববু ফারুশে হায়না য়াহৌখিএ ।। নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবদি ব্রাকয়ে মখুনেৎ তোংজেং মনুংচঙ ব্রাকয়ে হিনাউবা তোংজেং লুমা তেমবা ব্রাকয়ে মৈনি

লোঙবা তোংজেং হিশাং পাংমদা নমু পোংবুম ৫১ থিংপা, ৱাকয়ে হিশাং পাংমদা নমু পোংবুম ৫১ থিংপা শূপনা তিনলবদি চাম্মনিথোই থিংপা হিবু ৱাকয়ে খোঙওইনাবা নয়ু নিংথৌ শংদোন লৈনাউতাবানা ৱাকয়ে তেংমায় থক্তা লানপোৎ চরৈ লমঙান ফিবু পুনুং মঙাল নাই পুরীক্লাই শঙদিং মনীংখমবু ওকয়া তেমজিন শা লাইজ ঈরাই ঙালনা মদাইরেম কেকে অথৌ লীচা হেপপা পূন্নমকসু লীরুং খোঙদা নেৎ তেনদোং নমদা হুন ৱাকয়ে হিয়াম হোন তোংজেং মরাঙ হৌনা হুএল লান্দাখিএ ।। নোংয়াই মদাইমা লৈমা থিংবাই লাইতোন শূনা খুনজান মেনু লৈমা মেনলোং লৈখাম ফাবিগা খোয়নৌ মতা অনিমক্স খালৈ লৌতাবদা পাউমেন্নখিএ ।। খুনজান মেনু লৈমা মেনলোং লৈখাম ফাবীনা পাউমেনখিএ হে খোয়নৌ ইতা লৈমা থিংবাই লাইতোনশূও খানলৈ ইবিঙঙানা লৌতাবা অসিবু থাঙয়ি পী-ফাবা লোইমোম মনৌ চোংববু থাঙয়ি কনাগী ফৌনা চাউবনো য়েংনশে হায়না য়েংনববু লৈমা থিংবাই লাইতোনশূগী লোইমোম ফৌনা থোইনা চাউরে অদু নোংগীবু লমলেন ফৌগা-চাউ কৌববু কেকে হৈমন তানবনা লমলেন ফৌগাকচাউও তৌনা কৌএ ।। অদুনসু মদোমদে হুইতৌ নিংথৌ য়েনকাইবা চংবী মকৈরেনবু চাকমোম খাম্বী মৈপোক থোক্লবগী থাঙয়ি অকেমবা লোইমোম অকাববু মোংবা তোরৈ থন্না অউথবকলে অদু নোংগীবু লমলেন ফৌগাকচাউ কৌএ ।। নোংয়াই লৌরেনবা অদোন ফৌগাকচাউবু কৈনা শম মোংবা তূখুন ফাও হংগুনও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই থৱান থাবগী মমোম তমফা ৱাংঙমলোন কাইনৌ চীঙখে থানবীনা হুএল লানপাউ চেনলকপা ৱাগী মৈদিংঙু লোইনাই থৱান থাবনা তুবি ৱাকয়ে মখুনেৎ কবুইঙমবা শা-শন খোঙতাংববু কায়না হুনবা হিবু তুবি ৱাকয়ে খোঙওইনা পোইরৈ অথৌলীচা হেপপা ৱাংঙম থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূন্নমকপু ঙাইরোইননা মোংবা খুনলম ইন তোরৈ লমশাং শীৎ হুইথৌ য়ূময়া হেপ নোংয়াই য়ূময়াঈ খায়না হৈরেম কিরি চীঙ খুনজান লানলুম থেনদা হুএল

লানদারকওঁে লাইরেল মৈদিংঙুনা মোংবা তোরৈ'মদা মমান খূমন নিংথৌ অদোন পুনশিববু ঙাইখমখিএ ।। লাইরেন ব্রাকয়ে পোৎথারা খমলৈ চৈরৎলবদা নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন পুনশিবসু ব্রাকয়ে খোঙওইননা হুএল লান্দারকলে লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই থব্রান থাবগা লমওক্লরে ।। নোংয়াই খূমন নিংথৌ পুনশিবনা মাকলৌরেম মৈদিংঙু লোইনাই থব্রান থাবাও হৈরেম তানদা খুনজান মনিল নাইবনা নোংয়াই ঐবু তাংশক্তে, অয়ুম নোংয়াইনা পূঙমা থোনলগা হৈরেমসু পূঙমা থোনলে, খূমননা থেনমা থোনলবসু খুনজানসু থেনমা থোনলে ।। মপনলোন লৈকাই য়ুমখূ নাউনৌ ফবীচা কোঙয়াং চৈশূ পানমা তোমবা য়ূমলক লানতানথৌবা হুএল লানকারেমবনা হৈরেম ঈপন থোংদি তাউজিং হৈচুপেৎ হৈমায় পোমসু পানলে পামেল উনাউরোয় তাইকমবসু ওইএ, হৈরেম ঙাখাখোং লাইজ ঈব্রাংমদা চোয়নৌ সনা হোইদোম মানবসু পানলে ।। তুরেল শংলৌ মায়পূংবী চাকশূ ওইএ, হৈরেম ঈপন থোংবু কনানা ফারকপনো হায়না হুএল লানগ্রেম্নববু লৈত্র, হৈরেম অদুবু থেংমিন্না খুনজান ঙামিন্নশে হায়বগীবু লাইরেন নঙবু পাউথেল্লবনে হায়না লাইরেন ব্রাকয়ে মমিংথোন নোংয়াই ব্রাকয়ে মমিংথোনগা হংনরমএ অদু নোংগীবু হংগুনও তৌনা কৌএ ।। হংগুন মহিথেনবু কান্ন-চোং লাইরেন হৈরাও মচাখাকপু মদাইরেম ব্রাকয়ে হিশাং থনবদা তাউজিং হৈয়েন ব্রাইবু নাতৈননা ঈকোপ খোংনুং চঙ লমলেন হাওরংশি লাইজ মরাংহৌবা ঈকোপ লাইপন শোয়বু য়ৌরে হায়ববু মপল খোংলৈমা মচা নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন লৈমাবনা নাতারবগী নোংয়াই মাগী কংলা ব্রাফোংলাকতা ফম্না ব্রাহোমখিএ ।। তয়ম নোংয়াই খাথ থন অদোন লাইথা তিনবশিংও ময়ুম কেকে মোইরাং নিংথৌ শংদোন লৈনাউতাবনা নোংয়াই ঐবু তাংশক্তো অদোন মীথাদনা নোংয়াই য়ূময়া হেপ অদোন পনয়া কোয়না ময়ুম থৌবাল লম্মাহল নোংয়াই ইকাইফম খূমন মংখূ পাংতা করিগী হুএল লান্দারকপনো, কেকে মনিল নাইববু থিংলৌ তুগুস্ববু পনজনশে ওক্লেন তুগুস্ববু পনকোয়রুশে হায়না নোংয়াই হেশোন নীক খূমন মথি নাইনা কংলা ব্রাশক্লরে হায়দবরা হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও ।।

ময়ূম নোংয়াই মনিংথৌনা ব্রাহোমলকএ, তয়মশিংও ময়ূম নোংয়াই মচেৎ অমনা হুএল লানবুদি অব্রাং লাইনা পাংবরম লাইজ ঈরম ইননা হুএল লান্দাখিও কেকে মায়ওক য়ানা নোংনেম খানা পাংনা খোমথরকও ।। নোংয়াই লানবু মচেৎ অমনা অদোন নিংথৌ ঐগদি কেকে নীংদা খোপনা হাওরে খানা পাংবা লম নোংয়াই ঐগী লৌরেমবা অদোন ফৌগাকচাউদগী হৌনা নোংনেম লাইনা পাংবরমদগী খোমলক্কে হায়না হুএল লানলম অনি থোক্লা নোংয়াই অথৌ লীচা হেপপা অদোন থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্ন মক্কা হুএল লান্দাখিএ ।। অব্রাং লাইনা পাংবরমগী নোংয়াই মচেৎ অমগা কেকে মায়ওক য়ানা হুএল লানশোক্লরে কেকে ব্রায়র মতেন চাবু লাংবন চীঙশাং খোইরেন পাইগুম্লে, নোংয়াই ব্রাকয়ে খোঙওইনা অদোন ব্রায়র মতেন–থাবু ঈঙা নোংচুগুম্না শোক্লরবগী কেকে লৈনদা নোংয়াই চায়নদনা, কেকে তিমেন মখূৎশূবূ খুবাক তিনলাই মেন্না থৌবোম লাংনা পানগুম তিমেন তায়াম হুন নোংয়াই তিমেন মখূৎশূবু তিমেন হুংশোন লৈনা হুএল লানশোক্লখিএ, থাঙলেন লাময়ান্নরে চীঙনুং নোংথাও কূপকুমলে ।। নোংয়াই অথৌ লীচা হেপপা অদোন থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংবু কেকে মায়ওক য়াববু নোংয়াই চেন্নদা তুরেল ব্রায়খূবিচাদুগুম্ববু নীংনা তেনদা লাইজ ঈহুন কনবা অনিনা ঈমু চীঙশোংনবগুম লানশোক মখৈ লৈতনা শোক্লরিঙৈদা, নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন ঈকোপ লানথবনা মদাইরেম ব্রাকয়ে হিদা হৈবা শমু খোংলমসু কনবা পূম্নমক্কা ওক্লরে, ওকলেন লাংগোয় চনগুম্না থিংলৌ নীংনা তেরে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ শংদোন লৈনাউ তাবদি ব্রাকয়ে মখুনেং তোংজেং মনুংচঙবু ব্রাকয়ে লুমায় তেম্বনা তোংজেং হিশাং ময়ে অনি লোঙবনে ব্রাকয়ে থিননা লৈ তোংজেং য়াঙনা ঙনওমদনা কেকে নীঙতেরকপবু নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন ঈকোপ লানথবনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পূম্না হৌনা হুএ লানশোক্লববু লম্লেন ফেনজিকোপ ঈকোপ লাইপন সোয়দা হুএল লানতুনরে, কেকে মোইরাং নিংথৌ শংদোন

লৈনাউ তাবদি নোংয়াই লানফম চবুক খায় ব্লাকয়ে মরাঙ হৌ তোংজেং মথি নাইনা ব্লাকয়ে তেরকলে ।।

নয়ু কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবনা ব্লাহোমলকএ, ইদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংও নোংয়াই করম মীশা ওই খূমন করম মীরান ওইশিবনো ময়ুম নোংয়াইনা লময়াঙ্গ করম্না পূঙথোল হনশিবনো তমবা নখোয় নরাঙ হৌ কাওরেল তূগূম্ববু মথি নাইনা লাইজ থাথিন পেক ইমু নমদা হুন নৌরেল পামবৈ লাকনা তমবা কজক হৌও, ব্লাকয়ে ইখুনেৎ তোংজেং হিনাউবা নঙসু ব্লাকয়ে মথি নাই তোংজেং মরাঙ হৌও ব্লাকয়ে নঙনা মথি নাইদা তোংজেং মরাঙ হৌদ্রবদি ময়ুম নোংয়াইনা ব্লাকয়ে ইখুনেৎ নঙবুসু পাৎথি লমলোইনা কোনতে থোংশাননা লময়াই পূঙবু খুনচন্নরঙৈনে হায়না থৌদোংখিএ ।। নোংয়াই মনিল নাইবদি অদোন মরাঙ হৌনা চেংলৈ নাউব্রাং হিবু লাইজ তূয়া খোননা হুএল লানশোক্লরবগী কেকে থিংলৌ য়াইদা য়াম নোংয়াই মরোং চৈফেন হক্লবগী অদোন অমরক মরাঙ হৌ খূমন মথি নাইনা লান্দরক্লবদা কেকে মোইরাং নিংথৌ ঈব্রাং পুরীক্লাই শংদোন লৈনাউ তাবা মদাইরেম তোংজেং নাউমৈগী খুমু নৌজাউ শূবা পোমবী ব্লাইরংচেক মশূং মান্না মিৎয়েংনরিবা লোইয়ম কোংবা চামবা অথৌবা কোইরেন নৌমৈখেববু নোংয়াই ব্লায়র মতেনচানা তেনবানলবগী লাইজ ঈপাক্তা তাঙজ মশম ফানা তারে অদু নোংগীবু লোইয়ম কোংবতা শমজাই লমনুংশিও তৌনা কৌএ ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই পোংলেনহনবা ব্লাকয়ে মখুনেৎ তোংজেং হিনাউবসু চৈরৎলক্লবগী কেকে লৈমাবা পুরীক্লাই শংদোন লৈনাউতাবদি খোইমা মায়রৈদা য়ামজেং মনম মুক্তা লানফম মায়ওক য়ানা ব্লাকয়ে তেংমায় থীন্না লীরী থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাক্লা ব্লায়র তেনব্লায়রবদি ব্লায়র তেনবুম অমগা নোংয়াই নমু মিরেল হাঙদনা ব্লায়র তেনবানলবসু খূমন মনিল নাইবদি খোইমা মমায় লৈবীদে, কেকে অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমক নোংয়াই মনিল

নাইবগা শমু হকথেং ফংনরবগী থাঙলেন লাময়াননা তিমেন লুথিনন্না হুএল লানশোক্লরবগী নমু মীয়াম শিনরে হায়দবরা ।। নোংয়াই মনিল নাইবনা পামবা লাংগোয় চনগুমলে, নোংয়াই মীয়াম কোয়না ৱাকয়ে হিয়াম কোয়শিনলক্লবদা নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবনা ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌবু চীঙগু য়াইবী পনলোই তানববু শমু চাংজৌ চেপ্না লোন চীঙগু মতম য়েংনা পুরুমজখি, চীঙগু নথৌ থা, খোইয়ম ৱায়েনবা ইবুংঙো, পলেম নোংবান লোন ঈমু শীয়োম লাদগী লাইবক খেলাই ইরকপবু লমজায়ফদবা নরিঙেনে, লানফম ইশম থৌনা কোরৌ ঙমলোয় থৌদা উনবী পুক্লিং থমলগে চীঙগু শামন লীকিনগে হায়না ৱাওইখিএ ।। হে ঈৱাং পুরীক্লাই নয়ু নিংথৌ খারম আইমোন লানথবা পামবা কৈজেংলাংগুম্বদি থিংলৌ তমথা কাও ওকলেন লাংশম থৌবানা থিংলৌ তাবানলবগী ওকলেন মমায় লৈশিনলকপা অদুগুম্ববু নোংয়াই মায়ওকয়ানা ৱাহোমখিএ, নোংয়াই মনিল নাইবশিংও ঈয়ু কেকে লৈমাবা নিংথৌ মরোল খুদিংদশূ নোংয়াই মপূঙয়াইদা শায়বা পনয়াথা, লাংখোং ঈদা শি পানম খোময়ে খায়ববু লাল নংএ হায়ববু নাতারক্তবনে ।। ময়ূম কেকে চাউবা পুঙবু কেকে চেপনা হে ঙাংঙোই পূম্না লৈরবগী লালনংলবা ৱাবু নংতেএ, নোংয়াই নরমখৈ খূমন নগাইফম থৌবাল লম্মাহন খূমন মংখূ পাংতা কেকে লমহাগে হায়বগীবু ইদোম লালনংলবনে হায়না খোইমা মমায় লৈদা য়ামজেং মনম মূক্তনা খোইয়ম লাইরৈবাক কোরৌ নোংমদোন্দা য়াইবী লীতিন্নখিএ হায়দবরা ।। মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা ৱাকয়ে হিয়াঙ থনবা পূম্নমকশূ নমু মীয়াম শিনা নোংয়াই লানগা মাঙলৌরে অদু নোংগীবু লমলেন মদাইমা কোংলেনশিও তৌনা কৌএ ।। নয়ু নিংথৌ লানফম মমায় লৈদবা অদোন লানগা মাঙলে হায়ববু কেকে মপূঙ য়াইদা নাতারবগী লৈবাক মনিল নাই পিরেল খকমা তানা মীকপ্নরবদা, মদাইরেম কেকে মোইরাং নাইখূ লৈমা কোম্বা চনুনা তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন পাখংবা খোইহৌরা পাংয়াই কোনচনলা ঈমু

কোনমাংলা, লাইরা শোইয়ামবা লাহে তোনলোংবগী থমবাল লৈকা লাইজ ঈদা তাউবা অসিবু কেকে ইনিংথৌ শংদোন লৈনাউতাবা অদোন লানগা মাঙবাগী শঙদিং মনীংখম অঙৌবা কুমজিং লোননীংতাবু করম মান্নবনো হায়না মীকপখিএ ।। মদু নাইখূ-কোম্না কোন কেকে ঙাংখচা মোইরাং পানবী শোয়দা চমলৌ লারীংখিএ, অদু নোংগীবু নোংদা খোইহৌলাবু কেকে মোইরাং নাইখু লৈমা কোমবা চনু মরালিংও তৌনা কৌএ ।। নয়ু নিংথৌ ঈৱাং পুরীল্লাই চকলৈ কাও নোংদম য়েন মচেং কোইশূ চায়দবা অদুগুম্ববু লানফম মমায় লৈদবা অৱাং কোরৌ নোংগা ফবা কেকে মপৃঙ য়াইগী শংদোন লৈকোয় মিংবু মৈনা ৱায়না মিংচূবা কেকে ফম্বাল লাংবু চহী ৩১ তান ফংবা ঈৱাং পুরীল্লাই শংদোন লৈনাউ তাবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে ।।

## ঈৱাং পুরীল্লাই শোংলেন লানথবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা নোংবানলোন নোংলৈ শংবী অঙৌবা চনু নোংনিং লৈরিক চিনগুমবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী কেকে মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লানথবদি লম্লেন মদাইমা থাংবী য়োই নৌকোন চীঙহৌ লমদাই থেন হাওশেং পনদোনয়াদা খৌশাবনে ।। লমলেন মদাইমা চীঙহৌও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো খোইমোম লাইপুনশি থংবী চীঙ মাবীনা ইনুং শোইয়াইমদা চীঙলেন পলংলাবু থাংখিএ থাংবীও কৌএ, চীঙলেন মপান কূক্লা লৌখিএ অদু নোংগীবু চীঙরৌ লমদাই থেনাও তৌনা কৌএ ।। কেকে শোংলেন অখৌবগা অদোন য়াইথিং অয়ল্লগা চানা খোঙফেল্লঙৈদা কেকে শোংলেন অখৌবনা নোংয়াই তাংশক্লা অদোন মীথাদবগী অদোন ৱাকয়ে মখুনেংতা শমু খোঙনা হালনা চোংশিনখিরবগী শমু মখুৎতোনবু লৈনা তারুরে অদু নোংগীবু খূরোয়বা ঈয়াপাক মানলৈবা হানজিল কোনও তৌনা

---

কৌএ ।। কেকে শোংলেন অথৌববু অদোন য়াইথিং অয়ম্বনা লীরী থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাকনা ব্রায়র তেনব্রায়ঙম্লবগী কেকে শোংলেন অথৌববু উনবী থনুং থীৎনা ব্রায়র তেনবানলবগী লাইজ ঈপাক থক্তা তানা নোংমনলে হায়দবরা অদু নোংগীবু য়াইথিং কাপনা লম শোংলেন পানবা ব্রাই নামবা চূঙশেনকোন শোংলেন পানখোক পোক ইহোহাও তৌনা কৌএ ।। শোংলেন পানখোক পোকপু নাতেননা খৌরেন নিংথৌ চনু লোকলৌ লুমায় চুমশা ফাবী লৈমা নিংথৌ তরেংবী লেমলৈ ঙাতা কোনবু ঙমলোন্নবা ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইবা অদোন তানদবা পূম্নমক্কা কেকে থারা লায়রবা মচীঙয়োন নোংয়াই মঙাং হাওতংচানা মশন পূঙবু নারেং তাউবগী থানলৌ চীঙ লোইমোম ফৌরূক থোং শাকং পরেং চীঙ থাঙঙা নোংলেন থোং তিমেন তারাই চীঙ অদোন শোইপাই তাইবঙজাম্বা মরমখৈ করাং চীঙ দোমপোক্তা নোংয়াই থেনকাগে অদোন থেনতমগে হায়বগী নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনচিংনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা অদোন থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্নমক ব্রাকয়ৈ হিয়াম হোন তোংজেং মরাঙ হৌনা মরান থৌচৎলকপবু, কেকে শীংজা ব্রাইকোইবা মোইরাং য়েনলাঙ থৌচৎপাশিংনা মিৎয়েং শানখৈরবগী নয় কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবদা ব্রাকৎচাখিএ ।। কেকে নিংথৌ ঙংঙোই লৈমাবা ইবুংঙো তাবিয়ো নোংয়াই মনিল নাইবা খূমন তানদবদি নোংয়াই থেনতমগে করাং থেনকাগে হায়বগী ব্রাকয়ৈ খোঙওইনা খুমু পানলোইন্না তোংজেং মরাঙ হৌনা মরান থৌচৎলকএ হায়না ব্রাকৎলবগী, নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেনহনবদি মপন পনথৌ নিংথৌ ঈব্রাং পুরীল্লাই শংদোন লৈনাউ তাববু ময়ূম নোংয়াই মনিল নাইবনা থিংলৌ পনজল নোংগী উনবী কজক হৌ পুক্রিং মখৈ ফং মৈচাক থোইনা পনথৌ মংশক তানগে চেঙবুম মনৌতোন লাংবন অওন লূককুম্ববু লনশিংগে হায়না ঙাইখমলিবা ঐনে হায়না মদাইরেম কেকে লৈবাক কোয়বা পুম্নমক্তা ব্রাহোমখিএ ।। ইদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ অথৌ

লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পান্থ কৈশকপা কৈরেল তেংথাবশিংও ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইবনা কেকে মরমখৈ করাং চীঙদোমপোক্তা কৈদৌবা নোংয়াই থেনগারকপনো, নহান নোংগী পনথৌ পুরীক্লাই ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বনা নোংয়াই লানগা মাঙবা নোংগীবু ব্রাকাউদরিএ, লৈকাই পুজরুক লাংবন অওনলূক শেনবী কবো তাইপোং লৌথীবা য়ৈনা লূক, থোংনাং ময়াং মায়তেকপা মন্নলূক, থাঙয়ি লূককারেম লোইমোম পাগা চোন্না লনশিংবা তুগুম্ববু লনশিংসে হায়না লানপোৎ লৈনা শেৎ শঙদীং লানলৈ থেম কুমজিং লোনলৈ হুক, লোনথাঙ মঙাল নাই শানম কুপতুম কুপনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমক্কা ব্রাকয়ৈ খোঙওইনা খুমু পানলোইননা হুএল লান্দারকলে নোংয়াই মনিল নাইবা অদোন তানদবা পূম্নমক্কা শোংলেন পানখোক পোক্তো হুএল লানশোক্লরে হায়দবরা ।। কেকে ব্রায়র নমকাপ্পরবদা নোংয়াই অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্নমকশূ খোইমা মায়রৈদা য়ামজেং মনম মূকতা কেকে মায়ওক য়ানা নোংয়াই ব্রায়র মতেনথাবু নোংলেন মরাঙ হৌবগুম শোক্ল খিএ ।। তিমেন নমহুন্ননা থাঙলেন লাময়ান্না শয়েং পাম্বোম তিং শমু খোঙবু থীন, তম্বা য়ারেল খোংখৈ চীক নোংয়াই লৈনদনা কেকে হননদনা পাম্বা অথৌবা অনিনা শারেল শামুন্নবগুম হুএল লানশোক্লরবগী নোংয়াই মরোং চৈজেন য়াম কেকে থিংলৌ য়াইদা হন্নরবদা কেকে অমরক মরাঙ হৌ ঙাংঙোই মথি নাই ব্রাকয়ৈ হিয়াম হোন্না লেমলৈ ঙায়িনগুম ইনশিনখিরবগী নোংয়াই মনিংথৌনা চিংনা অদোন থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্নমকসু কেকে মায়ওক য়াঙমদরবগী তুরেল ব্রায়খূবিচাগুম নীংনা তেনা খোইমা মমায় ওনলবগী কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা শোংলেন লানথবদি পুরীক্লাই মথিনাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা নোংয়াই তুংইন তান ব্রাকয়ৈ হিমৈ পায়না হিনাউ কোয়রেন থক্কি খুমু নৌজাও শূবা খূমন ক্লাকপবু পুরীক্লাই থাঙলেন মখূৎশূনা লাইজ ঈদা তানা য়ানথূরে হায়দবরা ।। অদু নোংগীবু,

য়াইথিং কাপনা লম খূরোইবা ঈয়াপাক শোংলেন পানখোকপোকতা খুমন ক্লাকপা অথৌববু কায়না হুনবা মপন পনথৌ ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই লৈকোয় ফমবা কেকে পোংলেলহনবনা নোংয়াই লানগা মাঙবনোংগীবু মংশক থুমদান্না নোংয়াই মীয়াম শিনা খূমন লানয়াম থাবা পুরীক্লাই শোংলেন লানথবাও তৌনা কৌএ ।।

নয়ু নিংথৌ শোংলেন লানথবা থয়াঙ মথৌমল চুঙশেল মরাল ওনদি অদুনসু মদোমদে, হাওরে নোংপোক পাংবা লমদা লমলেন ফেনজিকোপ ঈকোপ লাইপন সোয়দা খৌশাবনে ।। মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বা মমোম ব্রাংঙমলোন চাখা খোংজোম্বী শেকমু অরোং ফাবিবু শেনবী পোং নিংথৌ মুংখোং লৈমাবানা য়োইবু হৈনা মউকন পামেল উরাই হকলবা ব্রাগী ব্রাংঙমলোন চাখা খোংজোম্বী শেকমু অরোং ফাবিবু লাংগোই শায়াঙথক্তা লৈরেন লৈজাউবু চেক্লা তূফাং চিন্না মরান নুহোঙ খোঙদোংলকপদা লমলেন মদাইমা অব্রাং শাজেপ লোনমনলাং থূমবি লৈহৌ চীঙদা মিকপখিএ ।। শাজেপ লোনমনলাং কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, মপল লীকলাবিচা পায়মা উনগোয়নুংগী খোইদোম অহনবগা, মানদোম অতোনবগা য়ারৌ শা-নাবদা চাকমোম খাম্বী মৈচেন্নরে শঙদিং মরা লুবু ঙৌদুম ঙৌনা চাকলে, অদু নোংগীবু লৈহৌও কৌএ, চাকমোম মথি নাই খাম্বী মরাঙ হৌববু কনঙমদ্রবগী থুম্না চাকলে থূমবিও কৌএ, য়ারৌ শাসু পামেল উ-কারোংদা য়েপনা শিরমলে শায়েপও কৌববু কেকে তাবু থিবা ঙাংঙোই হৈমন তানবনা শাজেপও কৌনৈএ ।। অব্রাং শাজেপ লৌমনলাং থূমবি লৈহৌ চীঙদা ব্রাংঙমলোন চাখা খোংজোম্বী শেকমু অরোং ফাবিনা লাংগোই শায়াঙ থক্তা হাউনা তোনগা চিং লিপোপ খাঙতপ পায়, মপাম পোইরে মৈতৈ পাংনা শমু খোঙবু থীন্না মিকপখিএ, লাইরেন ঈপা মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বাও নমোম ঐবু খূরায় লমখোঙ লান ব্রাংখৈ লমখা কেন তুরেল খামবা লান্না কাওজনগে হায়দে, শেনবি লোনখঙদবা কবো লোনদিন্নদববু করম য়াংগোইরুও হায়বনো ।।

নমোম ঐবু কোরৌ ঙসি নুমিৎতা ব্রাংঙম করম লৈনা থাও হায়বনো, হুইশা করম লৈনা হেনলো হায়বনো তনগী য়াম লৌবিনা সনা সেনপাক করম ওনলো হায়বনো, খোংবান নাউব্রা তোরোখোংচাক পুনুং নাউখম্বনা চমলৌ লাশূ করম কাও হায়বনো, শনলম মাংবা লৈনা শাবন লৈকোংয়াং কোংয়াং অয়াংববু করম ওনলো হায়বনো, লৌবুক খোংজাইনা শাবন লৈরি করম ওনশিবনো হায়না মিকপপবু মদাইরেম লৈচোন অশৈবা চাউবা হৈরোং শূম্বনা তেরানলকএ ।। ব্রাংঙমলোন চাখা খোংজোম্বী শেকমু অরোং ফাবীও লাংগোই শায়াঙথক্তা হাউনা তোনগা চিং লিপোপ খাঙতপ পায়না ব্রাকনলগনুও হয়েং শেনবি মপূঙ য়াইদা নপারী শাৎলা নমোম ফুইরবদা চীঙলেন নোংলাউ-থি মোংবা খুরুপ হৌবা নোংদা শেনবি চনুরা শমলাং পোপতেক লৈবি লূপা খাগোই থেৎনা হেনমোইবীশিংনা নপন ব্রাংঙমলোন হাউনা তোনগা চিং লিপোপ খাঙতপ পায়না ব্রাকনবী মপারীনিনা চীঙলেন নোংলউ-থি মোংবা খুরুপ হৌববু চৈরৎপিদে হায়না ঙাইনোক্লবিগনিএ, লিপোপ খাঙতপ পায়রগনুও হায়না ব্রাংলেন থৌয়েনা অশৈ থৌশক্লনা তোয়ব্রাংখিএ অঙৌবা হিথা খুমোম্বনা মনচৎলে।। ব্রাংঙমলোন চাখা খোংজোম্বী শেকমু অরোং ফাবীদি কৈহৌ চেঙখায় পূঙ মোনথৌ ময়াই লম চোয়নৌ সনা পাজেঙ স্নারীক লীকথানা মনচৎলে।। শেনবি পোং নিংথৌ মুংখোম লৈমাবদা ব্রাইথুংলুরবদা তাইপোং মনিল নাইবনা, মুংখোম লৈমাববু পোং য়ুমখে য়ৌনা পনথেংলবগী কোরৌ নুমিৎ অমদি সনা পাজেঙ সনারীক থানা নোংদা লাইরেন পাখংবা য়াকা লৈবু লৈরেন লুথক চিন নোংনিং য়াইদা লাংনা হুএল লালওক নিখিএ ।। কোরৌ নুমিৎ অমদি কুমজিং লোনলোই হক লোনথাং মঙাল নাইনা নমু পোংশক ওননা পোং লানলুমলে, কোরৌ নুমিৎ অমদি শঙদিং লাননৈ থেম পুনুং লানপোৎ মঙাল নাইনা হুএল লানশোক্লবা ব্রাগী তাইপোং লানথোঙ কায়রে শেনবি পামতান্নরবগী, তাইপোং মনিল নাইবনা হয়েং লোইদাম থামা ওনলবদা পোং লানলুমব্রাগীবু

ৱাতাথিরকএ পোইরে তমদা তা, ৱাংঙম তমদা কুমনা পনথেংগে হায়বগী হুএল লালহৌরকলে ।। শমশোক নাতৈননা তরেৎ ঙাইরৌ চীঙবু য়ৌরবদা লমলেন তরেৎ চীঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, নোংপোক হাওশম নূরাবী হাওনু শামনন্না মমান মচা খুমন কদেং খুৎশাফাববু শাথিয়ে হায়না হুল্লানখিএ, য়োইময়াই তাউদনববু ইমান মচা শাশি হায়না লাইজ নমথৌ তরেৎ খিন থুম-নাং ময়োন শৎ তাউজিং হৈগা শোইনা পাউথেম্ববু য়োইময়াই তাউদনবনা, য়োইবুনাই নোংপোক হাওশম নূরাবী হাওনু শামননু নঙদি খালে মীরৌমন লংমাই মীখুৎফানে মাই কৈদৌনগো হায়না লাংগোই শামায় ওন্না ৱাকনখিএ ।। হাওনু শামননুনা ঐদি ইপন ইকাইএ ইদু শেনকোইএ তাইবঙ নমু পোংবু ওইঙল্লরোইএ, মোমনূ তাঙজ লুরেন তোনবু মালেম লৈদা তানা তুরবগা, য়োইময়াই তাউদনবনা মোম্নু ফৈরা তানবু মথক্তা লাননা শূনা নুমিৎ মঙাল অরুববু থংলেন ৱানুংশিগুম্ববু ঐ খন্নলৌগে হায়না তাঙজ লুরেনতোনবু মালেম লৈদা য়ুংনা নোংমনখিএ, তাঙজ মশমতোলনা পামেল উরা ওইখিএ শমু মহকচাংনা পামেল উথুম ঙারাউবী তলা কারোঙবীবু শালওনখিএ, অদু নোংগীবু তরেৎ নমথৌ চীঙও তৌনা কৌএ ।। লৌহোন চাইজি মীরৌফম শাবন লৈরি মীহেপ খাক কোমবি মীচিন মন্না খোইয়ম লাইওইবা লম, তরেৎ নমথৌ চীঙবু নাতৈনরকএ হায়ববু লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বনা নাতারবগী, মদাইরেম মপল কাইরংবসু লিনগোইগী খূরায় নহা ৱাইরংবগা মপনলোন লৈকাই শেনখুমবা য়ুরান মৈরীকপিচা লাংগোই শিয়ারুকনা হনফু লৌবিচা ৱাংখৈ ফৈতেং লেংবা ৱারৌ পাম্বগা মপনলোন তোংজেং থৱান ফাবিচা খমলাং মোইচা ঙমবা অথৌবগা তম্বা মখোয় অহুম্মক্তি মাকলং ঈৱান ঙমদরে, লানফম খূৎশূ হাঙলে থাঙলেন খূৎশূ তাল্লবগী শেনবি মীয়াম কোয়না নমু চঙনা ফারে শমু তুংদা লৈ পারে লানগা শা শল্লাং তারৈননা থৌরী ঙককোই হুক মংশা লমলেন ইন্না য়াংলৌ লমজিংনরক্কে ।। মংশা লমনুংশি কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি চীঙখোঙ

পোইরৈতোন্না মশানৌ কবো পোইরৈতোনবু খোমলেন মণ্ডলানচাদা মণ্ডনরমএ, অদু নোংগীবু মংশাও তৌনা কৌএ, মংশা লম্মুংশিদা তম্ব মখোয় অহুম্মকপু তেকপী ওকশূম শা, লাংলেন চেপখোই খানা থমলিঙৈ পামেন লীরুনুং তেকপী ওকশূমনুংদা পাউমেন্নখিএ, পাথৌশিংও লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বদি হুএল করিগী লান্দারক্তবনো পাথৌ ঐখোয় অহুম্মককিদমকপু লাংবন করোং খুৎখুমবিররোই হায়রবরা হায়না চীঙবু নোংবু শাংনা হায়নখিএ, অদু নোংগীবু শেনবি লমদাংশাংও তৌনা কৌএ, পাথৌ ঐখোয় অহুমক্তি লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে পূম্না হাঙলে অদু নোংগীবু তুহাং লম্মুংশিও তৌনা কৌএ ।। তম্বা অথৌ লীচা হেপপা অহুম্মক্না তেকপী ওকশূমনুংগী শেনবি তরা চামৈলাংনা নমু মীচিকপদা চোংথোক্লকলে পামেল কাণ্ডদেন লুরোই শূনা কবো নমু মীপুম অমগা ব্রান্না নোংমনলে হায়দবরা ।। শেনবি তাইপোং মনিল নাইনা ব্রাইরং লমশাং ইন্না লাংবন ঈকা ডাগুম হুএল লানগারকএ, শেনবি তূমু লোকচাও ঈবু কাননা চোং তারাউ লৌচিংফৈও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, চীঙখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু খুনথিরকপদা চকপা অংগো কিশিলাই য়াইশি খুনদোন লাই হৈরোঙ অশং লাই তাউজিং অমুন লাই লাইকারবগী অরুম অখম হৌনা হৈগোই নোংথম চনলবগী চীঙখোঙ পোইরৈতোন্না মখদাংগা মখুকলুগা নানম্নমা তৌরাং নীক্রা খাঙলমএ অদু নোংগীবু লোইবী হাও তারাউ তারাউ লৌচীঙফৈও তৌনা কৌএ ।। তারাউ লৌচীঙফৈবু ফৈনা তূপলক্লে, হৈরেম কিরি চীঙ খুনজান লানলুমথেনবু নাতৈননা নোংপোক লৌশেং লাই শেংব্রাই ঈনমশেংও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো লৈনুং খোংফাং অতোনবগা মতৈ লৈমা লৈনাউ তাবীগা পোইরৈ শিদবা ব্রাংঙম নাদববু খুনথিরকপদা লৈমা লৈনাউ তাবীদি লোকলেন নমথুম ঈ, শাব্রা পনথল-ঈ, নূরা কানাক খোইদোম ঈবু হৌরক্লবগী লৈমা লৈনাউ তাবীনা লাইজ ঈরীক লাইশেং থোইবনা মনম মথা চাইনা শেংলমলে অদু নোংগীবু নোংপোক লৌশেং ব্রাই শেংব্রাই

ঈনমশেংও তৌনা কৌএ ।। কাওরেল ওনথ চীঙ, মুয়ুম শনলাউ মচীঙলেন, লেরা ওনপাই চীঙ, শমচেৎ তোনান চীঙ, নূরা খোমলেন চীঙ কাকফৈ লুময়েং চীঙও, কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, হৈরেম কাওরেল শনশেনবা মুয়ুম শনলাউ কৌবনা কোরৌ নোংজা খুদিংগী কাওরেল মিংথা লাউনা মানবি শনখোম লকএ, অদুনোংগীবু মুয়ুম শনলাউবা মচীঙলেনও তৌনা কৌএ ।। হৈরেম চনুরা অতেংবী লেরা ওনপাই কৌবীগা তয়ম মাগী নাইরোইতোনগা খুগা য়াংশমচেৎনা তাঙজ শমগা নাললা খানলে লৌতারকপবু খুনবি কাপথফৈনা নূরা থীকলেন মথানুংদা কাকফৈ চীনগোই চলনা চীরুববু মোমনু থৱায় মিরেল পাই পলেম মিংথা লাউনা তাঙজ ঙাইখঙনরবদা, তয়ম মাগী নাইরোইতোন্না কোঙয়াং ৱাকথৌ অথৌবনা খুনবি কাপথফৈবু খেৎতোকপদা নূরা থীকলেন মথানুংগী খোমলাং পিশিলতোনবু মালেম লৈদা তানা লেনথরে, অদু নোংগীবু নূরা খোমলেনচীঙও তৌনা কৌএ, তয়ম মাগী নাইরোইতোন্দি করম পঙবনো হায়খিএ অদু নোংগীবু মনাই নাইপঙ চীঙ কাকফৈ লুময়েং চীঙ, শমচেৎ তোনান চীঙও তৌনা কৌএ ।। শেনবি তাইপোং মনিল নাইবদি লেরা ওনপাই চীঙবু ফৈনা শম হৈরেম মচি শোয় খুনজান মনাও শোয়বু কালনা চোংনা লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থোইদিংপানও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, নোংয়াই খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইবগা মশানৌ লোনয়াম্বগা য়ারৌ শানাবদা নোংয়াই লোনয়াম্বদি তালোয় মথোই নাই লুমলেন মহেং য়াম্বনিনা তালোয় খাম্বন ৱাগী তরা চায়োমলক্করে, হৈরেম নোংয়াই মপা-চানা তরা চায়োম থোকপদা অদোন ময়েনল্ নোংয়াই মপাচাবু তাঙজ মবু ইকাইখিএ, নোংয়াইনা তেংথানাবদি পাৎপু কোনও কৌএ পাৎপানবুদি য়াও কৌএ, কোনয়া অচনবদা হুপশং নমঙাননা থেংগোইখিএ, নোংয়াই লোনয়াম্বদি তরা চাবুক লাম উনবি চফম হোপ পায়মা খোমনীং তেংলবগী মরক ওন্না শিরে অদু নোংগীবু হৈরেম মরকশি কোনয়া থোইদিংপানও তৌনা কৌএ ।।

লমলেন হৈরেম লৌথমলান থমলান লম্মুংশি কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হৈরেম অরাই শংলৌ য়েনবুম নিংথৌ চনুগা নোংয়াই থৌনাউ থুম্বা অদোন ঙাইখোম্বা শারীক তাউফাবা চনুগা খোয়নৌ মতা অনিমক্লা লৈম্লে ঙাতানবদা পাউমেন্নখিএ, খোয়নৌ ইতা হৈরেম অরাই শংলৌ য়েনবুম নিংথৌ চনুও নঙদি লেমলৈ করি ঙাবু হৈবনো, হায়না পাউহংববু, হে খোয়নৌ ইতা-ও, নখোয়নৌ ঐদি ৱাংনুরোল শমফাবী লৈতাং কাওবী শন শমলাংবা পারৈ লেমলৈ লাক্লা চিংলবদি অনি অহুম লকপা ঙা-শমলাংবা পারৈ ঙাচিং চিং লোইনাইবু হৈএ, খোয়নৌ ইতা নঙদি করি ঙাবু ফাবনো হায়না পাউহংববু, খোয়নৌ ইতা-ও, ঐদি ঙাতেন মৈরোঙ, তেনলোং শমফবীবু হৈএ হায়না পাউখুম্লবদা, হৈরেম অরাই শংলৌ য়েনবুম নিংথৌ চনুনা খোয়নৌ ইতা-ও, ইপাম হৈরেমনা তেংথানা ইদু খুনজান্না মিকৌনা থমলাবু থমও কৌএ, ঙাচিং চিংলোইনাই অসিবু থমলা লাকোং থৎ চমলৌ লাদা য়োমনা নপন নোংয়াই থৌনাউ থুমবা নদু ঙাইখোম্বা শরীকতাউফাবদা লমওক্লরুও হায়না লানজখিএ ।। নোংয়াই থুম্বা চনুনা, হে খোয়নৌ ইতা-ও ইপাম নোংয়াইনা তেংথানা ইদু খুমন্না মিকৌনবদি থমলাবু লাইরাও কৌএ, ঙাতেন তেমৈরোঙ অসিবু লাইরা লাকোং থৎ চমলৌ লাগা য়োম্না নপন অরাইদা নদু শংলৌ য়েনবুমদা লমওক্লরুও হায়না লানজখিএ অদু নোংগীবু হৈরেম লৌথমলান থমলান লম্মুংশিও কৌএ ।। লমলেন হৈরেম লৌথমলান থমলান লমনুংশিবু শেনবি মনিল নাইবনা ফৈনা শমলকলে ।। মহা ঈমরু চুমপঙ লমনামুং হমেং খেনচি চীঙবু কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি, খায়োইরোন তাউথোং কাইবী চনু লীক্লা পিশিন মোম্বী মমান কাংবি লৈরুম চেংবী পনথৌ মপাবু শৈওনবীনা কোঙয়াং ৱাতারি তারি লেংবা মব্রা-খঙ হোইদা পায়বা মব্রা ওই, লাইরেন মৈদিংঙু কাবোম্বা নাউথেম ৱাবু লাংবন খোইরা মচীনখুগুম চাকমোম খাম্বী মৈথোঙ নিপান হুৎনা খুৎপী থংগা য়ৈ, খুৎনাও থংমা খৎনা মমান মচা চকপা মহারেংবা শমু পাংশোয় নীকপা, পাখঙ লূনিয়াচা

খুকউ হংমা তোমবা শমু পাংশোয় নীকপনা চরৈ কাঙখল নুংদা খোনলোন ৱাগী খায়োইরোন তাউথোং কাইবা চনুনা মপন শানতাকতা মদু শানফোঙদনা শীঙলেন শেংথনা লৈরাং খাইথনরে ।। লোকশূম হুমমোইবী মরান ওন য়াইবী লৈমা কাংতাউবী তরা মৱা ওইনা মালং মথি নাই খমকোন মরাঙ হৌনা চারৈ কাঙখল হুমদোক্লবগী চকপা মহারেংববু চেংলৌ মিংথিংলে, খায়োইরোন তাউথোং কাইবীনুনা পাউমেনলক্লে, চকপা মহারেংবা পাখং লুনিয়াচা অসিবু খুকউ হংমা তোমদবা পাখঙ শংগাই য়াইনম শোয়দবা খাজিকএ, ইপন পনথৌ নিংথৌ চীঙখোঙ থোঙগ্রাইবনা নিংথৌ ফাস্তেক শোক্লাইবদা কাওজনগে হায়ববু শমু খোঙবু থীননা ৱাকনলুরে, ঐদি ইপন ইকাইএ ইদু শেনকোইএ, তাইবঙ নমু পোংবু ওইঙমলরোইএ তূমবী ঈৱাংকোন লাইরেন লেমবা লৌদা নোংমনলগে হায়না ইন্দানখিববু, চকপা মহারেংবা খুকউ হংমা তোমবনা কোঙয়াং চৈশূ পানলোইননা মোম্ল মনেম মচাবু হন্না তানলক্লে, অদু নোংগীবু মহা ঈমারুও তৌনা কৌএ ।। খায়োইরোন তাউথোং কাইবী চনুদি, ময়ুম লোইবী মরেম্না হমেংবু খেনও থুমবু চিও কৌএ, হমেং খেননা থুম্মা চি-চারে অদু নোংগীবু হমেঙ খেনচি চীঙও তৌনা কৌএ ।। নোংপোক মহা ঈমরু হমেঙ খেনচি চীঙ চূমপং লম্মাহনবু ফেননা শমনা লম্লেন মদাইমা লমলেন ফেনচি কোপ ঈকোপ লাইপন শোয়দা শেনবি তাইপোং মনিল নাইবনা চানা তেংগোল তরেৎ লিংলরে হায়দবরা ।। নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা পুয়াম য়ূমলেনবা তিনবান লানথবা লেমলৈ নিংথৌ হাইহৈবনা নোংয়াই মাগী য়োইকংলা কংলা তোংনায়াংদা ফমফমখিএ, নোংয়াই খাদ তিন অদোন লাইথা থনবা পূম্নমক্তা ৱাহোমখিএ, ইদাইরেম নোংয়াই অথৌ লীচা হেপপা অদোন থয়াঙ কোন্দাই লোনবাশিংও ময়ুম শেনবি মনিল নাইবনা চানা তেংগোল তরেৎ শূনা হুএল লান্দারকপা অসিবু হুএল লানথোঙ অরুমবা ৱায়র শাথোঙ অচৌবানে, খোইমা নখোয়না নমায় লৈ, য়ামচেং ননম মূককনো, শেনবি খমথেংনা থাঙলেন খূংনা

ফংনা য়াননশে হায়না মোইরাং থোইয়া নামোইশন, খাগরা ব্লাইচাবা তেকপী শূপলেন পনখাগী শংলৌ মানলেন তূপ খাইফবা মরাম খুনঙমওক কাবুং মিংনাইবা ফানা ওক হাওব্রা মনাও খেনতাউরিবা হাইব্রা খেনথুংদবা অয়ম্বা হেপথোক য়েন অথৌ হেপচিন য়েনবু শারোং তনয়াৎনা শারেল তাংকম য়াদা চীক হাওমন শিংপাক শায়, ব্রাংলৈ খাংথাং খোমবু খোমলাং চেপনা য়াক নোংয়াই মথি নাই অদোন মরাঙ হৌনা ব্রাশক্লখিএ ।। মদাইরেম নোংয়াই খাথ–লাইথ অথৌ মচি চাউবা লাংপোক ঙম্বনা হুএল লানগা চিংনা নোংয়াই হুইথৌ খোঙতেন পূম্না হৌনা কাওরেন শনথৌবী শনথৌবা ফানা খোং তোনবী খুনঙম খোংদা নোংয়াই তেংগোও লিংলে ।। শেনবি মনোংমৈবু কোরৌ তমনোং খোংগুম ব্রায়র মতেন চাবু নোংলেন মরাঙ হৌবগুম হুএল লানশোক্লববু শেনবি চেন্নদা নোংয়াই চায়নদনা কোরৌ নুমিৎ তরেৎনি শূনা হুএল লালঙম্নদনা শোক্লবদা, তমফা ব্রাংঙমলোন পামবা ফাবী নোংয়াই খূমন লৈমগা নহা–নুপী হনু–হনবা পূম্নমকশূ নোংয়াই তক্লা অদোন লানফেন্নরবগী, মশাবী নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবদা পাউমেনখিএ ।। লাইরেন ইপা মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্ববু হুএল লালনেক্লুশে হায়না য়াহৌনরবগী, মশাবী নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা পাউখুমলকএ, তৌইগীদি শানৌ তমফা ব্লাংঙমলোনও, কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বা শোংলেন লানথবাশূ নোংয়াই ইঙাইরেলনে হুএল লালনেকশে হায়না ব্রাতানরে ।। তমফা ব্রাংঙমলোন্না ব্রাহোমলকএ, ইদাইরেম খূমন চুমবালেংবা নমা অকোং ফৈদেকপীচা লোইবী তরাউ লমবুবা নঙবু লাউও, নঙদি থাংয়ী উথুম থুম্বীচা অয়াংবা লামবচা থিংলাইতোন লৈতাং কোনখম অশৈবা হুপশিৎ নোংদম খোংবা থাংজ ঙাইখোং খোলওন চেক থাংয়ী উথুমথুম্বীচা অসিবু লাইব্রা পামিং লৌনা পোনচেং লাইচম খনলো, নোংবান নাউখোংজাম্বা চানকোন চেককি শব্রা নমলোই থীংনা পানব লৈ, লাইজ ঈব্রায়তাবা লৈতাং শেক্কুরেক অঙৌববু ব্রাকলেন তাংমা নূংদা পিশিন খোমহুক

লৈনা লাইরেন ইপা মৈদিংঙুদা লমওক্করুও ।। নমোম তমফা ব্রাংঙমলোন নোংয়াই অথাপপা খূমন অতাম্বদা কাওজনবিনা মমায় লাইনা পাংনা পাউমেনজরকএ, লমলেন ঈকোপ লাইপন শোয়দা তাইপোং মনিল নাইবনা চানা তেংগোল তরেৎ শানা লিংলবগী কোরৌ নুমিৎ তরেৎনি শূনা হুএল লানশোক্লববু শেনবি মায়ওক য়াবা ঙমদনা নোংয়াই য়ূমখৈ য়ৌ হুইথৌ য়ুময়া হেপকে তৌগুম্লকলবগী অদোন লানফেন্নরে ।। নোংয়াই মচেৎ অমনা থাংবি খোঙগন লান্না কবুই লমশন, খুনবি লোনলাং থাংচা ঙাইখোং ওইগে হায়না ব্রাতানরে, খূমন মচেৎ অমনা লোকখা হাওখা ওইরগে হায়নরে, অদোন মচেৎ অমনা লোকতাক হাওতাক লান্না খারম মনুং ওইরগে হায়নরে, ইশাবী নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবসু হনু মাল্লেকা নোংয়াই ইরেং চনলে, নমোম ব্রাংঙমলোন ইহাকথক্তা নোংয়াই নাদা থেৎ অদোন শীংদা পক্লা নোংয়াই করম্না ইপূঙ কায়শিবনো, লাইরেন ইপা মৈদিংঙুবু হুএল লানলুমবিরাউও হায়না পাউমেনলুও হায়না থৌশীখিএ ।। মমা আকোং ফৈদেকপীচা লোইবী তারাউ লমবুবনা লাইরেল মৈদিংঙু কৌবা খুমোমবা সনা মখোঙ খাদা, মামোম তমফা ব্রাংঙমলোন শমু মেনলোং মখুদোল থাংয়ী উথুম থুম্বীচাগা, লৈতাং শেক্কুরেক অঙৌবগাবু কৎনা নোংয়াই হুএল লান্নেক্লকপা ব্রাবু মানবি খুৎতপ্লা মুকমু লৈতোন কোন্না ব্রাকৎচখিএ ।। লাইরেন মৈদিংঙুনা তয়ম লোইবী তারাউ লমবুবাও, নোংয়াই নিংথৌ অদোন পুন্সিবগা ইমোম তমফা ব্রাংঙমলোনগদা পাউমেনলুও, লাইরেন নপা মৈদিংঙু ঐশু পোইরৈ খুনজা-হৌ, তয়ম নাইজা হুপনা হুএল লান্দারককে, হায়না পাউমেনলবগী লোইবী তারাউ লমবুবদি থিংলৌ নীংনা তেনা হলব্রাইরক্লে হায়দবরা ।। নোংয়াই খূমন লৈমা তমফা ব্রাংঙমলোন্না, ইদাইরেম ঙানবা হাওরু কোইচা নঙদি নোংয়াই তারমবা মশেনচাবু শেনজাও নমদা পোনা কেকে চাউবা পূঙগী ঙাংঙোই লৈমাবা শোংলেন লানথাবগা মশানৌ ব্রাংঙমলোন কেকে মোইরাং লৈমা হাওখৈ লানথবিগদা হুএল লালনেক্লুও ।।

শেনবি মনিল নাইবনা ঈকোপ লাইপন শোয়দা চানা তেংগোল তরেৎ শূনা পনথেংলবগী শেনবি চায়নদা নোংয়াই চেন্নদনা শোক্লববু নোংয়াই যূময়া হেপ হুইথৌ যূমখৈ ফংগে তৌগুমলকলে, নোংয়াই ঙাইনুংশাং কেকে ঙাইরেনতানা হুএল লানলুমবিরাউও, তমফা ব্রাংঙমলোন নঙশূ নাউব্রা খোয়খাউ অমা ইমু শীয়োম লাগী লমহৌমিন্নরকপিনে, শাবি ব্রাংঙম ঈহাকথকতা কোলোয় মিংলেন থীনা নোংয়াই ইরমদমবু করম লৈখোঙ কায়শিবনো হুএল লানলুমবীরাউও হায়না থৌশীখিএ ।। মদাইরেম ঙানবা হাওরু কোইচানা নোংয়াই তারমবা মশেনচাবু কৎনা তমফা মশাবীগী কোলোই মপাউমেনবু ব্রাকৎলুরবদা, কেকে পুরীক্লাই শোংলেন লানথবনা পাউমেনলকএ, তয়ম ঙানবা হাওরুকোইচাও, নোংয়াই ননিংথৌ অদোন পুন্সিবদা পাউমেনলুও, নোংয়াই শেনলৈবাক অদোন পাইরৈবাক্লে, হুএল লালহৌরক্লে হায়না থৌশীথোকখিএ হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু লোইবী চীঙশোং ঙস্বশূ মমোম তমফা ব্রাংঙমলোন কোলোই মপাউ মেনবু, পোইরৈ খুনজা-হৌ তয়ম নাইজা হুপ্লা হুএল লান্দারক্লে, য়োইবু ঈরোং লৈমা খামবী ঙমবী লাইজ মহিথেন থৌবাল হুপশিং হুপয়ারোংদা পোইরৈ তেংগোল লিংলে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লানথবসু মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংগা হুএল লালহৌরক্লে, লমলেন মদাইমা নোংয়াই লৌরেম্বা অদোন ফৌগাকচাউদা কেকে তেংগোল লিংলে ।। ঙানবা হাওরু কোইচানা হুএল লালনেক ব্রাবু নোংয়াই মনিংথৌদা মানবি খুতপ্লনা ব্রাকৎচখিএ, কেকে নঙাইরেলসু নোংয়াই নরৌরেল, অদোন ফৌগাকচাউদা তেংগোল লিংহৌরে হায়না ব্রাকৎলবদা, নোংয়াই খূমন নিংথৌ পুন্সিবা হুএল মরাল থোঙদদি লানশোক মায়ওকয়া, লানফম চবুক খায়না হুএল লানশোক্লখিএ ।।

লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বসু হাওরৈ নোংপোক পাংব লম, লমলেন ফেনজিকোপ ঈকোপ লাইপন শোয়দা লানফম নীংদা খোপথবকএ,

পোইরৈ চেন্নদা ব্রাংঙম খোঙফম লৈনদনা হুএল লানশোক্লখিএ, চুঙলেন থাকৃপ হৌ খংনঙ লৈতঙ লেং থাঙলেন খৃংনা ফংনা য়ান্নরে, পোইরৈ মরাল থোঙদা তমবা অথৌ লীচা হেপপা পুন্সি অকোংশৃবু নোংমনলে ।। কেকে মনিল নাইবসু হৈরেম মরকশি কোনয়া থোইদিংপানবু নাতৈননা কেকে মনিল নাই মোইরাং মরাঙ হৌনা ইনশিনলক্লে, শেনবি মায়ওক-য়া তাইপোং থাফংননা কেকে ব্রায়র মতেনচাবু লাংবন খোইপাই তম্না, চুঙলেন থাকুপ হৌ খংনঙ লৈতঙ ফেন থাঙলেন খেরাং থাংনা লানশোক্লরবগী শেনবি মীয়াম শিরে, কেকে মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লানথবা ঙাংঙোই মারাল থোঙদা কেকে অথৌলীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা, খোইমা মমায় ওনদা য়ামজেং মনম মুক্তবা খাবি তেংমায় থিনবা হয়ু পানমানাওবু নোংমনলে ।। নোংয়াই মনিল নাইবসু অদোন মরাঙ হৌনা তমবা শয়েং পাম্বোম তিং, য়ারেল খোংখৈ চীক তিমেন মরাঙ হৌ থাঙলেন, খেরাং থাংনা শোক্লরবগী নোংয়াই মরান থোঙদা মচি চাউবা লাংপোক ঙম্বা খোইমা মমায় ওন্দববু নোংমনলে ।। শেনবি তাইপোং মনিল নাইববু পোইরৈ মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বা মদাইরেম, পোইরৈ অথৌ লীচা হেপপা পুম্নমক্কা, কেকে মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লানথবা মদাইরেম ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুম্নমক্কা, নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন লৈমাবা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পুম্নমক, পামবা কৈজেং লাং কৈরেল উপিশা কিয়াং শাথৌগুমবা মরান খোঙকাওনা কাক্লেন শাহুম্নবা ওক্লেন লাবা চিরাই শোয়দা সাইরেন লাবা শজিক য়োন্দবাশিংনা, তমবা কজকহৌ য়ারেল খোংখৈ চীক লানবুক মথিনাই খোইমা মমায় ওন্দনা শেনবি খমথেংননা শোক্লরবগী তাইপোং মনিল নাইবদি খোইমা মায়ওক য়াঙমদনা লাংগোই শামায় ওনলে ।। নিংথৌ অহুম্মক্লা থিংলৌ তুগুম্ববু পনজনলবগী হুএল লানথোঙ কায়না তাইপোং লানগা কায়রে শেনবি শমু লেংদোনবু শীংবী থোলোন পৈগুমলে, শেনবি তাঙজ লুরেলতোন লেমচেং মৈরা মুৎলববু লানলু পোৎলেন

হানঙমদরে, তাইপোং নাইফা নীক শেনবি শিফা নীকনা চানা খৌথেকমল ইনা পামফৌবগুম হুএল লালয়াম শিরে ।। হুএল লালনিগীদি শেনবি তাইপোং লানজিংবা লাংগোই শামু তোংবা চোয়নৌ সনা কোনমিংনবা কবো আপু তাউবা পুমিংনবা চাংখরং চংনিং শিবা পোনখরা লায়রবা সনা চীনবান থোংনা চা-শায়বা লৃপা চীনবান থোংনা লিয়োৎপবু কায়না হুনলে, লাংগোই মখুনেৎ শামু মরাম্বসু লোকলকএ লাংগোই শায়াঙ থক্কি তিমেন মখুৎশৃসৃ তাহৌরে তা-তা পৃঙও তৌনা কৌএ, শেনবি পোনখরা লায়রবসু ফানা শোয় লমলেন লায়র পৃঙনে ।। খোংলেন মদাইমদি থাঙলেন ঈঙাঙ তৈববু লাইজ ঈদা চামলমএ অদু নোংগীবু লমলেন থাঙজাম পাৎও তৌনা কৌএ, শেনবি তাঙজ লুরেলতোন লানলু মিরেল থীঙমদববু লময়াই পুঙমা থোনলমলে অদু নোংগীবু শেনবি কবো পৃঙও তৌনা কৌএ ।।

লাইরেল মৈদিংঙু কৌবা মিওম্বগা কেকে মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লানথবগা নোংয়াই খৃমন নিংথৌ অদোন তন্দু লানথবগা নিংথৌ অহুম্মক্তি তাইপোং লানগা মাঙলমলবগা থিংলৌ নীংনা তেনা নোংয়াই লৈকোয় পৃঙদা ব্রাইথুংলরে ।। লাইরেল মৈদিংঙুনা নোংয়াই শেনলৈবাক অদোন পাইরৈবাকপু নোংয়াই শীংদা পক অদোন নাদা থেৎফরোইএ হায়না নোংয়াই লৈকোয় পৃঙদা চাকমোম খাম্বী মৈগা খুনা নোংয়াই শীংজারক্কিবু খোমজিনলমএ অদোন ঙাংচারককিবু পৈশিনলমএ হায়বগীবু লাইরেল কোলোয় মমিংথোনবু মীওমবাও তৌনা কৌববু নোংয়াই খোমজিনবা অদোন পৈশিনবা মৈদিংঙু লোইনাই খুমোমবাও তৌনা কৌএ ।। মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লানথবসু নোংয়াই যৃম্লক চঙনা হুএল লানলুম থৌবা অদোনলক্কি লোইজা ঙম্বাও তৌনা কৌএ, কেকে মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লানথবা অদোনলক্কি লোইজা ঙম্বা লমলেন ফেনজিকোপতা খৌশাবা শেনবি লাংখম লানথৌয়াংবু কায়না হুনবদি মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পৃম্নমকপু ঙাইরোইননা ঈব্রাং মচী হেন পুরীক্লাই মরায় লাংনা মরান ওনতেরকলে ব্রাকয়ে মথি নাই তোংজেং মরাঙ হৌনা কেকে মপৃঙ য়াইদা ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।।

নয়ু নিংথৌ নোংয়াই য়ুমলক চঙনা হুএল লানলুম থৌবা অদোনলক্কি লোইজাঙম্বা থয়াঙ মথৌ মল চুঙশেন মরাল ওন-হুএল মরাল হৌদি অদুনসু মদোমদে হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। য়োইময়াই তাউদনবা তাউরোয়নাই অঙানবনা, খ্বাই নুংজেংবম নাইচা য়েকমা হাওতংলা, নমু পোংঙারাচা অতনবগী ব্রায়র মতেনচাবু শোংকিবা ব্রাগী মালেম লৈখা নুং তুবি ময়াফম লাইরেল মকোলনুংদা শানথূপখিববু, তমফা ব্রাংঙমলোন অঙানবা হেলোয় চঙবিনা, নিংথৌ পোংবা তরামক্তা ব্রাহোমখিএ ।। নিংথৌ পোংবা তরামকও নঙখোয়দি শংলৌ থৌরাঙও য়েনলাং ঙমদমও থোমশাবনা থোমশা-ও, লাংশাবনা লাংশা-ও, পাগী পারম তাবা পাখং অতেংবা নখোয়দি পাথোম মঙা থোমও, নুগী নুরম তাবি নূরা অতেংবী নখোয়দি পাথোম নিপান থোমও মালেম লৈবি খোঙব্রাই তরেৎ শেমও ইপন লাইরেল তাউরোয়নাইবু তমফা ঐ পাউথেমলুগে হায়না পাউমেনখিএ ।। নিংথৌ পোংবা তরামক্লা অঙানবা সনা খোম্মদোনগীদমকপু শংলৌ থৌরাংবা য়েনলাং ঙমদম লোইরবদা ব্রাংঙম কৈরেল তোংবিনা মপল লাইরেল তাউরোয়নাইবু মালেম লৈরোলনুংদগী মচেং কাইরৈ অঙৌববু নাক্তা য়েপনা পাউথেমলুরে, য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবনা তুবি ময়ানুং লাইরেল মকোলনুংগীবু নুমিৎ মশোং চাউ থবি মঙাল নাইনা কারকলে, অদু নোংগীবু নিংশোংও কৌএ ।। থবি শেনকোয়রেল অপানবনা মালেম লৈপি খোংব্রাই তরেৎকা তাইবঙ পূম্না ঙালনা শানফোঙলম লোইবী নিংশোং মপূঙ য়াইদা নয়ু নিংথৌ শোংলেন লানথবনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমকপু ঙাইরোইননা হুএল লান্দাখিএ ।। লোইবী মচীঙ কা হেমবা পনথোঙ হাংলে, খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদা খারম য়াগা চাইরে লোইবী পামদান্নরে, কেকে মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা নিংশোং খুনয়াই খায়না খৌশারে, লোইবী হাওপাখং খারম য়িমবীরেং অথৌববু কায়না হুনলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ শোংলেন লানথবা লোইবী নিংশোং ঙম্বা নোংয়াই য়ুমলক চঙবা হুএল লানলুম থৌবা অদোন লৈময়াইদা মিংথোং ফবা অদোনলক্কি লোইজা ঙম্বা চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবদি কেকে ফম্বাল লাংদা চহী ২৯ পানলমএ ।।

## ঈৱাং পুরীক্লাই চীঙখূ তেলহৈবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা তমফা ৱাংঙমলোন হাওখৈ লানথবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ ঈৱাং পুরীক্লাই চীঙখু তেলহৈবাও তৌনা কৌএ পুরীক্লাই তেলহৈবদি হাওরৈ মখা পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। কেকে মোইরাং হাওখূ লৈমা লোইনাই তাবিনা শূনা হাওদৈ কাঙ লংশূং খোংগা তিংনা তূনুং লংলা অমনা খারম লোইচন লম, মদু হাওমুবনা লোইনেন লম হাওতোনবনা লোইকেন লমদা খারীবনা লোইহাইএ লুপাংবনা লোইথৌরুববু, তুইশেন মনিল নাইবা লোইবী তানদবনা, হেমবা খাংজেন থক্তা ফমফমলবগা, লোইবী চূমবু থোই হেমবা লাইবু লাংনা শূমাঙ লাথা কোয়বগুম কোইথাননা ৱাহোমঙমএ ।। লোইবী ইরমবু নঙদি করি লোইবু লোইথৌগে লাকপনো, চরৈ ফিবান লোইবু লোইথৌগে লাকপরা, শীংতরেৎ চাশূ হান্দরি লোকয়াই পামফৌদরি, শিনৌ লংতা লেংতক্তরি, য়ৱা শীংকাপ হৌদরি, লাংগোম ফানপক তাদরি ফৈবাক তামুল শুংদরি, মোইতাং শিনথোং লোন্দরি, য়াৱা শীনবুন ফাদরি, ইয়োং লাইজি থোংদরি, আইবি লাকোন শাদরি পামেল উকু খোকনাখো ।। লোইবী খারম ইরমবুও য়াংলৈ তাউবা হুইপান লোইবু লোইথৌগে লাকপরা, থৱান হুইমৈ হোৎতরি পানদন খেরাং থাংদরি তাউবা হুইচা পোক্তরিএ, শাবী কংগা পুনখো, খারম লোইবী ইরমবুও কাইরৈ য়েনপান লোইবু লোইথৌগে লাকপরা লোইয়া পোনলাং য়ান্দরি কাইরৈ লুমকোনহৌদরি, মচেং য়েনচা কোকতরি, ৱাবা পোনদাই লাকনখো, কুরেক খোমবান লোইবু লোইথৌগে লাকপরা কোপলোং মরী চৎতরি খোমলোং মপান শাদরি, তাংকক পিশিন থোংদরি, শাদু লাং লোইবু লোইথৌগে লাকপরা, য়াংগেন মপান শাদরি শনতং চাকনা লেংহৌদরি ।। লোইবী ইরমবুও নঙদি তরা চবুক লাম্বরা, চফু তিনলাং শৌদরি ইৱান খোয়দৌ ওৎতরি, পানবী শূংদাই-মবু ফুৎচখিও, খারম ইরমবুও ৱাংলৈ য়ুখৌ লাংবরা লুথুম পানগোইদরি খানৌ য়োইহন্দরি কৌবা লোক-ঈ থকচখিও

হায়না লোইবী কনশূক নুংজানা হেন্না কনলেম নুংগন্নারবগী খারম মরমবুদি হেন্না লোইথৌ ঙমদনা হনলকলবদা নয়ু কেকে লৈমাবা সনা মখোঙ খাদা মানবি খুৎতপনা মুকসু লৈতোন কোননা শমু চাংজৌ চেপনা লোননা ব্লাকৎচখিএ ।। কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবাও, নদাইরেম খারম তানদা তুইশেন মনিল নাইবদি শায়বগুম ময়া শা খোইবুগুম মচীন তুম্না খারম লোই পীরকতরে, নদাইরেম ঐবুশূ তরা চাক পীজরক্তেএ হায়না ব্রাকৎচখিএ ।। নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবনা, তয়ম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবাশিংও, ই-রোই লোইবিরেল খারম তুইশেন মনিল নাইবনা শেনবি কনতৌ য়োৎকুম্না কললবদি লোইবী মপূঙ তাক্লা পনথেংশে হায়না ব্রাহোমখোনগী ঙাংঙোই অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমকপু ঙাইরোইননা হুএল লান্দাখিএ ।। লোইবী চীঙমু খাঙ হেমবা চোংদাই য়ান লোইবী মীশিন পূঙদা খারম মচীঙ-কা কেকে মথি নাই চূঙলেন থাগুপ হৌ তিমেন খেরাং থাংনা পনথেংলবদি লোইবী মপূঙ তাকলে তূইশেন য়াগা চাইরে, ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারে, খারম তূইশেন মনিংথৌ শাব্রা চিকনবা হুএল লাংজেংববু কায়না হুনলে ।।

পুরীক্লাই সনা মচূঙলেনদি অদুনসু মদোমদেএ, হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা খৌশাবনে, য়োইময়াইনা খেনগাবা অঙানবনা খেনজোংবা লম শেনবি মুংখোম-লৈ, কবো মুংয়াং-লৈ, মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বা মদাইরেম মহাও ব্রাংবি শূম্বনা কাইরৈ য়েনহাই চন্না লোইথৌবা লম, নোংপোক চাদা কৈরেন হাওবা মখূরোন, শেনবি পোংনিংথৌ চাউফা খেখোমবা মদাইরেম চকপা ইতে কৌবনা ব্রাওইবা লম শেনবি লৌথেং য়াং থেংয়াং য়াঙৌরোক, তাউবা হুইথৌ চীঙ তেকপী ওকথাক থেন, শেনবি লৌথেংয়াং থেংয়াং য়াঙৌরোকও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোন লৈনুং খোমফাং অতোনবনা শেনবি শিদবা কবো নাদববু খুনথিরকপদা, চকপা খানপোক লৈমা ফানলৌঙম্বী মপারী শাংফূরাবু খারা খুৎয়োন থানা

নোংমনলবগী, চকপা কৈথোং হাও পাখংনা শীংজঙ লেংদা থোংনা তলা তংখায় লৌবা পামেল উমৈ তৃপপশিংদা পাউহংএ, চকপা কৈথোং হাও পাখং পামেন তংখায় লৌবশিংও মৈখু নোংলোন কাবা অসিবু করি মৈনো, নয়ুম হেমচেং চকপা নুপী ফুয়িক মৈ চেগায় কাগুপ মৈরা, ফুদিৎ নোংলৈ মৈ, চরু তাংশম-মৈ, লোইমোম য়া-থেন মৈরা, শীংগন নোংফাই মৈ শাদু তেকচাকমৈ লমলেন কামচাক মৈরা হায়না পাউহংখিএ ।। চকপা কৈথোং হাও পাখং পামেল উমৈ তৃপপাশিংনা পাউখুমলকএ, ইয়ূব্রা চীঙখোঙ পোইরৈতোল-ও মৈখু নোংলোন কাবা অসিদি ময়ুম হেমচেং চকপা নুপী ফুয়িকমৈ চেগায় কাগুপমৈ চরু তাংশম-মৈ লোইমোম য়াথেন মৈশূ নত্তেএ, চকপা খানপোকলৈমা ফানলৌ ঙন্বী মপারী শাংফুরাবু খারা খুৎয়োন থানা নোংমনলে, অদুগীবু ময়ুম চকপা মীয়িক মৈনে হেমচেং মী-রৌ মৈনে হায়না পাউখুমলকপবু নাতারবগী, চীঙখোঙ পোইরৈতোলনা ব্রাহোমখিএ, তৌইগীদি শাবি ইতৈ লৈমা, লৈমা লৈনাউ তাবিও ইবিংঙানা শেনবি শিদবা কবো নাদববু খুনথিরকপদি শেনবি মীয়িক লাই হেমচেং চকপা মীরৌ লাইবু লাইকারগনিএ হায়না থেংনা কোইনা শমু মখুৎতোনবু য়াংনা শোইনা চংখিএ অদু নোংগীবু থেংয়াংও কৌএ, য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু তরা চাদুম হুলনা থাক্লমএ, তরা চাকশূ ঙৌদুম ঙৌনা তারমএ অদু নোংগীবু তাউবা হুইথাক থেন থেংয়াং য়াঙৌরোক-ও তৌনা কৌএ ।। তেকপী মওকচাশূ থাক্লমএ অদু নোংগীবু কিয়াং ওকথাকথেনও তৌনা কৌএ ।। শেনবি লৌথেংয়াং থেংয়াং য়াঙৌরোকপু নাতৈননা কেংদু কেংশেন মনিল নাইবা, চকপা ঙমফে মপূঙয়াইদা হুএল লান্দারবদা অকা খুনগঙ মঙা চাইরে অকুম খুনগঙ মঙা নেৎলে, চকপা ঙমফে মপূঙয়াইদা শেনবি কাংজম থোঙজাও হাং মৈবী তাংগোই পাই মৈখু নোংলোন কা শারীক লাইখন থূম খারা খেনজঙ কিন্নথরে, পুরীক্লাই মথি নাই ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারবদি অমে থাঙশাবাবুদি কায়না হুনলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ চকপা ঙমফে কৈথেন চাইবা অমে থাঙশাববু

কায়না হুনবা ঙাংঙোই চীঙখৃ তেলহৈবনা তাউজিঙ খোঙনেম্বা হৈরাঙ নানৌববু, কেকেম্না তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনা শীংজঙবু হাইবি-ও কৌএ, শীংজঙ হাইবি মরায় লোং পামেল উরাই হকনা তাউজিঙ হৈকনবা, কেকে থয়াঙ মথৌ মল ঙাংঙোই চূঙশেন মরাল ওনদি, কোনবি মচিন লম শাবন লৈরি হেকনা লমদি হৈরাঙ নানৌবা তাউজিঙ খোঙনেমবা অসিনা খৈনবনে হায়না লমকনলমএ, অদু নোংগীবু কেকে মোইরাং নিংথৌ চীঙখৃ তেলহৈবা শীংজঙ হাইবি মারায় লোং পামেল উরাই হক হৈরাঙ য়ানদা তাউজিঙ হেক্র দা লমকনথৌবা, কেকে মোইরাং নিংথৌ পুরীল্লাই চকপা তূমফে ঙম্বা ঈৱাং চীঙখৃ তেলহৈবাদি নোংপোক লৈমা ঙমগী থিংলৌ নীংনা তেনা ৱায়রং লমশাং ইন্না হনলক্লে, কেকে মপুঙ য়াইদা নুংঙাই মরাং কায়না ৱাইথুংলরে ।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা পুরীল্লাই চীঙখৃ তেলহৈবনা কেকে লৈকোয় ঙাক্লিঙৈ, নোংয়াই পুরেন অহোঙবনা মশানৌ ঙাংখ লম্মিৎ চুম্বী ঈনুং শীয়োমনুংগী মপারী নাউনৌ ৱাবু কেকে শান্তাক্লে মোইরাং ৱাফোঙগে হায়বগী অহিং ইনুং শোইয়াইমদা কংলা য়াইবুঙ পূঙদোইরবদা, খোইয়ম লাইরুপ ঙাইখঙবা কেকে থোংলেন অথৌবনা য়াইবী মথৱায় মঙা-মা, মিরেল থৌয়াংববু নুঙ্গোইবীদা মিরেল য়াইচনলবগী নোংয়াই পুরেন অহোংবদি কোরৌ নিপালনি শূবদা অমন শিগুমলে মোম্নু মৈনিং হীপ্পী ঙাংখ লম্মীৎ চুম্বী শাৱা তুরোই থীরবীশূ মশাবী শেৎন ৱাগী ইপাই কোকঙ্গ কারবগী লোইদাম থা'মা ওনলবদা মমোম খায়োইরোন চনু খম্নু পোনজেনবীগা মপারী নাউৱা অপিশা অদোন খম্বা অনিবু নাউয়োকঙমদনা থৱায় পোনলিংনা য়াইবী ইনিল খমখিএ হায়দবরা ।। পনথৌ নাউয়োক তাম পলেম নাউকোন হাঙলবগী খম্নু পোনজেনবীগা মদু নাউৱা অখূবা অদোন খম্বাগা অনিমক্তি লোইবী চীঙশাং লাকপা কবুই শলাং মাইবাগী হেমবা নিংথি মশা ইগোন লোইবী শলাং মপূঙ য়াইদা নাউয়োকখিববু অচাও লেপফারা শাংশূ ঙমদমলক্লবদা কেকে লৈকোয়পূঙদা কূম মোইরাং তমদা তা, পল্লৌ মোংবা

মশাইকোন্দা য়াইঙ্গোইখিএ ।। পুরীল্লাই মশানৌ শীংখোং য়াইমবা চীঙখূ অখূবগী থিংলৌ তমথা কাও কাওরেল পুরুম শনবু, কাওরেল শনশেলঙৈদা, নোংয়াই অদোন খম্বদি ঈৱাংলোন থোইবীগা অপাম খোয়জংনা নুংশি পুক্লিং য়ূমদিন্নখিএ ।। থিংলৌ তমথা কাও কাওরেল পুরুম শলও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নয়ু নিংথৌ ঈৱাং পুরীল্লাই চীঙখূ তেলহৈবনা পুরুম লোইবী হৈতুপ পোকতা হেমবা পনথোঙ হাং পুরুম মপূঙ তাক্লা হুএল লান্দাঙৈদা কাওরেল শনবুম মাবু ফারকএ অদু নোংগীবু থিংলৌ তমথা কাও কাওরেল পুরুম শলও তৌনা কৌএ ।। নোংয়াই অদোন খম্বনা কেকে লৈকোক চঙ মোইরাং লৈকায় কোয়না শিনলঙলূববু মোংবা মরান হলৱাইরকঙৈদা মোইরাং শনশেনবুঙদা নোংবান অথা কোঙয়াম্বগা হাওমূক্লা লেংফাই চন মোংবা তাজিন খুরৌ য়েৎনববু খম্বনা মূক্লা থারে ।। অচেন লোকলৈ হৌ লোকলৌ খুদোল ফুনা কেকে তোরবুঙ মোইরাং তোরফাইদগী পানা লমজেল লমহৌঙৈদসু নোংয়াই অদোন খম্বনা কংলা লৈশা থেক্লবগী পুরীল্লাই মশানৌ চীঙখূ অখুবা লোকখূবা পানানা লমজেল থোইএ নিংথৌ পানা লোকলেম্বদি নোংবান অথা কোঙয়াম্বনে কংলা লৈশা থেকঙমদেএ ।। খূমন থরাম নহা লায়রবা মপূঙখঙ কাওরেল ঙাংবা চিতেনবগা ঙৌবা চিংশাংবগা মানবি চিয়েনবদা মচি কোপলে ঈকোপ কৌএ, ঈকোপ লাইপন শোয় শমু পাংতি লৈথকোমদা কোন্দেবা নোংয়াই পুরেল অহোঙবগী কাওরেল মশলচা নিংথি ঙাংবা পামহৈববু নোংয়াই অদোন খম্বনা শমু খুৎথুন্না ফারবগা কাওরেল নোংদম শলবু ওইনা চীঙভু থংজীঙ লাইদা কাওরেল চঙনা কৎলে ।। শজিবু লাকয়েন তাই ঊকাই ফলং কাপ খোইয়ম লাইতাইননা লৈতাই নোংদাইঙৈদা খম্বগী চরৈ মফিশেৎ থোইবী মেলোং মখুদোল চরৈ পাইখু ফিগীদমক ৱারম ফত্তা থোক্লবগী ঙাংঙোই চীঙখু অখূবদি মদাইরেম অদোন খম্ববু ৱাওইরবগী মমোম ঈৱাংলোন থোইবীবু নোংবান অথা কোঙয়াম্বদা কাওজনখিএ ।। মপল থৌতিকখোনবু ঈৱাংলোন চনু থোইবীনা

মাই ব্রাচানদ্রবগী ঙাংঙোই চীঙখূ নহাদি উনবি কলহৌ নীল্লবগী মদাইরেম নোংবান ঙাইরোইননা অহিং ইনুং শোইয়াইমদা কেকে খোরী কৈথেল লেং দা, অদোন নোংয়াই খম্ববু শমু খোঙদা য়েৎ লাংগোই খোঙদা পুনলে য়াইবী পোনলিংনহনগে থৌরাঙলবদা কেকে ব্রাক্রং থোক মোইরাং ব্রারৈ চেনলবগী পুরীল্লাই চীঙখূ তেলহৈবনা কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ ফমথৌ মঙাইরোয় নিংথৌ মহীশাং পূম্নমক্কা ঙাইরোইননা, কেকে চৈকক পূঙ কুচু থৌদা ফমদা কংলা লাইব্রা পারিং তমখিএ নিংথৌ কোলোই ময়াথংগী ঙাংঙোই চীঙখূ নহাদি নোংবান অথা কোঙয়াম্বগা অনিমাবু কৈশূম হং-চনখিএ হায়দবরা ।। থাবুম অহুম কৈশূম শঙদা নোংথোইরববু নিংথৌ চৈরাক মতোল লোম্লবগী ঙাংঙোই চীঙখূ নহাদি কৈশূম হং থোরল্লবগা মমোম ঈব্রাংলোন থোইবীবু শেনবি মীরৈপূঙ অথাপ্পা কবো মীরৈবাক অতাম্বদা লোই কুমহনলে ।। থবি মানা নোংলেপ্তবগী থবা অহুম থা-ওনলল্লবদা মশাবী চীনগোয় ময়াথংগী ঙাংঙোই চীঙখু নহানা মমোম লাংলেন থোইবীবু শেনবি কবো লোইদগী লৌখৎলুরবগা নোংবান অথা কোঙয়াম্বদা কাওজনগে হায়বগী মরান লুহোঙ খোঙদোংনবা থৌরাঙলকঙৈদা কেকে পুবালব্রা (ফুবালা) মশেম তোঙদোইপূঙদগী মৈহুম মোরোক পুদুনা পাম্বা কৈবাউ লাকলে ।। পুরীল্লাই কোলোই ময়াথংগী অদোন নোংয়াই খম্বগা নোংবান অথা কোঙয়াম্বগা অনিমানা লোইবী হেম্বা মরমখৈ খৌবুরোক্কী লোকমাঙ কেকে হাওমুবা মশাইকোন্দা পাম্বা কৈজনলে, নোংবান অথা কোঙয়াম্বদি পাম্বা চীনগোয় চননা নোংমনলে নোংয়াই অদোন খম্বনা পাম্বা কৈয়াঙ থেক্লা কৈরেন খাঙলেনখিএ হায়দবরা নোংবান অথা কোঙয়াম্বগা পাম্বা কৈরেল অথৌবগা অনিমাদি য়াইবী পোনলিংননা পুল্সি খোয়রেল তাকলে হায়বগী লমলেন খোইরেন তাকও তৌনা কৌএ ।। ঙাংঙোই শীংখোঙ য়াইমবানা মশাবী ঈব্রাং পুরীল্লাই চীঙখূ তেলহৈবা কোলোয় ময়াথংগী মমোম ঈব্রাংলোন থোইবীবু নোংয়াই অদোন খম্বদা কাওজনরবগী মরান লুহোঙ খোঙদোংখিএ ।।

হে ঈশ্বরাং পুরীরুাইও নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবানা ঙাংঙোই লৈবাক ঙাক্লিগৈঙে অদুদা কোরৌ হননা কাং কুমথী য়াইচেল নীক্লা নোংলেন লাইজ ঈতাদরবগী তোইবী লাইথিং চনু মোমনু অকোং চারোনবিগা য়োৎচি লৈকোইবা চনুগা খোইনৌ মতা অনিমক্লা ইনুং কৌবা শোয়রক্লবদা য়াহৌখিএ, কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই চীঙখৃ তেলহৈবাও তুমফে কৈথেন চাইবা অকা খুনগঙ মঙা নেৎপা অকুম খুনগঙ নিপান চাইবা অমে থাঙশাববু কায়না হুনবা খোমলেন করিগী তুমখুন হুনবনো ইনুং কৌবা শোয়রকলে য়াহৌরো ।। নদাইরেম লৌব্রায় লৌতাউথোং মোইরাং তাউথোং লৌরেনবা লৈরাং চহুই পোক কাকলেন নোংদম লৌদা মোম্লু তরা চা-তানবী লোইম্নোম নাউয়োকলোয়শিংনা কোরৌ হননা কাং নোংশা তরঙ হৌরবগীবু কুমশি লোইদাম ইঙা কুমদম্বদি খোইয়ম কনানা কুম-পিবনো থাঙয়ি মপান ফাদরে লোইমোম লৌচোংদরে হায়না ব্রাওইরে ।। লমলেন মদাইমা তরা চাঙানবি ব্রাংলৈ য়ুরুম্বী ব্রাংথা লম্লুংশিও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, লূব্রাং লোয়নাই য়াওশৃ তানবনা লাবা খূমন পুনা য়াংদৌ শারম লীরকপদা তরা মচাক খাকপু চকপা হাওরা ঙানথোংকোক্তা ঙান্না চারমএ, তরা চাঙানবিও তৌনা কৌএ, ব্রাংলৈ য়ুনীং খাকপু চাইরেন হাওতা মোনতরিদা খাম্বী মৈরোয়ননা লুমলমএ হায়বগী ব্রাংলৈ য়ুরুম্বীও তৌনা কৌএ ।। ব্রাংথ লমনুংশিদা খানলৈ লৌতাবী লোয়শিংনা মোম্লু চূপলৌ তাইগা মেন ব্রাইরী শনলম ফুনদা চেঙবুম মানলৌ খন্দরে হায়না কোরৌ থোইনা য়েং ব্রাঙবন পাংনা য়েংনা নোংথোইরে ।। নদাইরেম কেকে লৌব্রায়চাউ মোইরাং পুবাল ব্রাদা তরা চাতানবা রোয়শিংনা কোরৌ থোইনা য়েং ব্রাঙবন পাংনা য়েংনা নোংথোইরে, কেকে লাইখৃ-ঈ, মোইরাং লাইহন-ঈ, মানবা শনথেন-ঈ, কোরেক কোকশোক ঈবু লাইজ ময়েংতা ইমু থমব্রান্নরবগী লৈকু মকোই ফোং হিদেন খোংব্রাই কংনা শোয়খোঙ পারৈ উরে, নদাইরেম ময়ূম কেকে নমবুজম নিংঙোনবি হাওখা লারাইমাতোম্বীনা চাকমোম মৈবুন য়াদা চীক লোক্তাক ফিয়িন খান্না চাদনা

তিনজুম হৈ থক্তনা য়ুশৌ কানা তৌমু কুমশাদ্দ করাং কুমখাইদনা নোংলেনলে ।। কেকে ইনিংথৌ ভাংভোই লৈমাবা-ও নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ সনা মখোঙ খাদ্দা কৌবা লাকথোং কা চীঙঙু থোঙবান ব্বায় খোইয়ম খরায় পুংশিন লৈনা হাংনা চীঙঙু থোঙবান ব্বায়ন্না থাংজীঙ ঈবু ঈনিশে থংজীঙ চীঙজাও-ঈ চীঙয়াই কোয়রেল-ঈ লাংপুম চীঙজাও-ঈ চীঙঙু লৈতম ঈবু লাইজ ঈ-নিশে ।। মরোং খোংজি নোং খোংজি নাথেৎ নোং ভানবা নোংচাই নোং অরোন নূঙয়াই নোংবু লাইজ ঈনিরো, কৌবা কৌনু নোং ইরেম ইখাম নোং কোইরেং খুৎঙম নোং মান্তরীক ফানা নোংবু লাইজ ঈনিরো হায়না মদাইরেম তোইবী লাইথিং চনু মোম্নু অকোং চারোনবিগা য়োংচি লৈকোইবা চনুগনা য়াহৌখোনগী নয়ু লৈমাবা পুরীল্লাই চীঙখু তেলহৈবনা খোইয়ম কৌবা লাকথোং কা চীঙঙু থোঙবান ব্বায়রবগা কেকে লৈমাবনা ব্বাহোমলকলে ।। কেকে ইমাইবা হয়ু পনমানাউ নঙদি ইয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ শেনলোয় চীঙমাবা লংমাই নামুংবা সনা মখোঙ খাদা লাইজ ঈনিরুও হায়না থৌশীনখোনগী কেকে মমাইবা হয়ু পনমা নাউনা, নোংপোক মালং হুম্মোইবা সনা মখোঙ খাবু ইন্দানলকপদা মেনাংতনবা শানামুং মানবি তুরেংকাই অঙৌববু কোরৌ মখৈ ফংদনা খোইয়ম লাইনা য়াজদরগনে হায়বগী মেনাং তনবা তুরেংকাইবু লাইজ ঈদা চামলমএ অদু নোংগীবু লংমাই চীঙখোঙ শা-চাম পাংও তৌনা কৌএ ।। কেকে মমাইবা হয়ু পনমানাউনা লংমাই চীঙখোঙ শা-চাম পাংপু থোইনা হুনকংখিএ শেনলোয় সনা খুৎলাম খাম চাখা নোংশিংবদি নোংশিংলোক খারোয় ইথেম্বদি ইথেমব্রাই লংমাই খম্বা অয়েংবা লীচিংলোক খোইনৌ লংমাই চোইকেন চীঙ কোঙকম চনু ফানাম্বী সনা খোমহানলম অঙৌবা পুলৈরোম্বনা য়িমনীং কারেল থংনা ব্রাতেম্বা চীঙ লুব্রাং লংমাইবনা য়িমমাঙ কারেল থংনা ব্রাহোমবা চীঙ চীঙঙু লংবা অপানবা নিংথৌ সনা তরেংবনা য়িমলেন কারেল য়াঈদা শমু খূৎতা থূমনা মদোম থৌথাবা চীঙ লংমাইতিংকা ঈশোক থেনবু থোইনা হুনকংখিএ ।। শেনলোয়

লৌফু চীন ফুজিল অচনবা নোংখন চীঙমাতোন চীঙঙু লাইকোলনুংদা হয়ু পনমানাউনা মুকমু লৈতোন কোন মানবি খুৎতপ্পা মেনাং তনবা শানামুং কোরৌ নোংফান শানা ব্রাঙবল পাউফারা কোরৌ লনশারবদা খোইয়ম লাইনিংথৌ শেনলোয় চীঙমাবা নোংপোক মালং হুম্মোইবনা লাইজ ঈ-থাবিরকলে ।। কোরৌ খোংদুম খোং ব্রাঙবল লাউদুম লাউনা কেকে মোইরাং পাংবারমদা নোংলেন মরাঙ হৌনা লাইজ ঈ-থাবিরক্লবগী কেকে চাউবা পূঙবু লৈরক শিনশূ মরীল থন খানলৈ লৌপাক মনম শীনা ব্রাহী মুনু ককচেং খোইয়া খাকতনা তাউথোকলে, অদু নোংগীবু কেকে লৌব্রায় লৌতাউথোং মোইরাং তাউথোং লৌরেনবাও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। কেকে মপূঙ য়াইশূ থাঙয়ি মপাল ফা লোইমোম নাউচোং ফনা চাহে মরোং চুমএ উরিৎ শোই পোন লিৎতা থৈথেং থৈ ঙাননা পানলবগী কৈরেল হাপচাকোৎ পাইয়োন কোৎথন লেম তরা চাগা হোঙ লৈবাক মনিল নাই নুংঙাই মরাং কায়না পানলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ চীঙখু তেলহৈবা নোংপোক মদাইমা চকপা তুমফে মপূঙ য়াইদা হুএল লানতান থৌবা হৈরাং নানৌববু শীংজঙ হাইবি মরায় লোং পামেল উরাই হক হৈরাঙ চানদা তাউজিং হেক্রদনা ব্রাইরং লমচনবা পুরীক্লাই চীঙখু তেলহৈবা কেকে ফম্বাল্লাংদা চহী ৫৫ পানঙম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই লাইজীঙ পুন্সিবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা হৈরেম লাইফা চনু মপাম হৈরেম তাউশূমাং খূনজান মুংবি তুংবু অশৈনবা চনু পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ পুন্সিবা-ও তৌনা কৌএ ।। ঈব্রাং পুরীক্লাই পুন্সিবদি হাওরে খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে, মহৌ ফাইবোক চীঙ নোইবি নোইদম চীঙ, পুইন্তিংঙা তংকাল চনু শালওন চীঙ কোনতে খুচুম মাইবা তুবি লাইকন চীঙ য়োংমু শারম চীঙ লোইবী মহৌ মপূঙ য়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুম্নমক্কা চূঙলেন থাকুপ হৌ খংনঙ লৈতঙ ফেননা পনথেংলবদি লোইবী মপূঙ তাকলে হেমবা খাংজেন থূমলে পুরীক্লাই মথি-নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারে হুএল লালনিগীদি লোইবী আরেংপু লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলে, মহৌ লাইহুই চীঙগী থিংলৌ নীংনা তেনা কেকে মপূঙ য়াইদা ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।। ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই লাইজীঙ পুন্সিবদি নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেল-লাই চীঙঙু কোলোই মপাউতোয়গী খোইয়ম কৌবা লকথোং-কা, চীঙঙু থোঙবান ব্রায়না লেমলৈ ঙাশীং চাম্মা য়ারৌ শাশীং চাম্মা শূনা ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌবু য়ারৌ শাহোঙগে লেমলৈ ঙাহোঙগে হায়বগী, মদাইরেম য়ারৌ পনজনবা কদেং শারুংহনবনা কেকে তোর্বুঙ মোইরাং তোঁফাইদা, খাম্বী মৈচেন্নমা য়ারৌ শাফাঙৈদা, মশানৌ পায়মা নুংওনবী নোংবানলোন চনু, তোনু লাইজীঙলেম্বীদি নিংথৌ লাইবক য়ুমদিন্নরবগী কোলোয় মিংলেনবু লৈমা লাইরোংলেম্বী মিংথোংনরে, কেকে লৈমাবীবু ওইনা ঙাংঙোই ফম্বালদা ফমঙল্লবগী, নূরা তোনু লাইজীঙলেম্বী পাউজেল-শা খোয়খা মিহুল তম্বা তাউজীঙ মহে য়ানলবী য়ারৌ শঙাই য়াম্বীচাদি কদেং মেলোং মখুদোলবু কেকে মোইরাং লৈমদা কৎচখিএ হায়দ-রা ।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই পুন্সিবানা কেকে লৈবাক ঙাক্লিঙৈ অদুদা, কেকে কাইমু য়ূমগা পাম্ববু শেনবি তমদা তা, কবো তমদা কুমনা শেনবি উদোই

মপৃঙ য়াইদা, মপল লাংগোই লৈরাম্বীচা পোইরে খুনেন শা লুৱাংববু লাংগোই শাতীক্লুও হায়না থৌশীখোনগী, কেকে কাইমু য়ূমগা পান্বনা শেনবি তমদা তানা উদোই মপৃঙ য়াইদা মপল লাংগোই লৈরাম্বীচাবু লাংগোই শাতীক্লুরে হায়দবরা ।। কাইমু য়ূমগা পান্বসু শেনবি মপৃঙয়াইগী মরান ওস্তেরক্লবদা, মরোয় ঙানবা থাঙলৌ কোয় মোইরাং উরা হামজাউশৃবু কেকে য়ূমলক চঙ মোইরাং পনদোন লোম্লববু চরৈ ফিচেনলুও হায়না থৌশীরকপবু কাইমু য়ূমগা পান্বগী মোমনু তালোয় মরুম্বী ৱাংনু অকোং চনুগা খুয়োল শামুনাউ শাথিবা তালোয় মরুম্বী খমকোই খারংবা চনুগনা তরা চাওককে হায়না মরান থৌচংলকপদা, ঙানবা থাঙলৌকোয়বু য়াংলৌ লমখাঙমদা লমওক্লুরে ।। কাইমু য়ূমগাপান্বা মোম্লু তালোয় মরুম্বী ৱাংনু অকোং চনুনা পাউহংলকএ, হে ইদু নিংথৌ ঙানবা থাঙলৌকোয় নঙদি নরান ওস্তেরক্লবরা হায়না পাউহংববু, ঙানবা থাঙলৌ কোয়না পাউখুমজরকএ, হোয়দা ইমোমও নদু নিংথৌ ঐদি কেকে য়ূমলক চঙ মোইরাং পন্দোন লোমনববু চরৈ ফিচেনগে হায়না ইন্দনলকএ, হে ইমোম খমকোই খারংবা চনু নঙদি তরা কৈদৌববু চা-ওকপা লাকপনো, নথংলেন খুয়োন শামুনাউ শাথিবদি কবো নুরাই তাংনা ঙমপলহৌরে, অমন য়াৱা, পুগা ওই অকেম চাকমোম লাংগা ওইনা নোংমনলে হায়না পাউমেনববু, খমকোই খারংবা চনুনা, হে ইদু নিংথৌ ঙানবা থাঙলৌকোয় মোইরাং উরা হামজাউশৃ শাফাবও, ইথং লেনবু কবো নুরাইতাংনা করিগী ঙমপনলুগবনো, নখোয়না লাংগোই শাতীক্লরকপা নরিঙৈনে ।। থংলেনবু শেনবি মপৃঙ য়াইদা ঙাপা-দুগুম্ববু তোরাললনা নোইনুমদুগুম্ববু য়েনপংনরম্লবা নরিঙৈনে, হায়না কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনবদি লেংবানবু নাউ-ও কৌএ, শমু মরেংবানবু পায়না কোননা কনবু নুংবু শংনা মিকপথিএ, অদু নোংগীবু লমলেন নাউরেংপায় লেংপাই লম্মাহন কনসোই লৌতাই চীঙ-ও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। কেকে কাইমু য়ূমগা পান্বদি লাংগোই লুৱাংববু মাঙওইননা মরান ওস্তেরকলে,

য়োইময়াই তাউদনবনা নুমিৎ থোঙলোন খমলবগী লাংগোই লুব্রাংববু লেকলমএ, অদু নোংগী শারেক-ও কৌববু কেকেতা ফাখিবা ঙাংঙোই হৈমন তানবনা শারীক-ও তৌনা কৌএ ।। কেকে কাইমু য়ূমগা পান্ম্বদি মালেম লৈরেম কৌ শাচি তোননা পানবা শায়া তোননা নৌববু লাংগোই মরাং কায়না নয়ু নিংথৌ সনা মাখোঙ খাদা ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনবা লোইবী মহৌ ঙম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কেকে ফম্বালদা চহী ৭২ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই ঊরা খোঙজোম্বা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা নোংবানলোন লৈমা লাইরোংলেম্বী অঙৌবা চনু মপাম হুএল লালনিগীদি তাংখুল খাম্বী মরৈমবি য়ারেল খোংপাংচিবু চীঙনুং নোংথাঙ কৃপকুম্বী মোলমোন কাঙহৈনুবু অহোঙ লানলু তৈনা শূংবা চনু নোংবানলোন লাইরোং লেনবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী পুরীল্লাই ঊরা খোঙজোম্বা ও তৌনা কৌএ, নয়ু নিংথৌ ঊরা খোঙজোম্বদি হাওরে নোংপোক পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু খুনথিরকপদা হৈগোই উনথম চনলবগী লোইবী ময়ুমনাকপু ইন্দানলকপদা চাকমোম খাম্বী মৈবু লিংনা লৈনুং খোমফাং অতোনববু লমওকপিরমএ অদু নোংগীবু খাম্বী মৈরিং চীঙও কৌববু কেকে ফাখিবা ঙাংঙোই হৈমন তানবনা মরিংও তৌনা কৌএ ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোনগী মরল মথুমবু ময়ুম লোইবী মরিংনা খাননা লৌএ অদু নোংগীবু মরিং খানতোময়া চাখা য়াবিরোকও তৌনা কৌএ খামবী মৈরিং চীঙ চাখা খোংজোম্বা মপৃঙ য়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন দাই লোনবা পূমনা হৌনা খংনঙ লৈতঙ লেংনা পনথেংলবদি মরিং য়াগা চায়রে খোংজোম মপৃঙ তাকলে, ঈব্রাং মরাঙ হৌ পুরীল্লাই মৈনা ওংনা

খৌশারবদি মরিং অমে তৌবনবু কায়না হনলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ চাখা মরিং ওম্বা পুরীক্লাই উরা খোংজোম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে চহী ৫৩ পানলে ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই য়োইরেনবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা তমফা ব্রাংঙমলোন লাইরেন মপা মৈদিংঙু নোংচূপ কোঙয়াংঙম্বা হুএল কোঙগোইগী কোঙগোইববু কায়না হনবা, হাওরে লাইনা পাংবালম য়োইক্রমলোন কোরৌ খোংজোমনুবী খোয়নৌ মতা নিপানমনা অব্রাং কোরৌ নোংগারকওঁে, মপাম পোইরে মৈতে লমবু খূবাক লাইখন শা চেংলৌ মিৎপু লুমনা লুমনা লময়েংলমএ অদু নোংগীবু নোংবান লময়েং চীঙও তৌনা কৌববু পোইরৈতা ফাখিবা ব্রাংঙম হৈমন তানবনা খোয়নৌ ইঙেন চীঙও তৌনা কৌএ ।। নোংবান ইঙেন চীঙ ইঙেন চাকুন লোকতা খৌশাবা হুএল লালনিগীদি ময়াং মাইবা শমলোইবা আফেরাচা থাঙয়ানকনবা অরিং অরাং তাউ লাক্কা শুমগা তাউবু কায়না হনবা মমোম ব্রাংঙমলোন ময়াম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী পুরীক্লাই য়োইরেনবাও তৌনা কৌএ ।। ঈব্রাং পুরীক্লাই য়োইরেনবদি হাওরে নোংচূপ লাইনা পাংবা লমদা খৌশাবনে, কুমফি লৈশোক পূঙ খোইরোই মচীঙশাং খোংয়াং লমথোন পালদা কেকে অথৌ লীচা হেৎপা পূম্নমক্না হুএল লান্দাখিএ, খারম মচীঙ কানা পনথেংলবদি খোইরোই য়াগা চায়রে খোংয়াং মপূঙ তাকলে খারম পামদান্নরে, হুএল লালনিগীদি খারম শাইচুমলেং অথৌববু কায়না হনলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ পুরীক্লাই য়োইরেনবদি কেকে লৈমা অঙনবী মোইরাং শনকন অরেম্বী নাইখুকোনবা থম্বাল লৈগুম্বীশিংনা খোইমা মায়ওক্লা য়ামজেং থাফংননা য়োইনৈএ হায়বগীবু কোলোয় মিংথোংফবা পুরীক্লাই য়োইরেনবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে চহী ৪৯ পানলমএ ।।

## ঈশ্বাং পুরীক্লাই পুন্সি খুরেলচনবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা থোংলেন ব্রাংখৈরাকপম চনু মফৌ শায়া চেনবনা য়েনবি, লমলেন মদাইমা ফুনাল তেলহৈবা মচীঙশাং, লমলেন পোইরৈতা উরূপ লম্মাহল, ঙানবা চাজনব্রাই, থাঙঙা য়ৌরুম মেন ব্রাংখৈ লীক খুং পুঙ য়াউরৌ শাকারমবু লমথোনবা, মফৌ শায়া চেনববু ব্রাংখৈ লাইকোক পাম্ব-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, ইনুং শোইয়াইমদা খোইয়ম লাইনা উপল চৈরোঙ ফান থাংয়ি লুমবাল তোংনা লোইমোম ফৌমায়-ফু থাংয়ি পোপতেক য়ৈঙমববু খংনা তানথোকএ অদু নোংগীবু ব্রাংঙম নহা লাইখংবা কৌববু পোইরৈ-তা ফাখিবা ব্রাংঙম হৈমেন তানবনা ব্রাংখৈ লাইকোক পাম্বা-ও তৌনা কৌএ ।। ব্রাংঙম নহা ফৌরায়াঙ ব্রাইরং লমকন থৌবা ব্রাংখৈ লাইকোক পাম্বা চনু মফৌ শায়া চেনবনা য়েনবি, ব্রাংঙমলোন চীঙশোম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী,নয়ু নিংথৌ ঈশ্বাং পুরীক্লাই পুন্সিব-ও তৌনা কৌএ ।। পুরীক্লাই ঙাংঙোই পুন্সিবদি হাওরৈ নোংপোক পাংব লমদা খৌশাবনে, চকপা অঙ্গো-ঈ য়ীংথি ঈয়াচাউবু ফৈনা শম, চকপা অঙ্গো-ঈ য়ীংথি ঈয়াচাউ কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, কবো শামবা লায়রবনা কোরৌ নুমিৎ অমদি পংগা কৈথেল লেনদা কাম্বা চোংদাই য়োলনা নোইনুম মচেৎমাগী লোইবী চীঙকাকলেন মীঙম্ববু লৈরকএ ।। কোরৌ নুমিৎ অমদি শেকমু কৈথেল লেনগী কাম্বা চোংদাই য়োলনা নোইনুম মচেৎমাগী মপল নোংবান য়ৌয়েংবিচা চীঙয়াই খুয়োং-নাউবু তীক্লকএ, কোরৌ নুমিৎ অমদি শনলম কৈথেল লেনগী কাম্বা চোংদাই য়োলনা নোইনুম মচেৎমাগী, খোংবাল য়াংশানম পাৎয়াই লূকাইবা খোংবাল ঙারোকপবু খানলকএ ।। কবো শাম্বা লায়রবা মদাইরেম মপল নোংবান য়ৌয়েংবিচা চীঙয়াই খুয়োংনাউ লোক্লুং উরাউবনা হৈরাঙ অশং য়েং, তাউজিং অমুন খন্না কবো শাম্বা লায়রবদা ব্রাইথুংলরে, মদাইরেম লোইবী চীঙ-কাকলেন কোরৌ নোংশা ব্রায়না থুমনাউ চঙনা ব্রায় য়েন্নাউ পূম্না চেলনা ব্রাইথুংলৈএ, খোংবাল য়াংশানম শানম

ঙাহৈবা খোংবাল ঙারোকপনা লেমলৈ ঙাতেক লাংনা ৱাইথুংলরবগী কবো শান্বা লায়রববু কোরৌ নোংদামদা থবি নোংলেপ্তনা নাউয়োকখিএ ।। চীঙয়াই খুয়োংনাউ লোইবী চীঙ কাকলেন, খোংবাল য়াংশা নমগা মদাইরেম অহুম্মানা ৱাতানখিএ, ইবুংঙো কবো শান্বা লায়রবা অসিগীদমকপু তালোয় তূথিবিশে হায়না পাউমেলনরবগী কবো পাংগা মনিংথৌনা তোংজেং খরবান থক্তা মোনলাং সনা মঙৈখাঙ, য়ীং-য়াইওইবাবু তাঙজ লুখাঙ থোংনা মালং নোংশা য়াইবদা লোইবী চীঙকাকলেননা মোনলাং থাদা পম্লা ৱায়খৎখিরে পামেন উনাম-তাম, কোরৌ ঙমথং-উ, ৱাংবল ঙমলোন্নবা পামেল উতোন অৱাংবদা থল্লমলুরে ।। কবো পাংগা মনিংথৌনা মোনলাং মঙৈ-খাঙ য়াইওইববু পাম্মুরবগী, শেনবি ঈপাচা কবো ইয়েনলূশিং-ও তনলা অঙনবা পামেল অরেম্বা অসিবু তনলা খাংৱাই কানা পামেল কনানা পমশিৎপিশিবনো হায়না পাউহংববু, কোরৌ ঙমথংনা ৱাংবল ঙমলোন্নবনিগিনা পামেল খাংৱাই কাঙমদরবগী, কবো শান্বা লায়রবনা, শেনবি লৈমাবা পাংগা নিংথৌ-ও, নদাইরেম ঐগী চীঙয়াই খুয়োংনাউ, মপল নোংবান য়ৌয়েংবিচাবু লৈএ হায়না পাউতাক্লবদা চীঙয়াই খুয়োং নাউনা তনলা চেনগানখিরে ।। পামেল উতোন থক্তি মোনলাং থাদা পম্লা পামেল চেনগুল্লকপদা, তনলা খাঙতপমাগী মোনলাং খুয়োন থানা, চকপা অঙ্গো-ঈ লাইজ ঈরেল পুঙদা লূপখরে, পাংগা মনিংথৌনা মোনলাং য়াইওইবা অসিবু লাইজ ঈরোলনুংগী কনানা থিখঙলুগবনো হায়না পাউহংববু, কবো শান্বা লায়রবনা পাউখুল্লকএ, নদাইরেম ঐগী খোংবাল য়াংশানম, শানম ঙাহৈববু লৈএ, হায়না পাউখুল্লবগী, মদাইরেম খোংবাল য়াংশানম পাৎয়াই লূকাইবা খোংবাল ঙারোকপনা লাইজ ঈরোলনুংগী মোনলাং সনা য়াইওইবা য়ীং মঙৈখাঙবু মোনলাং থাদা পম্লা থিখঙলক্লে, অদু নোংগীবু য়ীংথিও তৌনা কৌএ ।। কবো পাংগা মনিংথৌনা তয়ম শান্বা লায়রবও মোনলাং ইঙৈখাঙ য়াইওইবা অসিবু তয়ম নঙনা করম থিখঙহনবনো হায়না মমোম লাংখম্লু অহনবীবু মরান লোনয়ুম ঙাকমিন্নরো

হায়না লনকুবিখিএ, কবো শাম্বা লায়রবগীদমকপু মপল নোংবাল য়ৌয়েংবিচা চীঙয়াই খুয়োং নাউনা মনচংলে, লোইবী চীঙকাকলেন্না মনহোল্লে, খোংবাল য়াংশা নমনা কাও কৌএ, কবো শাম্বা লায়রবদি মরাক লাকনিয়ু মথোং থোংনি তন্না কাম্বা চোংদাই য়োন নোইনুম মচেৎ খাননা খুৎখিনরাই য়ীংথি ঈয়াচাউবু কাননা চোং শেনবি নাইতো লমশাং ইলনা হুএল লান্দাখিএ, চকপা মেনখোম মপুঙ য়াইদা কেকে অথৌ লীচা হেপ্লো ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুন্নমানা চুঙলেন থাকুপ হৌ খংনঙ লৈতঙ লেং শেনবি কাংজম থোঙজাও হাংনা পনথেংলবদি মেনখোম মপুঙ তাকলে শরীক লাইখন থুম চকপা খরা খেনজং কিছুরে, মৈবী তাঙ্গোয় পাইনা পনথেংলে ।। পুরীল্লাই মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারে, হুএল লালনিগীদি চকপা মেনখোম মেন্নাংবা থামুং মিংনাইববু কায়না হুনলকএ, তিমেন তাজেন খাক মেনখোম পুন্নমাবু নহা নুপী হনু-হনবা খাক্তনা কাওরেল শনগু হোইবগুম খোমলকলে, মেনখোম চনুরা চেংলৌ শক্র হেনবী শল্লাং পোপতেক লৈবী, লূপা খাগোই চেৎনা হেনমোইবীবু কেকে লৈমা অঙনবী মোইরাং শনগল অরেমবী য়োইহে লুল্লাং অপানবিলক্তা য়াংগোইহনলে, চকপা মেনখোম পুন্নমাদি কেকে লমলেন মদাইমা শীংজা কাক্তা মোইরাং লৈথা চারে লৌদা পারিং লাংশং হুক লৌরু মখন তৈনা খুনলিংহনলে হায়দবরা ।। কেকে লমলেন মদাইমা শীংজা কাক্তা কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, হাওনু কোনতে লৌঙাকপী তাইকোন লৌশঙবীনা থাঙয়ি লীহে ঙাক লোইমোম লীহৈ শঙবদা পাম্বা থাকুপনা কৈরেল নুংনাইবনা লৌশঙ শগাই খাদা চাকমোম মৈনিল তাবগী পাম্বা ময়া কানা কৈরেল উইরুম চঙলিঙৈ হাওনু কোনতে লৌঙাকপীনা নুরা কোনলোই মখুদোপপু চাকমোম খাম্বী মৈদা ঈকনা পাম্বা ময়া তম্না হুনজিনখিববু পাম্বা অথৌবদি কৈরেল মরৈ পোক্লা পাম্বা মরৈ থারে শারেল খোংদুম খোং পাম্বা লাউদুম লাউনা চেনখিএ অদু নোংগীবু হাওনু কোনতে লৌঙাকপী তাইকোন লৌশঙবী কোনলোই মখুদোপ্লা

তেলহে-লৌ, পাম্বা লৈথা চারে লৌও তৌনা কৌএ ।। কোরৌ নুংহি মঙানি শুরবদা পাম্বা লুতুরে কৈরেল খাঙলেনলবগী কেকেনা তেংথানা ভাংডোইনা মিকৌনবদি ক্লাকপু শীংজাও কৌএ পোম্বী য়োমদম পাইনরবগী শীংজা অমুবা অসিদি করম য়াম্না তাবনো হায়নখিএ, অদু নোংগীবু কেকে শীংজা ক্লাক্তা-ও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।।

হে ঈব্বাং পুরীক্লাই-ও নয়ু নিংথৌ পুন্সিবা খুরেল চনবা ঈব্বাং থয়াঙ মথৌমল পুরীক্লাই চুঙশেল মরাল ওন্দি অদুনসু মদোমদে হাওরে নোংচুপ পাংবা লমদা খৌশাবনে, থাঙসা মনিল নাই ভাইখোং তানদবা কুরেক চৈনি লোঙবা খোমলাং পিশিন তোম্বা য়াইখোম মরুম পালগী চীঙশাং নাকপক থলনা বায়থৌ থমচেং পানগুম্বা পুঙদা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা ভাংভোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুম্নমকপু ভাইরোয়ননা হুএল লান্দাখিএ ।। লোইবী মচীঙ-কা হেম্বা পনথোঙ-হাং শৌবোন মাঙওই থিন চুঙলেল থাকুপ হৌ থাঙলেন খেরাং থাং তিমেন হুংশোল লৈনা পনথেংলবদি ভাইখোং থুম্নি মৈমাঙ চল হুএল য়াইশীং মুংনা থাঙসা মপৃঙ তাক্লে, পুরীক্লাই মথিনাই ঈব্বাং মরাঙ হৌনা খৌশারে, ভাইখোং হাওপাখং লোকশাং লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলে লোইবী মশাইগোন থাঙসা মপৃঙ য়াইগী কেকে মচীহেন ঈব্বাং মরায় লাংনা ভাংডোই মপৃঙ য়াইদা ওন্তেরক্লে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ চকপা মেনখোম ভুম্বা থয়াঙ মথৌমল চুঙশেন মরালওন হুএল মরাল হৌদি অদুসু মদোমদে, হাওরে নোংচুপ লাইনা পাংবা লমদা খৌশাবনে, লমলেন লোনলোই লৈমতাক্তা হোইদোম চনু লাংহে থোইবী অশেম থোইনা নাকোই কাঙবী অশা থোইনা চেংলৌ মিংথোঙ লোনবীবু খোইরী থোমবা নিংভোল শুজা লমবু অমনবা চৈশু থারবনা শমু খুৎপু থিল চীঙলেন মতম য়েংনা পাউতাকল্লায় লোনলোই লৈমতাকপু নাতৈননা লোইবী খৌবুম মনিল নাইবা শোংবু তানদবা চীঙলেন নাগোম থলনা পানবা পৃঙদা কেকে অথৌ লীচা হেপপা ভাংডোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুম্নমক্কা খুবাক তিনলাই মেন

তিমেন হুংশোন লৈ, খংনঙ লৈতঙ ফেল কুরাও পন্দাই শৎ হেম্বা পনথোঙ হাংনা পনথেংলবদি খৌবুম য়াগা চাইরে লোইবী মপুঙ তাকলে শোংবু পামদান্নরে হেম্বা খুনয়াই চঙনা লোইবী থেনবুঙথক্তা পুরীক্লাই থিংগু মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারে হুএল লালনিগীদি লোইবী হাও-পাখং খৌবুম খম্বা লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলে খৌবুম মপুঙ য়াইগী থিংলৌ নীংনা তেনা হলব্রাইরক্লবগা কেকে মরৈবাক্তা নুংঙাই মরাং কায়না ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও নয়ু নিংথৌ লোইবী খৌবুম লানথবা চূঙলেন মরাল ওন্দি অদুসু মদোমদে হাওরৈ নোংচুপ লাইনা পাংব লমদা খৌশাবনে, কবুই নিংথি শারেং চীঙদা কেকে অথৌ লীচা হেপপাশিংগা লোইবী মচীঙ-কা চুঙলেপ হুমফু চোং কাওরেল শনখা তরা লান খংনঙ লৈচুম ফেননা পনথেংলবদি লোইবী মপূঙ তাকলে নিংথি য়াগা চাইরে কবুই পামদান্নরে ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারবদি নিংথি খম্বা লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলে, নিংথি শারেং চীঙগী থিংলৌ নীংনা তেনা হলব্রাইরক্লবগা কেকে মপূঙয়াইদা ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ কবুই নিংথি ঙম্বা পুরীক্লাই থয়াঙ মথৌ মল চুঙশেল মরাল ওন কোমবি মচিন লম শাবন লৈরি মহেকেলমগী ব্রায়র শামিং য়াম হুএল লানশীং হকপা পূম্নমাবু ব্রায়র শাশীং থি হুএল লানবুম পানা পুরীক্লাই খোক্লাং মখুৎশূদা মেনখু মশীং শূ য়াইখু মফম ফা খুরেল য়াইখু মফম তাউ য়াংনম শিংমিৎ লোননা খোঙলাং য়াইখূবা পুন্সিবা খুরেল চনবা-ও কৌএ ।। কেকে মপূঙ য়াইদা হরাও মথোই থোং নুংঙাই মরাং কায়না পানলবদা নয়ু নিংথৌ পুন্সিবা খুরেল চনবনা মকুম কুমকাউদা মথা য়াউব্রা থানিনফদবা ব্রাগী পোইরৈ মনুং ওইনা লাংহে কুমশীং ওনলক্লবগী চীঙঙু নোংনিংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখং য়োঈরেনবনা ঈমু খলওনতোক ঈঙৌ চাংজিং খমগে হায়রক্লবগী য়াউরৌ লাংবন-কা খাচারোল লৈতোক্লা লাংবন চীংজিন লৌতা লোমখিরবগী ঈমু ঈঙৌ পাল থমলা লাইরা পালগী কেকে মোইরাং নমবুমজম নিংঙোনবী হাওখুরা লাইমা তোম্বীনা চাকমোম

মৈবুল য়াদা চীক লোকতাক ফিইল খালনা চাদনা তিনজুম হৌ থক্তনা য়ুশৌকা তৌমু কুমশাবা করাং কুমখাইববু ঈতঅ কুম্মৈ হৌবী মকুমশাবু লোইদাম কুমশাখিরবদা, কেকে পূম্না হৌ ঙাংঙোই পাক্লা তাইনা কেকে থেনকাগে মোইরাং থেনতমগে হায়বগী নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবা পুন্সিবা খুরেলচনবগা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ অখম মীপোকপা অথৌ লাংগোনবা খুবোম য়াইশি লোনবা খুদাং য়াইচাউ খুবা পাজেঙ থোমমাথোই ফিরাল নামমা হেনবা উরা পামদু চিনবা পূম্নমক্কা, ব্রাকয়ে খোঙওইনা খুমু পানলোইননা থাঙ্গ থেনকাবা করাং থেনদমলুবদা, নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেল লাই মোইরাং কশারেল নামুংবনা কেকে চাউবা পূঙবু অফ লেংওন্না ফংত লেংশিন্নববু চীঙঙু নোংদম শীংশূরক্লবগী, খোইয়ম মশলওন অরোৎপনা নয়ু কেকে লৈমাবা পুন্সি খুরেল চনবগী চেংলৌ শকপানথোং পুনুং লেপপান থোংবু ওইনা শালওনলক্লবগী কোরৌ নোংথিল পোবোপপবু য়োইহে হৈরোই নাই লুমলাং অপানবি মেনখোম্নু শাফবিদা লৈরাং হেকমায় কানা পাউদোইনরম্লবগী চীঙঙু লাইজা মহী হুল লাংবন লীক্লা পিশিলতোনবু ঈহুনলমলে হায়দবরা ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ পুন্সিবা খুরেল চনবগা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পূম্নমক্কা লোক্তাক লাইজ ঈরাই ঙালনা করাং ঈব্রোন তৈনা মরান ওন্তেরক্লে হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবনা হৌরেল অঙানবনা থোঙলেন খমখিরবদা কোরৌ নুমিদাংদা য়োইহৈ লুমলাং অপানবী মেনখোমনু শাফবীদা শীংলেন শেৎথ নোং লৈরাং খাইথনোংদা, য়োইহৈ লুমলাং অপানবীনা ব্রাকৎঙমএ, কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ইবুংঙো তাবিও, অসাই নঙনা থাঙ্গ থেনকাবা করাং থেন্দমলুঙেদা কেকে ফমদৌ নঙাইরোয় ঙাংঙোই নিংথৌ নহিশাং পুম্নমকপু নমদা হুন, লোইদাম কুমলোমদ্রিঙে কুম্মৈ চৈরক খায়না নদাইরেম ঐঙোন্দা শীংলেন হেকমায় কানা কৈদৌবা পাউদোইনরবনো, কেকে নরৈবাক ঙাংঙোই মনিল নাইবনা কেকে ইনিংথৌ

ঙাংঙোই লৈমাবদি উনবী পুক্লিং য়াংএ কুম্মৈ নমদা হুলনা লৈরাং হেকমায় কানা পাউদোইনরুইএ হায়না পাউনোক্লঙেনে, নশানৌ কেকে লৈমাবী নোংবানলোন মানলং অহোঙবা চনুনসু ব্রাতা থীঙেনে হায়না ব্রাকৎখিএ ।। নয়ু কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই মপু নিংথৌদি লাইজ ইরৈ চনগুম পূক্লিং অব্রা চঙনা নীংখনখিএ, কেকে ঐগী ইকাইফম ঙাংঙোই সনা য়োইকোননুং অসিদদি মীরায়মনা চঙফদে পোংলাই মনাসু পঙনা য়ৌফদবা লমনে থাঙলেন য়াশাবনা ক্ষেনখাইএ লাংগোই হকচাওবনা থোঙ ঙাকএ নমু লিনজেল ফংতবা কনানসু চঙফরোই কজেং নাইফা থাঙনা থোঙথিংএ ।। নমু কনাগুম্বনা নিংথৌ ঐগী চেংলৌ শকপানথোং পুনুং লেপপানথোংবু শালওন ঙমলোইএ তৌইগুম, ঈয়ু থংজীঙ লাই মরু মোইরাং কসারেল নামুংবনা ঙাংঙোই ইরৈবাক নুংঙাইবা অসিবু কেকে খাইচেল নাই মোইরাং পাংশোই নীকহনগে হায়বগীবু তৌরকপা নরিঙেনে হায়না নীংখনলবগী মশানৌ য়োইহে লুমলাং অপানবীদা ব্রাহোমখিএ, ইশানৌ মেনখোমনু শাফবীও করি ব্রানো নশাবী ঐদি ইকুম কুমকাউদা ইথা য়াউব্রা থানিল ফদবগী লোইদাম কুমশারিঙেবু থিংলৌ নীংনা তেনা শীংলেন কৈদৌববু শেৎথরা লৈরাং করিগীবু খাইথগবনো, ঈয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ কেকে শাৎমাবা খুয়োল য়াংলৌ লৈবাক মাবনা খোইয়ম থাব্রা মমায়লৈ, চীঙঙু চেংঙা মনম মূকনা কেকে ইরৈবাক অসিবু ঙাংঙোই অফ-লেংওননা মোইরাং ফংতা লেংশিলনহনগে হায়বগী তৌরকপা নরিঙেনে হায়না পাউমেনখিএ হায়দবরা ।। য়োইহে লুমলাং অপানবী মেনখোমনু শাফবীসু হৈরাঙ মচা য়াল তাউজিঙ মরু পানলববু লোইদাম য়াউব্রা থাশূরা কোরৌ নুমিৎ মশীং শূরবগী মপারী সনা নূঙনাংতোন অতোনবা খোইয়ম লাইগী মশাল-ওন ঙাংঙোই য়াওশূরাকপবু নাউনৌরে হায়দবরা ।।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও কেকে নরৈবাক ঙাংঙোই চাউবা পূঙ অদুবু কেকে পারোঙ থোক মোইরাং পারাউ চঙহনগে হায়বগী চীঙঙু নোংদমখোনবু ইয়োং লাইজি থোংগুমলক্লবনে ।।

নয়ু কেকে লৈমাবা পুন্সিবা খুরেল চনবনা ঙাংঙোই মপৃঙ য়াইদা খমলাং পারেপ–ফা ইরেং পুরেপ–ফা পুন্সি হাইহে শক্লা পানলবদা থোংনাং মনিল নাইবা ময়াং তানদবনা কেকে তমদতা ঙাংঙোই লৈদা কুম্না পনথেংলবগী থোংনাং শোক্লা ব্রা, ময়াং হানা ব্রাবু খিজিকতা তেংথাজরক্কে ।। ময়ুম থোংনাং মনিল নাইবা হীরম্বা তানদবা ময়াং লাংগোই পৃঙবুরেম্বগী থোংনাং মনিংথৌ ময়াং লাইজীং ব্রাহনবা মাইবং চীঙগোই ফম্বনা ব্রাহোমখিএ, ইদাইরেম পাফঙথৌ হৈরাঙ ইব্রুশা তাউজীং ইহেকোল থোংনাং অথৌ লীচা হেপপা ময়াং থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিং–ও ময়ূম কেকে চাউবা পৃঙ মোইরাং শাংব–য়াই অদুবু লাইজ ঈনা ঙম মালেম লৈনা ব্রাং নমু পোংনা থোইবগী লোক্তাক খরা শা, য়ুমলেন শাইগঙ নমঙাননা খরা খেনজং লোনশিননা তোংজেং খরবান থক্তা চাকমোম খাম্বী মৈরালননা পানবা পৃঙনিগীনা কেকে থেংঙমদে মোইরাং কনানা ঙাঙমদে হায়না নাতাইএ, ইয়ুম থোংনাং মনিল নাইবগা ময়ুম কেকে চাউবা পৃঙগা শায়েঙ থৈনশে পাম্বোম ঙানাশে হায়না ব্রাথোমখিএ ।। ময়াং লাইজিং ব্রাহনবগী মপারী অহনবনা হুএল লানগা চিংনা ময়াং তম্বা মীখনখায় কোম্বীরাজা অথৌবগা থোংনাং অনুব্রাতাউ শায়েঙ পাননা কনবগা ঙাইরোইননা, ময়াং লানমী থীঙমদা লাংগোই পৃঙবুরেম কামল মায়ফংশা পেরে শিনাই খোং শিংগা খোঞ্জেল চাউ তরেং মনিল নাই, ব্রাংলেন মরাঙ হৌনা হুএল লালহৌরক্লে ।। থোংনাং থ্বাই ফানচাম–ঈ ময়াং ধোবা ফিশৃবা উতি খমকোই ঈবু কোঙয়াং তুপ্লা পৈ, লাংলেন মাউবি উঙাম শেম্না লাইজ ঈরানলক্লবগা, মকু চীঙজাও শম লোনলোই লৈমতাকপু লাইজ ঈরম ইলনা, শাইবা উরেল য়ান লিরেল খোইফু মহুম চাই য়াংলৌ লমগা ফাংনা মেনতে লিশিংখা মেনদোং নৃঙ্গায় চীঙবু ফৈনা শমনা কেকে তমদা তারক্লে ।। নয়ু কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা কেকে মকংলা ঙাংঙোই কংলা তোংনা য়াঙদা ফমফম্লবগা পুঙলেন মরাঙ হৌ য়াইবুঙ মনিল নাইরবগী মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ

মোইরাং নাইফমথৌ ফমদৌ মঙাইরোয় নিংথৌ মহিশাং ঙাংঙোই অথৌ লীচা হেপপা তম্বা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্নমকসু পুনুং লানপোৎ লৈনা শেৎ, মরোং চেলব্রাইনা তিমেন চেন্দান্ননা কংলা থৌকারক্লবদা কেকে মোইরাং নিংথৌ পুন্সিবা খুরেল চনবনা ব্রাহোমলকলে ।। তয়ম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌশিংও, ময়ুম থোংনাং মনিল নাইবনা কেকে ইপুঙয়াইদা হুএল লান্দারকপা অসিবু খোইমা নখোয়না নমায় লৈ য়ামচেৎ ননম মুকপিগনুও, তম্বা শমু হকথেং ফং থাংলেন খুৎনা ফংনা য়ান্নশে, হায়না মোইরাং থোইয়া নামোইশন খাগরা ব্রাইচাবা তেকপী শূমলেন পনখাগীবু শারোঙ মিতম য়াৎনা থোংনাং মায়ওক য়ানা খোইমা নখোয়বু নমায় লৈরোই য়ামচেং ননম মূকলোইদববু কনা লৈবনো কংলা ব্রাশক্লশে হায়না পাউহংলকলে ।। মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা কাওবি শনশকপা কৈরেল তেংথাবা শজিক লানোংতম্বু তময়োন্দবা থবা লানোংখাইবু খাইয়োন্দবা, লংমাই ফুরোইনু থাঙঙা কমবোং ওংবী মনাশৌ, কোঙয়াং ব্রাশা শৌ লোক্লৌ শৌরাই তাংনা খুয়া য়ৌরুম মেন ঈমু ফিরাক শাববু শোংকিদবা, শায়বা পনয়া থা, লাংখোং ঈদা শি, পানম খোময়েখায় লানলু চোম্মায় ফোয় তাউজীং হৈঙাং তৈ, ব্রাবা মরৈ থৎমাঙনা খুনু ঙকশা হংখৎতা লেমচেং মৈরা মুৎলববু শোংকিদবাশিংনা, মানবি খুৎতপ্পা মৃকমু লৈতোল কোন্না ব্রাকৎচরকএ ।। কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই ইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিয়ো কেকে নরৈবাক মোইরাং চাউবা পূঙ অসিবু মালেম লৈনা ব্রাৎ নমু পোংনা থোই লাইজ ঈনা ব্রাংনা পানবা পুঙনে, নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ কেকে শাৎমাবা থংজীঙ লাইমরুনা লোকলৌ শানা কোলনা নাউয়োকপিবা পুঙনে, থোংনাং মানা মীথাদা, ঙাংঙোই তাংশক্তনা করিগী কেকে তমদা তারকপনো, নদাইরেম ঐখোয়বু খোইমা ইমায়-লৈ, য়ামচেং ইনম মুকলোই তুরেল ব্রায়খূবিচা অদুগুম্ববু নীংনা তেরোইএ হায়না শমু খোঙবু থীন তম্বা য়ারেল খোংখৈ চীক সনা মাকলময়েং হাওমন শিংপাক শায়না কংলা ব্রাশক্লরে হায়দবরা ।।

ময়ুম থোংনাং মনিল নাইবা হীরম্বা তানদবদি লাংগোই মাইফংশা থোংনাং মনোংমৈবু কোরৌ তমনোং খোংবগুম কেকে য়ুমখৈ ফংনা ঙাংঙোই পনয়া পল্লবগী, কেকে মোইরাং নিংথৌ ঈব্রাং পুরীক্লাই পুন্সিবা খুরেল চনবনা ব্রাহোম্লকএ, ইদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংও কেকে ইপুঙ তাক মোইরাং ইরৈবাক কায়বনা হানলগনিএ, থাঙলেন খুৎনা ফংনা শমু হকথেং ফংনা য়ান্নরশে হায়না ব্রাহোম্লবদা কেকে তানদা মোইরাং খঙনদা খুয়োল মনিল নাইবা পুম্নমক্না লানপোৎ শঙদিং লানলৈ থেম পুনুং মঙাল নাই চূঙলোং ঙকতা হুক তিমেন মাঙইন্ননা তেন্দোং নমদা হুন লীরুং খুৎতা শূনা, চীঙশাং খোইরেল পাইবগুম হুএল লালহৌরকলে ।। ময়ুম থোংনাং মনিল নাইবসু ময়াং শঙদিং লানলৈ থেম লাংগোই মাইফং–শা কমরল মখুৎশূবু কোরৌ তমনোং খোংগুম চরৈ ফিরাল নারেঙববু পোম্বী নোংলোন পাইবগুম, তরেৎ মনিল নাই, ব্রাংলেন মরাঙ হৌনা লমলেন মদাইমা কেকে মোইরাং লৈমা তরেৎনা চোয়নৌ সনা শেন তেংকোৎপু লুদা থোংনা মালেম লৈহোন লম লেন্তাক লমথোনব্রাই মোইরাং ঙাংখ লমশেমলমবু য়াংলৌ লমজাও ফুলনা ইনশিনলক্লবগী কেকে মায়ওক্লনা ময়াং থাফংনরে, লাইজ ইহুল কনবা অনিনা ইমু চীনশোক্লবগুম, ওক্লেন লাংশম কাওগা পাম্বা কৈয়েক্লা কিয়াং শাব্রাইথৌগা, ওকলেন য়াথংবি পাম্বা চীনগোই চলনা চীক্লবগুম কেকে চেননদা থোংনাং হলনদনা হুএল লানশোক্লরে হায়দবরা ।। কেকে ব্রায়র মতেনচাবু লাংবল খোইরেল পাইবগুম ব্রায়র নমকাপ্না তিমেল নমহুলননা থাঙশাং লাময়ান্নরে ময়ুম থোংনাং মনিল নাইবদি থিংলৌ য়াইদা হকনা ময়াং লানয়াম তুরে কেকে অমরক মথি নাই ঙাংঙোই মরাঙ হৌনা শমু খোঙবু থীন তম্বা য়ারেল খোংখৈ চীক্লা তিমেন তায়াম হুন ব্রায়র নমকাপ্পনা তকশিনখিরবদা কেকে মায়ওক য়াঙমদরে তুরেল ব্রায়খুবিচা তুগুম্ববু নীংনা তেনা য়ামচেং মনম মুক্লা হুএল লানথোঙ কায়রে, ময়ুম থোংনাং মনিল নাইবদি লেমলৈ অহুকপা ব্রানচেং অহাবা ফাবগুম হুএল

লালয়াম ফারে, মংলক লামনা য়ান য়েন্দেম থরাম শোইবগুম য়ান্নরে, কেকে মোইরাং নিংথৌ পুন্সিবা খুরেল চনবনা ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারবদি থোংনাং লানগা মাঙনা ময়াং লানয়াম তুরে ।। খুয়োল পুমলৌখা থোপচাও খারোয়মাঙ য়াউরৌ শারান থোং থোংলেন তিংবিথক্তা ময়াং লাইজিং ব্রাহনবা মপারী থোংনাং য়ুবরাজ অথৌববু হাৎলৌএ য়াউরৌ শারান থোংগী লাইজ ঈব্রাংমদা থোংনাং লানজিংবা গমভিরাজা অথৌববু ফারৌএ, লম্লেন য়াউরৌ ঈমরু লেরা শাফু তাউ পাখং চীঙকারম নুরা পোৎতান লম শেংগোয় ব্রাংঙালোক নোংচূপ থারাম নহা লমদা থোংনাং অনব্রাতাউ পাম্বা কৈজেং লাংগুম্ববু কায়না হুনলৌএ ।। কেকে ঙাইদৈ লৌকোননুং কোনুং অচনবদা চেগায় লৈয়াথৌ নৃঙনন খৃৎপী পোক সনা পুনথোংবা লৈময়াই ব্রাংবন অরাই লৈমা শানতেংঈ নিংথৌ মোংয়াং চাউবাগা কোরৌ অকোং নিংথৌ চনু ব্রাংবন অরাই লৈমগা লমজিন মরৈমাবী হাওনু লায়াননুগা মশল মানবি চীঙলোই তমলোইবিগা তরেৎ মশেনজা লোইহৌবগা ব্রাংলেন মপৃঙ য়াইওইবগা তরেৎ শেনফাং য়ৈ ব্রাংলেল মরাঙ হৌনা তোইব্রাংবা চীঙ তোংদোই লম্মুংশি কেকে মোইরাং লৈমা চেংখুব্রামবি সনা তুংনাউ শোন্নরম লমলেন তাংবশি লম্মুংশি থংজীঙ চীঙনাউতা ঙাইদৈ লৌকোননুংদা ঈব্রাং পুরীক্লাইচা শীংখোঙ য়াইমবা কেকে খেল্লৈ পাম্বা ওক্লেন লাংশম কাওগুম্বগা থোংনাং অশিখা পাম্বা কৈজেং লাংগুম্বগা মালেম লৈয়িবু ইনা থাঙলেন খৃৎনা ফংনা য়ান্নরবদি কেকে খেল্লৈপাম্বা থাঙলেন মখুৎশৃনা থোংনা অশিখা অথৌববু নাক্লু মোইফাং শম্মা য়ানথৎলে, ঙশইদৈ পনমরুদা থোংনাং অশিখা অথৌববু হৈরৌএ ।। ময়ুম থোংনাং মনিল নাইবদি ওক্লেন তৃগুম্ববু পনগোয়রবগী য়াউরৌ শায়াম চনবা তৃগুম্ববু থিংলৌ পনচোংগে চোংঙমদনা শারেল লাংদা থুরবাগুমলে থোংনাং অশিববু লানলু পোৎলেন পৈ, শমু লেংলোইতোন অরেম্বদি চানা খাউথেকমন ইনা পামফৌবগুম মালেম লৈমায় শীরে লাংগোই শাচা লোকলে, থাঙলেন চূমবুল শা তিমেন তাবুন খোম্না থোংনাং মনোংমৈশু লোকলৌএ হায়দবরা ।।

হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও নয়ু নিংথৌ পুন্সি হাইহে শকপনা লৈবাক মনিল নাই নুংঙাই মরাঙ হৌনা পানলিঙৈ পাঙল মতমপাক নোংচূপ মীহি–লৈ ময়াং তমলৌরেলদা ক্বা লোংজুম্বা হৈরাঙ উনাম তাল লৈতাং থারো মানবা তাউজিং হৈপাল মাবু শানৌ মচিন মনাওনা তাউজিং হৈমুন্নবা ব্রাগী থোংনাং চীনথীব্রা ময়াং নাউথী ব্রাগী নয়ু সনা মখোঙ খাদা পুনেমলবগী কেকে খুনপামলবা মরলতোন অতোনববু পামা মচন থিংঙাতাউবিনা মথিং লাইরেল পাখংববু য়ুকৌব্রাই, কুকি অহোঙবা মচীঙশাংবু নাতৈননা লাইজ খুগা মপান্দা পারিং লাংশং হুক লৌরু মখল তৈনা খানলৈ লৌতাহনলে, লৌহোল চাইজি মখূৎথা লোইমোম মনাউয়োকপু থাঙয়ি য়েনশম ফোই লোইমোম ফৌবাল ফুক্লা চেঙবুম মনলৌ খন থাঙয়ি লমশং মেন ব্রাইরী শনলম ফুন চূপলেন তাইগা মেননা খানলৈ লৌরিংহনলে হায়দবরা ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ পুন্সিবা খুরেল চনবনা কেকে মরৈবাক্তা অহোঙ য়োইথোনবা পুঙলাং য়ুহৌবা থেরে লাফনবা খারি লৈখোঙচু শারেল ফাহাপ্পা হাওদৈ য়ুনৈ হৌনা হোঙনেমঙৈ পাঙল মারতন অতনবসু নয়ু নিংথৌ মথৌজানগী অহোঙ লৈরেন খৈনা লৌএ হায়বগীবু মবুংঙো কেকে লৈমাবানা হোঙনেমঙৈদা মনাই মারাসু হোঙনেমএ হায়না তেংথানৈএ হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা লময়াই পূঙথোন য়াম্বা শাবল কাইখিন হকপা পূঙলাং য়ুহৌবা থেরে লাফনবনা কেকে মানবা শনশেনথোংবু তীনমু ফৈনা লাম তনহাউ ফৈনা থিং থোংলেন পাম্বৈ শেম্না হোঙনেমএ ।। কেকে পূম্না হৌ মোইরাং পাক্লা তাইনা থাঙচি য়াতোই লেন শংগাই মকোং চেং শারেল লৈতোই য়াৎ শাকু ব্রানলোং থন হাওদৈ য়ুনৈ হৌ চমলৌ লাফম ফানা শাবল য়াইখু অঙাংববু শংলৌ য়েনবুনশা য়েনলাং মরেং শিলনা থোংলেন তিংবি থক্তা য়াইখু পাউতোং য়ালনা হোঙনেম্না য়াইখু অহোঙবা থোংলেন য়াইখু তানবাও তৌনা মিংথোনখিএ হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা কেকে সনা ফম্বাল লাংদা পুন্সি হাইহে শক্লা মুকমু লৈথোন্নবা চকপা মেনখোম ঙম্বা ঙাইখোং য়ুমজঙ য়ানবা কবুই নিংথি চাইবা খৌবুম পামদান্নবা ঙাইদৈ লৌকোন্নুং ব্রাংবন অরাই লৈমা শান্তেং ঈদা থোংনাং ফাময়ান্নবা ঙাইদৈ লানথবা ময়াই খোঙফেন থৌবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে কেকে ফম্বাল লাংদা চহী ৬৯ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই সনাহোঙবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা নোংবানলোন লূব্রাং মালং অহোঙবা চনু লমলেন মদাইমা খূরোয় নৌসোয়রেল সোয়রেল চাবিরোক্তো পুরাং নাকাবা মপারী হংগেন লোংনা থাবগা, কুবা তেনবা ঙাংবগা নৌনং য়াইমগা থিংনাং অতোনবগা পারিং লাংশং তিং খোল্লাং চামা য়ান মাইরং চামা য়ান তরা চাবু চিবুঙ পৈ ব্রাংলৈ লৌখোং তৈনা হোঙনেম্বা চনু নোংবানলোন সনারেম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু নিংথৌ পুরীক্লাই সনা হোঙবাও তৌনা কৌএ, কেকে মোইরাংনিংথৌ ঙাংঙোই সনা হোঙবদি হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। য়োয়ময়াইনা খেনগাবা অঙানবনা খেনজোংবা লম চকপা কৈনুংশি মেনখোম্বা লায়োন লাংবু নাতৈননা পুংবুন য়িমকাবা খরায় চাকতংবা, শেনবি কবো লৈহাউবনা মালং মমৈ ব্রায়না শীংলেন লৈখওব্রাই চকপা ময়ুম নাক পুংবুন মশাইকোন্দা হুএল লান্দাখিএ, চুঙলেন থাকুপ হৌ তিমেন খেরাং থাং থাঙলেন নোংথাঙ কূপ শেনবি কাওজম থোঙজাও হাংনা পনথেংলবদি শরীক লাইখন থুম খরা খেনজঙ কিনথরে মৈবী তাঙ্গোই পাই মৈখু নোংলোন কানা চকপা মরান তাকলে, পুরীক্লাই মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা খৌশারে, হুএল লালনিগীদি শেনবি ব্রাপী হাইবা খোনলোঙ লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলে, ঈব্রাং পুরীক্লাই মেনখোম্বা চোয়নৌ সনাহোঙবদি নোংপোক ব্রাইরং কোনগারমগী থিংলৌ নীংনা তেনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পুন্নমক্কা কেকে মপূঙ য়াইদা নুংঙাই মরাং কায়না ব্রাইথুংলরে হায়দবরা ।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই সনা হোঙবনা কেকে মরৈবাক্তা ঙাংঙোই লৈবাক ঙাক্লিঙৈ অশাইঙৈগী মপল মেনখোম্নু শাফবী পায়মা উনগোয়নুংগী মশানৌ সনা নূংনাংতোন অতোনবদি খোইয়ম লাইগী মশালওননিগীনা নমু মীমান্নদনা পাংগল মপা তামএ হায়দবরা ।। পাখং তিমেন মখুংশূবু খুবাক তিনলাই মেলনা তিমেল হুংশোন লৈনা হুনলবদি করাং চীঙদোম লানলে শীঙকন নোংখোঙলক শাদু তেকচাই থক্তো চেনলবদি মালং অয়াঙববু

চৈরোয়ননা ওকলেন পুঙলৈ ফংনা শঙাই চঙনা লাকএ, হাকুম নেমবি অয়ানখাক কামমু শৌরাইতাংনা খুয়া য়ৌরুম মেননা ঙাম্বনবগী নেমবি তুমজংহনববু নুরা ঙাইখোং শিনলূক থনলে হায়দবরা ।। তউজিং হৈনৌবোক লাংবল খোয়রাবা হাথচীঙ য়াওশু চীঙহন্নাই মোরি লেপ্পা চীঙ চীঙলেন মকাইফমদা ফম্না খৌদেল্লবদি পোংনু য়েনকম চনু শিথিয়েন খুমন চুম্বা অথৌবা লানখৈ য়েনবু পোশ্বী চক্তান্ননা লোক্তাক ব্রানবরেলদা খরা চকথোকপা পুন্নমক্ল চেক্লা মিরেল পাইনা খংনৈএ ব্রায়র মতেনচা চেঙজা লুমলেন তুমনা শাবা শাব্রা চীঙ্গোই নিঙনা নপপা তুনুং লংলামানা পাফন্নবা তেনবু নমু পোংবুম অনিনা তেনবি শাজম পুইএ হায়দবরা ।। পাংগন মপা তাম্লা শায়েঙ পাননা ঙনবগী নয়ু কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবনা শানৌ শানম ঙাইথিংতোন সনা নুংনাংতোন অতোনবা নঙদি কেকে ইরৈবাক ঙাংঙোই চাউবা পূঙ অসিদা নমু মীমান্নদনা পাংগন নপা তামএ কেকে নতীক্লস ঙাংঙোই নপা পানববু পুম্লা লৈতে থাঙঙা লৈকাই মনিল নাইবা য়াওশূ খুন্দোলমাবু লাকও তম্বা থয়াঙ নথৌমনগী পাজেঙ থোম্মা থোইনা ফিরাল নানবা হেন্নৌও পাখং তিমেন নখুৎশূনা করাং চীঙদোম লানবগী কেকে লৌব্রায়চাউ মোইরাং পুবাল ব্রাগী লাংলেন ব্রাপনমাবু খোক্লাং ননুং চঙবু ওইনৌও হায়না লন কুবিখিএ হায়দবরা ।। কেকে চাউবা পুঙ মোইরাং শাংবয়াই পূন্নমকসু লৈবাক মনিল নাই ব্রায়র শাথোঙ লোন হুএল লানথোঙ থিংনা পানলবদা খারম মেনতে মনিল নাইবনা শাইবাগুম ময়াশা খোইবুগুম মচীন তুম্লা লোইবী মথননা ঙনজানা হেম্বা মথন্না ব্রাংচাননা কেকেবু কৈরোইগা তম্লবগী নয়ু কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা পাউমেনলক্লে, শানৌ সনা নুংনাংতোন ঙাংঙোই য়াওশূ লাকপা নঙদি নদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংগা ঙাইরোইননা খারম মপূঙ তাক মেনতে মরৈ কায়না পনথেংলুও হায়না ব্রাহোমখিএ ।। মশানৌ সনা নুংনাংতোন অতোনবা ঙাংঙোই য়াওশূরাকপদি শঙদিং লানলৈ থেম লানপোৎ মঙাল

নাইনা মশাবী ঙাংঙোই পোংলেলহনবগী নিংথৌ সনা ময়াথংবু য়াথং লুদা থোংনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেংপগা পান্না কৈশকপা কৈরেল তেংথোবশিংগা শমু ঙাইরোইননা হুএল লান্দাখিএ ।। খারম মচীঙকা হেন্না পনথোঙ হাং কুরাও পন্দাই শং থাঙলেন খেরাং থাং তিমেল হুংশোন লৈ মেনতে য়ুমখৈ ফংনা পনথেংলবদি লোইবী মপৃঙ তাক্লে হেন্না খাংজেন থুমলে, নয়ু সনা নুংনাংতোন অতোনবা ঙাংঙোই য়াওশূরাকপনা কেকে মথি নাই পননীং য়ুমখৈ ফংনা খৌশারবদি খারম হাইবিরেং অথৌববু কায়না হুনলে, মেনতে চাবাক লোঙচুম লোই হেন্না লোইচেং মঙামকসু লোই চনলক্লে হায়দবরা ।। খারম মপুঙ য়াইগী কেকে মচি হেন ঙাংঙোই মরাই লাংনা মরান ওক্তেরক্লবদা কেকে পুরীক্লাইচা সনা নুংনাংতোন অতোনবাগা মদাইরেম অথৌ লীচা হেংপপা পুন্নমক্কা নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ঈব্রাং সনা মখোঙ খাদা মানবি খুংতপ্পা মুকমু লৈতোন কোন খুবাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না লোইবী শোক্লব্রা মারেম হানাব্রা খারম য়ুময়াই খায়না পনথেং ব্রাবু হুএল লানবাউ তমলবদা নয়ু কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা ব্রাহোমলকএ ইশানৌ সনা নুংনাংতোন ঙাংঙোই য়াওশূরাকপা–ও তম্বা থয়াঙ নথৌমল চূঙশেন নরাল ওনগী মেনতে চাবাক লোংজুম লোই হেন্না লোইচেং মঙামবু শানৌ নঙগী নরোই লোইবীরেলবু ওইনৌ ও হায়না লনকুবিরে হায়দবরা ।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই পুরীক্লাই সনা হোঙবদি কেকে মনিল নাই খুয়োল য়াংবা মরাঙ হৌনা পানলিঙৈ থোংনাং তখেল কোনোংশা ললওনবনা মোইবুঙ পোংতম শেম লীকোল খাউজাও হান চরৈ পাশোং পূঙবুরেম্মা সনা খল ওনগে লূপা চাংচিংগে হায়বগী লাইজ খুগা ঈরম ইলনা মরান থৌচংলকপদা কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবা সনা মখোঙ খাদা থোংনাং কোনোংশা লল–ওনবনা চরৈ য়ুখলনা কুপপবু কাইরৈ য়েনলুম কুমা হালনা তয়ম নাইব্রান্নগে হায়বগী কেকে লৈমাবদা হালনা ব্রাইথুংলুববু ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা পায়মা নুংজাদবগী লংথোক্লকপা ফিবু মশানৌ সনা

নূংনাংতোন ঙাংঙোই য়াওশুরাকপনা তয়ম নাইবুম মাগীবু খানলৌএ হায়ন্দবরা ।। তখেন কোনোংশা ললওনবনা চরৈ পাশোং পূঙবুরেম লীক্লোন খাউজাও হান মোইবুঙ পোংতম শাববু কেকে মনিল নাইবনা চরৈ তীক্ল হৈাএ মানলৌ খাননা লৌএ কেকে মোইরাং কোবা ব্রাকুশূগা তখেল কোনোংশা ললওনবগা সনা চাংচিং থিনা লূপা খলওনব্রাগীবু তম্বা কজক হৌ শায়েং পানবু তিং য়াথং পাউথী থোক কোনলোয় চম্না থানা ব্রাওইনবা ব্রাগী থাঙলেন খুংনা ফংনা য়ান্নখিএ ।। থোংনাং কোনোংশা ললওনবা থাঙলেন মখুংশূনা য়ানলবদি কেকে মোইরাং কোবা ব্রাকুশূগী চূঙলেন মনম খাঙদা কজেং থাঙলৈ থূম্না য়ানশিনলে কোবা ব্রাকুশূ থাঙলেন মখুংশূনা য়ানলবদি তখেল কোনোংশা ললওনবাগী শমু লেংলোয় শম্না য়ানথুরে হায়দবরা, কেকে মপুঙয়াইশূ তরা অচা ব্রাংতা ঙাপা ব্রানথোং তামদা চরৈ অয়িন তামদা মানলৌ অশেং ব্রাংতনা পাখং য়োমলোয় হৌ নূরা য়োমদাং শাং নুংঙাই মরাং কায়না পানলে ।। অশাইঙেগী তখেল কোনোংশা ললওনববু কেকে মপুঙয়াইদা নোংমনবা ব্রাগী তখেল মনিংথৌ ত্রিপুরো লৈমাবনা ব্রাতা থিরকএ, তয়ম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবাশিংও কেকে চাউবা পূঙদা তয়ম কোনোংশা ললওনবনা পাথৌ লনথোই তাননা সনা চাংচিংগে লূপা খলওনগে হায়বগী কেকে তমদা-তা মোইরাং তমদা কুম্না হিজা অওই থিরুববু ময়ুম ঙাংঙোই মনিল নাইবনা করিগী ব্রায়র মশা ওই হুএল মরাল ওইরকপনো থোংনাং ঐবু তাংশক্তা তখেল ঐবু মীথাদে ময়ুম কেকে চাউবা পূঙবু শায়েঙ থৈনশে পাম্বোম ঙানাশে, তয়ম শাহুপ নারন অথৌবা নঙনা হুএল লানগা চিংনা তখেল লানলোয় মপূম ফানা কেকে তমদা-তা মোইরাং তমদা কুম্না পনথেংলুও হায়না পাউমেনখিএ ।। থোংনাং অথৌ লীচা হেপপা তখেল থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংনা চূঙগোয় নমদা হুন থাঙশাং নাকলোই য়েপ তখেল লীরুং মখূংশূবু লোইমু চিনাই হংনাইববু শমু খুংতা শূ তেন্দোং নমদা পো তিমেন মথৌ হেন কামরল

মরেং শিল চরৈ ফিরাল লমহাই নাই লাংগোই মাওওইননা শমু খোঙশানলক্লে হায়দবরা ।। থোংনাং থ্বাই ফানশাং ঈবু লাইজ ঈরান থৌনা তখেল লোইচেং অয়াম্বা লাংনা মাসুম সুল তুইখাও অচেপ লাংগোন পুম্নমকপু ঙাইরোইননা থোংনাং মঙাই নূঙতোং চীঙবু চীঙলেন লমশাং ইলনা নমু মীয়াম থীঙমদনা হুএল লালহৌরকলে ।। কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেল হনবনা নাত্তরবগী কেকে মকংলা মোইরাং কংলা তোংনা য়াংদা ফম্না ব্রাহোম্লকএ, তয়ম থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংও ময়ুম থোংনাং তখেল মনিল নাইবা ত্রিপুরো তানদবনা হুএল লালহৌরকপা অসিবু কেকে তমদা তানা মোইরাং তমদা কূমফরোইএ য়াংলৌ লমখাঙমদা তখেল খোইমা মায়ওক য়ানা হুএল লানশোক্লশে হায়রবগী মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পাম্বা কৈশকপা কৈরেল তেংথাবা পূম্নমক্লা শমু থাংচপননা ব্রাকৎচরকএ কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ইবুংঙো তাবিয়ো নদাইরেম ঐখোয়বু ব্রায়র শাথোঙ কাউ হুএল লানথোঙ নিন্দরিএ তখেল মানা করিগী কেকে তমদা তানা মোইরাং তমদা কুম্লকপনো কাওরেল তুগুম্ববু লাইথেংনা মানবি তুগুম্ববু চিয়েননা শায়েঙ থৈনবা পাম্বোম ঙানববু খোয়মা ইমায় লৈ য়ামচেং ইনম মুক্লোইএ হায়না কংলা ব্রাশক্লরে হায়দবরা ।।

হয়েং কৌবা ইনুং শোয় শোরা তৈনা ওনলক্লবদা নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই সনা হোঙবদি লানপোৎ শঙদিং লানলৈ থেম পুনুং মঙাল নাই চোয়নৌ সনা লৈওইননা চেংলৌ মিৎপু লংনা চরৈ ফি থোনলবদা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমকসু শঙদিং লানলৈ থেম চূঙলেন ঙক্তা হুক তিমেন মাওইন্ননা খোকলাং তুংশোলনা থাঙলেন মথৌ হেন তেন্দোং নমদা হুন লীরুং শুৎতা শূনা তরেৎ মনিল নাই ব্রাংলেন মরাঙ হৌ কেকে মথি নাই ঙাংঙোই মরাঙ হৌনা লাংগোই মাওওইননা চরৈ ফিরাল লমহাই নাইনা হুএল লান্দখিএ ।। লমলেন মদাইমা খারম ময়াই লম লোইবী পানবোং চীঙলুখুমদা তখেল মনিল নাইবা ত্রিপুরো তানদবগা খোইমা মায়ওক্লনা তখেল থাফংননা হুএল লানশোক্লরে ।। কাইরৈ অনি খোঙগাওনাববু কাইরৈ

চেনখাঙনদা মচেঙ কোইদ্রু চায়নদবাগুম কেকে লৈনদা তখেল হন্নদনা হ্এল লানশোক্লখিএ ।। থোংনাং তখেল মনোংমৈবু কোয়্রৌ তমনোং খোংবগুম থাঙহাই্ নোংথাঙ কুপ তিমেন তায়াম হ্ল ব্রায়র তেনয়াম কাপ্না ইনশিনলক্লববু ব্রায়র শেংগম থোং তিমেল নমকাপ্পনা শমু খোঙকাপমাবু লৈদনা শায়েঙ পানবু তিং তম্বা য়ারেল খোংখৈ চীক লীরী থম্মোয় তিং লকা তেনমৈ লাক তেনবি খোইপাই্ তম লানপুক মথি নাই্ তিমেল তায়াম হ্লনা শোক্লখিএ ।। কেকে মরোং চৈজেল য়াম্না তখেল থিংলৌ য়াই্দা হক্ল রবগী কেকে অমরক মথি নাই্ ঙাংঙোই্ মরাঙ হৌ কেকে ব্রায়র মতেনচাবু লাংবন খোই্রেল পাই্বগুম ব্রায়র তেনয়াম কাপ তিমেন খোকলোই্ নমহ্লনা শমু খোঙবু থীননা তকশিনখিএ ।। থোংনাং তখেল মনিল নাই্বসু খোই্মা মায়ওন্দা য়ামচেং মনম মৃত্তনা লানশোক খমথেংনরবগী নমু মীয়াম তুনরবদা শাহ্প নারল অথৌবা কৈরেল লান্দানবনা থাঙশাং মখৃৎশৃবু থাঙহাই্ নোংথাঙ কৃপ কেকে মীয়াম চাই্না য়ানশিনলক্লবদা নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই্ লৈমাবা য়াউরৌ শানিংথৌগুম্বনা পুরীক্লাই্ মথি নাই্ ঈব্রাং য়াই্বী কলহৌ নীক মরান খোঙগাও কনবা লানতান্নবা তখেল তম্বা মীখন খায় শাহ্প নারল লানজিংববু পুরীক্লাই্ থাঙলেন মখুৎশৃনা য়ানথুরবগী তখেল মনিল নাই্বদি হ্এল লানথোঙ কায়রে হায়ন্দবরা ।। কেকে অথৌ লীচা হেপপা পুম্নমকনা লানশোক নমশিন অননা তখেল তুংই্ল অন্নরবদা লানফম হ্কচেন্না তখেল হাচেন্নরবগী লোই্বী পানবোং চীঙলুখুমদা ইরোক লাই্চম থলনা হ্এল লানয়াম ফারৌরে ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাই্ও নয়ু নিংথৌ খারম ময়ায় লমদা তখেল লানগা মাঙনা খৌশাবা লোই্বী পানবোং চীঙলুখুমদা শাহ্প নারল অথৌববু কায়না হ্নবা থোংনাং তাখেম্বা তখেল তেংগোল চাই্বদি মদাই্রেম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই্ লোনবা পুম্নমক্কা কাওরেল অদুগুম্ববু মরায় লাং মানবি অদুগুম্ববু মচী হেন্দনা লোই্বী পানবোং মপৃঙ য়াই্গী মন্নান ওক্তেরক্লে ।। নয়ু কেকে

লৈমাবা ঙাংঙোই সনা হোঙবা খোংনাং তখেল লানথবদি লাংগোই লৈরেম কাও লূব্রাংবা শাচি তোলনা পানবা শায়া তোলনা নৌবগী লাংগোই শায়াঙ থক্তা লানপোৎ চরৈ মণ্ডাল নাই চোয়নৌ সনা লৈওইননা থাঙলেন চাউথৌ ফান সনা চোঙলেন খাল লানলু মাঙদা চৎ থাঙলেন চুম্বুল শা তিমেল তাবুন শেম চুঙগোই নাকথং লোন চরৈ ফিরাল লমহাই নাই ব্রাংলেন মরাঙ হৌ তরেৎ মনিল নাই লানফম মরাং কায় পাম্বা শারাউ তম কৈরেল লানলাউ তম্না কেকে মপূঙ য়াইদা নুংঙাই মরাং কায়না ব্রাইথুংলরবগী য়িমলক লানগা চল থোংখোঙ লানগা হা করাং লালহোই চৈবু কৎনা কেকে চেঙজা নৃঙ্গোইবীদা হুএল লানলু চনলে হায়দবরা ।।

নয়ু নিংথৌ থোংনাং তখেল ঙম্বা শাহুপ নারল লানথৌয়াঙবু কায়না হুনবা থয়াঙ মথৌমল পুরীক্লাই চুঙশেন মরাল ওন্দি অদুসু মদোমদে হাওরৈ নোংচুপ লাইনা পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। লম্লেন মদাইমা মেনতে লীশিংখা মেনদোং নুঙ্গায় চীঙদা ব্রাঙনবা মেনতে নিংথৌ শারাবনা য়িমবী কাউজোং হোংনা মরান লোনয়ুম য়াইবু তাউখঙগে হায়বগী পামেল অঙনবা তলা অরেম্ববু ইরোক লাইচম লান চীঙশাং নাপোম কেলনা পামেল উথিববু থিখঙদরবদা খোইয়ম তুবি অঙনবা লাইরেন অরেম্বনা লাইজ ঈশিংখোং থোনয়া খাথংবা মেনতে লাইজ ঈশোক লমদা তাউজীং হৈনূরা তলা মোইরেং অচুম্ববু ওইনা হৌরবগী মেনতে শারাবগী অহিং খোম্লেন মঙলানচাদা খোইয়ম লাইনিংথৌ তুবি য়েক্লবা লাইরেন য়েকতৈবনা খোমলেন মঙপাউ চেনবিরমএ ।। মেনতে নিংথৌ শারাবাও থোনয়া নঙগী খাথংবা লাইজ ঈশোক লমদা তলা অঙনবা পামেল অরেম্ববু লৈবনে শীংজঙ লৈতোই চন পামেল উরু তুপ্না তাউখঙজৌও হায়রবগী ইনুং কৌবা শোয় শোরা তৈনা ওনলবদা মেনতে পূম্না হৌ লাইজ ঈশোক খোং থোনয়া খাথংবদা তাউজীং হৈ নূরা পামেল অরেম্ববু শীংজঙ লৈতোই চন পামেল উরুতুপ্না তলা উতুরে ।। খোংজি নারেং লোন হীরী তোলগা চিংনা তলা হুইশোনবা পামেল হোয়থেম্ববু

হোয়াদ্রবগী মেনতে নিংথৌ শারাবনা পামেল খোংনিঙচাক তলা খোং মাঙচাকপু চেঙেঙী ফাহাপ্না য়েরুম কাংখিলনা কবোক লাইপাউ হোমনা পাউথেন্নবদা তলা তুবি অঙনবা পামেল লাইরেল অরেম্বনা পাউয়ারবগী মেনতে নিংথৌ শারাবগী খাঙঙবু লেংনম ওইনরে ।। তলা খাঙঙবু অঙনবা পামেল অরেম্বনা ইনুং শোয়য়াইমদা তুবি ময়েক থোক লাইরেল ময়েক লানা চেংলৌ মিৎপু লং য়োইময়াই কোরৌ নোংশা মৈগুম মেনতে য়িমলাই ঙানলবগী খারম মনিল নাই মেনতে মরাঙ হৌনা পানলে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবা পুরীক্লাই সনা হোঙবনা পোইরৈ লোইদাম ওই লাংহে কুমশীং ওনলক্লবগী কেকে মকুম কুমকাউদা মথা য়াউব্না থানিনফদবগী মদাইরেম ফমথৌ মঙাইরোয় নিংথৌ মহীশাং পুন্নমক্কা করাং থেনকারুবগী ব্রাকয়ে মথি নাই তোংজেং মরাঙ হৌনা মরান ওস্তেরকপদা মেনতে নিংথৌ শারাবগী য়িমলেন মখুৎ ফাবু চেংলৌ মিৎপু লং খারম য়িমলাই পূম্না ঙালনা নোংশাববু মিৎয়েং শানখৈরবগী কেকে মপুঙ য়াই ঙাংঙোই য়োইকোন্নুংদা ব্রাইথুংলরবগা মেনতে চনুরা য়োইহে হৈরোইনাই শাফবিদা নয়ু কেকে লৈমাবনা পাউহংখিএ তয়ম মেনতে চনুরা অহেনবীও নপাম মেনতে লীশীংখা মেং দাং নুঙ্গায় চীঙবু পূম্না ঙালনা নোংশাবা অসিবু করিনো ।। য়োইহে হৈরোয়নাই মেনতে নূরাবীনা শমু থাংচপ্পনা ব্রাকৎচরকএ, কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ইবুংঙো অবিয়ো, ইপাম মেনতে নিংথৌ শারাবগী য়িমলেন মখুৎফাদা খাঙঙবু লেংলোই ওইরিবা পামেল অঙনবা তলা অরেম্বা অদুনা য়িমলেন পূম্না ঙালনা নোংশাবগী ইপাম মেনতে মনিল নাই খারম তানদনা পানলে হায়না ব্রাকৎচখিএ ।। নয়ু কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা ব্রাহোন্নকএ, তয়ম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌশিংও ইরোই লোইবিরেল মেনতে মনিল নাইবদা ব্রাঙনবা মেনতে নিংথৌ শারাবগী য়িমলেন মখুৎফাদা খাঙঙবু লেংনম ওইরিবা অদুবু মেনতে য়ূমলাই ঙানলে, কেকে য়োইকংলা কংলা তোংনায়াইগী খাঙঙবু লেংনম ওইনশে হায়না পাউমেনলবগা

মদাইরেম মেনতে মরমবু-বু পাউকৌখিএ, তয়ম মেনতে মরমবু নওদি মেনতে শারাবগী খাণ্ডবু লেংনম অদুবু পুরকও হায়না পাউমেনলুও হায়না থৌশিখিএ ।। খারম মেনতে মরমবুদি কেকে লৈমাবা ময়াথংগীবু মেনতে মপুঙয়াইদা ব্রাইথুংলুরবগা ব্রাহোমখিএ, মেনতে নিংথৌ শারাবও য়িমলেন নখুৎফাদা খাণ্ডবু লেংনম ওইরিবা অদুবু কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবনা পীরকও হায়এ, হায়না ব্রাহোম্লবদা, মেনতে নিংথৌ শারাবনা পাউখুম্লকএ, লোইবী খারম ইরমবুও কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবদা ব্রাকৎপিরুও, নদাইরেম ঐগী য়িমলেন ইখূৎফাদগী খাণ্ডবু লেংনম অমনবা তলা হাপনা মল অসিদি কৈদৌনগবনো, নদাইরেম ঐনা ঈরোক লাইচম লান চীঙশাং নাপোম কেলনা তলা অঙনবা পামেল অরেমবা কোরৌ ঙমথংউ শীনৌ মোইরেং য়োৎকুম চুমথোইববু তলা হোইয়ানলক্লে হায়না ব্রাকৎপিরুও হায়রক্লবগী খারম মেনতে মরমবুদি থিংলৌ নীংনা তেনা মরান ওন্তেরক্লে ।। কেকে পুরীক্লাই লৈমাবা ঙাংঙোই মপু নিংথৌগী সনা মখোঙ খাদা মেনতে নিংথৌ শারাবগী কোনলোই ময়াথংবু মানবি খুৎতপ্না মুকমু লৈতোন কোলনা ব্রাকৎলবদা কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা ব্রাহোমলকএ, তয়ম কেকে খুনফমথৌ ঙাংঙোই নাইফমথৌশিংও, মেনতে নিংথৌ শারাবনা করিগী ব্রাকনলকপানো কেকে পূম্না হৌ ঙাংঙোই মীয়াম চৎনা শমু খুৎঙম থিনা খাণ্ডবু লেংনম থোংবু খোংজি নারেং লোননা চিংলকও হায়না থৌশীনখোনগী কেকে মনিল নাইবদি নিংথৌ সনা ময়াথংবু লুদা থোংনা ঙাংঙোই মরাঙ-হৌ নমু মীয়াম চৎনা খারম মেনতে মপুঙয়াইদা ব্রাইখুংলুরে ।। মেনতে নিংথৌ শারাবনা কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই মপু নিংথৌগী কোনলোই ময়াথংবু মাই ব্রাকন ঙমদ্রবগী খাণ্ডবু য়াইওইববু খোংজি নারেং লোন খোংফাং তরেৎ ফাং হীরী তোনগা চিং নমু ব্রীয়াম পায়না তলা হোইশোনলে পামেল হোইথেম্লে হায়দবরা ।। মেনতে খাণ্ডবু লেংনম থোং য়াইওইবদি খোইয়ম তুবি অঙনবা তলা লাইরেল অরেম্বনিগীনা কোরৌ নুমিৎ হুমনি

শূনা থৌরী লীয়াই নোপ উনৌ খোংচা শম হীরী তোনগা চিংনা তলা হোইশোনবা পামেল হোইথেম্ববু তলা মথননা নীংনা তে, পামেল নীংনা হলনা পাউয়াদ্রবগী কেকে অমরক মথি নাই নমু মীয়াম হৌ, তমবা কপ্লাক শেংশৌনা শায়েং পানবু–তিং পামেল উরাই থিলহৌননা চিংলবগী তলা লাইরেল অরেম্বদি খোংজি নারেং তৎ পামেল উতোন লান তুবি কুপ্তুম কুপ লাইরেল ঙান্দুম ঙালনা লোনলোই লৈমতাক্তা পাইথখিএ, অদু নোংগীবু লমলেন উরাংপাইও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। খোইয়ম তুবি অঙনবা লাইরেল অরেম্বনা মেনতে নিংথৌ শারাবগী সূমবুন ব্রাইখপফমদা তুবি লাইখুন খোইবুং ফাওবা তরা চেঙকুপ চারববু কোরৌ নোংদামদে থবি নোংলেপতে করি নারিগবনো হায়না ইনুং শোইয়াইমদা মিৎয়েং নাউশূমদনা ঙাইখল্লবদা খোইয়ম তুবি অঙনববু মিৎয়েং শানখৈরবগী খাংলী য়ৌথাং লাংবু মালেম লৈখুন হুৎনা লৈখুল খোইবুং ফাওবদা মেনতে নিংথৌ শারাবনা লাংদম্লবগী তুবি অরেম্বা লাইরেল অঙনবদি লাংথুরে ।। থৌরী ঙকতা হুক লাইরেল ঙকতা কিনা মেনতে পূম্না হুপ খারম মনিল নাই নমু মীয়াম হৌনা তুবি চিংদুম চিং লাইরেল ককতুম কক্লা শারেল শায়েন্নরে হায়দবরা ।। মেনতে মরাঙ হৌ খারম মনিল নাই পাখং য়োমলোয় হৌ নুরা য়োমদাং শাংনা শারেল শানৈববু মেনতে হোইদোম নুশ্রবী লানলোয় য়ুমখৈ তাবিবুদি শারেল শাথুংবিদে হায়দবরা ।। কোরৌ নুমিৎ হুমনি শূনা তুবি চিংদুম চিং লাইরেল ককতুম ককপবু খোইয়ম য়াংবী লুরোই কেন্দবা শাব্রা পাফল নীক্তবনিগীনা তুবি থিখাঙ লোমদে লাইরেল মৈতোন ফাওদ্রবগী খারম মেনতে পুম্নমক্তি তুবি মতুপ পুঙবু রেমনা শারেল শায়া ঙমদরে ।। লাইরেল থিখাঙ মতুপ অমা মালেম লৈখানুংদা তেনশিনখিরবা অদুনা চীঙতু মথি নাইনা তুবি লৈহনলা লাইরেল কোমশারবগী ইনুং শোইয়াইমদা চীঙলেন নাকপাক ফকনা মেনতে লৈকিনথরে, অশাইঙৈগী মেনতে হোইদোম নুশ্রাবীদি শারেল শাথুংদবগী মোমনু কোনতে য়ুমদোমপোক নুশ্রা ময়ুমফম্বু চীঙলেন লৈকিনথবদা খাকলৌএ হায়দবরা ।।

হে ঈশ্বাং পুরীক্লাইও নয়ু নিংথৌ থোংনাং তখেল ঙম্বা তখেল খোঙফেন থৌবা মেনখোম্বা সনাহোঙবা চকপা পুঙবুন লানথবা পুরীক্লাই থয়াঙ মথৌ মল ঈশ্বাং চুঙশেল মরাল ওন্দি অশ্বা থৌদোংমল ফৈরা তনচোকমনবু খিজিত্তা তেংথাখিরবনে ।। হে ঈশ্বাং পুরীক্লাই কেকে পোংলেল হনবাও নয়িম কেকে চাউবা পুঙ মোইরাং শাংবয়াই অদুবু খোইয়ম নোংদম্বা মথৌ থাবু মাই শ্বাকনফদবগী, নয়ু কেকে লৈমাবনা থাঙ্গ থেনদম্বা করাং থেনগাবদা ফিরাল নাম্মা অরেমবা পাজেং লৈরাং অতিংঙাগীদমকপু, কেকে খাইচেন নাই মোইরাং পাংশোই নীক্লবগী ময়িম অশ্বাং পোইরৈ মৈতৈগা শেনবি তুম্মু মনিল নাইবগনা ইনুং শোইয়াইমদা লোইরাল লানশোক খমথেংলে ।। কেকে য়ুমলক চঙ খাম্বী মৈগা থানা হুএল লানশোক্লরবগী কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুম্নমকসু কোরৌ ইনুংমা চেংলৌ শকউনদবনিগীনা পাম্বা শারাক য়মথাংনা শারেল নীংতেনবা দুগুম্ববু কেকে লৈবাক ঙাকঙমদ্রবগী মোইরাং লৈখোঙ কায়না লালনংলে ।। নয়ু নিংথৌ নোংপোক শ্বাইরং মেনখোম্বা চোয়নৌ সনাহোঙবনা ইয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই লৈবাক ঙাক্লকপাশিংনা মোইরাং লৈবাক তাক্লা কেকে লৈখোঙ কায়হনববু নাতারকতে চীঙঙু নোংদম করি ওইরবনো, হৌজিক নিংথৌ ইহাকথক অসিদা কেকে লৈখোঙ কায়না লালনংলবা অসিবু তাঙজ ইকাইএ, ঙাংঙোই লৈবাক ঙাকঙমদবা মিংবু মিংচৎলঙেনে ।। কেকে মীচোপ অমাংবা মোইরাং মীচোপ অরায়ববু নত্তেএ, ইয়ু থংজীঙ লাইমরুগী খাইথরকপা খোইয়ম মচেংবা চামতা নাউয়ানবা কেকে নিংথৌ অরেপপা মহাকনে নমু কনাগুম্বদবু খাজঙলশিবনো ।। শ্বাখা লফু চাউজনবা নুঙলক হাথুম অচেপকুম নমু মীখা পোনঙল্লরোই তাঙজ ইকাইএ, কেকে ইরৈবাকপু নমদা হুলনা থোংনাং তমদা তাখিরগে হায়না কজেং চাজন হীককুম্ববু হনফদনা থোংনাং মাল্লে চীঙবু ইন্দানখিরে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ নোংপোক শ্বাইরং মেনখোম্বা চোয়নৌ সনা হোঙবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কেকে ফম্বাল লাংদা চহী ৫১ পানলমএ ।।

## ঈৱাং পুরীক্লাই খেনজংচাইবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা নোংবানলোন শামৱা লংমাই নিংথৌ চনু মপাম শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখল'মা, মমা তমপাক লৈহৌনু–চা লংমাই পাইবং লৌথীবা,শাবি লৈরাং শোয় ৱামৈ লানথবা খমনিংকোনবু অশৈনবা চনু লংমাই খাংহন অহনবাসু মপাম হুএল লালনিগীদি মোংখোং মোংতং ৱাহেং খমকোই লাইরেলসু উনমববু অহোঙ লানলু তৈনা শূবা চনু, মপাম শেল্লোয় চীঙলংমাই লংমাই লংবা চীঙমঙনবু তমফা খাবী কপনীং চীঙ চীঙঙু লংবা নুংশিৱাই কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। তমফা ৱাংঙমলোন অঙানবা হেলোয় চঙবীনা খাবা শোকচ্রোম্বা মপারী তরঙ খোইনুচাবু তোপ্লা হুল্লানলমঙৈদা মমান মচা নোংপোক মালং হুম্মোইবা লংমাই নিংথৌ কায়নৌ চীঙশোম্বগা শেল্লোয় মচীঙলেনবু ইন্দাল্লকপদা খাবা তুংইলনরকপা য়াংবা মাঙথানবনা ফংলগনি হায়বগীবু তমফা ৱাংঙল্লোন পানথোইবীদি তাংখুল শারম নূরাবীবু লৈনা ওই চীনফি খানিকনা লাইফি খোইথোম্না কোনঙৌ পনচপ শি লীক্লাং নাথাংনা লৌখোৎ মাঙ ইননা হাওশম তুংথাংনা খানলৈ লৌতাখিএ ।। মশাবি অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কায়নৌ চীঙশোম্বদি তাংখুল হুইতোক পাখংববু ওইনা শালওনখিএ, চরৈ শেনগম্না মানলৌ য়ুংচিংনা লিকোল শানম্না হুইরোং লুফা চিন চুমবুল লানলৈথেম ৱাতং নাশিনা য়াইরী খাঙথোম্না কূরাও ফানলংপু তাংখুল তোরো লোইমোম থাঙ মচন হাওনু কৌবী মনকৌ থাঙ থাঙলেন চিননি লোঙববু থাঙলেন নমদা থেৎ, লীরুং খুৎতা শূ খুৎখাঙ মিতম থোং কাঙকম য়াদা চীক্লা খানলৈ লৌকুল্লকপদা পাউহংখিএ ।। য়োইবুনাই লৌখোৎ মাঙইননা হাওশম তুংয়ান্না চীঙলেন মনাক খোৎ পামেল উশা থা য়াংগেন থৌবি মরু তূপ পামেল লৈঙাং মপান ফোয় নূঙবী মফম তাউনা খানলৈ লৌতা ঙম্বী নঙবু কনানো হায়না পাউহংলকপবু, তমফা ৱাংঙল্লোন তাংখুল শারম নূরাবীবু ওইনা শালওনঙমবীনা পাউখুমখিএ, ইবুংঙো হুইতোক পাখংবাও মোম্নু ঐদি তাংখুল

শারম নূরাবীনে ইপল খানলে লৌনা চাউ নমু পোংনা ৱাংপগী ইদোম খানলে লৌতাঙম্বনে হায়না পাউখুমঙমএ ।। তাংখুল হুইতোক পাখংবনা পাউমেনলকএ, য়োইবুনাই তাংখুল শারম নূরাবী-ও খল্লাং ঈপা-লৌ, ঈরেং ঈপু-লৌ অসিগীদমকপু অয়িম হুইতোক মনিল নাইবগা নপাম তাংখুল শারম হাওগা ৱাপা খুনথিনা চেঙজা লানলঙনরিএ শায়ি লৈদা তানা তাউবা হুইরিল থংনদরিএ, য়োইবুনাই নঙবু চেঙবুম মনৌতোন লাংবন অওন লূকুম্ববু লনশিংগে হায়না লীরী থম্মোই তিং লকা তেনমৈ লাকখিএ ।। তাংখুল শারম নূরাবীনা পাউখুমজরকএ, ইবুংঙো হুইতোক পাখংবাও মোম্মু ঐবু করিগী করোঙ খূৎকুম্লকপনো ইপাম শারম মনিল নাইবদি লোইবী লমদাং ফাননা পামেল উয়োক থাবা চীঙশাং খোইয়ু থকপা খারুক য়ুঙে শাবা শাকু ৱানলোং থলনা শারেল লৈতোই য়াৎপা ৱানলোং নীংগোয় ওৎনা কোকলৌ লিতং ফানবা পাখং য়োমলোয় হৌববু লৈবনে, ইদু শারম হাও পাংখং পাখং নমান্নবদুম মংশক খুৎকুম তানলুও ।। পাখং য়োমলোয় হৌএ ইদোম খোঙফেল মায়ওক ঙমলোইএ হায়রবদি লমপন লৈপুঙ কোয়জরাউবা লমচৎনা খোংবাল পিনিন শা শীঙবি খাকতেক্লহন্দনা খোইমা নারোল নুংদা তাঙজ তম্মা লম ফম্লুও লিনলা তম্মা নাথেৎলুও, মোম্মু ঐদি চরৈ নাউহোংমা থীকলেন চাইচি-মা খোল্লাং চৈচেল-মাগী নমোম শানম ঙাইথিংতোনগুম্বীনে মোম্মু ঐবুদুম থৌরৈ তেংবাংবিরাউও চেঙজা ঙমলুম্বীরাউও হায়না অঙৌবা পুলৈরোম্বা খুন্দা য়ু শিংপাক খানপৈ চৈনম য়ু, উমি তেনথুম-য়ু য়ুঙৌ পুনজা ওৎপা লৈয়ু অথুম্ববু লৈএ লাও তংমিন্নশে হায়না পাউকৌববু পাউয়াদেএ ।। তাংখুল হুইতোক পাখংবনা পাউখুমখিএ, য়োইবুনাই শারম নূরাবীও নপাম শারম মনিল নাইবা লোইবী লমদাং ফালনা চীঙশাং খোইয়ু থকপা খারুক য়ুঙে শাববু লাংবন কারোঙ খুৎকুমলোই মোম্মু নঙবুদুম ৱায়র ইশানে হুএল ইরালনে লৌরাং খুদাপ চৈওইনা কাংকম নোংতং লেংনগে শাবল নাউদু লৈহেকনা লৈরাং তোলগা থংনগে লূরক

কাণ্ডদে থিনা হাওরা ঙানকোক শোনলগে হায়না লীরী থম্মোয় তিং লক্কা তেনমৈ লাক য়ারেল খোংখৈ চীক পীশূম পাগোয় লৈনা লোইবী কলহৌ নীক্লবগী, তমফা ব্রাংঙন্নোন্না অঙৌবা য়িমলেন লৈমনে, তমফা খাবি ইপাউশা ব্রাংঙম ইপাউতোয়গীবু তাংখুল শারম নূরাবীবু লৈনা শালওনলবনে হায়রবগীবু ।। তাংখুল হুইতোক, পাখংবনা পাউখুমখিএ ঐশূ তাংখুল হুইতোক পাখংবদি নৎতেএ অঙৌবা নমান মচানে তমফা হৈনা নতুং ইন ব্রাংঙম সনা নমৈ ব্রায়না তাংখুল হুইতোক পাখংববু ওইনা শালওনলকপনে হায়খিএ ।। তমফা ব্রাংঙল্লোন অঙানবা হেলোয় চঙবীনা অঙৌবা ইবুংঙো তাউও, অশাইঙে নঙনা তাংখুল হুইতোক পাখংববু ওইনা শালওনঙেদা তমফা নশানৌ ঐদি ইশা তুগুস্ববু তুগা চুং চকমোম লমশা তুগুস্ববু শোংগা কাঙনা শোংকিরমএ হায়না হেকঙাই নুংয়েং চেং নুংগোই শিমা ওননা পাউমেনববু অঙৌবা মমান মচানা কজেং থাঙকোক চৈশৌনা নুংশি মখৈ লৈতনা নুংওনখিএ, অদু নোংগীবু তমফা খাবী কপনীং চীঙ চীঙঙু লংবা নুংশি ব্রাইও তৌনা কৌএ ।।

তমফা খাবী কপনীং চীঙ চীঙঙু লংবা নুংশিব্রাইবু পূম্না চলনা অশৈনবা চনু নোংবানলোন সনা থোইবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু কেকে পুরীক্লাই খেনজঙনেমবা খেনজঙচাইবা সনারেমগী চাংনিংথৌ ফাবা, নিংথৌ সনা খাংজেল অহনবাও তৌনা কৌএ ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাই সনা খাংজেল অহনবদি চীঙঙু নোংদমখোন লাইবক খেলাই ইরকপবু লমজায়ফন্দবগী পোইরে মপুঙ য়াইদা য়াইবী ঈ-থৎননা অব্রাং কোরৌ নোংগা ফবা ঈব্রাং পুরীক্লাই সনা খাংজেল অহনবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কেকে ফম্বাল লাংদা চহী ১৯ পানলমএ ।।

## ঈশ্বাং পুরীক্লাই নানবা শরাবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা য়োইরুল্লোন ফৈরৌশূ থৌরৈ নোংচু অহোংঙবা খোয়নৌ লাংমৈ য়াকোন নিংথৌ চনু, মবেল হৈরেম কাঙহেনু খিংখিং কাঙহেনুবু লেপ্লে ঙানা পাম্বী কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, মপারী নোংবান য়াংহনববু তোংজেং কুয়াই নুংদা লাইজ ঈরম ইলনা তাউথখিঙে পলেম মমা হৈরেম কাঙহেনু খিংখিং কাঙহেনুনা অচেন লোকলৈ হৌনা ই দাল্লকপদা শরেং শমশাংবিচানা লেমলৈ মৈ–ফু তৈনা লাইজ ঈমোং চাউঙম্ববু মপারী নোংবাল য়াংহনববু খাজিক্লবগী লাইজ ঈদা কুম্না পারী নোংবাল য়াংহনবা নঙবু লাউও হায়না পাউকৌববু লেমলৈ ঙাবু ওইঙমলে, হৈরেম কাঙহেনু খিংখিং কাঙহেনুনা পারী নোংবাল য়াংহনববু খাজিকএ লেমলৈ শিথিবা শরেং লৈখাংবা থাংলুমবা লাইরোংবা ঙা করম্বনো হায়না চৈরমএ অদু নোংগীবু কোংবা ঙচৈথেলও তৌনা কৌএ ।। হৈরেম কাঙহেনু খিংখিং কাঙহেনু লেপ্লে ঙানা পামবি লাংব কোইদা মিংথোংফবি ময়ু নোংবাল য়াংহনবা ব্রারোঙব্রাই লাব্রাং য়াংখুবা ব্রাচৌ লম লাংমৈ য়াকোন ব্রাই উশা মৈপুঙ ব্রাইবু তেংথানবি খোয়নৌ লাংমৈ য়াকোল নিংথৌ চনু মপাম হুএল লালনিগীদি তাংখুল আমে খুৎপী লোঙবগা লৈশৎ মপুঙ য়াইগী হুএল কাইনরোং অথৌবগবু অহোঙ লানলু তৈনা শূংবা চনু য়োইরুল্লোন লোইবী লৈহৌঙম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী কেকে পুরীক্লাই নোংলেন হাইবিখোং ঙাংঙোই নানবা শারাবাও তৌনা কৌএ ।।

নয়ু নিংথৌ কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই নানবা শারাবদি চীঙগু নোংদম মতুং ইলনা, লাইরেল মৈদিংঙু লোইবী চীঙশোং ঙম্বা হুএল লালনিগীদি, তাউবা কৌবা হুইমিংনবা শেরাং কৌবা লৈমিংনবা মেনলৈ ফানজারেম্বা খোংখু লাকপা লাশোং তাউবগা চীঙশোং মরৈমাবী লৈশৎ লৈ য়োন্নুগবু কায়না হুনবা কিয়াং য়িমজঙ য়ানবা থামুং মিংনাইববু কায়না হুনবা লাইরেল মৈদিংঙু শেনবি কিয়াম্বগা উনবি পুকমান্নলা পানলে হায়দবরা ।। লাইরেল

মৈদিংঙুনা হাওরৈ নোংপোক লাইনা পাংবা লম য়োইময়াইনা খেনগাবা অঙানবনা খেনজোংবা লম শেনবি লৌথেংয়াং কিয়াং মপুঙ য়াইদা হুএল লান্দাখিএ, কেকে চীঙখৃ পানজুম্বনা শীংজঙ হাইবি মরায় লোং পামেল উরাই হক হৈরাঙ হেক্রুদা তাউজীং চানদনা লমকন ব্রাই হৈরাঙ নানৌবা তাউজীং খোঙনেম্বা ওঙলি ব্রাইদা মৈদিংঙু শেনবি কিয়াম্বগা পোং নিংথৌ চাউফা খেখোম্বগা পোং খৃৎশম্মনা খারি লোইখাইনঙৈ চীঙখোঙ পুয়োকমন লাইরেল পুকল নোংগীবু, লাইরেল থিংলৌ নীংনা তেনা পোইরৈ মপুঙ য়াইদা ব্রাইথুংলরবদা মৈদিংঙু শেনবি কিয়াম্বা শঙলেন য়াই লোইনাই নহারুপ শঙবু ঙাংঙোই নানবা শারাবা মশঙলেন লোইবী ফুমতন খুৎঙম শঙ, হুএল নুঙগাং মিংনাইবা ফান-শঙ কাশানা নিংথৌ নোংলৈপু অথৌববু লৈমু শেংতাক্লাবা পুঙ মুংয়োং থামুং মিংনাইববু লৈহৌ শেংওইনবা শঙ, হোংতু নিংথৌ পেৎলাই লানথৌয়াঙবু পামেল উখা থানা শঙ, মরাম খুৎঙম শঙ কাপুং মিংনাইবা ফান-শঙ থাংগাল নিংথৌ খাওনববু লৈহৌ তম্না শেংওই পৃঙনে ।। তাংখুল মনিংথৌ হুএল শামনথৈ লানথৌ য়াঙবু লৈমু শেংতাক্লবা পৃঙ নৃঙতেক খুৎঙম শঙ, হাওচেং মিংনাইবা ফান-শঙ নৃঙবী নিংথৌ হুএল নৃঙচরোংববু পামেল উখা থানৈএ, তিংতৌ নিংথৌ নুঙলাইববু লৈমু তম্না শেংতাক শঙনে লৈহৌ শেংওই পৃঙনে ।। শোংবু খুৎঙম শঙ খাঙঙবু মিংনাইবা ফান-শঙ তোনশেন নিংথৌ নাশী লাইববু মোইমিং লৈচুনৈএ, তুবি কোইজা য়েক লাইরেল য়াঙলী শোনবু তম্না থাঙঙা য়িমলাই থিংনৈএ ।। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা লৈখাম তারৈ য়ালনা হেনমোই শঙবু শঙলিংখিএ ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাই নোংলেন হাইবিখোং ঙাংঙোই নানবা শারাবদি তম্বা থয়াঙ মথৌমল ফৈরা তানচোকমল চীঙখোঙ পুয়োকমনগী লাইরেল মৈদিংঙু শেনবি কিয়াম্বগা উনবী পুকমান্ননা য়োইচান্নরবগী মরাক লাক লাক্কয়ু, মথোং থোংতম্না মেলনাংতনবা শাকারম্বু তৈনা ফাংনা নুংঙাই মরাং কায়না পানলে হায়দবরা ।। নয়ু ঈব্রাং পুরীক্লাই নোংলেন হাইবিখোং কেকে ফম্বালবু চহী ৩৯ তানফংবা ঙাংঙোই নানবা শারাবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই হাওচরেং লানথবা

নয়োন কেকে মোইরাং নৈমা কৌবরোন তোমশোন লাংমৈনু কৌবা চীঙথংলাং চীঙলেন থোন তরেৎকি খানলৈ তরুক নোংশাবা নমু পোংবুম তরুক তিং লোইয়া তল্লোন ইন্না খুনগুম নিংথৌ চনু ময়ু কৌবরেল অঙাংঙা সনা ঈদা কাফবি কৌবরোন খোইনাই শেল লোংবম চনুবু কোরৌ মপি তোনববু থৌথিং নিংথৌ ব্রাঙবল থিংলৌ নীকপবু থৌখাম নিংথৌ চনু কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। মৈদিংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংবনা চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখং য়োইরেনবনা মোংবা মচন নৈতববু মচল মেনু নৈএ হায়না চীনহা নোংদা, অব্রাং নোংনিংথৌ পাখং য়োইরেনবনা ব্রাতা থিরকএ, কোরৌ মপি তোল ব্রাংবা থিংনীক্লবগী কোরৌ চীঙহে কাপ ব্রাঙবল লেন হৈথরকএ লাইজ ঈনা ঙম মালেম নৈনা ব্রাৎলবগী ঙাংঙোই য়োইমোংবনা চীঙলেন পলংলা লাইজ ঈনা থুমদববু কদাইদা নৈরিগবনো হায়না লেমলৈ ঙানা তৌবগুম মোংনা মোংনা কাখিএ অদু নোংগীবু অব্রাং মোংবি চীঙদাইরেমও তৌনা কৌএ ।। অব্রাং মোংবি চীঙদাইরেম তেকপী ওকখু নৈনা কাগে কাঙমদবা শবি লাইতাঙবনা তনগে তনঙমদবা চীঙদা মমোম নৈমা লাইরোংলেম্বীগা কৌবরেন অঙাংঙাগা মখোয় অহুম্মক অথোংদুম অথোংননা লমওক্লরে অদু নোংগীবু লমওকও তৌনা কৌএ ।। কৌবরেন অঙাংঙানা, লাইরেল মৈদিংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংবাও কোরৌ মপি তোনববু ঐ থৌখামগে হায়না পাম্বা কৈগুম থৌনা য়াঙমএ অদু নোংগীবু কৈরেল পাখুলও তৌনা কৌএ ।। কৌবরেল অঙাংঙানা ঙাংলেন ঙাংজাউ মপান য়ান কাওরেল শনথৌ থি কাইরৈ য়েনথৌ থি নমু পোংথৌ থিবু নৈনা খোম্না চাকমোম খাম্বী মৈদা ঈক্লববু কোরৌ মপি তোনববু চিলনা মংনা কাখিএ চিলবও তৌনা কৌএ ব্রাংবা থিংলৌ নীকপবু পানা শেৎনা মাঙখিরে পাখুলও তৌনা কৌএ ।। কোরৌ চীঙহে কাপপবু তাইনা মেলনা কাখিএ চীঙদাইও কৌএ নোংথি চীঙলুম হৌনা কোরৌ মপিতোনববু হুপ্লা মাঙখিরে লুহুপপাও

তৌনা কৌএ ।। অৱাং থাঙবায় নোংশা খাম য়াংফং চাকলীক পোকতা য়োইময়াই তাউদনবা তাউরোইনাই অঙানববু তাউজিঙ হৈরীচিন অথুম্বনা য়ুকৌ নিংথৌ চনু মপাম হুএল লালনিগীদি লোইবী মরৌরেংগী হুএল খোংঙানববু খারা লৈশানৈএ, শীংলেন খোইকনবা লমবাল খোইথিবা চকথা মালথাচা লানশু মীনামুং লেরা মীরাংচানবু চৎলম ফানশাং থানৈএ ।। শোংতে নিংথৌ লোংকামপুগা শেকমু মতমপাককি চকপা লৈরোংপুগা লানলু অনি কোক শোক্লনা উরেপ চাখিন্নৈএ, লিলৱাই ঈমরুগী শমশোক নিংথৌ কেতাক শাগা শলফু নিংথৌ ফিকম্বগবু মোইমিৎ লৈচুনৈএ, তুবি কোইজা য়েক লাইরেল য়াঈশোনবু তম্না থাঙজা য়িমলাই থিংনৈএ ।। খুনবি নোংলৈশংনা ফৈথিংনা লৈখাম তারে য়াললনা হেনমোইনৈএ, লৈশৎ মরৈমাবি হনু মাল্লে কারবী চরৈ ফিবান খনবি তেৎনৌ পানবা চৈশুনবী শমনা য়িমদোম লোম্বিগা অদোন নোংয়াই ৱাইবা খম্ব অথৌবগা লানলু থ্রোনিক্লা লাকথ কোলয়াননৈএ, হাওবিখু হাওবিহলবু শাইফু শেনতেপনৈএ তরেৎ শেলয়ান্নবা চনু কৌবরোন খোইনাই শেনলোংবম চনু পায়মা সনা উনগোয় নুংগী নয়ু কেকে পুরীক্লাই হাওচরেং লানথবাও তৌনা কৌএ ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাই হাওচরেং লানথবদি মপল নোংলেন হাইবিখোং ঙাংঙোই নানবা শারাবা শঙলেন য়াইদা পোইরৈ চৎৱাহায় ৱাংঙম নুৱা তেম্মিন্ননা, ঙাংঙোই মরৈৱাকপু কেকে খাইচেন নাইহন্দা মোইরাং পাংশোই নীকহন্দনা পানলবদা চীঙভু নোংদমলকপবু লমজয়ফদনা তানথোং লমফাই চেনগুম্ববু য়াইবী হিংথৎননা অৱাং কোরৌ নোংগাখিএ, নয়ু নিংথৌ ঈৱাং পুরীক্লাই হাওচরেং লানথবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে কেকে ফম্বাল লাংবু চহী ৪৩ তানফংএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই খারোয়নাই তেলহৈবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা ব্রাংঙমলোন চরৈ লাইনুরা ব্রাংঙম লাকহিমোম শাফবী, থোংলেন ব্রাংখৈরাকপম চনু মফৌ শয়া চেনবনা য়েনবি, মমা নোংবান হোইয়াম্বীচা, নোংথৌ ফৌরায়াং লাইকোকশূ, ব্রাংঙম নহা লাইখংবা সনা ঈদা কাফবি, ব্রাংঙম ওম্নুরোল শাফবী, পায়মা সনা উনগোয়নুংগী খারোয়নাই তেলহৈবদি, নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেললাই, মোইরাং কশারেল নামুংবা খুয়োল য়াংলৌ লৈবাক মপাবু উনবী পুক্লিং পীনা খোইমোম শামন লীকিমনগী, ময়ুম কেকে চাউবা পুঙ মোইরাং শাংবা য়াইগী, লময়াই পুঙমিং য়াম্বা শাবল কাইখিন হকপা, চীঙয়া থেরা থেনমিং তৈবা পূম্নমকপূ খাক্তনা লময়াই পুঙমিং হকএ চীঙয়া থেনমিং নিনদে হায়দবরা ।। নয়ু ঙাংঙোই পোংলেলহনবা ঈব্রাং খারোয়নাই তেলহৈবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে, চহী ৪০ কেকে লৈকোয় ঙাকলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই আমজি লানথবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা কৌবরোন মোনশাম্বী অব্রাং কৌব চীঙথংলাং পিবুৎ নুঙথং শূবী শূরৌ চীঙ, কম্বী ফুবান লোইবি লোইরৌ চীঙ, থব্রায় মিরাংপানবু নূঙবি মনা হুৎনা পোনয়াবা চীঙ, লীক্লাই লীক্কি লীক, সনা লীকতারাইবু য়াঙলিনবা, কৌবা উথম্বালবু লৈওইনবী, খোইয়ম কৌব্রু অশূপ্পা চীঙগু মকাইফম চীঙলেন থোন তরেৎকি শানলৈ তরুক লোঙবা, নমু পোংবুম তরুক তিং লোইয়া তম্লোন ঈনা খুনগুম নিংথৌ চনু কৌবরোন মোনশাম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী আমজি লানথবাও তৌনা কৌএ ।। পুরীক্লাই ঙাংঙোই আমজি লানথবদি খোইয়ম লাইনিংথৌ কোরৌ নোংখা কোয়বা লৈচিল খোঙগাওনবা খমকোন খুনেৎনবা নোংপোক মালং

হন্মোইবা থব্বায় অচং চংত পুম্নমকপু চরা নোংদম য়শীং শুনা নাউয়োকপা অঙৌবা কোরৌ খোঙজোম্বা লংমাই কাইনৌ চীঙশোম্ববু খোইয়ম শামন লীকিননা চীঙগু লাইনীং চেংলে হায়দবরা ।। নয়ু কেকে পুরীল্লাই ঙাংঙোই আমজি লানথবা চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবদি ঙাংঙোই সনা ফম্বাল লাংদা চহী ২০ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই চীঙতরেং লৈশংবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা থোংলেন ব্রাংখৈরাকপম চনু কিয়াম্বী, লমলেন মদাইমা ফূনাল তেলহৈবা মচীঙ শাং য়াউরৌ শাগারম্বু পুম্না চলনা অশৈনবা চনু ব্রাংঙল্লোন কিয়াম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু কেকে পুরীল্লাই চীঙতরেং লৈশংবা-ও তৌনা কৌএ ।। ঙাংঙোই পোংলেলহনবা পুরীল্লাই চীঙতরেং লৈশংবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে, কেকে ফম্বাল লাংবু চহী ৩২ তানফংএ হায়দবরা ।।

## ঈব্রাং পুরীল্লাই তাইবী আম্বা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা য়োইরুমলোন লাম্বশূ নোংবাল অরাম পাম্বা ওংলম চাতেম্বা শারম ব্রাহনবা খুনবু শনয়াঙ খায়বা চনু, মপাম নোংবাল নাকতৈমদা তেকপী ওকলাকশা লাংনা লৈখোম তৈববু অশৈনবী, নোংবাল নাকতৈমদি মানবি চীয়েখোন তঙমদববু তেংথানবী, মপাম হুএল লালনিগীদি চকপা লৈমা হাওনু অতেং তাউবি মোমু তাঙজ শমফাবি ফিমু নম্না কনবী তিনলৌ ইথে লৌবিগা নোয়াই হাওতোনজম নাইচাদা পানাঙে, পানখোং

থোন্নি শকপা, মরোং চুঙশূদা তিমেন তাশূদনা খেরে কাওখোক থৌবগা লানলু অনি কোকশোক্লনা অহোঙ লানলু তৈনা শূবা চনু য়োইরুমলোন লাম্বশূ পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু কেকে পুরীক্লাই মালং তাইবী আম্বদি শায়েঙ পালনা ঙনলে তম্বা মথৌ হেনলে অয়াঙবা খোঙমা থোইনা মালং চৈরোয়নৈএ হায়দবরা ।। নয়ু কেকে পোংলেল হনবা মালং তাইবী আম্বদি লমলেন মদাইমা কৌবা লুব্রাং চীঙ কামেং লৌচীঙফৈদা পাম্বা অথৌবা কৈরেল উনবী শা খোইমা নাতোন্দা হাউনা ইশং খগুবা লোকলৈ নাপোপ তৈদবা কৈরেল উনবী শাবু খোইমা মায়ওক্লা য়ামজেং থাফংনরবগী পাম্বা নাবু য়ুং কৈরেল মৈরুং কাঙনা শারেল চোংলাক্লগে তৌগুল্লবগী, তম্বা খোইমা মায়রৈদা য়ামচেং মনম মুক্তনা লৈরি থোনবা চনু খোয়নৌ লৈরি কৌবী খানলৈ লৌরাং চৈ লৌব্রায় কামু খোক তেংকোক হৈরোয়নাইবু খূবাক তিনলাই মেন লাবা কমলাক শেংশৌননা শারেল তাঙজ লুরেলতোন্দা চৈবীরবগী পাম্বা অথৌবদি লুতুরে কৈরেল খাঙেঙনলে হায়দবরা ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাই পাম্বা কৈরেল ফাবা মালং অয়াঙববু মৈনা ব্রায়না মিংথোংফবা মালং তাইবী আম্বদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে চহী ৩৩ পানলমএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই খোকখৈ লালয়াম্বা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা য়োইরুল্লোন লাম্বশূ মপাম নোংবাল অরাম পাম্বা থাঙ্গা য়ূমচি মরিমক্তা চমলৌ থম্বাল মরি পানববু অশৈনবী, নোংরাল কংলৈ মশূমাঙদা লীক্লাং উজাউ হৌএ, লীক্লাং ব্রায় মঙাদি লৈকূ য়ুয়েলনা লৈরাই খমখাঙনা তুরেল লাতাউননা হোঙনেমএ ।। লাইরেল মৈদিংঙু তাউখল্লাং খল্লাং য়ারববু থেমথ য়োই নিংথৌ চনু য়োইরুল্লোন পায়মা

সনা উনগোয়নুংগী নয়ু কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ লালয়াম্বাও তৌনা কৌএ ।। ঙাংঙোই খোকখৈ লালয়াম্বদি লাইরেল মৈদিংঙু শেনবি পাইখোম্বা পোইরৈ খুনয়োকপা তয়ম নাইয়োকপা লোইবী হাওমায়োল ময়োন খুল্লেন লৈদা খৌশাবা নৃঙকোৎ যুমজঙ য়ানবা হুএল লাংমৈতোং ফাবা কশোং লানচাইবগা য়োইচান্নরবগী চীঙঙু থংজীঙ মরলকু খোইয়ম য়াইবী মথৌজানগী ঙাংঙোই মপুঙ য়াইদি নুংঙাই মরাং কায়না পানলে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু পাইখোম্বা তুবি সনা মহাকথকতা হাওরৈ খানা পাংবলম মালং নোংখৈ চুপ খারম তৃশৃক মপুঙয়াইদা তুশৃক য়াগা চাইনা পনথেং নোংদা, লাইরেল থিংলৌ নীংনা তেনা তুবি মচেং হলব্রাইরকপদা লোইবী খাকলৌবা খারম তুশৃক মনিল নাইবনা চীঙশাং খোকলোয় হৈ পোইরৈ তুংইন তান্না তকথরকপবু, নয়ু কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ লালয়াম্বনা পোইরৈ অখম মীপোককে ব্রাংঙম অথৌ লাংগোনগে হায়বগী পোইরৈ খমলৌবা ব্রাংঙম কোলহৌববু তৃশৃক মনিল নাইবনা শমু হকথেং ফংনা থাঙলেন লাময়ান্নরক্লবগী পুরীক্লাই খোকখৈ লালয়াম্বদি খোইমা মমায় ওনদা য়ামচেং মনম মুক্তা শমু খোঙবী লৈতঙ লেংনা মদোম উচুঙ খোংফৈ ওই ব্রায়রা শাউ ওইনা পোইরৈ অখম মীপোক্লক ব্রাংঙম অথৌ লাংগোনলকএ হায়দবরা ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনবদি, লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা নোংচুপ খ্বাই লানথবা, লাংনুং লোইখোম্বা অখেল মোশোপরাই অথৌববু থাঙলেন পামহৈ শকপা গোপাললো সিংহ ময়াম্বনা তুবি ফম্মোই মিংতা কা লাইরেল ফোলাংমৈদা তোংলবদা, ঙাংঙোই থয়াঙ মথৌমল চৃঙশেল মরাল ওন অব্রা হুমাং মল ফৈরা তানচোক মনগী লমলেন মদাইমা হাওরৈ খানা পাংবা লম হেম্বা উরিংকোল চুম্বা কাইকোংথেল থৈতং ময়ুম্লাক লোইবী শাচুঙ মপুঙ য়াইবু লোইকেনলে হায়দবরা ।। নয়ু কেকে পোংলেলহনবা ঙাংঙোই খোকখৈ লালয়াম্বা থয়াঙ মথৌ মলদি, হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংব লম কেকে মপুঙ য়াই মোইরাং চাউবা পুঙ খুগা নানবি

ঈব্রাংখা লাইতোংবনা লাইচিংলম খুগাবনা লাইহোই লমদা, মপল লাংগোই লৈরাম্বীচাবু লাংগোই কোল্লোন থোইবনে ।। খুগাও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো তুবি শাৎমাবা পামা মচন থিংঙাতাউবীনা মথিং লাইরেল পাখংববু য়ুকৌঙে, কুকি অহোঙবগী মাঙশোক লাইথংবদা শনগোল নাইকোল শানা লনকুইএ, ফম্লেন খাথংবদা কোরৌ শেনজাও চিগা পৈনা ললকুরম্লবগা, তুবি শাৎমাবা লাইরেল য়েকমাবা মথিং লাইরেনবনা তুবি মঙাইরোয় লাইরেল মহিশাং পুম্নমক্কা চাঁঙলক লাইজ অখুবা কুকি মচীঙশাংবু ইলনা কাখিএ, অদু নোংগীবু খুকাও তৌনা কৌএ ।। খুগা তোরৈথেক্তা লূব্রাং তোনকাংজম নিংঙোনবী মোম্নু য়ব্রা শিনথোঙ হাঙবি পায়মা শিনলৈ লোম শিন্নাই মথোঙ খঙদবী তরেঙ খোংফাং নামুংনবীনা ওইখি–শা লাংগোই লৈরেম কাও লুব্রাংববু মালেম লীরু য়াফকলৌ শোংচি নাপৌ লোলনা লাংগোই কোল্লোন থোইনা শামু শায়াম ফাবনে হায়দবরা ।।

হে ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই থোকখৈ লালয়াম্বা থয়াঙ মথৌ–মলদি অদুসু মদোমদে, লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা তুবি মহাকথক্তা ঔব্রা মনিল নাই খামরল লাংগোই পূঙবুরেম্বনা নোংপোক ব্রাইরং লম্বু খোলনা খোইবু ব্রাবা চীঙ তাউজীং হৈতৃপপোক নাউতাবি নাউরংকোল ব্রাংজীং লোকচাউ–ঈ চিবি লোক্লৌ–ঈ চাখা শারুং থেলদা পোইরৈ তমদা–তা, ব্রাংগুম তমদা কুম্না হুএল লানকারকএ ।। থোংনাং তখেল মনিল নাইবসু তখেল লাল্লোয় মপুঙ ফানা হুএল লালহৌরব্লবগী, কেকে তমদা–তা মোইব্রাং তমদা কুম্না ঙাইদৈ লৌকোলনুং কোনুং অচনবা থম্বাল নোংশা লৌদা তখেল তেঙ্গোল লিংলরে ।। নিংথৌ অনি থাংচপ্লানা পনথেংলবগী পোইরৈ লাঙতব্লা ঙাংঙোই লানফেন্নরবগী লাইরেল মৈদিংঙুনা ব্রাহোম্লকএ, ইদাইরেম পোইরৈ খুনফমথৌ তয়ম নাইফমথৌ তুবি ফমথৌ ইঙাইরোয় লাইরেল নিংথৌ ইহীশাং পুম্নমকও, কেকে পুরীল্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ লালয়াম্বাসু তাউও, ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবনা শমশোক অনদবা শনলম পাংগা মনিল

নাইবা নান্দা শেকমু পুন্নমকপু পীরকও হায়বা, থোংনাং তখেল মনিল নাইবনসু ব্রামহোন বামোন হঞ্জবগা পাংঙল তখেল মরমবুগবু পুরকও হায়বা অসিবু পীশে হায়বরা, হায়না পাউহংলকপবু, নয়ু কেকে পুরীক্লাইহ্ ঙাংঙোই খোকখে লালয়াম্বানা পাউখুমখিএ ।। লাইরেল মৈদিংঙু মানশৈ ফময়ান্নবাও, কেকে পুরীক্লাইচা ঐবু হনু ঈয়াই–কাদরি, ব্রায়র শাথোঙ কাউদ, হুএল লানথোঙ নিন্দরিএ, থোংনাং তখেল শোক্রদা খামরল হানদনা করিগী মচেং পোন্দাই লাক্রুম্ববু পীরুগবনো, নমু পোংবুম্মাবু হায়দববু খামরল শমু মখুবাক্তদি লাংবল কৌজেং চোংবিচা অমত্তসু পীফরোই, থোংনাং তখেল তানদবদসু চেক্লা মোংবা অপিশক অমত্তসু পীফরোইএ ।। তখেল তানদবা খামরল মনিল নাইববু শায়েঙ থৈনবা পাম্বোম ঙানবা মানবি চিয়েনা কাওরেল তম্না লাইথেংনববু পোইরৈ লানমী মপুঙ ফাবা লাইরেল ফমথৌ নঙাইরোয় পুন্ন মকসু খোইমা নমায় হল, য়ামচেং ননম মুক্কনুও ।। কেকে ঐগী অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুন্নমদি তুরেল ব্রায়খুবিচা তুগুম্ববু তেরোই নীংনা লানফম তমথীবা চীঙলেন লৈকিনথগুম লৈতাঙ কোলয়া অচিবা কোনখম ঈব্রাই ওঙবদা লেপ্লৈ ঙায়িন তক্কুম তকশিনলক্লবা নোংদসু শমু খোঙবী লৈতঙ লেংনা ঙাংঙোই লৈবাক ঙাক্কে, পোইরৈ লম্বু কনগে হায়না ঙাইখমলিএ, হায়না পাউখুমলক্লবগী লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বদি তুবি মথি নাই লাইরেল মরাঙ হৌনা থৌদোংখিএ হায়দবরা ।। খোইয়ম মথৌজাল চীঙঙু মরলকুগী চিবি লোক্লাউবুঙ চাখা শল্লুংথেল কাকোন নোংদম ঈদা খামরল লালগা মাঙনা ঔব্রা থোঙলেন লানয়াম ফারৌরে হায়দবরা ।। খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেল লাইমরু খোইয়ম মথৌজানগী ঙাইদৈ পলমরুদা তখেল নেৎচৎ য়াননা ঙাইদৈ লালয়াম ফারৌরে ।। লাইরেল মৈদিংঙু নোংচূপ পামহৈবনা মমোম সনা খোম্মদোল ব্রাংগোল লাইনূরা অতেংবী ব্রাংঙম ফিরাক থকখন্না মুংফি লৈরুম্না ফাকং লৈওইনবী লাইরেল মপা মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংবা কজেং তংখু তংহন–লী চাখা কৈরেল শোক্র–লী

লৈনুং হীকাপ য়াইকাপ–লীনা চীঙড্ নোংথৌ সোয়ারেলগুম লাইরেল ম্নায়র তেলহে শকপা, তুবি য়োইহৈচেং লাইরেল অকল হয়িংচেং, মমোম তমফা ম্নাংঙস্লোন সনা কোনখাং মরোল য়াম্লী লক্তগী, হুইয়াই লীকলু অথেঙঙা মতুং কোন্না ফোইবী সনা খোম্মদোল অতোনবীবু পীনা নিংথৌ মঙাই অপানববু ওইনা য়োইচান্নরে ।। নয়ু কেকে পোংলেলহনবা মমোম ঈম্নাংলোন নোংপোক পাইখু লানথবীবুসু মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা তুবি ফম্মোই মিংপু ফম্না লাইরেল ফোলাংমৈবু তোংমিন্নরবগী নুংঙাই মরাং কায় হরাউ মথোই তোংনা পানমিন্নরে হায়দবরা ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ লালয়াম্বা থয়াঙ মথৌ মলদি হাওরৈ খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে, ঙাংঙেই য়োইমোংবনা মোংবা লোইকেনবা কাকলেন লান্দাবা শৌবোন খোঙগনবা লম লোইবী অনাল মপুঙ য়াইদা চূঙলেন থাকুপ হৌ থাঙলেন খেরাং থাং তিমেল হুংশোল লৈনা পনথেংলবদি অনাল থুমবি মৈমাঙচল মৈবী তাঙ্গোই পাই মৈখু নোংলোন–কা চৎলম ফানশাং থুম্না হুএল লানশীং মুৎলে, হুএল লালনিগীদি অনাল নিংথৌ হুএল শেকচমপু লানথৌয়াঙবু কায়না হুনলক্লে হায়দবরা ।। নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই অনাল ঙস্বা হুএল শেকচমপু ফাবদি খল্লাং পারেপ ফা ইরেং পুরেপ ফং নোংবাল হোঙনেম লুম্নাং নিংথৌ পুল্লিবা শঙদিং লোনঙৌ লৈ, শল্লাং তুনিংথৌ খিংখিং নাম্নাইরাংবু চূবা ঙৈতং থল হনবা পোকশং থোম পুল্লি হাইহে শক্লা পানলবদা মমোম মৈতৈ লৈমা নোংপোক পাইখু লানথবীদা ম্নাহোমখিএ ।। ইমোম মৈতৈ লৈমা য়োইবু তাউরোয়নাই চোয়নৌ সনা ঈনলেন তরা খানবী চান্দা লৌচীঙফৈ খাবি লৈহাউ পোককি লাশক কজেং থাঙশাববু কায়না হুনবিও, নপল ঐদি হনু ঈয়াই কানা মানলৈ ঈরেং চনশিনলক্লে ইশিং শিংনা ফৈদুরা ইমৈরানা ম্নায়থুরবগী চকপা হাওরা নান্দগুম হুই, লাংলেন কোঙয়াং ম্নাতোলগুম কোনশিল্লক্লে, কেকে ঈপল লম মোইরাং শাংবা পূঙ ইয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেল লাই মোইরাং কশারেল নামুংবা চীঙড্ সনা মখোঙ খাদা

লোকলৌ শোইনৌ থেম্না লাংলেন কোঙয়াং ব্বারিংলমগে, হয়েং কেকে চারী কুই মোইরাং খোঙদোল শাংনা ব্বারীনহৌশনো হায়না পাউমেনখিএ ।। মমোম তমফা ঈব্বাংলোন য়োইবু মৈতৈ লৈমা চিবি লোকলৌ পুঙ চাখা শারুংথেল কাকোন নোংদম ঈগী লাংগোই খোঙথোইবা মুক্তা য়াইওইববু চৎলম খোঙব্বায়ননা সনা ফম্বাল তোংফবী, ফোংদু হিয়াম লোকপী নোংপোক পাইখু লানথবীনা মপল ঈব্বাং পুরীক্লাইগী য়াথং মতুং ইলনা য়োইবু শংলৌ মথৌরাঙ য়েনলাং মঙমদম্বু উনবী পুক্লিং পীনা শংলৌ থৌরাঙখিএ ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ লালয়াম্বদি তালোয় তুচা হৌ, তয়ম নাইচা হুপ্না, চরৈ মকা ফোং মানলৌ মীমাঙ তাক তরেৎ মনিল নাই ব্বাংলেন মরাঙ হৌ পেরে শিনাই খোং শিংগা খোঞ্জেল চাউ, চরৈ ফিরাল লমহাই নাই লাংগোই মাঙওইননা, লানলোই লমশাং ঙালনা, কেকে লম্লেন মদাইমা লুব্বাং লোইনাই য়াওশূ তানবনা লাবা খূমন পুনা য়ারৌ শানারকপদা পামেল ব্বাংনা অপাকপদা তরা চাকচাননা য়াংলৌ লমদন ব্বাই ব্বাংথলম্লুংশিবু নাতৈননা খুয়োন তেবী তেশা ব্বাবু ঙমলোননা, থাঙলেন নাপল হাই কজেং য়োংহক চল মালেম লৈমায় তেম হেম্বা লাংখোং তৌ,লোকলৌ পামলোন খানা লাংলেন কোঙয়াং ব্বারিংখিএ ।। ব্রামহোন খোইয়ম লাইওইনবা পুরোহিৎ মনাও য়োক্রা যৈগ্যা মরাঙ হৌ ইরাৎ মশীং ব্বাৎতনা চরৈ ফিরাল লমহাই নাই খূবাক তবুং ফু জগোয় লেম্লে শা নোইনা ঙমদম হৌ, তরেৎ মনিল নাই ব্বাংলেন মরাঙ হৌ খোইয়ম লাইমিং শোলনা কোরৌ লনশারে ব্বাংবল পাউফারে, অদু নোংগীবু কেকে মোইরাং নিংথৌ খোকখৈ লালয়াম্বা কোঙয়াং মখুৎথা লাংলেন মনাউয়োক কেকে পুন্সি অপাল ব্বা-ও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। নয়ু ঈব্বাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ লালয়াম্বদি নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ কেকে শাৎমাবা খুয়োল য়াংলৌ লৈবাক মপাবু মানবি খুৎতপ্না মূকমু লৈতোল কোন খূবাং চাংজৌ চেপ্না লোলনা মালেম থৌরৈ লৈগা পায়না পুরুমজখিএ ।। হে ঈব্বাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই অনাল ঙম্বা হুএল

শেকচম্বু ফাবা উনবী পুক্লিং চুম্বা খোইয়ম লাইবু নীংবা নমু থুনা কোঙ্গোই লাং শিনা মীনম–লাং তাঙজ ইকাই খুদি–লাং লৌশিং মীনম লাংথাক ব্রাবু উনবী পারৈদববু য়াথং ব্রাচুম শূবগী পুক্সি হাইহে শক্রা পানলম্বা লাংলেন কোঙয়াং ব্রারিংবা ঙাংঙোই অনাল ঙম্বা হুএল শেকচম্বু ফাবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে কেকে ফম্বাল লাংবু চহী ৩১ তানফংজেএ ।।

## ঈব্রাং পুরীক্লাই খোরী শাংদোল নাউ

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা নোংচূপ কংঙ্গারোল ব্রাকচীং লোইদাম থাবু মিংথোং ফবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী নয়ু ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই খোরী শাংদোল নাউ ব্রায়র পানজুম্বা–ও তৌনা কৌএ ।। ঙাংঙোই খোরী শাংদোল নাউদি খোইয়ম লাইরী থিনা চীঙঙু লাইনীং চেৎলে, য়োইবু লাইরীক লৈমা শীংজাখোম্বী হুম্বু নারেং শূবী তাঙজ লৈতোন তোংবী য়াউরৌ শারোল থোকপী নমু পোংলোন থোক শাব্রা চেকলোন থোক পূম্নমকপু লনকুহৈবী চীঙঙু মরলকুগী খোইয়ম লাই–ইয়েক অরুববু লৌমা তৈনা পায়মা উনগোয়নুংদা য়াব্রা পুতু য়েক চকমোম খাউহানলে লৌব্রাই হাতাং শাংগুম লৌশিং মতাং শাংনা উনবী মচাক হোমএ শাগৈ লাইরী অচেৎপবু খল্লাং ব্রারী কাউদনা ঈরেং পুরী খঙএ হায়দবরা ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাইনা মপারী মৈবী শারম ওইবা ফমলেন য়ুতোপ্লা শাবল লানথোঙ শিনববু শাৎতবগী ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেল্লাই মোইরাং কশারেল নামুংবা তাইবঙ নমু মীশেম্বা চীঙঙু সনা মখোঙ খাদা লনশাখিএ ব্রাঙবল পাউফাখিএ ।। থোইনু অহোংবী ঙাতা শল, কাওরেল থোইকাপাক য়িংথি পামহৈবা কাওরেল পুম্না ঙৌববু মানবি চীরেল য়েৎলমদা চোয়নৌ সনা লোঙখুম হুক, মানবি চীরেল ওইরমদা লূপা লোঙখুম হুক, কাওরেল মখোঙ মরিমক্তালূপা খোঙ কাওরৌ চন কাওরেল লীগা থুনা খোইয়ম খরায় পূঙজি লৈনা হাংনা, চীঙঙু য়াইকোল চঙ হৈরাঙ পাকতক্রা তাউজীং ফাফেলনা

শীওলেন লৈয়াম হুল খাবী লেংনা তিল অমাই নাক্লৈ শিলনা কোরৌ লনশারা ৱাঙবল পাউফারবদা, চীঙঙু মরল-কু খোইয়ম থংজীঙ মথৌজানগী, নয়ু কেকে পুরীক্লাই খোরী শাংদোল নাউদি ঈৱাং লাইজ মহী হুল লাংবন লীক্লা পিশিল তোনবু ঈহুনখিরবগী, মপারী ঈৱাং পুরীক্লাই মৈবী শারম ওইবা ফল্লেন য়ুতোপ্পবু নুমিৎ চৈজেন্দা থবা লালনংদবদা নাউনৌরে, নয়ু থংজীঙ মরলকুগী হরাউ পূক্লিং পেল নুংঙাই মথোই থোংনা পাল্লমএ হায়দবরা ।। নয়ু কেকে পুরীক্লাই ঈৱাং খোরী শাংদোল নাউদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চুনবনে, কেকে ফল্বাল-লাংবু চহী ১৯ তানফংজেএ ।।

## ঈৱাং পুরীক্লাই খেল্লৈ নুঙনাং তেলহৈবা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা খায়োইরোল তোইবী শৌগাইশূ, মপাম নোংয়াই লৈকোয় পুঙ, খুমল তাউতেক কোন্না-তা শোইপাই হারেপ পুঙ শোইথিং হাথফম্বু অশৈনবা চনু, শোইথিং হাথফম শোইপাই হারেপ পূঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, ময়ুম নোংয়াই মনিল, নাইবনা মরম থৌবাল লম্মাহন্দা অদোন মরাঙ হৌনা পানলিঙে, মদাইরেম চোংমু চোংথাবম চনু, খাইমু খাইথিবম চনু তোংপোই ৱাইরৌ থংবী ফুমথি নাতে কাঙবী শাব্রা উথিৎ তনবী লোক্লৈ তারেল হৌবী খোয়নৌ মত অনিমক্লা লেল্লৈ ঙাতারুবদা নোংয়াই মনিংথৌ অদোন লাইফেনবদা ৱাকৎখিএ ।। নদাইরেম ইবিংঙানা লেল্লৈ ঙাতারুবদা মিংয়েং শানখৈরকপবু লৈএ, পোনবি য়াকাবা লোকলৌ হুমথিববু চেক্লা য়োমদমপৈ, লেল্লৈ ঙায়াফম ৱানচেং মকোনফম্বু খোংলেন মরিল য়ামএ, নোংয়াই নকাইফম অদোন নরৈনেৎপু ওইরবদি নোংয়াই মনিল নাই অদোন মরাঙ হৌরঙেনে হায়না ৱাকৎখিএ ।। নোংয়াই মনিংথৌ অদোন লাইফেনবনা ৱাহোল্লকএ, নোংয়াই ইমাইবা ওইনম লাংপোকশূ নঙদি কাইরে য়েলহিং থানা নোংয়াই লমদম য়েংলুও হায়না থৌশীখিএ, নোংয়াইনা

তেংথানা খুমন্না মিকৌনবদি য়েনবাবু শোইপাইও কৌএ, য়েনমোম্বু শোইথিংও কৌএ ।। নোংয়াই মমাইবা ওইনম লাংপোকশূনা য়েনবা শোইপাই অমগা য়েনমোম শোইথিং অমগা কাইরে য়েলহিং থানা মরাল হানলনা য়িমতাহনববু য়েনমোম শোইথিং মানা কাইরে য়েনলুম তরামণ্ডা থুরবগী মচেং য়েনচা তরামণ্ডা কোক্লে, লোইবি চীঙ-কাকলেন কাকলেন শাকামু অৱাং কোরৌ নোংশা ৱায়না থুমনাউ চঙনা ৱাই য়েন্নাউ চঙনা চেনবিদে ।। য়াউরৌ শা-তোকপা তোকমু মৈশাংবনা থোংলেন লমগা শা লৈপুঙ কোইচরাউবনা য়াওচাগবরা য়াওচাদে, মথিং মাকপা তেনকাপ্পনা কাপচগবরা কাপচদে, য়েনবা শোইপাই মপারীবু হাথনরে য়েনমোম শোইথিং মমোল্লোনবু হাকোক্লরে অদু নোংগীবু শোইথিং হাথফম শোইপাই হারেপ পুঙও তৌনা কৌএ ।। নোংয়াই লৈকোয় পৃঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইববু কোরৌ হন্না কাং কুম্বি য়াইচেং নীক্লবগী অমু নোংগা পামবনা কোরৌ নোংদা কানা লাইজ ঈনিরুঙে, চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল অৱাং পাখং য়োয়রেনবনা লাইজ ঈথোঙ ফাৎনা, ৱাকয়ে মখুনেৎ তোংজেং হিয়াঙকোক্না খুমু নৌরোংমগাবু লাইজ ঈরোয়ননা ফেনথবীরকলে মরুম্বী অরাই চীঙঙু চনুনা মরান কংলৈ মশূমাঙদা লোক্লৌ পাকোন শানা লাইজ ঈয়াই নোংয়াই খাদা, খুমন লাইথানা অৱাং পাখং য়োয়রেনবা ৱাকয়ে মখুনেৎপু কদাইদা তাগবনো হায়না কোয়না কোয়না য়েংখিএ, অদু নোংগীবু নোংয়াই লৈকোয় পুঙও তৌনা কৌএ ।। খুমু নৌরোংমদি য়াংবনিগীনা কোরৌ নোংলোনমা ফেননা লংনা লৈরে, নোংয়াইনা তেংথানা নৌবু তাউতেকও কৌএ, তাউতেক মখুৎশূবু কোলনা তাউরকএ, অদু নোংগীবু খুমন তাউতেক কোলনাতা-ও কৌএ ।। মবেল ঙানুরোন পুঙকরাং লময়েনবীনা ইনোংয়াই শোইপাই অহনবা নঙদি নোংয়াই লৈকোয় পৃঙ খুমন তাউতেক কোলন তবু অশৈনৌও, ইনোংয়াই শোইপাই তাইবঙজাম্বা নঙদি কেকে লৌথাঙগা থাঙগ লিংবি চীঙবু অশৈনৌও, ইনোংয়াই কাইবি খুরামপাম্বা নঙদি নোংয়াই উচিৱা খোইদোমপানবু অশৈনৌও, ইনোংয়াই লীকমন লানথবা নঙদি হৈরেম মরকশি কোনয়া খোইদিংপানবু অশৈনৌও, ইনোংয়াই থোংজু নহা অতোনবা নঙদি নরম লল্লেন মদাইমা নোংয়াই চেঙজা ৱাবগাইবু অশৈনৌও হায়না লময়েনখিএ হায়দবরা ।।

ময়ু নোংয়াই শোইপাই অহনবা সনা ঈদা কাফবী মপাম নোংয়াই মদাইম্না সনধোঙ মঙাং লৈমচা য়ুকোনবা থোংশাব্রাই মঙাং নিংথৌ চনু নানবা থোংশেল্লম হাওরোক নানবা শাফাবা থোংচৎলমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ।। মঙাং লৈমচা য়ুকোনবনা থোংশাইএ, মঙাং নিংথৌ য়ুনানবনা থোং-শেমএ, মশানৌ হাওরোক নানবা শাফাবনা থোংলেন শেংখোঙ চেৎপরা হায়না তাঙজ লুবু ব্রাংনা থোংলেন তিংবিথক্তা লাননখিএ, অদু নোংগীবু হাওরোক নানবা শাফাবা থোংচৎ লমও তৌনা কৌএ ।। হাওদিংনা তিংনামবি পাউজেল থোং কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, নোংয়াই তয়ম নাইকি-থী, শীংজা ব্রাইকোইবী য়েনলাং থৌচৎপীশিংনা, য়োইময়াই তাউদনবদি খেনকারক্লে, ইমান য়াইথিং চাউববু লাক্তরে হায়না তিংনা নোংদম খোংনা ঙাইখমলম্মে, অদু নোংগীবু হাওদিংনা তিংনা-মবি পাউজেল থোং মমান মচা য়াইথিং চাউবাবু লেপ্পা নোংহাম থোংও তৌনা কৌএ ।। তারি নমোই মচন নাউব্রা চেঙজাম থোংও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, ময়িম নোংয়াই মনিল নাইবনা, লংমাই খুনখূ নাগে কাংক্রক কাংনৌ থেংগে উফোং মৈশা তানগে, ব্রাইকোকপা লমলেন চেনগে, চীঙখম ব্রামৈ শমগে, থৌবাল লাইজ ঈ-য়া হেপকে হায়বগী, ইনুং কৌবা শোইরক্লবগা নোংয়াই চীঙশোং ইনিংথৌ অদোন পুন্সিবাও ইনুং কৌব শোইরক্লে, লংমাই খুনখূ নাশে লৈমা তরানা য়েনয়োম খোমহানববু, য়েনয়োম খোমহাল লোইরে, নিংথৌ তরা মনা শারং লানলঙববু, শারং লানলঙ মঙম লোইরে, থাঙজবা য়াংগেল শুজানা শা-শা তেনশা লোইরে শিন্নাইবা থোংকমশূনা খোকখু য়াইখু মতোন লোপ্লে, য়োইরেল নেমবি শূজানা চানা পূঙগাইরক্লে হায়না য়াহৌখিএ ।। তারি নমোই মচননা ইনুং কৌবা শোয়দ্রিঙৈদা তরা চেঙজাম্নবু নোংয়াই মরমবু মফোং শারামবিচা তরেৎ শেনজা লৈরোং অতেরোচা পায়মা লিনদাং শাংবা চেঙপোল লৌয়াম্বনা পাউহংখিএ, তারি নমোই মচন ইমোম নাউব্রা কৌবীও, ইনুং কৌবা শোয়দ্রিঙে তরা চেঙজাম্নদি কৈদৌবনো হায়না

পাউহংখিএ ।। তারি নমোই মচন্না, ইদু নিংথৌ নোংয়াই ইরমবুও নঙদি নাত্তাদরিবরা অয়ুম নোংয়াই মনিল নাইবদি লংমাই খুনখুনাগে কাক্রক কাংনৌ থেংগে উফোংমৈশা তানগে ব্রাইকোকপা লমলেন চেনগে চীঙখম ব্রামে শমগে, থৌবাল লাইজ ঈয়া হেপকে হায়বগী, ইদু তারি নমোইগীদমকপু তরা চায়োম্নববু চেঙজাম্বনে হায়না পাউখুমখিএ, অদু নোংগীবু তারি নমোই মচন নাউব্রা চেঙজাম থোংও, মফোং শারাম্বীচা পাউহংব্রাইও তৌনা কৌএ ।। খায়োইরোল মপাম নোংয়াই লৈকোয় পৃঙ খুমন তাউতেক কোন্না- তা আমু নোংগা পাম্বনা লাইজ ঈনি পুঙ মরুম্বী অরাই চীঙডু চনুনা লোক্লৌ পাকোৎ শানা লাইজ ঈয়া পুঙ, নোংয়াই শাইপকপা খুমন শাইদাংবা হৈরেম মোইনু থুমবা চনুনা য়াউরৌ অচঙ য়াই মানবি শাখোময়াই অদোন থিংলৌ চিবাক লোনচি য়াইবু য়াইখঙবা পুঙ, মদু লেম্বা মোইনুচা অয়ম্বা য়াউরৌ শায়োক কোন, হৈরেম মোইনু থুমবা চনুনা মোম্নু শঙদিং মৈতৈ তেম্না য়াউরৌ চিখনব্রাই, সনধোঙ মঙাং লৈমচা য়ূকোনবা থোংশেল্লম মঙাং নিংথৌ চনু নানবা থোংশাব্রাই, হাওরোক নানবা শাফাবা থোংচৎব্রাই, তারি নমোই মচন নাউব্রা চেঙজাম থোং, হাওতিংনা তিংনা-মবি পাউজেল থোং, মমান য়াইথিং চাউববু লাক্কবরা লেপ্লা নোংহাম থোংবু পূম্না চন্না অশৈনবা চনু খায়োইরোন লোইয়ম্বা চনু খোইয়ম লাইরৈমা য়োইবু তোইবী সনা মমিং লেনবু মিংথোং ফবি পায়মা সনা উনগোয়নুংগী পনথৌ নপা ঈব্রাং পুরীক্লাই কেকে পোংলেলহনবা ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবাও তৌনা কৌএ ।।

পুরীক্লাই নূঙনাং তেলহৈবদি অচাউ লেপফাদা শাংশূ ঙমদমদরিঙৈ মপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেল হনববু শীংলেন হান্না শেৎনরা লৈরাং হালনা খাইনরবগী পলেম মমা খায়াইরোল লোইয়ম্বা চনু ফৈরা তান্দা থোং লোক্লৌ চাইজি ঈঙৌ হোম্না নাউয়োকপবু লাংচেং নেম-নেম মকারক নাউব্রা কাঙফৈ লোনজামা পানলক্লবদা, পলেম মমা খায়োইরোল নোংয়াই অঙনবা চনুগা পলেম মমা মচাবু শমু পাল্লোইননা তুবি য়োইকোল্লবু ইন্দানলক্লে

হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা লীক্লাই সনা ময়াথং তুবি মপাউমেনবু লাংবন চীঙশাং খোইরেল হীগুম্না ব্রাহোল্লকএ, ঙাংঙোই নাউব্রা অখুবা নঙবু নপল পনথৌ নিংথৌনা অচাউ নঙবু লেপফাদা শাংশূ ঙমদমদনা করম হুল্লানলম্বনো, পনথৌ নপা পোকমাবদি কোরৌ নোংতামদা থবা নোংলেপ্তনা, কৌবা চীঙদোই লং লোইরং অতোইবা পামেল মানবা উরোই লাংগুম্ববু তুবি ঐগা তোয়নরম্বনে, তম্বা ময়িনলক লাংচেং মকারক, পাখং তেনজে ময়িনলকপদা মপারী লাংগোন্দা, মমোম নাউয়োক্তনা করিগী অমন শিগুম য়াঙখিবনো, পনথৌ লেপলৌ শনগুম্ববু লাইরেল ঐনা লাংগোনবিগে ।। লহান ইয়ু নিংথৌ হাকতক খুদিংদসু কেকে শেনজংনা পোইরৈ পাইজংননা পানলকপা কেকে ইঙাইরেল তাঅনে, ইমোম তমফা ব্রাংঙল্লোনবু পীনা নাউয়োকপিগে, নাউব্রা কোলোয় নমিংথোংবু নয়ু খেল্লৈপাম্বা ঙাংঙোই লৈতাঙ লানথবা থোংনাং অশিখা ফাবা খেল্লৈ লৈয়ি লানথবা মিংবু মিংথোংবিগে হায়না মিংথোংবিখিএ হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও, নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা খায়োইরোল লোইয়ম্বা চনুদা অনৌবা ব্রাহোল্লকএ, কেকে মোইরাং লৈমা খায়োইরোল তোইবী শৌকাইশূও, নপারী অসিবু অচাউ লেপফানা শাংশূ ঙমদম্লববু চেৎনা নাউয়োকচৌও, হয়েং তম্বা নুপা থোক্লঙৈনো হায়না ব্রাহোল্লবদা মপল খায়োইরোল লোইয়ম্বা চনুদি মপারী কেকে পুরীক্লাই খেল্লৈ নূঙনাং তেলহৈবগা তুবি য়োইকোননুংগী থিংলৌ নীংনা তেনা কেকে মপূঙ য়াইদা হলব্রাইরক্লে হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও, খোইয়ম ললকু য়াঙনা পোক্লকপা নপল পনথৌ নিংথৌ পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি কোরৌ নোংজা খুদিংদা লোইদাম নিনমাং থাগুম লাংচেং নেমনেম মকারক লোক্লৌ তবোপ কাইগুম চেংলৌ শকথোং মঙাল নাইরক্লবদা শেনলোই মপাঅউ পুনুং শাৎমরোই লাংনুং মাংপোম মারোইশিংগা পাথৌ লেংতিন্ননা লৈপুঙ য়াকারে খাংজেং পোংবৈরে হায়দবরা ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই পোংলেল হনবদি খোইয়ম সনা মখোঙ খাদা কোরৌ ললশামনগী চীঙঙু ললকু লৈনা নাউনৌরকপনিগীনা নাউব্রা মখুঙৈগী হৌনা

পাথৌ মমান্নবা পূম্নমক্কসু অঙজ ইকাই খুম্নেএ লাইরেল মৈদিংঙুগী লীক্লাই মপারী লাংগোই শায়াঙথক্তা সনা খোকখে মরোল য়াম্বশিংগা থৌজাল পূকমান্ননা উনবি মখল নাইদনা ঙাইরোইনৈএ হায়দবরা ।।

পুরীক্লাই খেল্লে নুঙনাং তেলহৈবদি পুয়ি ঙাগুম খেরাং থাং লাংয়ি ঙাগুম খরায় লুকতম চোংনিংলক, লাংবন লুহেং চেক্কুম হেনমোইরক্লবদা লাইরেল মৈদিংঙু নোংপোক কোয়রেল লময়েং হৌবা মেতু লোইখোম্বা থোংনাং ময়াম্বনা মমোম তমফা ব্রাংঙল্লোন তুবি চীঙলাই লৈমা, লাইরেল কজেং ঙানবা চনুবু মপল মোংবা থাঙঙা নিংঙোল-কা লহান লৈমা মমাঙগী লৈমা লাইরোং লেম্বী, লাইরুমচেংবী, লাইরুমলাংবী, মেৎপিলাইবি মরিমানা য়াতারিঙৈ, তমফা ব্রাংঙল্লোন অঙানবা হেলোয় চঙবী, ব্রাংঙম হৈনা থৌথিংফদবীনা হালনা য়াতা-কা, খাবা শোকচোম্বা মদাইরেম লোইয়ম হংলৈবীচানা তমফা কোরৌ অব্রাংবীবু হৈরাঙ নাক্তা য়েপ্পা পাউথেমব্রাই, মপল মোংবা থাঙঙা নিংঙোল কাগীবু লমগা হৌনা মমোম ব্রাংঙল্লোন কেকে মোইরাং লৈমা শেনবি মব্রাং লানথবীবু নপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই নুঙনাং তেলহৈবদা মরাল নুহোঙ খোঙদোংলক্লে হায়দবরা ।। কেকে পোংলেলহনবা ঈব্রাং পুরীক্লাইদি পোইরৈ সনা পূঙগা নিংথৌ মঙাই অপানববু ওইনা ঙাংঙোই মপুঙ য়াইদা নুংঙাই মরাং কায়না পানলবদা, পোইরৈচা পাখং মমান্নবশিংগা, মৈদিংঙু শেনবি খাগেম্বা, লৈকাই শারেল শায়েন পূঙ পোইরৈ থাঙঙা কৈথেল লেনদা লাংগোই খোঙওইনা খুরুপ মলপন হৌ কাঙজৈ হুমতং পাশান্ননা নাইনু পনজল তান্নববু নমু মীমান্নদে হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি, থোংনাং ময়াম্বা খোইয়ম লাইবু নীংবা চীঙঙু রামচন্দ্র নামুংববু লাইরেল উনবি পুক্লিং লেপ্পা চীঙঙু শামন লীকিমনগী য়াইফ মথোই থোংনা হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংব লম থোংনাং মঙাই নুঙতোং চীঙবু ফৈনা শম, লাইজ ঈ-তুয়াই তুয়াই লম্মুংশিবু কালনা-চোং, থোংনাং থ্বাই ফানচাম ঈ. ময়াং ধোবা ফিশূবা উতী খমকোই

ঈদা, তুবী ব্রাকয়ে খোঙ-ওইনা খুমু পানলোইননা, রাম রাখোন সনা খোঙথোং চীঙদা থৌদু নূঙখিল তানভেদা তুবী হৈনা মতুং ইন লাইরেল সনা মমৈ ব্রায়না হৃএল লালতম লৌবগী লাইরেল মৈদিংঙুনা ব্রাহোমখিএ, মাক্লৌরেম ভাংঙোই খেল্লে নহা কেকে পুরীক্লাই নঙদি তুবী হৈনা ইতুং ইলনা হৃএল লানশোক খমথেংনববু তম্বা নতীক হকএ, তখেল লোইচেং অমা চাইনু মনিল নাইববু হৃএল লানমিং থানৌও হায়না লনকুবিরে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বগী লীক্লাই নোংশা মৈরুং ব্রায়না হৃএল লানতম লৌবা তখেল চাইনু ঙম্বা পুরীক্লাই নুঙনাং তেলহৈবা থয়াঙ মথৌ মল চুঙশেল মরাল ওন্দি অদুনসু মদোমদে, হাওরৈ নোংপোক লাইনা পাংবা লম য়িংথি কালনা চোং নমমু লাইজ ঈরান-থৌ থবা লীকচাক-তোংবু নাতৈননা শেনবি চক্লে ভান কবো তাংলৈ ভান য়োইময়াই তাউদনবা য়াব্রা মপাউ চাউনা লম, নিংথৌ খাগী নহা শাফবা উমৈচা নীংথিবনা সনা হংজৈ খুৎতা শৃ লূপা হংজৈ নামৈ য়েপ্লা নুমিৎ সনা থোঙ হাংবা লম, মরুম্বী নিংথৌ কাংবা চনুনা লাংগোই চূপলী কোনচন পায়না থৌখামব্রাই অভানবা সনা মৈকোয় লম খাগী ফাং নিংথৌবু নাতৈননা চোয়নৌ সনা মপাল-শা লূপা মহৈ য়ানবা, শোয়তোক লুখাম-ঈ ভাচিং শালওন ব্রাইবু ঙল্লোন্নবা ঔব্রা থোংলেন লাক মাখৈ, তৃহাং লম্লুংশি মেতু খুনলেল লৌদা হৃএল লানতাঙেদা লাইরেল হৈনা মতুংইল তুবী সনা মমৈ ব্রায়না লাল-লোয়নখিএ ।। শেনবি খামরল মথি নাইনা হৃএল লানশোক খমথেংনরবদা, কেকে পুরীক্লাই ভাংভোই নূঙনাং তেলহৈবদি তম্বা মথি নাই য়াংগোই চৈখোম ব্রানয়ে খূরুপ মলপন হৌ শেনবি মায়ওক য়ানা হৃএল লালশোক্লববু, খামরল তম্বা মীখন-খায় খোইমা মমায় লৈদবা নন্দশ্রা ওক্লেন তোমচৎ কাওগুম্বনা তিমেন মখুৎশূবু খুবাক তিনলাই মেন তিমেন হুংশোন লৈনা ফেনলকপবু মালেম লৈদা তুরে খামরল তম্বা মীখল খায়দি লানফম খুৎশূ থানা তিমেন খুৎশূ হাঙলবগী শমু হকথেং ফংগে হায়না য়ারেল খোংখৈ চীখ পামেল

কাণ্ডদ্রেন লুরোয় শূনা তানশিল্লকপবু পুরীক্লাই তিম্মেন মখুৎশূনা উনবি থনুং থিৎনা মালেম লৈগা তুনা থিনথুরে, থাণ্ডলেন চেপ্পা চল লূরক কাংদে-থি খৌনাউ লোনথোং লেনলে হাকচেং মমান লৌনা লানলু চোম্মায় ফোয়রে হায়দবরা ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবা থয়াঙ মথৌ মলদি অদুসু মদোমদে, লাইরেল মৈদিংঙু নোংচূপ পামহৈবা কেকে ঙাইদৈ লৌকোন্নুংদা থোংনাং তখেল ফময়ান্নবা, হুএল শত্রজিৎ নারল লানথৌয়াঙবু কায়না হুনবানা চকপা অঙ্গো-ঈ য়িংথি ঈয়া চাউবু লাইজ ঈরম ইলনা হুএল লান্দা নোংদা তুবি সনা মমৈ ব্রায়না হুএল লান-লোয়নখিঙৈদা, নোংপোক ব্রাইরং লমখাঙমাদা, চীনলেন মীগা কেৎন-ব্রা, য়াথং পাউথি থোক্লরবগী তম্বা কজক হৌনা মমান লাইরেল মৈদিংঙুদা হুএল লানশীংনখিএ ।। নিংথৌ নমান্নবা সনা চোঙলেল খানবা খামরল লাংগোই পূঙবুরেম্বগা শায়েঙ থৈনবা পাম্বোম ঙানবদা পোইরৈ চিৎনদা খামরল চায়নদনা হুএল লানশোক্লোং অসিদা তম্বা খোইমা ইমায় লৈদা য়ামচেং ইনম মুক্তনা, ব্রায়র তেনকাপ্তা তিমেল তাহন্দনা শমু হকথেং ফংনা য়ান্নগে হায়না ব্রাশক্লমলগা, ঈব্রাং নপা পুরীক্লাই ঙাংঙোই নুঙনাং তেলহৈবদি, কাওরেল তুগুম্ববু মথি নাইনা হুএল লানজংখিএ ।। খামরল শমপোক মহিথেলদা তেংগোল মায়ওক য়ারবগী চাকমোম খাম্বী মৈশা লাংবগুম হুএল লানশোক্লরবদা, খামরল য়াচাতুরা অথৌবনা খোইমা মায়রৈদা লাংলেন কোঙয়াং ব্রাচীন চাউগুম লানফম খোঙদোইরকপবু, পুরীক্লাই নূঙনাং তেলহৈবনা লাংগোই শায়াঙথক্কী মালেম লৈদা কুম থাঙলেন খূৎতা শূ অচেন খোঙলৈ য়াঙনা তানশিনখিববু খামরল য়াচাতুরা অথৌববু শমু লেংলোই শম্না য়ানথুরে হায়দবরা ।। কেকে ঈব্রাং পুরীক্লাই খেল্লে নূঙনাং তেলহৈবা ব্রাশক য়াথং হোংদবা হুএল য়াচাতুরা লানথৌয়াঙবু কায়না হুনবদি লানফম নুপা থোক্লবগী লাইরেল মৈদিংঙুনা লীক্লাই মপারীগুম থৌজাল মায়ওক্লনা য়োইচানবিখিএ ।।

হে ঈব্রাং পুরীল্লাই নপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবা থয়াঙ মথৌমল চূঙশেল মরাল ওন্দি অদুসু মদোমদে, হাওরৈ নোংপোক লাইনা পাংবা লম লোনলোই মদাইমা অব্রাং কায়নৌ লৈচীঙখৈ চীঙখৈ লম্লুংশি শাদু খোল্লোই চীঙ থাঙতুপ লেংলোইপোক নুংকোন চীঙনামুংবু নাতৈননা, শেল্লোয় লৌথোং খোং থোংখোঙ চীঙলাংমৈদা, থোংখোঙ লায়বা ব্রাথা-ব্রা, কারল লায়বা ব্রাথা চীঙ, হাওনু শোলমোই তাউবী ব্রাঙাক ব্রাই, কারল লাকপা শোলমোই তাউবা মচীঙ শাং, কারল নৈমা খোংনাম্বী মরমখৈ, কারল নিংথৌ লোকপাম্বা মচীঙশাং, কারল লম্বুবা থোংখোঙ পোৎথোকপা চীঙ, কারি নাচৌবা মকাইফম্বু ঙল্লোন্ননা, লোনলোই চীঙখল অমা ঈরোক লোকশা অমদা থাগুপ কৈরেল নুংনাইবা, খোইমা নাতোনদা অথৌবা, হাউনা ইশং খপ্তবা, লোক্লৌ নাপোপ তোইদবা, থিংলৌ মঙাইরোয় শারেল মহিশাংবু খূপুম লানলোই থা ইমু তোংগা চিং মরাং হিংফোয়ননা চাক্তাবা কৈরেল উম্বী য়েক্লাববু পোইরৈ খুনজা হৌ তয়ম নাইজা হুপ্লা, হাউনা নারোল শৎ, পামবা লাংগোয় চল লোক্লৌ পল্লোন খানা শারেল কোনলোল্লে ।। নমু মীয়াম চঙ পাম্বা শারাংথা তিমেল তায়াম কোয় তাজিল ইংখোল ফৈরোয় খাবগুম কৈরেল পনচোংলকপবু তম্বা কজক হৌনা, কাওরেল তুগুম্ববু মথি নাইনা পাম্বা শা-রাং তম্না চোংশিনখিরবদা পাম্বা থাফংনা কৈরেল মায়ওক্লনা, পুরীল্লাই খোকখৈ নম্বু মখুৎশূনা পাম্বা থনুং থীৎ কৈরেল নোংদা লেংনা মালেম নৈদা নমনা থিনথুরে হায়দবরা ।। ঈব্রাং পুরীল্লাই পাম্বা কৈফাবা ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবা থয়াঙ মথৌ মল চূঙশেল মরাল ওন্দি অদুসু মদোমদে, লল্লেন মদাইমা হনবা কৈরাবা কৈশঙব্রাই হননু কৈরাবী কৈঙাকলম অব্রাং হনবা কৈরা থোংবু নাতৈননা য়াউরৌ শানাখিএ ।। থাঙব্রায় মার নিংথৌ খোইয়ম ওংচা চীঙমাবা মরমখৈ, নোংবাল খূমিংপা লূব্রাং খূমিং নম্বগা উয়ুঙ শোইনাউ থিনা পামেল তংখায় লৌবদা থাঙলেল মখূৎশূবূ কাউরল্লবগী অনৌবা থিংলৌ নীংনা তেনা লৌরুইএ হায়বগী থাঙব্রায়

লম্মাহলও তৌনা কৌএ ।। অৱাং থাওৱায় লৌহল চীও হনজীও লম্বুংশি ওক্লম লম্মাহল য়েলনান লম্বুংশিদা চাক্তাবা, পলেম মমা নৈনুং পিশিলনু মচা মালেম লৈথোঙ ওক থিংলৌ কাও তমথা শল, চীওলৌ খুচুপ কেনদা ওকলেন নমলি লোক্তরিঙৈদা, লোক্লে শিরাই-তু পুলে য়াথক শেলনা চাকনাবা, ওক্লেন মথন্না কজক হৌ থিংলৌ মথি নাইবা ওক্লেন লাংশম থৌববু, ঈৱাং পুরীল্লাই কেকে পোংলেল হনবনা, লাংগোই খুরুপ মালপল হৌ পুরীল্লাই তিমেন মঁখুৎশূবু খুবাক তিনলাই মেলনা তিমেল হুংশোল লৈনা ফেনলবদি থিংলৌ কোংলৌ তুনা চৈথারবগী শারেল মমায় লৈদা থিংলৌ মথি নাই ওক্লেন কজক হৌনা তেমশীংলবগী, নমু মীচঙ ঙম্ন দরবগী ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি, লাংগোই শায়াঙ থক্লি মালেম লৈদা কুম থিংলৌ মায়ওক্লনা ওক্লেন থাফংননা খোকখৈ নম্বু মখুৎশুবু খুবাক তিনলাই মেন খোল্লাং তামৈ কাও ওক্লেন লাবা থনুং থিৎ মালেম লৈদা তুনা থিন থুরে হায়দবরা ।। হে ঈৱাং পুরীল্লাই-ও কেকে পোংলেলহনবা থিংলৌ তমথা শল ওক্লেন লাংশম কাওবু কায়না হুনবা পুরীল্লাই থয়াঙ মথৌ মল ঈৱাং চুওশেল মরাল ওন্দি অদুসু মদোমদে, লোইবী শোংবু মনিল নাইবা কবুই তানদবা পূন্নমানা চীওশাং খোঙলোয় হৌ খোইবুগুম ময়া-শা, শায়বগুম মচিন তুম্না ৱাংগোল পুকৈরোইদা শেনবি কনতৌ য়োৎকুম হেম্বা নুংগন্না লোইবী মথন্না ঙনচানা হেম্বা মথন্না ৱাংচানরবগী, ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংগা, পোইরৈ লাল্লোয় মপুম ফাবশিংগা ঙাইরোইননা হুএল লান্দাখিএ ।। লম্লেন মদাইমা তৌবুল লম্মাহনবু নাতৈননা, তৌবুল-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, খুয়োল খম্বা লায়রবগা মরুম লাইয়েংহনবিগা, লাইয়েংখুবিগা খানলৈ লৌতাবদা, মরুম লাইয়েংহনবিনা পাউথিনখিএ, থংলেল খম্বা লায়রবা-ও নরুম নওগী অপাম্বি লাইয়েংখুবি অতোনবিনা মোম্নু লৌৱায় হৌতারৈবু চুবা ঙৈতং থলনা থেৎপা অসিবু পাখং চেঙজা মশানঙম নূরা মানজ মনিন্নবনা

শীংলেন লোন্না পীবা লৈনে হায়না পাউথিনলবগী, খুয়োল খম্বা লায়রবদি . য়াইবী মনুংহৌ তিল্লাং মখোয় শাউনা মরুম লাইয়েংখুবিবু লীরুং মখুৎশূনা চৈবীরবদা মরুম লাইয়েংখুবিদি হৈরাঙ মচা য়ালনা তাউজীং মরু পানববু লোইদাম য়াব্রা থাশুরবগী লৌরী শেনদোই নুংদা তনলাগুম খাঙতেক্লানা নোংমনলে ।। মরুম লাইয়েংখুবিদি শোয়খোঙ তইথেৎতা থোংখা পারৈদবগী খুয়োল খম্বা লায়রববু কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা খঙলমলে, খুয়োল খম্বা লায়রবনা য়াউরৌ শাবান লোক খাম্বী মৈশা তানবদা মানলৌ মাগী কোকথোং-ফি চরৈ লমফংদববু মালং মথি নাই খমকোন মরাঙ হৌবনা হুমদোকখিএ, নোংয়াই থিংগোল খুবনা লোক্তাক ঙাতাবগী তোংজেং হিরুবাকথক্তা খুদে ফৈনা তারুরে ।। খুয়োল খম্বা লায়রববু নোংয়াই থিংগোল খুবনা শমু তুংদা পারৈ লালগা-শা তৌরেল খাইবোক লৌনা পুনলমএ, তৌবুলও তৌনা কৌএ ।। খুয়োল খম্বা লায়রববু লূরক কাঙদে থি খৌনাউ লেনথোঙ লেনগে হায়ববু য়াংলৈ তাউবা মহুইচানা থৌরবগী লূরক কাঙদে থিঙমদা খৌনাউ লেনথোঙ লেনঙমদনা হলব্রাইখিএ অদু নোংগীবু খুয়োল খম্বা হুইথৌবা-ও তৌনা কৌএ ।। তৌবুল লম্মাহনবু নাতৈননা নাচৌ লমওনথোকপু ঙমলোন্ননা ময়ু নিংথৌ ঈখায় কায়রেম্বা সনা চুঙশেনকোল ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাবা মপারী নিংথৌবা নোংমনব্রাই কেকে নিংথৌখোংদা পোইরৈ তেংগোল লিংনা ঙাংঙোই লানবল শারে ।। ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি শঙদিং লাল্লে থেম, পুনুং লানপোৎ মঙাল নাই, লীরুং খুৎতা শূ তেন্দোং নমদা হুল লোইবী মচীঙ কা ঙারা চীঙজেং শম চীঙলেল নাকপক-কা, লোনলোই লৈমতাকতা লোইবী ময়ুরোল মনিল নাইবগী মারেম থাফংনা লোইবী মায়ওক্লরবগী পোইরৈ চায়নদা মরেম হন্নদা ঙাংঙোই মথি নাইনা হুএল লালশোক্লরে হায়দবরা ।। ময়ুরোল মনিল নাইবদি হেম্বা মথি নাই লোইবী মরাঙ হৌ থৌদু নূঙলেন নোংচুনা তিমেল মখুৎশূবু থৌবোম লৈনা পানগুম তিমেন তায়াম হুল মরোং ঙক্তা হুক ইঙেল লৈথেৎ তৈ

হাওয়াম লালহৌ খোলমান্না লোইবী ক্বাক চোংগুম মারেম কজক হৌনা তকথরক্লবগী পোইরে অথৌ লীচা হেপপা পুক্লকক্তি লোইবী মচীঙ কাঙমদা হেম্বা পানয়া পক্কে পকঙমদনা ময়ুরোল মায়ওক য়াঙমদরবগী পোইরে নীংতেনা ব্রাংঙম লোংনা হনলে ।। ঈব্রাং পুরীক্লাই খেল্লে নূঙনাং তেলহেবদি মদাইরেম ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পাম্বা কৈরেল তেংথাবা পূম্নমক্কা খোইমা মায়ওন্দা, য়ামচেং মনম মূক্তনা থিংলৌ তুগুম্ববু মথিনাই ওক্লেন তূগুম্ববু কজক হৌনা পাম্বা কৈরেল থৌগুম থৌদু নূঙপাকথক্তা চোংখৎলবগা লীরী থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাক ব্রায়র শেংগম থোং লীচিং নাকোঙ ফং লোইবী মায়ওক–য়া মারেম থাফংনা ব্রায়র থিনকাপ্লনা তেনব্রায়রবগী য়ামলা খোংফৈ চীনলোন চনগুম চৈরৎখিএ হায়দবরা ।। লোইবী হাও পাখং মরোং চূঙশূবা পূম্নমক্লা ব্রাংঙম তুংইল তালনা পোইরে হকথেং ফংগে ফংঙমদ্রবগী কেকে পোংলেলহনববু থৌদু নূঙদুম হুলনা তিমেল তায়াম হুনজিল্লক্লবদা ঈব্রাং পুরীক্লাই তখেল চাইনু ঙম্বনা অনৌবা লীরী থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাক, তেনবি নোংচুনা ব্রায়র নমকাপ্লনা হুএল লালশোক্লববু ব্রায়র তনবুম হাঙ তেন্দোং নম্বো তিংলবগী মদাইরেম হৈনা মতুং ইল সনা মমৈ ব্রায়না হুএল লানলোয়নরকপাশিংগী ব্রায়র তেলয়াম খোম পুরীক্লাই মথি নাই ঈব্রাং মরাঙ হৌনা ব্রায়র তেনব্রায়রবগী পুরীক্লাই শমু মখুৎতোল ব্রাইরং লৈনুংশিগুম্ববু ইমু খাকমা তানা লাইজ ঈঙাঙ থোক্লবসূ তম্বা খোইমা মমায় লৈদা য়ামচেং মনম মূক্তে ।। কবুই তানাদা ময়ুরোল মনিল নাইবগী লোইবী লমকেৎপা হেম্বা লমথোইবা মারেম চীঙথৌরেং অথৌবনা লোইবী অঙম চূঙবু মরোং ঙক্তা হুক তিমেল খুৎতা শূনা শমু খোঙদোইরকপবু নপল ঈব্রাং পুরীক্লাই কেকে পোংলেলহনবা ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহেবনা, লীচিং নাকোঙ ফং, লকা তেনমৈ লাক্লা ব্রায়র থিনকাপ্লরবদি লোইবী চীঙথৌরেং অথৌববু চূঙলোং মনমখাঙগা শমু মহকচাংগা ব্রায়র তেন্না থূম্না তেনবাল্লবগী উনবী চফম লেংনা নোংমনলে হায়দবরা ।।

হে ঈশ্বরাং পুরীক্লাই-ও থৌদু নৃঙপাক থক্তা ৱায়র তেলহৈ শকপা ঙাংঙোই নৃঙনাং তেলহৈবা ঈশ্বরাং থয়াঙ মথৌমল চুঙশেল মরাল ওন্দি অদুসু মদোমদে লাইরেল মদিংঙু নোংচূপ পামহৈবা লাইরেল, কোলোয় মমিংথোং হেৱা মিংচৎপা কোলোয় মমিংচাউবু তুবি কোলোয় মমিংথোংনা মিংলেন নোংশা পানলোইনবা মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা মমোম তমফা ৱাংঙমলোন তুবি চীঙলাই লৈমা লাইরেল কজেং ঙানবা চনু ৱাংগোল লাইনূরা অতেংবী মহাদেবী ঙাংলৌ থম্বাল লৈগুম্বীবু, ঔৱা তোঙদোই পূঙ তারঙ লানগারম থিংগু নাই-য়িবিচা মঙফাও-ৱাই হংকোক লূমকোনলম তেরা উঙৌ পোক পোনবি শেক্কুরেক অঙৌবনা লোক্লৌ হুমথিৱাই পাংঙল শংগু হিথাংফম, ঙারা মপান শা শ্রানচে লৈময়াই চৎত্রা মংশ্রা নিংথৌনা খুনখিলপূঙ চোয়নৌ সনা মপাল -শা, লূপা মহৈ য়ানবা পূঙদা ৱাঙনবা ঔৱা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবা রোদনা পুরো লৈকোয় ফম্বদা শমু খুৎশিন্ননা মরাল নুহোঙ খোংদোংবিরমলে ।। লাইরেল থিংলৌ নীংনা তে, লীক্লাই নোংশা খুমন হনলক্লবদা, ঔৱা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈকোয় ফম্বনা ইমান পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ ৱাংঙম লৈমাবা-ও, কোই তরেং মনিল নাইবনা ঈরোই লোইবিরেল মেলতু লৈময়াইবু পনথেংলবগী মেলতু মপুঙ তাক্লা পনথেংবিরমও হায়না হুএল লান্নেকখিএ ।। মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা তুবি মথি নাই লাইরেল মরাঙ হৌনা কোই পনথেং নোংদা, কোই মরাঙ হৌ ৱাংঙম খোইমা মায়রৈদনা, তরেং য়ামচেং মনম মূক্তনা হুএল লানশোক খমথেংনরবদা কোই তানদা তরেং মনিল নাইবদি কাঙদেল ফৈনা লং তিমেল তাহুল চৈরৎতনা কোই মথি নাই শমু হকথেং ফংনা তকশিনলক্লবদা পোইরৈ অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমক্তি কোই মায়ওক য়াঙমদনা ৱাংঙম খোইমা নীংতেনরে ।। ঙাংঙোই নৃঙনাং তেলহৈবদি কেকে অথৌ লীচা হেপপাশিংগা ঙাইরোইননা পুরীক্লাই মথি নাই তম্বা মরাঙ হৌ য়াংগোই শাগোল শাথৌ থোই খূরুপ মলপন-হৌ লানফম চবূক খায়, লাল্লাউ নোংখাক চৈরোয়ননা

ফুজিনখিরবদা কোই লানথোঙ কায়না লালকম হুকচেন্নরে তরেং লালয়াম তুরে ।। ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবা কোরৌ নোংশা ব্রাইগুম কোই লানচাইবদি, মমান লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা, মাকলৌরেম খেল্লে নুঙনাং তেলহৈবা তখেল চাইনু ঙম্ব-ও তম্বা থয়াঙ নথৌমল চূঙশেল নরাল ওনগী কোই লানথোঙ কায়না হুএল লালয়াম ফারৌরে হায়না মতীক চীঙলেল পালং লাগুম থাগৎখিএ হায়দবরা ।।

নপল পনথৌ নিংথৌ ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা মপারী মপল তমফা ঈব্রাংলোন নোংপোক পাইখু লানথবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী লাইরেল মৈদিংঙু চকপা কৈনুংশি মেনখোম্বা লায়োনলাংবু মৈনা ব্রায়না মিংথোংফবা লাইরেল মেনখোব্রা তুবি মহাকথক্তসু পোইরৈ চৎব্রা হায়মিন্না, কেকে নূব্রা তেম্মিন্ননা পানলে হায়দবরা ।।

নপল পনথৌ নিংথৌ ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা মপারী, মপল তমফা ঈব্রাংলোন নোংপোক পাইখু লানথবী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী লাইরেল মৈদিংঙু চকপা কৈনুংশি মেনখোম্বা লায়োনলাংবু মৈনা ব্রায়না মিংথোংফবা লাইরেল মেনখোম্বা তুবি মহাকথক্তসু পোইরৈ চৎব্রা হায়মিন্না পানলে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু পোইরৈ নিংথৌহনবা নোংপোক লোংকাপাই লানথবা লীক্লাই কাইনৌ চীঙশোম্বা মপারী, মপল মৈতৈ লৈমা তমফা ঈব্রাংলোন নোংপোক চাখা মরিং লোইখোম্বী পায়মা সনা উনগোয়নুংগী লাইরেল মৈদিংঙু লিলব্রাই ফাংলৌ মরাম্বনা তুবি ফম্মোই মিংতা ফম লাইরেল ফোলাং-মৈ, তোংলবদা, মমান কেকে পুরীক্লাইদি চোয়নৌ সনা ফম্বাল তোংনা ঙাংঙোই লৈকোয় লেপ্লা মোইরাং কংলা তোংনায়াংদা সনা ফম্বাল শেমঙৈদা লাইরেল মৈদিংঙু লিলব্রাই ফাংলৌ মরাম্বদি মশানৌ শীংখোঙ য়াইমবগা পোইরৈ মপূঙ য়াইগী কেকেখুনগুম্বা মোইরাং খুন্দারকএ হায়দবরা ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি মোইরাং মপল লম ঙাংঙোই মরৈবাক খোইমা নায়োম্নরববু

থাঙলেল নাপল হাই কজেং য়োংহক চলনা, লাইরম খোংলেল ময়িল তংলববু হুপলেন খোমশি-লোন পোরোম থাঙতানা তৌরা খাংপক শা পোম্বী য়োমদোম-পৈ ক্লক পোইদু খোংলববু লাইরক চেলনা তালনা খোংখঙখিএ ।। লময়াই পুঙমিং মাঙলববু য়াউরৌশা-তোকপা তোকমু মৈশাংবা, লমবান শাওন কোই লৈপুঙ কোইজরাউবা থোংলেন লমকাম শানা য়াকানরববু লময়াই চেলনা তালনা পুঙখঙখিএ, চীঙয়া থেলমিং মাঙলববু শাফুচা খুৎচুম্বা লাংহৈচা তেনবানবনা শাফু চীনলোন চল লাংহৈ য়াথং শীনরববু চীঙয়া থেনখঙখিএ ।। কেকে পারী লাৎ মোইরাং পুরী লাংপা পুম্নমকপু থৌকাউদনা, কেকে মমাইবা খাবী থীয়াথৌ অমাই শুমতোং লাংনা চীঙগু লাইফম খুদিংদা খোইয়ম খারায় পুঙজি লৈনা হাংনা কৌবা লকথোংকা চীঙগু থোংবাল ব্রায়না কোরৌ লনশারা ব্রাংবল পাউফা মতোল লোম্লবগা, কেকে মাগী য়োইকোন্নুং কোনুং অচনবদা পারিং লাংশং থানা মালেম লৈমায় তেম্লবদা য়িমলেন মখুৎফা কোনলোই শঙগায়রেলবু তৈনা শেম, কেকে থংজীঙ য়িমজাউরেলবু উরেপ চারা য়ুং ফমলেন য়ুতোপ শেম লাংলেন শারোঙ পুঙমায় হাপ্না তাউখঙলে ।। কেকে য়োইকংলা মোইরাং কংলা তোংনা য়াঙবু পামেল অঙনবা তনলা অরেম্বা শীনৌ মোইতাং তরেঙ-য়োৎকুম্বনা য়িম্বী কাউজোং য়ুং ঊরা ফৈগৈ লাক পামেল উখাঙ থোংবু তৈনা শেম শঙলেন মথোন তৈনা চোয়নৌ সনা ফম্বাল লাংবু তৈনা শেম্না তাউখঙলবগা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পুম্নমক্লা নিংথৌ ফম্বাল কানা পোৎপু পোৎলোই মশীং শু পোৎয়াও মশীং ব্রাৎতনা শংলৌ থৌরাঙলা য়েনলাং ঙমদম লোইরবদা ।। নপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেল হনবদি মশানৌ তমফা ব্রাংঙম্লোন শেনবি মব্রাউ লানথবীগা য়েনপঙ ফাইপঙবা পোংফাই তোলয়াম্বা, উখোক ব্রাখোক শেং নাখাই নাতাঙবা, নাপু-নাশেনবা, শোংলেন চীঙবাথি পুম্না য়াউনা লাইজ ঈরীক লাইশেং থোইবা, চীঙয়াই কোয়রেল-ঈ লাংপোম চীঙজাও-ঈ, চীংমু লৈতম ঈ,

পুরুম তুইগী ঈ, কেকে লাইখ্ ঈ, মোইরাং লাইশল-ঈ, মানবা শনথেল-ঈ, থিনবী শুনা ঈতম খোং মোইরাং ব্বানবি-শুনা ঈব্বান-খোং, চেক্লা পোনবী থীকক্ অমুবনা খৎফাং লৈচ্রেঙ ফাম্না হোংনা লাইজ ঈ খঙ-খোং, ব্বায়খ্ খুৎলোঙ-ঈ, থরাউ নমশং-ঈ, মমায় নোংনেম লাইনা পাংনা চেনবা-ঈ, খোইয়ম লাইফম খুদিংগী লাইজ ঈরম মশীং শুনা ইরু শান্তেংলবগা, শানৌ মতে মনাওদি ফম্বাল চরে ফিনৌ থোন লীক্লাং মঙাল নাই থবাক লীকথোন তৈ চোয়নৌ সনা লৈওইননা চেংলৌ মিৎপু লংনা চরে ফি-থোনলে ।। নিংথৌ পুরোহিত মনাও য়োকপু ব্রামহোন লেংনা তিল উংকার খোঞ্জেল চাউ যৈগ্যা মরাঙ হৌনা খেনলেন মতম অফবদা কোরৌ কুপ্পা মশাল তম ব্বাঙবল অরংবা মঙাল লৌনা কেকে কংলা তোংনা য়াঙদা চোয়নৌ সনা ফম্বাল তোংলে, নিংথৌ কোলোয় মমিংথোংবু সনা ফম্বাল মিংবু মিংহুনবদি ঈব্বাং খোকখৈ পানজুম্বা কৌনা মিংচুরে, নপল তমফা ব্বাংঙমলোন শেনবি মাব্বাউ লানথবীবুসু কোলোয় মনিংথোংবু কেকে মোইরাং লৈমা তমফা মৈরা পোনজেনবী কৌনা মিংচুরে হায়দবরা ।।

নয়ু নিংথৌ পুরীক্লাই খোকখৈ পানজুম্বা ঈব্বাং থয়াঙ মথৌ মল চুঙশেল মরাল ওনদি হাওরে নোংচুপ খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে, লোইবী মনিল নাইবা মারখেং তানদবা খারম লাংতে পুম্নমক্লা শায়বাগুম ময়া-শা খোইবুগুম মচিন তুম লোইবী মথন্না ঙনজানা হেম্বা মথন্না ব্বাংচানরবগী নপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ অথৌ লীচা হেপ্পা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা চোয়নৌ সনা চিনবা মোইরাং লুপা থেৎপা শায়েঙ কোলবু শিবা উরা পামদু চিনবা কাওবি শলশকপা কৈরেল তেংথাবা পুম্নমকপু ঙাইরোইননা হুএল লানদাখিএ ।। কেকে লম্লেন মদাইমা খুমু লৈরিবা মরমখৈ, লমলেন তোরবুঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো, কেকে কুরাউবা শাকোই য়াঙনা চানা কোংদিং থেংঙৈদা হুএল লালনিগীদি, চানা কোংদিং মরৈমাবী মোইবুঙ পোৎতম শিবিগা,

তাইদন মরৈমাবী লীক্লোন চাত্রে ঙৈথোম্নবীগা হৃএল লানবুম অনিমকপু কায়না হুনলক্লে, লোইবীনা মিকৌনা মারেম্না ব্লাহায়না অঙাং নাউব্রা অখুববু অেরোও কৌএ, লাল্লুবুসু তোরো কৌএ লানলু তোরো অনিমকপু লোঙনা ফাইনা ফারকএ, অদু নোংগীবু খুনবি তোরোফাই লপ্লেন তোরো পুঙও তৌনা কৌএ ।। লাংশন মশাবিগা লাংশোই মশানৌগা ময়াই য়াইয়েংনঙৈদা ঈরোক লাইচম লালনা চীঙশাং নাপোম্মদা লাংশোই মশানৌগী খানলৈ লৌঙাক শঙবু, মশাবি লাংশন ময়াই য়াইরংচালনা খানলৈ লীঙাক শঙবু শঙলেন মশা পানগুম চীঙলেল নাপোম লালনা পাইশিনলক্লে ।। লাংশন মশাবিগী চেঙজা ফম্না নৃঙ অপাকপবু লাংশোই য়াইনা কৌরবদি নৃঙলেন মশা পানগুম, ঈরোক লাইচম লান চীঙশাং নাপোম শমনা পাইশিনলক্লবগী য়াইরেল য়াইনা অপাকপনা থৌদু নৃঙবু য়োম লোইবী ময়িম্নাক লাংশোই মরান য়াইকোন্দা লাইজ লোক্লম ইলনা লৈনা লানা পুখৎখিএ, অদু নোংগীবু লপ্লেন মদাইমা মরৈ-লোকও তৌনা কৌএ ।। লপ্লেন মরৈলোকপু নাতৈননা শানৌ মচীন মনাওগী হেম্বা য়াইচেং লোকনে হায়বগী য়াইচেং লোকও কৌববু কেকে তাফা-থি, মোইরাং হৈমন তানবনা লানলৈ লোকও তৌনা কৌএ ।। কেকে খুমু লৈরিবনা খারী লৌখোঙ-চু চল্লৌ লাফম ফা, হাওদৈ য়ুনৈ হৌ, শারেল ফাহাপ্পনা হোঙনেমঙৈ কেকে মমাইবনা লোকও হায়ববু লৈতে খুমদনা হোঙনেম্বগী খোইয়ম মথৌজাল চীঙঙু মরল-কু খোইয়ম কোরৌ লনশাপোৎ পুম্নমকপু ব্লাংপা লৈতনা মরৈরকএ হায়বগী খুমু লৈরিবা হোঙনেম পুঙও তৌনা কৌএ ।। চীঙঙু লাথমপোক লপ্লেন তোরো পুঙদা তরেৎ শেনফাং য়ৈ, ব্লাংলেন পৃঙয়াম থীন কারা পৃঙদোংয়ৈ পেরে শিনাই খোং শিংগা খোনজেল চাউ, চারৈ ফিরালনা লেংববু পোম্বী নোংলোন পাইবগুম ফিরাল লমহাই নাই কেকে মথি নাই ঙাংঙোই মরাঙ হৌনা লাল্লাউ খোনজেল মনিল নাই ঈরোক লাইচম নিল, কোরৌ তম নোং-খোং ব্লাঙবল লাউনোং খোংগুম কামল খোনজেল চাউনা কেকে তেংগোল লিংলবদা ।।

লোইবী খারম মনিল নাই মারখেং তানদনা ফিবুঙ ব্রাইনেম মনিল নাইবা খারম লাংতে পুম্নমক্লা চেংলৌ মিংথিংলা মিংয়েং শানখৈরবগী খোইমা মায়ওক্ক য়ানা হুএল লানশোক্লা ঙন্লোইএ হায়না লোইবী থাবু-খং, মরেম থব্রায় মিরেল পাইনা শোংকিনরে ।। মপারী পানদা শম মমোম নমদা পোনা ঈরোক হাথে থি, পুরীক্লাই মরোং চূঙফুখোল হুএল লালহৌখোনবু খাঙঙমদ্রবগী লোইবী খারম লাংতে পুম্নমক্তি শনতং নারেংহোই মেননাং তনবা চীরৈ চীঙ শেনজাও নমদা পো শেনবুঙ শেনমন নমদা পোনা কেকে পুরীক্লাই ঈব্রাং সনা মখোঙ খাদা মানবি খুৎতপ্লা মুকমু লৈতোল কোন চাংজৌ চেপ্লা লোলনা পুরুম্লরে হায়দবরা ।। কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ইবুংঙো তা-ও কেকে নিংথৌ নপা-লোই ঙাংঙোই ঈরেং নপু-লোইনে নদাইরেম ঐখোয়বু, ইশা তুগুম্ববু তুগা চুং চাকমোম লমশা তুগুম্ববু শোংগা কাঙনা শোংকিরে লোইবী ঈচীঙ কাবিগনু, হেম্বা ঈশাই কোনবু য়ৌবীরগনুও, পোনবী নাউচোংদা ঙাইরোং শিংপাল ফাদরগনে, হাওমন তোকশোন লোই, থোইদিং শমখাঙ লোই চরৈ ফিবাল লোই, ঙাইরোং খলওন লোই শেজাউ নম্বো লোই শনতং নারেং লোই, মেননাং তনবা চিঁরৈ লোইবু পুগা লোইকা ঙমদরগানে পুরীক্লাই থাঙলেল নখুৎশূবু চৈরৎপিয়ো, ঈব্রাং তিমেন মনুং চঙবু হলব্রাইবিয়ো হায়না পুরুমজখিএ ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা লোইবী মচীঙ কাবিদা হেম্বা মশাইকোনবু য়ৌবিদনা কেকে খুমুজাম্বা মরমখৈ লম্লেন তোরো পূঙদা ফয়েং নোংগা ফাইনা চীঙয়া উচোন নীংথিবা তময়া নোংশিৎ লাংবা চীঙদোঙ মতম ফবদা থাঙলেল নাপল হাই কজেং য়োংহক চলনা মালেম লৈমায় তেম্না পুরীক্লাই থাঙলেল মখুৎফাবু চীঙয়া থেনখেৎখিএ, অদু নোংগীবু কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বা থেল্লেন মখুৎফা খারম লাংতে খূৎঙমথেলও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।।

হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও পনথৌ নপা কেকে পোংলেলহনবা ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বা পুরীক্লাই মখোঙ থীনবু মালেম লৈবু নীকপা, ঈব্রাং মশা-

লম্বু কোরৌ নোংবু খোলনা খারম লাংতে য়িমদোল লোম্বা, লোইবী মারখেং লানথবা খারম লংতে ঙম্বদি, নিংথৌ শঙদিং লানলৈথেম পুনুং লানপোৎ মঙাল নাই চোয়নৌ সনা মকোই ফোং কোরৌ কৃপতুম কুপ ৱাঙবল লংদুম লং, মালেম লৈমায় ঙালনা থেল্লেন মখুৎফাদা ফম-ফম্লবগা, মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্নমক্কা শঙদিং লানলৈ থেম পুনুং লানপোৎ মঙাল নাই থাঙলেল নাক্তা য়েপ তেন্দোং নমদা হুল শমু খুৎশম পাল্লোইননা ঔগ্রি মালেম লৈরোই শৈবু চীঙখোঙ মিকৌ শক্কা পাউদোইনখিএ ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ খারম লাংতে ঙম্বা ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বদি পুরীল্লাই মচী হেন ঈৱাং মরাই লাংনা ওন্তেরব্রুবদা তরেৎ মনিল নাই ৱাংলেল মরাঙ হৌ পেরে শিনাই খোং শিংগা খোনজেল চাউ কারা পুঙদোং য়ৈ, কেকে খুনয়াই চঙ পুনুং লানপোৎ লমহাই নাইনা পামবা শারাউ তম কৈরেল লানলাউ তম কংলা য়াইপুঙ মনিল নাই থোংখোঙ লালগা হা কোঙয়াঙ লালহোই চৈবু কৎনা কেকে চেঙজা নুঙগোইবীদা হুএল লানচল্লে হায়দবরা ।। হে ঈৱাং পুরীল্লাই ও নপল পনথৌ নিংথৌ কেকে পোংলেল হনবা ঙাংঙোই লৈমাবদি কেকে মপূঙ য়াইবু লৈবাক মচা য়োক্কুম পানলবদা, ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেল্লাই মোইরাং কশারেল নামুংববু চীঙঙু থোংবাল ৱায়না কোরৌ লনশাগে হায়বগী, খোইয়ম মকুম কুমকাউদা মথা য়ৱা থানিলদনা, কেকে লমলেন মদাইমা লৌৱায় লৌতাউ-থোং তাউথোং লৌরেনবা লৈরাং চহুইপোক কাকলেন নোংদমলৌ মকু হুইশোন-লৌ খারম নেমপাই-লৌ শেন্দাং নাম্বি খোঙথীনলৌ শংঙাই কোংয়েং-লৌ তাউথোং খাচলনু নোইহে তাবি নোইদম পূঙদা কেকে মনিল নাই মোইরাং মরাঙ হৌনা পুরীল্লাই মপারী কেকে নিংথৌ-চাবু লেংনা তিল মমোম ঈৱাংলোন কেকে নিংথৌ অঙনবা চনুবু লেংনা ফাং, ঙাংঙোই শাবি শানৌ-লৈ, লেমচেং খাইচেং নাক্কৌ শিন কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পূন্না হুপ্পা কেকে য়োল্লোয়

হৌ মোইরাং য়োমদাং শাংনা চরে মকা ফোং মানলৌ মীমাঙ তাক, শীঙলেন লৈথেৎ তৈ, খূবাক তবুং ক্ নোইনা ঙমদম হৌ জগোয় লেপলৌশা খাবী মথি নাই অমাই মরাঙ হৌনা তরেৎ শেনফাং য়ে ব্বাংলেল মরাঙ হৌ নাকারা পূঙদোংয়ে নুংশি শামৈ লেন লাংবল তৌদ্রি খোং, তমফা ব্বাংঙম্লোন তনবা চাগোক তেংথানবি ব্বাংঙম নূরম শকপী য়োইবু খোংনীং চঙবী তমফা উনা লাংবি পামেল উথা লাউবি মতেংথা, লাংতে উনা লাংবি ব্বাকমা খোলমান শক্লা, শাবল লমশং থোক পানম হেকমায় কানা পাউদোইনরে ।। নপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেল হনবা পুরীক্লাই ঈব্বাং খোকখে পানজুম্বদি তমফা মশানৌ য়োইবু মৈরা পোনজেম্বীগা চোয়নৌ সনা দোলাই তোংনা, সনা চোঙলেল খান থাঙলেন য়াউথৌ ফল চোয়নৌ সনা লৈওইননা, মদাইরেম য়োইবু চারনতা য়োইবু খোংফাং লেংবী থংজীঙ য়ূমলেন ঙানবী চৎলম ফানশাং হেনবী নাইখুকোম্বা থম্বাল লৈগুম্বী পুম্নমক্কা, তালোয় তূচা হৌ তয়ম নাইচা হুপ ঙাংঙোই থাঙঙা নিংঙোনবীবু মরেং শিৎ কেকে নিং দুম নিল মোইরাং ঙান্দুম ঙালনা ঙাংঙোই য়োইকোলনুংদা ইন্দানলক্লবদা, খোইয়ম সনা মখোঙ-খা চীঙগু য়োইকোলনুংদা লাংনা লূককোয় কৎনা ব্বাইথুংলরে হায়দবরা ।। নপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেলহনবদি ময়ু নিংথৌ মমাঙগী কেকে পারমচৎ মাঙলবা ঙাংঙোই ইরেং পুরমচৎ খোহয়ুম লাইরী-লাৎ তৎলবা চীঙগু থংজীঙ লাইমরু মোইরাং কশারেল নামুংবা খুয়োল য়াংলৌ লৈবাক মপা লোইদাম মকুমশাবু পূম্না ব্বাকাউদনা, খোইয়ম কোরৌ লনশামন চীঙগু পাউফামনগী অনৌবা ঙাংঙোই অমরক মরাঙ হৌ কেকে মনিল নাই নুংঙাই মরাং কায়না পানলে হায়দবরা ।। কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহেবদি কেকে মরেবাক পুম্নমক্কি লৈরক শীংকোং ব্বা, পারিং লাংশং ব্বা, ইংখোল ফৈরোয় ঙমখে-ব্বা, মীতু শকপাম-ব্বা মীমৌ তেংথা-ব্বা মোম্মু খূদোপ লৈতোই ব্বা নাখং পুয়োক ব্বা নমতুনা কোঙগোই লাং শিনা মীনম লাং তাঙজ ইকাই খুংথি লাং লৌশিং মীনম

লাংথাক–ব্বা মোম্মু শূনা হাওদে পুনগুম্ববু ভুনুং লাংলা মরেপ থিগুম ব্বায়েল চিদাই নাইদনা থৌদা পারে নীকতনা ব্বাতেমলে, য়াথং কোরৌ চীঙহে কাপকুম হনফদনা ব্বায়েল থাংখে নাইবগী কেকে পারোঙ থোকহন্দা মোইরাং পারাং চলহন্দনা নুংঙাই পুঙবুরেম হরাউ মথোই থোংনা পানলে ।।

নপল কেকে পুরীল্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনবদি কেকে থাওঙা কৈথেল লেন, ঙাপা খাইচা পূঙ নোইনু ফকখাই পূঙ তরেৎ শেনথোই পূঙ, কেকে খুনথক চনু ব্বাকনা মানবী ব্বাকনা ফাবী পোংবৈপূঙ চরৈ খাননা পূঙ মাল্লৌ তীক্লা পূঙ চোয়নৌ সনা চাংজিং পূঙ লূপা খলওন পূঙ, লোইবী চীঙবুরোয়বা হেম্বা তমবু তনবনা চরৈ লেংদোল য়ান থোইদিং শমখাঙ–পু শীনৌ পোন্দাই লাক হাওমন খোইবাক পুনা তেৎনৌ য়োৎতীক পূঙ, নোইনু থুমদাই পূঙ ঙাংঙোই থাওঙা কৈথেল লেনবু চরৈ ফিরাল য়ুং হৈরাঙ পাকতক্লা তাউজিং ফাফেলননা তরেৎ শেনজা ফাম্মা হুল শীংলেন লৈয়াম নোংচুননা য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা থাওঙা কৈথেল লৈমা য়াইফবীবু চোয়নৌ সনা য়াইগা থা লূপা য়াইগা হুলনা হোঙনেমএ, অদু নোংগীবু কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই খোকখে পানজুম্বা কৈথেল মখূৎফা কেকে থাওঙা কৈথেল লেনও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবদি ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ কেকে শাৎমাবা মোইরাং কশারেল নামুংবা য়াইবী পনলোই তানবা খোইয়ম শনথোঙ পূঙমায় লেপ্লবু চেংলৌ মিৎকূপমরুম্বু থৌকাউদনা চীঙভু শামন লীকিমনগী খোইয়ম মথৌজাল চীঙভু মরল কুগী কেকে তানথোং ময়ুং কুই মোইরাং লেমথোং মফৈ পাকপা পুঙদা নুংঙাই মরাং কায় য়াইফ মথোই থোংনা পানলে হায়দবরা ।। কেকে মপূঙ য়াইশু তরা অচা ব্বাৎতা চরৈ অয়িন তামদা মানলৌ অশেৎ ব্বাৎতা, পাখং য়োমলোয় হৈ নূরা য়োমদাং শাং নুংঙাই পূঙবুরেম্মা পানলবদা, ঔব্বা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবা রোদনা পুরো লৈকোয় ফম্বনা উয়ি কোলনা নারেঙবা, চম্লৌ লাশকপা শীংলেন লৈথাবা পূঙগ্রি খোইয়ম লাইবু নীংবনা ফুরা থৌগন

লৈ মালং নাউথেম-লৈ শাব্রা হকচিক লৈদা অমেংতো লাইরীক-ই, চরৈ কুশূম খাউগা হাল শাব্রা চাজুম চুম্মী নম্না পোইরৈ ভাইনোংশাংনে নহান নয়ু নিংথৌ মমাঙগী নিংথৌ মরোল খুদিংদশু মমোম ব্রাংঙমলোনবু পীনা য়োইচালনরকপা পূঙনে নমোম তমফা ব্রাংঙমলোনবু পীনৌও হায়না থোনলোনলকপবু, লাইরেল মৈদিংঙু লিলব্রাই ফাল্লৌ মরাম্বনা পীখিদেএ ।। ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবনা ব্রাতা থিরকএ, ইদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বশিংও পোইরৈ তমদা-তা, ব্রাংঙম তমদা কুম্না পনথেংশে হায়না ব্রাহোম্নরবগা, খামরল লাংগোই পুঙবুরেম্বদি, নমু মীশিং থীঙমদা লাংগোই মপুম পাঙমদা কামরল মরিশিন তরেৎ মনিল নাই ব্রাংলেন মরাঙ হৌ চরৈ ফিরাল লমহাই নাই, ককচেং লুচাউবী চানা মালেম থৌরৈ লৈচেন লৈগুম চকপা অঙগো-ঈ, য়িংথি ঈয়া চাউবু লাইজ ঈরান-থৌ অঙগো চীঙজাউ শম শেনবি তুমু লোকচাউ ঈব্রু কালনা চোং, তারাউ লৌ-চিংফৈবু ফৈনা শম মাহা ঈ-মরু তেনলৌ ককচীঙ য়োৎশূংবা, নোংপোক শেকমাই ঈনম শেংদা পোইরৈ তমদা-তানা খামরল তেংগোল লিংলরে ।। পোইরৈ অথৌ লীচা হেপপা ব্রাংঙম থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুম্নমক্লা খারম মাইওক য়ানা ঔব্রা থাফংননা হুএল লানশোক্লবু লানশোক মায়ওক য়াঙমদনা হুএল লানথোঙ কায়রবগী পোইরৈ হুকচেন্না ব্রাংঙম হাচেন্নরবগী, লাইরেল মশানৌ লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বনা পোইরৈ মপল লম্বু পাম্মুবগী থিংলৌ অমরক নীংনা-তে, মালেম খোঙবী লৈতঙ লেংনা খামরল খোঙফেল মায়ওক য়ানা, লম্লেন মদাইমা নোংয়াই লৈশাংখোং হাওনু খুজিলনু লাংওনবা মরমখে অদোন তাউজিং হৈনীং শোয়দা, লৌকূ চাবু পাল নোংয়াই য়াঙতেক-শি অদোন চামিলৌবু ঙমলোন্ননা পোইরৈ মনিল নাই ব্রাংঙম মরাঙ-হৌ কোরৌ নুমিৎ মঙানি শূনা হুএল লানশোক্লবু, খামরল তেংগোল মায়ওক য়াঙমদ্রবগী পোইরৈ লানথোঙ কায়রে লালফম হুকচেন্নরে ।। ঔব্রা মথি নাই খামরল মরাঙ হৌনা পোইরৈ থাঙঙা য়িমদোল লোম ব্রাংঙম য়িম্বুম

হাওদনা চাকমোম খাম্নী মৈগা–থা, পোইরৈ তুইল অলনা তুবি য়োইকোলনুং অচনবদা খামরল তেংগোল লেপ্পবগী পোইরৈ তানদা ৱাংওম খওনদবা পুম্ন মক্তি, থৌবাল উরীৎ লোলয়াম্বীচা লৌগুম্না খোইমা লাংখোং চোইদান্না মপারী নমদা পো, মমোম পান্দা শম তাওজ ওাইখওননা খোইম্না নারক চও পামেল উয়া হেপ ঈরোক অসুপ্পা কুম চীওলেন ফৈদোই শম নাপোম চীওজাউ কা লোইবী হাওরক চওনা হুএল লানজেন্নরে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু অৱাং ফাললৌ মরাম্বগা ময়ু তমফা ঈৱাংলোন নোংপোক পাইখু লানথবীগদি মপাম কেকে চাউবা পূও মোইরাং শাংবা য়াইবু ইন্দাল্লক্লে, মমান কেকে পুরীক্লাই ওাংওোই নূওনাং তেলহৈবগা ওাইরোইননা, লক্লেল মদাইমা মানতক থয়াইরোক তগুপ খনিং লোনবা চীও, চীওলেল য়ৌপোক–কা, চীওখোও পোইরৈতোলনা লাংহোনবা লম কোইরেং লৈরুম লোনবু চীওলেল ফৈদোই শমনা লমলেন তূরা লোকত শানথুপখিএ, ঔৱা মনিল নাই খামরল লাংগোই পুওবুরেম্বসু পোইরৈ মখে ফংনা পনথেংলম্লবগা থিংলৌ নীংনা তেনা হলৱাইখিরবগা, লাইরেল মৈদিংঙু অৱাং ফাললৌ মরাম্বগা, মশানৌ লোইনাই কৌবা চীওথংখোম্বগদি পোইরৈ মপূওয়াইদা তুবি সনা য়োইকোলনুং কোনুং অচনবদা হলৱাইরক্লে হায়দবরা ।। নপল কেকে পুরীক্লাই ওাংওোই পোংলেল হনবসু কেকে মপূওয়াই লৈ–তরেৎ মকাই ফম খুয়োল য়াংবা মরৈ নেৎতা মরাল ওস্তেরক্লবগা কেকে মাগী য়োই কোলনুং য়িমলেল মখুৎ–ফা চাকমোম খাম্নী মৈপোকথোক্লম্না পুম্নমকপু অনৌবা অমরক য়িম্বী কাউজোং য়ুং মরাল লোলয়ুম য়িমগা শেম্না তাউখওখিএ ।। লাইরেল মৈদিংঙু পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ লিলৱাই ফাললৌ মরাম্বাসু তুবি য়িমলেল মখুৎ–ফা মরাল মোংবা য়িমদাং শাংবু য়িম্বী অমরক কাউজোং য়ুং শওলেল তৈনা শানা তাউখওলবদা পোইরৈ মরাও হৌ ৱাংওম মনিল নাইনা পালহৌরে ।। নপল কেকে লৈমাবা ঈৱাং খোকখে পানজুম্বসু ওাংওোই মরৈবাক্তা কেকে অমরক মরাও হৌ ওাংওোই মনিল নাইনা পানলবদা, মরম লক্লেন মদাইমা খোইয়ম সনখোও

য়েংইদা পূণ্ডবু নাতৈনা অউজীং হৈয়োইপোকপু ঙমলোন্নবা চংবি কৈরিংথিএ, অদু নোংগীবু কেকে নিংথৌ ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবা চংবি মকৈরেল কৈরেল মখুৎফা লৌবায় পোনবিখোকপু লমথোনবদি কেকে মরৈবাক ঙাংঙোই চাউবা পূণ্ডবু কেকে তানথোং ময়ুং কুই মোইরাং লেমথোং মফে পাকপা পূণ্ডবু কেকে খাইচেল নাইহন্দা মোইরাং পাংশোয় নীকহন্দনা পানলে হায়দবরা ।।

ঙাংঙোই নুঙনাং তেলহৈবদি ব্রায়েল চিদাই নাইদা থৌদা পারে নীকতা, ঙাইরী মায়রে ইন্দা, নাকোঙ চীরোল য়াদা লিনজেল ব্রাপৈ চঙফদনা নিংথৌ ব্রায়েল চুম্বগী, খোইয়ম কোরৌ ব্রায়েনবনা চীঙঙু মকুমতমবু ইঙা কুমদম শোয়দা ইঙেল কুমখাই য়োন্দনা লাইজ ঈথা ফবগী, কেকে অচা ব্রাৎতা, মোইরাং অশেৎ তামদা থাঙয়ি ফৌরীক চুম মহৈ য়ামচেং কৌরোং-শা, উরীং শোইবোন লীৎতা, থৈথেং থৈ ঙানা য়েনলাং মপাল ফা শংলৌ য়েনফম-ফা খুদাপ ঙাইরং-ফং তরা চাগা হোঙ ঙাপা ব্রানথোং তামদা নোইনুম অথাক ব্রাৎতনা নুংঙাই মরাং কায় কেকে নিনদুম নিল মোইরাং ঙাংদুম ঙাংনা পানলে হায়দবরা ।। পোইরৈ তানথোং ময়ুং কুই ব্রাংঙম লেমথোং মফে পাকপা পুঙসু পাখং য়োমলোয় হৌ নূরা য়োমদাং শাং, পোইরৈ মনিল নাই ব্রাংঙম মরাঙ হৌ নুংঙাই মরাং কায়না পানলবদা, লাইরেল মৈদিংঙু অব্রাং ফাললৌ মরাম্বদি চীঙঙু কোরৌ নোংদমখোল খোইয়ম ব্রাংবা মব্রা-য়েনবু লমজায়ফদবগী তুবী কোরৌ নোংগারা লাইরেল চীঙঙু পন্দনখিরবগী মশানৌ শীংখোঙ য়াইমবা লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বনা তুবী ফমমোইমিৎ ফম, লাইরেল ফোলাংমৈ তোংলবদা, লাইরেল মৈদিংঙুনা ব্রাহোম্লকএ, ইদাইরেম পোইরৈ খুনফমথৌ তয়ম নাইফমথৌ, পোইরৈ কংলা মীমরুশিংও ইমান কেকে লৈমাবা, লাইরেল ইপা মৈদিংঙু পনথৌ লেপলৌ শিনগুম্ববু চেংলৌ শক উনরুশে হায়না ব্রাহোমলবগা, লাইরেল মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদি তুবী ফমথৌ মঙাইরোয় লাইরেল নিংথৌ মহীশাং পুম্নমক্কা,

মপুম কেকে চাউবা পুঙ মোইরাং শাংবা য়াইবু ইন্দাল্লক্রে, মমান কেকে নিংথৌ ঈব্রাং খোকখৈ পানজুম্বসু মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পুম্নমক্কা লমওক্নমএ হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু লীক্লাই নোং পাখং অতেংবনা ব্রাহোম্লকএ, ইমান কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই মপু নিংথৌও লৈ তরেৎ নকাইফম খুয়োল য়াংবা নারৈ নেৎ কেকে কংলা তোংনা য়াঙদা চোয়নৌ সনা ফম্বাল তোংববু চেংলৌ মিৎথিৎনিংএ, অনৌবা ফম্বাল চরৈ থোননা মোইরাং সনা ফম্বাল লাংদা ফমফমবিয়ো হায়না ব্রাহোম্লবদা,নপল কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই লৈমাবদি, চরৈ ফিনৌ থোন লীক্লাং মঙাল নাই থবা লীকথোন তৈ, চোয়নৌ সনা লূহুপ নীংথিবা নোংপোক মিয়েং শেলনা থাজ মায়কোয় তম মুকতা য়ায়দা লাং মালেম লৈসনা অঙাঙবনা লোইমোম ফৌকোৎ শেম্না তমফা লীককোয় থিনফবা, অরাই শংকু চেক নূঙবা থায়াঙবা মৈবু লৈ, পোনবী কোয়জা য়েকতৈবা, শব্রা তুরৈ তগুপ য়েকপা, ব্রাহোং মৈপূং লৈ, চেংলৌ মিৎকোয় থোংফববু চেক্লা তূফাং থেৎনা হেনমোইবা লৈ, চোয়নৌ সনা লূহুপ নীংথিবনা তাঙজ লুরেল ঙালনা ফম্বাল চরৈ ফিনৌ থোনলে ।। মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ চোয়নৌ সনা চিনবা মোইরাং লুপা থেৎপা লেংনা তিন, কেকে অথৌ লীচা হেপপা ঙাংঙোই থয়াঙ কোন্দাই লোনবা শায়াঙ কোনবু শিবা উরা পামদু চিনববু লেংনা ফাং কেকে খুনথক মনিল নাই মোইরাং খুনখা মরাঙ হৌনা চোয়নৌ সনা ফম্বাল থক্তা চেংলৌ মিৎপু লংনা ফমফমলে ।। কেকে নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবদি ঙাংঙোই য়োইকোলনুং মোইরাং কংলৈ পূঙময়োন থংজীঙ য়িমজাউ মাঙদা তনলা অঙনবা পামেল অরেম্বা শিনৌ মোইরেং য়োৎকুম্ববু মতোল থম্বাল শা, তনলা লেপতম য়ুং হৈরাঙ পাকতক্লা তাউজীঙ ফাফেলনা শীংলেন লৈয়াম হুন খূবাক তাবুং ফু, নোয়না ঙমদম হৌ তরেৎ মনিল নাই ব্রাংলেল মরাঙ হৌ নুংঙাই মরাং কায়না পামেল মীউ হোঙনেমএ, অদু নোংগীবু কেকে মোইরাং নিংথৌ ঈব্রাং লেপতম য়ুংনা পামেল মীউ হোঙনেম্বও

তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। হে ঈশ্বাং পুরীক্লাইও, লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীঙথংখোন্বা মদাইরেম পোইরৈ খুনফমথৌ তয়ম নাইফমথৌশিংগা, কেকে মোইরাং নিংথৌ ঈশ্বাং খোকখৈ পানজুম্বা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পুম্নমক্কা, থৌজাল পূকমান্ননা মচেঙ হকমা ওইনা পাউমেলনখিএ, লাইরেল মৈদিংঙু লীক্লাই ব্রাংঙম লৈমাবগা মমান কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বগা নিংথৌ অনিমক থৌজাল পুক্লিং লীতিন্ননা উনবী পূকমান্নবা অসিবু নুংঙাই মরাং কায় য়াইফ মথোই থোংনা কেকে চেঙজা লানলঙনা পোইরৈ ব্রাবা খুনথিনববু পুম্না লৈতনা কেকে চারী কুই ব্রাংঙম খোঙদোল শাংনা পানববু ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেল্লাই মোইরাং কশারেল নামুংবনা য়োন্দনা লনকুবীশনো হায়না ব্রাহোম্নরে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙুসু মপুম কেকে চাউবা পুঙ মোইরাং শাংবা য়াইদা নুংঙাই মরাং কায় হরাউ মথোই থোংনা লৈরম্লবগা থিংলৌ নীংনা তেনা পোইরৈ মপুঙয়াইদা হলব্রাইখিরে হায়দবরা ।। নপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবদি কেকে মরৈবাক্তা নুংঙাই মরাং কায়না পানলবদা উনবী পুক্লিং লেপ্পা খোইয়ম শামন লীকিমন, ব্রাঙবল পাউফামনগী চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখং য়োয়রেনবা থংবা নোংনিংথৌ কোনখৈ অতাম্বা শাব্রাং অথাপ্পা চীঙঙু মিৎয়েং পানজুম্বনা ঈশ্বাং কেকে লৈমাববু খোইয়ম থৌজাল মায়ওক্লনা য়োইচানবিবগী চীঙঙু মরলকু খোইয়ম থৌজালবু কেকে মাগী য়োইকোলনুং কোনুং অচনবদা কাওরেল থীক্লেন নুংগী শঙ্গোম লাইজ ঈঙৌ থানা লনকুবীরকএ ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই লৈমাবনা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পূম্না হৌনা চীঙঙু নোংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখং য়োয়রেনববু হৈরাঙ পাকতক্লা তাউজীং ফাফেলননা শীংলেন লৈয়াম হুলনা কোরৌ লনশারা ব্রাঙবল পাউফারে, অদু নোংগীবু কেকে য়োইকোলনুং কোনুং অচনবা, কেকে মোইরাং নিংথৌ ঈশ্বাং খোকখৈ পানজুম্বনা চীঙঙু লাইনিংথৌ অব্রাং পাখং য়োয়রেনববু কোরৌ লনশাফম

শঙ্গোম লাইজ ঈথা–পুঙও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। নয়ু খেল্লে নুঙনাং তেলহৈবা কেকে নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা পুরীক্লাই খোকখৈ পানজুম্বদি কোরৌ নোংনিংথৌ অৱাং পাখং য়োয়রেনবা মথৌজালবু চরৈ ফিগাউ শানা খান্না লৌরে কেকে অনৌবা মনিল নাই মোইৱাং মরাঙ হৌনা পানলে হায়দবরা ।।

পোইরৈ তানথোং ময়ুং কুই ৱাংঙম লেমথোং মফৈ পাকপা পূঙসু হরাউ পুঙবুরেম নুংঙাই মরাং কায়না পানলবদা, নোংপোক ৱায়রং লম্না চাউবগী রোদনা পুরো সনা লৈকোয় পুঙদা ৱাঙনবা ঔৱা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবনা লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বদা মমোম ৱাংঙল্লোনবু পীয়ো হায়না পাউমেনলকপবু, লাইরেল মৈদিংঙুনা পাউ খুমখিএ, ইমোম তমফা ৱাংঙল্লোনদি অচাউ লেপফাদরি, শাংসু লমঙমদরি তমফা মনীং শঙলৈ লেপপু লেপফাবা ৱাংঙম মনুং শুমলৈ লেপপু লেপফংববু ঙাইখমবিও হায়না ৱাহোমখিএ ।। ঔৱা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবনা ৱাতা থিরকএ, ইদাইরেম খামরল লৈবাক কোয়বা অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংও, ময়িম পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা পায়মা উনগোয়নুংদদি শেনবি কনতৌ য়োৎকুম নুংগন্ননা মমোম ৱাংঙল্লোনবু অচাউ লেপফাদরি, শাংশূ লমঙমদরিএ হায়না শূমাই লাথা কোয়গুম কোইথাননা, খোংবাল চল্লৌ লাথরেঙগুম কোইরৈননা পোইরৈ খোইবুং মরৌ চাউনা করিগী পাউখুম্লকপনো, লহান ঈপল নিংথৌ রোদনা পুরো সনা লৈকোয় ফম্বা অরোং ফুরা মহাকথক্তসু পোইরৈ ঙাইনোংশাংনে খামরল ঙাইরী তৎনগনুশে হায়ববু পাউয়াদবা ৱাগী পোইরৈ মপূঙ তাক ৱাংঙম মরৈ কায়না লালনংহনবনে, হৌজিক নিংথৌ ইহাকথক্তসু অনৌবা পোইরৈ তমদা তানা ৱাংঙম মরৈ কায়না পনথেংশে হায়না ৱাহোমখিএ ।। ঔৱা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবদি খেললেন মতম খলনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্নমক্তা, খামরল শঙদিং লানলৈ থেম পুনুং

লানপোৎ মঙাল নাই, থাঙলেল মথৌ হেন তিমেন খেরাং-থাং, লাংগোই মাইফং-শা, কামল মরী শীৎ তরেৎ শেনবুঙ মনিল নাই ৱাংলেন মরাঙ হৌ চরৈ ফিরাল নারেংববু পোনবী নোংলোন পাইবগুম শোইরেল লুহুপ মঙাল নাইনা শমু খোঙশানলক্লে, ইরাবদি লাইজ ঈরাল থৌনা, চকপা অংগো ঈ, য়িংথি ঈয়াচাউবু কালনা চোং, শেনবি তূমু লোকচাউ ঈৱু ফৈনা শমনা হুএল লালহৌরক্লে ।। লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বনা, খামরল মনিল নাইবনা হুএল লালহৌরকএ হায়ববু তারবগী, ময়ু মৈদিংঙু লাইরেল নাউফংবা তুবি লমথক শারোং পূঙ, লাবা নোংলৈফম তিঙয়ি ৱাফোঙলাক কংলা থোনলাংমৈদা ফমফম্লবগা, তুবি কজক-হৌ, লাইরেল মথি নাইনা ৱাহোন্নকএ, পোইরৈ খুনফমথৌ তয়ম নাইফমথৌ অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পামবা কৈশকপা, কৈরেল তেংথাবা অখম মীপোকপা, অথৌ লাংগোনবা তনবা কংলা কাওনরোয়শিংও, ইপোইরৈ তানথোংমা লেমথোং মফৈ পাকপা পুঙ কৌজেং য়াম্না মীচিকতা থিংবা য়াম্ন া লাঙতরক্লনা পোইরৈ করম নৈখোঙ কায়শিবনো, লহান ইয়ু নিংথৌ মমাংগী নিংথৌ মরোল খুদিংদসু খামরল মনিল নাইবনা পোইরৈ তমদা-তানা ৱাংঙম লৈখোঙ কায়না পনথেংলৈএ, হায়ববুলৈরক্তেএ ।। ইয়ু মৈদিংঙু থোংনাং ময়ামবা তুবি মহাকথক্তাসু থোংনাং তখেল মনিল নাইবগা খামরল লাংগোই পূঙবুরেম্বগনা পোইরৈ তমদা-তা, ৱাংঙম তমদা কূম্না, নিংথৌ অনি খাংচপ্ন না পনথেংনোংদসু পোইরৈ লৈ, চেপ্না হৈনা ৱাংঙম লৈখোঙ কায়রক্তে, ইয়ু নিংথৌ থোংনাং ময়াম্বা শৱা চেকনিংথৌ পোনবী গরুর লান্দানবনা তুবি মহী হীনা মেঙ, লাইরেল ময়াই য়াইনা ফানা, কেকে ঙাইদৈ লৌকোলনুং থম্বাল নোংশারৌদা তখেল লালয়াম ফারৌএ, চিবি লোক্লাউবুং চাখা শলুং থেল ৱাংজিং লোকচাউ ঈদসু ঔৱা মনিল নাইববু খামরল নেংচৎ য়ানলৌএ ইয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌনা থৱা মমায় ওনদা চীঙঙু চেঙজা মনম মৃক্তনা লাংগোনবীরকপা পূঙনে ।। লহান ইয়ু মৈদিংঙু লাইরেল শেনবি খাগেম্বা

চৌফা হোঙতে ফাবা লাইরম তোনঙৌ ঙম্বা হুএল লোকপা লানথৌয়াঙবু কায়না হুনবা তুবি সনা মহাক থক্তসু ময়িম থোংনাং মনিল নাইবা ময়াং লৈকোয় পূঙবুরেম্বনা পোইরৈ তমদা–তা ৱাংঙম য়ুল্লক চঙনা পনথেংলববু ময়াং উনবী পুক্লিং পেন্দনা হুএল অমরক লাল হৌরকএ, পোইরৈ তমদা কুম্না হাউয়িন য়াংগোই পূঙদা ময়াং লৈকোই পূঙবুরেম্বনা নমু মীশীং থীঙমদনা থোংনাং তেংগোল লিংলরবগী, ইয়ু মৈদিংঙু লাইরেল শেনবি খাগেম্বা লীক্লাই নোংশা খাঙনৌবা য়াউরৌ শানিংথৌগুম্বনা হাউয়িনবা মতুয়া য়াংগোইবা মশঙফম হাওবা য়াংগোইবা তনবা শোইৱাই, নোংয়াই হাওরমতোন অদোন য়াংবা কাইবা থাঙয়ান লম মচি হাওরমহনবা লুতুৱাই, হাওরম নূঙগোয় য়াইমবা মিকপ–ঈ, লীক্লাং তরাউ পরেং কেল খূরোয় থিংবা কোন্দা থোংনাং লালগা মাঙনা ময়াং লালয়াম ফারৌএ হায়ববু নাতাইএ ।। খা মরল তানদবা অসিসু লহান লাইরেল ইশাবি অৱাং ফাললৌ মরাম্বা তুবি সনা মহাক থক্তা পোইরৈ য়ুল্লক চঙ ৱাংঙম য়ুময়াই খায়না পনথোংলরববু খামরল উনবি পুক্লিং পেন্দনা, হৌজিক নিংথৌ ইহাকথক্তা হুএল লালহৌরকপা অসিবু ইয়ু শেনবি খাগেম্বা হাওয়িন হীদা য়াই লাংগোই শারোক য়াইবু ইয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ চীঙলেল নোংদাই নিংথৌ থোংনাং লোইজা খোম্বা, চীঙঙু কোরৌ নোংঙানবনচিংনা, খোইয়ম লাইনিংথৌ কেকে চাউবা পূঙ মোইৱাং শাংবা য়াই সঙ্কোঙ মোরিবা ময়িম্নাক্কি লমহৌফবা, মালং অয়াঙবা মমাং লেপ্লা খোনওনবা ৱারক নিংথৌ অপিশা উই নহা খাঙনৌবা চীঙঙু তাইবঙ খায়বা ফানলৌ নোংদাই নিংথৌ চীঙঙু পাফল য়োইরেনবা খোইয়ম য়াঙবী শিদবগা য়োইবু চীনফু লম্মাবী তানথোং লৈমায়হনবীগা ইমা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা ৱায়রা শাকুবী হুএল লালকুবী খোইমোম পুম্নমা অসি খিবিক্লা পোইরৈ চেপ্লা হৈ, ৱাংঙম তেংনৌ চিদাই নাইদববু য়োন্দনা ললকুবিশনো, চীঙঙু মরল কু য়াইফ মথোই থোংববু লাইরেল চরৈ ফিগাউ শানা খান্নগে, তমবা ঐখোয়সু খোইমা ইমায় লৈদা য়ামচেং ইনম মূক্লানুশে ।। তুবি ইহাকথক্তা

পোইরৈ করম্না লৈখোঙ কায়শিবা, পোইরৈ অথৌ লীচা হেপপা নখোয় পূম্ন মকসু তমবা থবাক চুঙওইনা শয়েঙ পামবোম তাওইননা মালেম লৈবাক ওক্লকপশিংগী মচেংবা চাম্নাত্র নাউইনবা মশেলনে তুরেল ব্রায়খূবিচা তুগুম্ববু নীংনা তেনগনুশে মানবী চীয়ৈ শোয়দা কাওরেল লাইথেং য়োন্দা খামরল মায়ওক য়ানা হুএল লানশোক্লশে হায়না কংলা ব্রাশক্লরে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংগুনা অনৌবা ব্রাহোম্লকএ, ইদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবশিংও, খামরল মনিল নাইবনা হুএল লালহৌরকপা অসিবু পোইরৈ তমদা তানা ব্রাংঙম তমদা কুমহনগনুশে, চীঙলেন পালংলা নোংপোক ব্রাইরং লমখাংমা নোংবানলোন নোংচুপ লানলুমঙম্বী নোংয়াই উচাল মৈরা লৈবু পামেল উয়াম হৌবা লম্লেন উচান পোকপী চীঙদোঙ খুভম ফবদা পামেল শায়ি শীংচন-য়ুং কুরাও পনগা লিং, পনমাঙ থেলগা খেৎনা খামরল মনিল নাইববু খোংবৈ ইরোল চনগুম পোইরৈ তমদা তাহন্দনা হুএল লালশোক্ররুও হায়না থৌশীখিএ ।।

পোইরৈ অথৌ লীচা হেপপা ব্রাংঙম থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূম্নমক্তি হুএল লানবুম ফানা নোংপোক ব্রায়রং লমখাঙমা লম্লেন উচান পোক্তা পোইরৈ তেংগোল লিংলে, খামরল মনিল নাইববু হুএল লালশোক্লরে, পোইরৈ মরাঙ হৌ, খামরল মনিল নাইনা শয়েঙ থৈনবা পাম্বোম ঙানববু ঔব্রা মনোংমৈ কামল থাফংননা কোরৌ তমনোং খোং, ব্রাঙবল লাউনোং খোংগুম্ববু খাঙঙমদ্রবগী ব্রাংঙম নীংনা তেনা পোইরৈ তেংগোল কায়রে, ঈরোক লাইচম লান চীঙলেল ফৈদোই শম্না হুএল লানশোক্লরে । খামরল লাংগোই পুঙবুরেম্বদি লানশোক মরাং কায়না পোইরৈ তুংইল তান্না ব্রাংঙম তুংদা তারকপবু, লাইরেল মৈদিংগু লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বনা নাতারবগী ব্রাংঙম থয়াঙ কোন্দাই লোনবা কাওবি শনশকপা কৈরেল তেংথাবা পূম্নমাবু ঙাইরোইননা হুএল লালহৌখিএ ।। লম্লেন মদাইমা নোংপোক মহা ঈ-মরু শেকমাই ঈনম-শেং তেংনৌ কম্বী য়োংশুংফমদা, হৈরেম ঈরুম-মৈ খুনজান

পনমৈ-খাবু নাতৈননা খামরল মনিল নাইবগা খোঙফেল মায়ওক য়ানা হুএল লানশোক্লরে । পোইরৈ চীংনদা খামরল চায়নদনা পোইরৈ ব্রায়রা মতেনচাবু লাংবন খোইরেল পাইবগুম ব্রায়রা তেনয়াম কাপ তেনবি নোংচুননা, খামরল মনোংমৈসু কামল খোনজেল চাউ খুদোং তেনকাপ্পনা পোইরৈ মনোংমৈসু কোরৌ তমনোং খোংগুম হুএল লানশোক্লরবদা খামরল থিংলৌ য়াইদা হক পোইরৈ মরোং চৈজেল য়াম্না হুএল লানশিনরবগী লাইরেল মৈদিংঙু ব্রাংঙম লৈমাবা লীক্লাই নোংপাখং অতেংবনা তুবী কলহৌ নীক লাইরেল থাঙশা পালনা য়াংগোই শাথৌ থোই খূরুপ মলপল হৌ ঔব্রা থাফংনা খামরল মায়ওক্লনা তিমেন লুমথিন্না থাঙলেল লাময়ান্ননা তুবী শমু খুৎনা ফংনা হুএল লানশোক্লখিএ, খামরল মায়ওক য়াঙমদ্রবগী পোইরৈ অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমাদি তুরেল ব্রায়খূবিচা অদুগুম্ববু নীংনা তে, ব্রাংঙম লোংনা হলনা পোইরৈ লানথোঙ কায়রে, লাইরেল মৈদিংঙুসু মদোম শেকচুম পন্দাই ওইনা ঙাকঙমদ্রবগী লাইরেল থিংলৌ নীংনা তেনা হুএল লানথোঙ কায়রে ।। খামরল মনিল নাইবদি পোইরৈ তুংইল তান ব্রাংঙম য়ূমলক চঙনা চাকমোম খাম্বী মৈগা থানা তুবী য়োইকোলনুং কোনুং অচনবদা খামরল তেংগোল লেপলরবগী পোইরৈ তানথোং ময়ুং কুইবা ব্রাংঙম লেমথোং মফৈ পাকপা পূঙদি ইংখোল ফৈরোয় থক্কি কৈথেল চুব্রাই লাংগুম মপারী নমদা পো, মমোম পান্দা শমনা খোইমা নারক চঙ পামেল উয়া হেপ য়াংলৌ লমদাং লৈতনা হাউনা ইতোল থিংববু খোইমা নায়াই খায়না চীঙলেল নাপোম কা নূঙবী য়ৌশা নেৎ নূঙগায় ফৈদোই শম ঈরোক লাইচম লান হেম্বা মশাইকোন্দা লোইবী হাওরক চঙনা হুএল লালচেন্নরে ।। লাইরেল মৈদিংঙুদি মপোইরৈ তানদা ব্রাংঙম খঙনদবা পূম্নমানা থৌবাল উরীৎ লোনয়াম্বী লৌগুম্না খোইমা লাংখোং চোইদানবা অদুগুম্ববু মপারী নমদা পো মমোম থাদা পম্না হুএল লানজেন্নরবদা খাম্বী মৈরিংদা পুনুং ব্রানথোংদা তরা চাতংদনা লালনংবা, নহা নুপী হনু-হনবা পুম্নমানা চীঙলেল য়ৌপোক কাঙমদনা

নৃঙলেন য়ৌশা নেৎঙমদনা হাউনা খুরৌ য়াম খোইমা লম থাঙ য়াংনা উরী ঙামবল কানঙমদনা পামেল উখোঙ পায়না, কোরৌ থোইনা য়েং ৱাঙবল পাংনা য়েংনা নোংথোইববু লাইরেল চেংলৌ মিৎথিংলবগী তুবী পায়মা উনগোয়নুংদা নীংখনখিএ ।। ইপোইরৈ তানথোং ময়ুং কুই ৱাংঙম লেমথোং মফৈ পাকপা অসিবু খুনুং শীংবী মতাং তেনদা অচাউ মৈরা মুৎতনা পানলম্বা পুঙ অসিবু ঈয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ পোইরৈ লৈবাক ঙাকপা লাইশিংনা খোইয়ম থৱা মমায় ওন চীঙঙু চেংঙা মনম মূক্লবগী তৌশিল্লা, তুবী চীঙঙু ইরাইবক লাইরেল য়ামচেং ইতুরৈগী লমজায়ফদববু ওইরবরা নিংথৌ ইহাকথক্তা পোইরৈ লৈখোঙ কায়ববু লালনংলরে, লাইরেল ঐদি চীঙলেল নাকপক ওন থ্বাই তৈনা লান মকু চীঙজাও শম, তেখাও মপুঙ য়াই আসাম মশাইগোন্দা শানথুপলুগে হায়না লাইরেল মৈদিংঙুদি পোইরৈ মপল লম্বু নমদা হুলনা চীঙলেল নাকপক ওনখিএ ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ ঈৱাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নৃঙনাং তেলহৈবসু তমফা মশানৌ শেনবি মৱাউ লানথবীগা য়োইবু তালোয় তূচা হৌ, তয়ম নাইজা হুপনা কেকে মপূঙ য়াই ঙাংঙোই মপল লম্বু নমদা হুলনা থোংনাং তখেল মনিল নাইবা ত্রিপুরো তানদববু ইন্দাল্লগে হায়না লোইজীং চীঙজাও-কা, মানতক থয়াইরোক তগুপ খানিং লোনবা চীঙবু কালনা-চোং কোইরেং লৈরুম লোনবু নমদা হুলনা, লোইবী ময়িমনাক থারা মশাইকোনবু য়ৌরবদা য়োইবু তমফা মশানৌ কেকে মোইরাং লৈমা শেনবি মৱাউ লানথবী তমফা মৈরা পোনজেম্বীনচিংনা য়োইবু চারনদা য়োইহে খোংফাং লেংবী থংজীঙ য়িমলেন ঙানবী চৎলম ফানশাং হেনবী পূন্নমাসু সূমায় নোংলাংদা কংলৈ য়াথোকতা শীংজা ৱাইকোয়দা য়েনলাং থৌচৎতবনিগীনা লোইবী চীঙঙম কাঙমদা হেম্বা য়ৌপোক তানঙমদনা নৃঙবী য়ৌশা নেংনা চীঙলেন ফৈদোই লানঙদ্রবগী, চীঙলেল লমখাঙ-মা ঈ-রোক লাইচম্মাদা অৱা শোনখৈ নীক পামেল নমঙানা থৌদু খুনেৎননা শানথূপখিএ হায়দবরা ।।

ঔৱা মনিল, নাইবা খামরল তানদবদি পোইরৈ হীচা–লৌ ৱাংঙম য়াইশা খোমনা ঈরোক হাথৈফস্লু পোইরৈ তাঙজ খোঙগুল লীনা নমু মীয়াম খোমলে, নহা নুপী হনু–হনবা পুম্নমাবু কাওরেল শনগু হোইবগুম খামরল শমু মখূবাক্তা চনখিরে, ঔৱা মথি নাই খামরল মরাঙ হৌনা চানা লাংগা নমনা হুএল লানথিখিএ হায়দবরা ।। খামরল লাংগোই পূঙবুরেম্বদি তুবী য়োইকোলনুং কোনুং অচনবদা খামরল তেংগোললিং ফয়েঙ নোংফাই য়াম্না লৈরবগী, খামরল লানথি শেলনমদা পোইরৈ অপককা পূম্নমাদি কৌবা লোকনুং চঙ চীঙনুং লোকঈ থক পামেল উখা য়িমওইনা থৌদু নূঙগায় নমঙানা লীল্লা ৱাইফেল চন, মপারী নাউৱা অখুবা থীক্লেন খোমহুক্ররিববু থাদা কোলনা, মমোম অচাউ লেপফাদা শাংশু লমঙমদ্রিববু নমদা পোনা, মিৎয়েং নাউশুমদা খোমলেন তূমখুন্দনা চাকমোম খাম্বী মৈরিংদা পুনুং ৱানথোংদনা, তরা চাবুক লাম পায়মা খোমনীং–তিং উনবী খুৎনা নমনা শানথূপপাবু কোরৌ নোংলেল য়াম্লবগী, নহা–নুপী হনু–হনবা পূম্নমাদি তরা চাতংদা উনবী চফম হোংনা নোংমনবনা থোইজিনলবগী খোইমা নায়োমনুংদা মীকপ্নখিএ ।। খোইয়ম নোংদম্বা করম্বনা নোংদম্লবনো পোইরৈ লৈখোঙ কায়ববু লালনংলরে, পারী ঙাইরোইনদা তালোয় লুমতিন্নদনা চীঙলেন পলং–লা খোইয়ম লৈপূঙ থোল অৱাংবা খোইমা নাপীলক পামেল উখোঙ–খা অসিদা করম লালনংশিবনো, লহান খল্লাং পা–পানলোল ইরেং পু–পানলোন্দসু পোইরৈ লৈখোঙ কায়, নুংশি মখৈ লৈতনা লালনংবা অসিগুম্ববু নাতারক্তে, খোইয়ম লাইনিংথৌ পোইরৈ লৈবাক ঙাকপা লাইশিংবু কোরৌ নোংমদোল অৱাংবদবু কাখিরবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু লিলৱাই ফাললৌ মরামবা তুবী মহাকথক্তা পোইরৈ লৈখোঙ কায়বদি থিংলৌ নীংনা তেনা ৱাংঙম অমরক খুনলিংহৌএ, মশানৌ লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বদি পোইরৈ মপল লম্বু লাংগোন্দনা তুবী য়াউরৌ মখূনেৎ খুনকাম মকাইফস্নু নমদা হুলনা শেনবি তেখাও মপুঙ য়াইদা ইন্দানখিরে, তুবী মপাচা লাইরেল ময়েনলুশিংনসু ঔৱা

তোঙদোই নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা নোলনা পোইরে লৈবাক ঙাককে হায়ববু পূম্না লৈতরে খোইমা নারক অশোঙবা য়াংলৌ লমদাং লৈতবা অসিদা য়ব্রা পুচেং নিনঙমদা শাবল লাংলক চঙঙমদনা করম লালনংখিশিবনো ।। পোইরে লৈবাক ঙাকপবু পূম্না লৈত্রবদি ব্রাংঙম তমদা তাঙমলরোই, পোইরে তানথোং ময়ূং কুইবা পুঙ অদুবু খোইমা নায়োম্নন চানা লাংপান হৌনরকঙেনে, চীঙলেন পালং-লা খোইয়ম লৈপূঙথোল অব্রাংবা অসিদা, পারী চীঙদা কানা করম পাময়ানহনশিবনো, তরা চাক লৈতবগী য়াংগেন লৌমন লাংদা পানবা য়েন, লোইবী হাওশম নীঙগোয়য়েন হেম্বা হাওচাক চামি য়েনবু তরা চাকক ওইনা করম নোংলেনশিবনো খোইয়ম কোরৌ নোংদম্বা ওনথোকএ ।। চীঙঙু নখোয়গী নরল-কু, পোইরে লৈবাক ঙাক্লবু পূম্না লনকুবিরোই হায়রবরা, নমু মীমতোন তয়ম নাইরোয়থিবু ওইরবসু খামরল লৈমাবা সনা মখোঙ খাদা পুরুম-মনগী পোইরে লৈবাক ঙাকলৌরবদি চীঙঙু নোংদম্বা খোইয়ম মশুংমানগুম্বা মহাকনে, হায়না পামেল উখোঙ পায়না মিকপখিএ ।।

ঈব্রাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবনা মদাইরেমশিংগী তেংথাখোনবু নুংশি মখে লৈতনা নাতারবগী, মশানৌ শানম ঙাইথিংতোন অতোনবগা মপারী লাংলেন সনা ব্রাপীহনগদা ব্রাহোমখিএ, শানৌ পলেম পীমচা আতে নলক্কি লোইজা আম্বা-ও, পারী লাংলেন সনা ব্রাপীহল ঙাংঙোই য়োইদবুং ঊরা খুন্দবা নঙসু নাতা-ও, কেকে ইপূঙ য়াইবু নমদা হুলনা থোংনাং তখেল মতম্বাকপু ইন্দাল্লশি হায়বসু ইপল পালেম ইমা খায়োইরোল লোইয়ম্বা চনুবু হনু ময়াই কারে চীঙলেন য়ৌপোক কাঙল্লরোই তখেল লমনা তামএ ।। নহা নুপী হনু-হনবা পূম্নমাবু পুঙমদনা য়াংলৌ লমতুপ খূদিংদা খাইনরগনি, তমফা ইশানৌ য়োইবু মৈরা পোনজেম্বীসু সুমায় নোংলাংদা কংলে য়াথোক্তনা মালং নোংশিৎ লাংদবীনে, ইদাইরেম য়োইহে লুমলাং অপাম্বীশিংসু পানম চৎথোক্তবী মশেলনে তখেল তমদা য়ৌনা

য়োদনাপুন্নো মপুঙ য়াইবু য়ৌঙমলায়োইএ, কেকে ইপুঙ য়াই লৈ–তরেৎ ইকাইফম্বু থংজীঙ কোয়রেল্লাই মোইরাং কশারেল নামুংবনা লনকুবীশনো, কেকে তমদা তা, কোইরাং তমদা কুমনা ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌগা চেংলৌ শকউনরুশে, খামরল তিমেল মখুৎশূ থৌবোম লাংনা পানগুম্ববু শোংকিগনুশে, লাংগোই মাইফং শাববু শোংকাংনগনুশে ।। লানফম তমথীবা থংজি উপী তরা মৈগুম খাম্বী মৈশা লাংফদরিঙে, অসিদা মরোং চূঙশূদা তিমেল তাশূদনা চীঙঙু লাইবক চুঙওইনা শব্রা তুরৈ তাওইননা শানৌ সনা খোম্মদোল ইবিংঙাদি খামরল লানফম মরক চঙনা ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌবু ইন্দাল্লশে, পারী সনা ব্রাপীহল উরা খুন্দাবা নঙগা নশাবী পারী উরা কোঙয়াম্বগা, নশানৌ মশেম্বগা শানৌ নচি–ননাও অহুম্মদি নয়ু পলেম ইমা খায়োইরোল লোইয়ম্বা চনুগা শানৌ তমফা ব্রাংঙমলোন পলেম নমা কেকে মোইরাং লৈমগা য়োইহে লূল্লাং অপানবী পলেম নমা অখূবীশিংগা, কেকে ইপুঙ য়াইগী নহা নুপী, হনু হনবা পূন্নমাগা চীঙলেন লমখাঙমা অসিদা লোক্লৌশানা কোলনা শানথূপ্লমও, নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌনা ললকুবিশনো, নপল পনথৌ ঐদি লানফম মৈশা লাংববু শোংকিদনা পোইরৈ তমদা তা, কেকে তমদা কুমনা লানফম মরক চঙখিরগে হায়না ব্রাহোমখিএ ।। মশানৌ সনা খোম্মদোন অতেল্লক্কি লোইচা আমবা মনত্রি ঙাংঙোই লৈবাক কোয়বা পায়মা লিন্না ঙান, মকোই পাউনিংশিংবনা শমু চাংজৌ চেপ্লা লোলনা ব্রাকৎচখিএ, শাবী কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই মপু নিংথৌও, খামরল মথি নাইনা লানফম মরাঙ হৌরিএ, চানা লাকাতোন অকংববু চাকমোম মৈরিনুংদা হুনজিনবা তূগুম্ববু লমওক্লরগনিএ, খামরল লৈমাবা ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা নদাইরেমশিংবু থৌশীখিশে, শাবী পায়মা উনগোয়নুংবু নিংথৌ উনবী পুক্লিং পঙনা কায়খিগনুও হায়না ব্রাকৎচখিএ ।। পুরীক্লাই ঙাংঙোই নুঙনাং তেলহৈবনা ব্রাহোল্লকএ, তৌইগীদি, শানৌ কোলোয় নয়াথং অসিবু ব্রাচানগে, ইদাইরেম নোংচুপ লৈময়াইগী বৈশো শাগেরেলদা নাউচিবা

তয়ম রোক্ষি নারায়ন পায়মা লিন্দাং শাংবা নঙগা, লোইয়ম ব্রাংঙম নহা শরা শাংপমচা নঙগা তয়ম নবিংঙাদি খামরল লাংগোই পূঙবুরেম্বা, খামরল মায়ফং শাববু পূম্না শোংকিগনুও, ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌ রোদনা পুরো সনা লৈকোয় ফম্ববু ইন্দানলুও ।। লানফম মায়ওক য়াঙমদনা হুএল লানজেন্নরে খোইমা নারক চঙ চীঙলেন য়ৌপোক-কা, নূঙবী য়ৌশা নেৎ, লোইবী হাওরক চঙনা হেম্বা মশাইকোন্দা কৌবা লোক-ঈ থক্না নোংথোই ঙম্লরোই, ইমোম ঈব্রাংলোনবু কাওজনগে খামরল লালহৌখোন চাকমোম খাম্বী মৈহৈথগুম্ববু থৌখাম্বীয়ো, নিংথৌ থাঙলেন নখূৎশূবু চৈরৎপিয়ো হায়না ব্রাহোম্লুও, ইয়ু থংজীঙ কোয়রেল লাই খোইয়ম লাইনিংথৌনসু য়োনদনা ললকুবিশনো, তয়ম নবিংঙাবু হয়েং নরল শিংজা কোনখিনবা তয়ম নাইশীববু য়োনদনা লনকুবিগে হায়না বরো-মালা লীক অয়েৎপবু শমু খুৎশিন্ননা ব্রাহোমখিএ হায়দবরা ।। মদাইরেম অনিমাদি নিংথৌ সনা ময়াথংবু তাঙজ লুদা থোংনা লানফম মরক চঙ, লাংগোই মায়ফংশাববু শোংকিদনা, ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবা নিংথৌ সনা মখোঙ-খাদা মানবী খূৎতপ্না মূকমু লৈতোল কোন চাংজৌ চেপ্না লোলনা পুরুম্লবগা কেকে পুরীক্লাইগী সনা ময়াথংবু লুদা থোংনা লাইরীক খূদোল কৎনা ব্রাকৎচখিএ ।। রোদনা পুরো সনা লৈকোয় ফম্বা নোংপোক লৈময়াইদা ব্রাঙনবা ইবুংঙো তাউ-ও, নদাইরেম ঐখোয়বু নিংথৌ সনা নখোঙ খাদা, কেকে ইনিংথৌনা থৌশীরকএ, লানফম মায়ওক য়াঙমদ্রবগী কেকে ঈপূঙ তাক মোইরাং ঈ-রৈ কায়রে খোইয়া মহুম চাইগুম্লবগী নহা নুপী হনু হনবা পূম্নমাবু খোইমা লাংলক চঙ পামেল উখা য়ুমওইননা, কৌবা লোকঈ থক, চীঙনুং উনা চানা নোংলেনলে, তরা চা-তংদা পুনুং ব্রানথোংদরবগী লব্রাই পুজেং নিনঙমদা শাবল লাংলক চঙঙমদরে থাঙলেল নখূৎশূবু চৈরৎপিয়ো তিমেল ননুং চঙবু হলব্রাইবিয়ো, নদাইরেম খামরল লানমী অথৌবাশিংবু তাঙজ খোঙগুল লীনা ঈরোক হাথৈ ফংহনবিরগনু পুরীক্লাই মমোম ঈব্রাংলোনবু রোদনাপুরো সনা লৈকোয়

ফম্বা খামরল লৈমাবা নংঙোন্দা কাওজনগে হায়না পাউমেনলকএ ।। ঐব্রা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবনা ব্রাহোম্লকএ, কেকে মোইরাং নিংথৌগী মদাইরেম তয়ম নবিংঙাদি নরান য়াঙনা ওনতেখিরো, নবুংঙো কেকে লৈমাবদা পাউমেনলুও, ইদাইরেম খামরল মীশীং থীঙমদবা লাংগোই পূঙবুরেম্বা কামল মায়ফং শাবা পূম্নমাবু ব্রাংঙম তাঙজ খোঙগুল লীনা হুএল লানথিহনলরোই, কেকে ঈরোক হাথৈফম্বু লাংফম পীনিল হৌনা খোইমা নারক খায়হনলরোই, খোংফৈ চিরোল চনগুম চৈরৎহনলগে, কেকে ননিংথৌবু চেংলৌ থুনা শকউনশে হায়রুও হায়না থৌশীথোরকলে হায়দবরা ।। মদাইরেম অনিমানা কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবা নূঙনাং তেলহৈবা সনা মখোঙ খাদা ঐব্রা তোঙদোই নিংথৌগী সনা ময়াথংবু খাক্তনা ব্রাকৎচখিএ, কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেলহনবাও নদাইরেম ইবিংঙানা খামরল তেংগোল মরক চঙনা নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা ব্রাকৎলুববু লাংগোই শামাবা ঐব্রা তোঙদোই নিংথৌনা থৌজাল মায়ওক্লনা য়াথং চীঙশাং খোইরেল হীগুম কেকে ইনিংথৌ নহাকপু থুনা চেংলৌ শকউনশে হায়রকএ ।। কেকে পুরীল্লাই অতেংবা ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা মদাইরেম অনিমাগী কোনলোই ময়াথংবু নাতারবগী, মমোম ঈব্রাংলোন শমজমনি অহেনবীবু শম্লাং তোনগা নালনা ব্রাহোমখিএ, ইমোম ঈব্রাংলোন নাউব্রা অহেনবী নঙবু ইপলনা কেকে খুনথক লান মোইরাং খুনখা কেলনা ঈব্রাংলোন হৈনা নউ কল, পামেল উরাই হক্লবশিংদা কাওজনবিদে হায়না ব্রাওইগনুও, ইমোম চীঙঙু নরাইবক পলেম নমা শীয়োম্লুং, নপল ব্রাংঙম নাকলৌ ফিয়াল নোংগী লমজাইফদবা নারিঙেনে, ঐব্রা তোঙদোই নিংথৌগী তানলোয় তূনুংশিবু ওই, খামরল লৈমাবীবু ওইনা য়াংগোইরুও, নপল ঐগী চীনগোই ইয়াথংবু হেনথোককনুও, হায়নাপোনবী তূগুম্ববু চীলওক্লনা ব্রাহোমখিএ হায়দবরা ।।

পুরীল্লাই ঙাংঙোই নুঙনাং তেলহৈবদি মশানৌ সনা খোম্মদোন মনত্রি পায়মা লিন্না ঙানববু ঙাইরোইননা ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ য়াইবী পনলোই তানবা চীঙলেন মকাইহফম লোইবী ময়িম্লাক কোইরেং লৈরুম লোনগী কেকে তমদা তা, মোইরাং তমদা কুম তাউথোং লমশাং ইল লানলোয়

ময়াই খায়না খামরল তেংগোল মনিল নাইবা পুনুং তংকন লারোল য়াম্বু লানফম ময়াই খায়না ঔব্রা তেংগোনলেন তুবীয়োই কোননুংবু ইন্দাল্লকলে ।। খামরল লৈমাবা মরান য়াইদা ব্রইথুংলবগা, কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা ব্রাহোমখিএ, রোদনাপুরো লৈকোয় ফম্বা নোংপোক লৈময়াইদা ব্রাঙনবা নিংথৌ য়াইফবা-ও, নঙগী হুএল লালহৌখোনবু মালেম লৈবু খোনবনিগীনা লানফম মায়ওক য়াঙমদরে নদাইরেম তিমেল নঙগী তাজেনখাক, কেকে লানজেল অচোইবা খোইমা নারক চঙনা য়াউরৌ শাঙাই লাম্বিচাগুম খোইমা লূগা থুম্না শানথূপ্পশিংবু চেক্লা উরীক লোলয়াম্বিচা য়াংবা চোইদানবা তূগুমলে ।। কৌবা লোক্লুং অসুকপা খম্লুং য়াংখূ ঙমথংনবদা পোইরৈ থকচেলননা ব্রাংঙম ঈরোক হাথৈবা পূম্নমাদি হুএল নঙগী লালহৌখোনগী ইশা তূগুম্ববু তুগা চুং চাকমোম খাম্বী লমশা তূগুম্ববু শোংগা কাঙনা শোংকিরে, থব্রায় মিরেল পাই ব্রাংঙম মিরেল নোংদা কারববু নিংথৌ নথৌজালনা ঙাকপিয়ো হায়না ব্রাকংখিএ ।। খামরল লৈমাবা ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌনা ব্রাহোল্লকএ, কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা নঙদি পায়মা করম লিন্না ঙানবনো, হুএল ঐগী লালহৌখোন চাকমোম খাম্বী মৈরাওখোনগুম্ববু ঙাকঙল্লরোই হায়বগী লালফম মতীক খঙবনিগীনা খামরল লাংগোই মাইফংশাববু শোংকিদনা মকোই নঙগী পাউনিংশিংবা, নমু থব্রায় মীয়াম ঙাককে হায়বগী কেকে নপূঙ য়াইগী তাঙজ ঙাইখঙনবা ব্রাংঙম মিরেল নোংদা কাবনা শোংকিনরবশিংবু লাংগোনগে হায়বগী, লানফম মৈশা লাংগুম্বা অসিদা চাকমোম মায়ওক্লনা খাম্বী মৈনুং চঙবগুম লাংগোই লৈরেম কাওনা শমু মাঙদা থানা তাল্লকপবু, মপল লাংগোই লৈরাম্বীচা মোইশায়া অপানববু শমু শারক তালনা চেনশিল্লকপগুম তিমেল ঐগী মাইফং শাববু শোংকাঙদনা নিংথৌ ইখোঙ খাবু ইন্দাল্লক্লে ।। চাকমোম মৈরিনুংগী মালেম লৈসনা অঙাংববু খঙজবা তূগুম্ববু নিংথৌ ঐগী ইরলকুবু লনকুরমগে, কেকে নাদা পক, পোইরৈ শীংদা পক্লা শানথূপ্পশিংবু শোংকিহনলগনু কেকে নপূঙ

লেপ্পা পোইরে লৈবাকসু ঙাকহৌরো নিংথৌ কোলোয় নমিংথোংসু কেকে মোইরাং নিংথৌ শিরি চৌওন্বা কৌনা মিংথোংনাও হায়না মালেম লৈসনা অঙাংবগী চোয়নৌ সনা মপাক্তা নিংথৌ কোলেয় মিংলেন ইনা ললকুবিরে হায়দবরা ।। ঔৱা তোঙদোই নিংথৌনা অনৌৱা ৱাহেল্লকএ, কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবাও, ঐদি থিংলৌ নীংনা তেনা লানফম মায়ওনলগে, নমোম ঈৱাংলোনবু পাউকৌহনলুও হায়না ৱাঙনলবগা, খামরল লাংগোই পুঙবুরেম্বা ঔৱা লানমী থীঙমদবা কামল মাইফং শাবা পুম্নমাদি, কক্চেং লুচাউবি চানা মালেম থৌরে লৈচেনবগুম নমু মীয়াম লেংফাই চং, উফুল নোংদা কানা খামরল লানফম মায়-ওননা হলৱাইরবদা, শেকতা চাবুতাগী খুনগুম পুঙ খুমন তউতেক কোলনা তা, নোংয়াই লৈকোয় পূঙদা ৱাইথুংলরে হায়দবরা ।। কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই নুঙনাং তেলহৈবনা ৱাহোল্লকএ, ইদাইরেম কেকে শমু খোঙনা য়াঙবা য়াউরৌ শাঙাইতু নঙবু লাউও, তমফা ইশানৌ কেকে লৈমাবীগা পারী সনা ৱাপীহল ঙাংঙোই য়োইদাবুং ঊরা খুন্দাবগদা ৱাহোমলুও, নমোম ঈৱাংলোন অহেনবিবু খামরল লৈমাবনা নিংথৌ সনা তেংগোললেন নোংয়াই লৈকোয় পুঙদা ইন্দাল্লকও হায়রে নমোমগীদমক পোৎলোই মশীং শু পোৎয়াও মতোন লোম অৱোং অউন তম্না শংলৌ ঙমদল্লক য়েনলাং থৌরাঙলকও হায়না থৌশীরকএ হায়রুও ।। মদাইরেম য়াউরৌ শঙাইতুনা নিংথৌ সনা ময়াথংবু লুদা থোংনা তমফা সনা মখোঙ খাদা ৱাইথুংলুরবদা নিংথৌ সনা ময়াথংবু খাক্তনা ৱাকৎখোনগী, কেকে মোইরাং লৈমা তমফা ৱাংঙমলোন্না মমোম শমজমনি অহেনবীবু শল্লাং তোনগা নাল নুংশি খোয়বু ওননা মমোম চেংলৌ শককোয় য়েংনা পাউনৌখিএ, ইমোম চীঙঙু নরাইবক্লা খোইয়ম নোংদম্বা মথৌ থাবু লমজায়ফদবা নারিঙৈনে, নপল ঐখোয়বু চেংলৌ শকউনদনা নোংপোক লৈময়াই ৱাইরং অভাম্বা খামরল লৈমাবগী নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা য়াংগোইরুরঙৈনে, নপাম কেকে চাউৱা পূঙ মোইরাং শাংবা য়াইবু নমদা

হুলানলল্লগেনে, নপাম য়াংলৈ তাউবা হুইখোং খোনবু নাতাররোই, নদু কাইরে য়েনখোং খোন অতাম্ববু নাচুং লরোই হায়না পাউমেনখিএ ।। পলেম মমা য়োইবু লেংনা তিনবি য়োইহে নাকলৌ শিনবি পূম্নমক্না নুংশি মখে লৈতনা শিরেল খাকমা অনা ব্রাহোম্নখিএ, কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই কোরৌ ইনোংথৌ মোইরাং লৈকোয় ফম্বা মমোম ঈব্রাংলোন অহেনবী নঙবু নপল ঐখোয়না ইমোম চেংলৌ শকউনররোই, য়েংবসু চীঙনা খল লাম্বসু শানা তেনলঙেনে হায়না নুংশি পাউমেন্নখিএ ।।

হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও, খামরল লৈমাবা ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌদা কাওজনবী নমোম ঈব্রাংলোন শিরি শমজমনি অহেনবীগীদমকপু মদু নিংথৌ নশাবী কেকে পুরীক্লাই লাংলেন সনা ব্রাপীহল ঙাংঙোই য়োইদবুং ঊরা খুন্দাবনা অবোঙ অউন তম, তয়ম নাইরেল থিনা শংলৌ ঙমদমলা য়েনলাং থৌরাং মঙম লোইরবদা, মমোম ঈব্রাংলোন শীংলেন কেতু লৈনুংশিগুম্বীনা ব্রাহোম্লকএ, ইপল পলেম ইমা ব্রাংঙম্লোন কেকে লৈমাবীও, ইদু নিংথৌ লাংলেন সনা ব্রাপীহল, পলেম ইমা য়োইবু থংজীঙ য়িমলেন ঙাল, য়োইবু চৎলম ফানশাং হেনবী নখোয় পূম্নমাসু, নমোম ঐদি ইপল নখোয়বু চেংলৌ শকউদা ইদু নিংথৌ শানম ঙাইথিংতোন লাংগোই শায়াঙ থক্তা সনা খোকখে মরোল য়াম্বশিংসু, শানৌ ঈব্রাংলোন সনা কোনখে মরোল য়াম্বি পুম্নমাবু, পুনুং লমখঙদনা শেনবি লোনখঙদনা, খামরল লোনদিন্নদবা নোংপোক লৈময়াই নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা য়াংগোইরুরঙেনে হায়না নুংশি পাউমেন্নরম্লবগা মমায় হাওরে নোংচুপ পাংনা শমু চাংজৌ চেপ্পা লোলনা ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ কেকে শাৎমাবা থংজীঙ লাইমরুবু চীঙলেন সনা মকাইফম্বু মানবি খুৎতপ্পা মূকমু লৈতোল কোননা পুরুম্লবগা লোইবী কোইরেং লৈরুম লোনগী লমহৌরক্লে ।। কেকে তমদা তা, মোইরাং তমদা কুম্লকলে হাওবা য়াংগোই পাদম্বা সোয়শেনব্রাইবু ফৈনা শম, নোংয়াই লৈকোয় পূঙ মপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই নুঙনাং তেলহৈবা সনা মখোঙ খাদা

ঋাইথুংলুরে ।। মমোম ঈৱাংলোননা মানবি খুৎতপ্পা চাংজৌ চেপ্পা লোলনা মালেম থৌরে লৈগা পায়না পুরক্লবগা কেকে লৈমাবনা ৱাহেল্লকএ, ইমোম ইবেম্মা ঈৱাংলোন অহেনবী নঙবু নপল পনথৌ নিংথৌ ঐনা নমু থৱায় মীয়াম ঙাককে হায়বগী ঔৱা তোঙদোই নিংথৌদা কাওজনবনে, ইমোম চীঙঙু নরাইবক য়ামজেং তুরৈ থোংবু লমজায়ফৱোই হায়না পাউমেনলবগা, মমোম ঈৱাংলোন শমজমনিনা মানবি খুৎতপ্পা চাংজৌ চেপ্পা লোলনা ৱাকৎচরকএ পনথৌ লাইজ ঈহুনবিবা অঙজ কোকথক্কি খোইয়ম লাইওইনবা সনা নয়াথংবু নমোম ঐনা ৱাকনফরোইএ, হায়না নুংশি পাউমেলনরবগা ঔৱা তোঙদোই নিংথৌদা শমজমনি শীংলেন কেতু লৈনুংশিগুম্বীবু শমু খুৎশিন্নরে হায়দবরা ।। খামরল লৈমাবা ঔৱা তোঙদোই নিংথৌনা ৱাহোল্লকএ, ইমান কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা-ও, খামরল ইঙাইরেলবু ওইরবনিগীনা, কেকে নপুঙ তাক্লা মোইরাং নরৈ কায়রববু খুনলেপহৌরো, নুংঙাই মরাং কায়না পোইরৈ লৈবাকসু ঙাকহৌরো হায়না পাউমেনজখিএ ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা ৱাহেমলকএ, পারী লাংজেং মথোক্লকপা সেনাপটি অতোন মশেম্বা নঙবু লাউও নমোম অসিবু মপল পলেম মমা ৱাংঙম্লোনবু কোরৌ নোংগাবা চীঙঙু পনদনখিববু লোইদাম থাশীং য়াম্না লাংহে কুমওন্দরিবগী পলেম নুংশি থৌকাউ ঙমদনা পিরেল খকমা তাববু চৈরেপ্তরিবিনে, হৌজিক মপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ঐবুসু চেংলৌ শকউনররোই, নোংপোক লৈমায়াই ৱায়রং লম্না তাম্বদা য়াংগোইরুঙেনে নমোমগা ঙাইরোইনখিয়ো ।। হয়েং খামরল মপুঙয়াইদা নমোম্না মদু নিংথৌ, পারী চেংলৌ নশক য়েংনা নপল ঐবু চেংলৌ শকউনবগুম, পলেম মমা ৱাংঙমলোন অকেম চাকমোম লাংগা ওইখিরবীবু পুনুং মরেপ উবা তুগুম্ববু নুংশি পোৎথানশনো হায়না পাউমেনখিএ হায়দবরা ।।

ঔৱা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লাংগোই শামাবদি য়াইফ মরাং কায়না মদাইরেম ঔৱা লানমী থীজমদববু ঙাইরোইননা সনা মরৈবাকপু ইদানখিরে,

ঈৱাংলোন শমজমনি অহেনবীসু মদু নিংথৌ কেকে পুরীক্লাইচা সেনাপটি অতোনববু ঙাইরোইননা খামরল সনা মরৈবাকপু ইন্দনখিরে, শেনবি তুমু লোকচাউ-ঈ, ঈরোক লৈতবগী, চীঙলেন অঙম্বা খুনবী লাইথোই চীঙবু হেম্না য়ৌপোক তলনা খোইয়ম লৈপৃঙ থোল অৱাঙববু চীঙলেন মতোল ৱাংথোইববু য়ৌরবদা কেকে পুরীক্লাইচা সেনাপটি অদোন মশেম্বনা মমোম শমজমনি অহেনবীদা, মমায় হাওরৈ নোংচুপ পাংনা পোইরৈ মৈতে লম, কেকে মপল লম্বু শমু খুৎনা থিলনা পাউতাকখিএ ।। ইমোম ঈৱাংলোন অহেনবীও চেংলৌ মিৎয়েং অতাম্বা নোংফাই লৈচিন শিফা হুনগুম্বা অসিদি নপাম কেকে চাউবা পৃঙ মোইরাং শাংবা য়াই লোকতাক ৱাংফুরেল হিনুজাম্বা মরমখে ফান্তেক কাঙবুনাউ মতুয়া কেকে নপল লমনে, হাওরৈ লাইনা পাংবা লম চেংলৌ মিৎয়েং নারনবা থাঙডা মম্না শিগুম মিৎয়েং শানখৈবা অসিদি পোইরৈ মৈতে লম্নে, হাওরৈ খানা পাংবরম অসিদি নোংয়াই লৈকোয় পৃঙনে, ইমোম নঙবু নপল কেকে লৈমাবনা খামরল লৈমাবা ঔৱা তোঙদোই নিংথৌদা শমু খুৎশিন্নফম খুমন তাউথেক কোলনা তানে হায়না শমু খুৎপু থিলনা পাউতাকখিএ, ঙসি কোরৌ নুমিৎমগি মখে কেকে নপল লমবু উররোইএ য়েংবা চীঙনা খল লাম্বসু শানা তেনলঙৈনে হায়না পাউমেন্নরমএ হায়দবরা । হে ঈৱাং পুরীক্লাইও, শমজমনি অহেনবী শীংলেন কেতু লৈগুম্বীনা পিরেল খকমাতা হেকঙাই চাইতং শিংনা মপাম কেকে চাউবা পৃঙ মোইরাং শাংবা য়াইবু য়েংনা মপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবাগা মদু নিংথৌ লাংলেন ৱাপীহনগনু তেংথাননা মিকপখিএ ।। ইপল কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবাও নমোম ঐদি শাবি লেংনা ফাং শানৌ ঈৱাংলোন নাকলৌ শিনবালক্তগী চংবি লাপান শেৎনা পুনুং শোইনৌ খাইগুম নোংপোক লৈময়াই ৱাইরং অতাম্বদা কাওজনরম্লে, ঙসি কোরৌ নুমিৎমগী মখৈ ইপল সনা মখোঙখা ইপাম কেকে চাউবা পুঙ মোইরাং শাংবা য়াইবু চেংলৌ মিৎথিৎলরোই মিৎয়েং শানখৈরোই থিংলৌ তৃগুম্ববু নীংনা তে, শীংলেন

অমরক ওনতে ওল্লরোই, ইদু নিংথৌ কেকে পুরীক্লাইচা লাংলেন সনা ব্রাপীহলও, নমোম ঐদি চীঙগু ইরাইবক য়ামচেং তুরে থোংগীবু ইপল সনা ময়াথংগীবু মাই ব্রাকনফদনা মীরম অথাপপা মীব্রাই অতাম্বদা য়াংগোইরুরঙেনে ।। নমোম ঈব্রাংলোন কেকে নিংথৌ অঙনবা চনু শাবি শানৌ লেংনা তিলনা পাউদোইনবা লক্তসু লেংতিন্নররোই, নমোম ঐবু লোইদাম থাশীং য়াম্না লাংহে কুমওন য়াম্লরুবগা চেংলৌ শকউনদে মিংয়েং শানখৈনদরে হায়না ব্রাকাউনরঙেনে কনলকএ হায়না পিরেল খকমা-তা নুংশি খোয়বু ওৎনা মপল কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনববু চেংলৌ শকউদা মদু নিংথৌ লাংলেন সনা ব্রাপীহলবু পুনুং লেপউনদনা লাপ্না নুংশি তেরানজরমএ হায়দবরা, ঈব্রাংলোন শমজমনি অহেনবীদি মদু নিংথৌ সেনাপটি অদোন মশেম্বগা ঙাইরোইননা শেনবি তমদা-তা, কবো তমদা কুমখিরে হায়দবরা ।।

নপল ঈব্রাং পুরীক্লাই লোইবী মারখেং লানথবা ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবসু নোংয়াই ফেনতা লৈকোয় পূঙগী থিংলৌ নীংনা তেনা কেকে মরৈবাক্তা ব্রাইথুংলরে হায়দবরা, কেকে শীংদা পক মোইরাং নাদা থেৎপা, ব্রাংঙম তাঙজ খোঙগুল খঙনদনা চীঙলেন য়ৌপোক-কা, লোইবী হাওরক চঙনা য়াংগোইবা পূম্নমকসু পুরীক্লাই সনা মখোঙ খাদা মানবি খুৎতপ্না মূকমু লৈতোল কোলনা পুরুম্লবগা নহা-নুপী, হনু-হনবা পূম্নমানা কোরৌ ঈনোংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা নঙগী নিংথৌ শংলৌ নথৌরাঙ য়েনলাং নঙমদমগী নমু থব্রায় অয়াম্ববু লোকলৌ শানা কোলনা লাংগোলব্রা অসিবু হয়েং কেকে চারী কুই ব্রাংঙম খোংদোল শাংনা নিংথৌ কোলোই নমিংথোং শিদববু মাঙদনা ব্রাচিনাঙেনে, নদাইরেম ঐখোয়গী থব্রায় মিরেল পাইনা শোংকিবা, মিরেল নোংদা কানা শোংকিবা, তালোয় লুমতিন্নদা পারী ঙাইরোইনদনা লালনংগদববু লংমাই শেংবা লাগুম লাইশেংলে হায়না ব্রাচিনরে হায়দবরা ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি, কেকে মাগী

য়োইকোলনুং কোনুং অচনবদা, মোইরাং কংলা তোংনা য়াংদা চোয়নৌ সনা ফম্বাল লাংনা চিংনা কোনলোই শঙগায়রেল থংজীঙ য়ূমলেন মখূৎফা পূম্ন মাবু অনৌবা অমুক তাউখঙহৌরে হায়দবরা, পোইরৈ মনিল নাই ব্রাংঙম তানদবা পূম্নমাসু মোইরাং কংলৈ পূঙমায়োন্দা পূম্না তিলনা কেকে তানথোং ময়ুং কুই ঙাংঙোই লেমথোং মফৈ পাক্লা পালহৌরে হায়দবরা ।। হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও, কেকে নৈকোয় মপু নিংথৌ, ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা খুয়োল য়াংবা মরৈ-নেৎ,লৈ-তরেৎ মকাইফমদা পুনুং অচৌ মৈগুম কেকে খুনয়োক শোয়দা, পোইরৈ লাংগোল হৈনা, হরাউ মথোই থোং নুংঙাই মরাং কায়না পানলে, কেকে মপূঙ য়াইশু পাখং য়োমলোয় হৌ, নূরা য়োমদাং শাং, তরা অচা ব্রাৎতা, চরৈ অয়িন তামদা খুয়োল য়াংবা মনিল নাই, কেকে ঙাংঙোই মরাঙ হৌনা পোইরৈ পূম্না তিলনা পানলে হায়দবরা ।। লাংহে কুমওনলক্লবগী, কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবনা ব্রাহোল্লকএ, পারী পায়মা লিন্না ঙানবা ঙাংঙোই উরা কোঙয়াম্বাও, নশানৌ শানম ঙাইথিংতোল অদোন মশেম্ববু লাহন ঈব্রাংলোন শমজমনি অহেনবীগা ঙাইরোইননা ঔব্রা তোঙদোই মপূঙ য়াইদা য়াংগোইখিববু লাংহে কুমশীং ওনলক্লে, নোংপোক নৈময়াই রোদনাপুরো নৈকোয় পূঙদা পারী নঙবু য়াংগোইরুও, নশানৌ শানম ঙাইথিংতেনবু লেংশিন্নরুও হায়না থৌশীখিএ ।। কেকে পুরীক্লাইচা ঙাংঙোই উরা কোঙয়াম্বদি মপল পনথৌ ঙাংঙোই নৈমাবগী সনা ময়াথংবু তাঙজ লুদা থোংনা, ব্রাইরং লমশাং ইলনা নোংপোক নৈময়াইবু ইন্দানখিবদা ব্রাইরং লমখাঙমা চকপা অংগো ঈ, য়িংথি ঈয়াচাউবু য়ৌরবদা, কবো কেংনাউ মহিথেলবু নাতৈননা শেনবি মুব্রাউ মপূঙ য়াইদা হয়ি মনুং চঙ নূঙনাং মনা লেক পলেম পীশোলনা পনথৌ পাশোনলবগী, চীঙভু নোংদমখোল শাব্রা তুরৈ থোংগীবু লমজায়ফদনা অব্রাং কোরৌ নোংগারে চীঙভু পন্দলখিরে হায়দবরা ।। মদাইরেম হৈনা মতুং ইল সনা মমৈ ব্রায়বা পূম্নমাদি থিংলৌ নীংনা তেনা কেকে মপূঙ য়াইদা হলব্রাইরক্লবদা ঈব্রাং

পুরীক্লাই সনা মখোঙ খাদা মপারী ঙাংঙোই উরা কোঙয়াম্বনা কোরৌ নোগা ব্রা, চীঙঙু পন্দল ব্রাবু মানবি খৃৎতপ্না মৃকমু লৈতোল কোননা ব্রাকংলরবগী কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেলহনবদি পিরেল খকমা তা, হেকঙাই চাইতং শীংনা মিকপখিএ ।। পারী লাংচেং মথোল্লকপা নঙবু নপল ঐগী চীনগোয় ইয়াথংবু মাই ব্রাকনফদবগী নোংপোক লৈমায়াই ঔব্রা তোঙদোই পৃঙদা থৌশীখিববু, নোংপোক ব্রাইরং লমখাঙমদা নপল পনথৌ ঐবু চেংলৌ শকউদা, নশানৌ পলেম পীমচা পনথৌ পা-মচা পৃম্নমাবু পুনুং লেপখঙদা চেংলৌ শকউনদনা করিগী অব্রাং কোরৌ নোংগাখি, চীঙঙু পন্দলখিবনো কনলকএ, হায়না মিকপখিএ ।। মশানৌ য়োইরুমলোন নোংবাল অঙনবা লূব্রাং সলাই অরেম্বা চনুগা তানলোয় তূজা হৌ তয়ম নাইজা তিলনা থীক্লেন থাগা ফূ পিরেল খকমা তানা মালেম লৈদা ওন নুংশি মখে লৈতনা মিকপ্নরে হায়দবরা ।। কেকে নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেল হনবনা ব্রাহোল্লকএ, শানৌ শানম ঙাইথিংতোল অতেনলক্কি লোইচা আম্বা মনত্রী পায়মা লিন্না ঙানবা-ও, নপারী, ময়ু কেকে পুরীক্লাই নোংলেন হাইবিখোং ঙাংঙোই নানবা শরাবা কোনলোই মমিংথোংবু মৈনা ব্রায়না মিংচুবা পারী নানবা শরাববু নোংপোক লৈমায়াই ঔব্রা তোঙদোই পৃঙদা মশাবী অদোন মশেম্ববু লেংশিলনহনশে হায়না ব্রাহোল্লবদা, মশানৌ সনা খোম্মদোল মনত্রী মখোই পাউনিংশিংবনা ব্রাকৎচরকএ,- শাবী কেকে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবাও, নদাইরেম পারী নাউব্রা অখৃবা অদুবু মখোই পাউনিংশিংনা পায়মা লৌশিং লৈত্রিবনে, তৌইগুম, নিংথৌ সনা নয়াথংবু মালেম লৈদা তাফরোইএ, নোংপোক লৈমায়াই ঔব্রা তোঙদোই পৃঙ খামরল লৈমাবা সনা য়োইকোল নুংদা য়াংগোইরুশনো হায়না পাউয়াখিএ ।। মপারী কেকে পুরীক্লাইচা ঙাংঙোই নানবা শরাবদি কেকে লৈমাবা নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা মানবী খৃৎতপ্ননা মৃকমু লৈতোল কোলনা পুরুল্লবগা, মপল পনথৌ অতেনলক্কি লোইজা আম্বা, মনত্রী পায়মা লিননা ঙানববু মানবী খৃৎতপ্না মৃকমু লৈতোল কোননা

পুরুপ্লল্লগা নোংপোক লৈমায়াই ঔব্রা তোঙদোই পৃঙবু ইন্দানখিরে হায়দবরা ।। কেকে পুরীক্লাইচা ঙাংঙোই নানবা শরাবদি রোদনাপুরো লৈকোয়পৃঙ নিংথৌ সনা নাক্তা ব্রাইথুংলুরবদা, মশাবী সেনাপটি অদোন মশেন্বদা মপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবগী সনা ময়াথংবু ব্রাহোম্নরবগা পুরীক্লাইচা সেনাপটি মশেন্বদি খামরল মপৃঙ য়াইদগী থিংলৌ নীংনা তেনা নোংপোক ব্রাইরং লমশাং ইলনা মরাল ওস্তেরক্লবদা কেকে চাউবা পৃঙ মোইরাং শাংবা য়াইদা ব্রাইথুংলরে ।। মপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেলহনবা সনা মখোঙ খাদা মানবী খুৎতপ্লা মৃকমু লৈতোল কোন চাংজৌ চেপ্লা লোলনা পুরুপ্লবগা, ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌনা মমোম ঈব্রাংলোন অহেনবীবু থৌজাল মায়ওক্লনা লনকু-ব্রা, নিংথৌ মথৌজানবু খাক্তনা পাউদমজখিএ হায়দবরা ।।

হে ঈব্রাং পুরীক্লাইও, পুরীক্লাই ঙাংঙোই নৃঙনাং তেলহৈবদি কেকে মপৃঙয়াই অদুদা নুংঙাই মরাং কায়না পানলবদা, পুরীক্লাই থয়াঙ মথৌমল ঙাংঙোই চৃঙশেল মরাল হৌদি হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংবা লমদা খৌশাবনে ।। চীঙখোঙ পোইরৈতোল মমা লৈনুং পিয়াইনুচা খোমফাং অতোনবগা শাচুং নিংথৌ শাচুং লাংমৈরেন্বগা লমওন্নবা মরমখৈ, শানু শাবা পাউহং চীঙ, য়োমলোই য়োমদাং পাউখঙ-ব্রাই, নাতক নামেন মান্না লম, অমাই মাইশিনলোক, মৈবা মাইয়েং শিন্ন-ব্রাই লোইবী শাচূন মনিল নাই পাইবোম নাকলৌশেল শাউন লূহুপ্পনা য়াংগোইবা, লোইবী খারম তান-দবা চীঙশাং নাকপক থল ব্রায়থৌ থমচেৎ পানগুম্বা পৃঙদা কেকে নিংথৌ লৈমাবা ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা কাওবি শনশকপা কৈরেল তেংথাবা পৃম্নমাবু ঙাইরোইননা পেরে শিনাই খোং শিংগা খোনজেল চাউ, চারৈ ফিরাল লমহাই নাই, তরেৎ শেনফাং য়ৈ, ব্রাংলেন মনিল নাই, লাংতে পৃঙয়াম য়ৈনা ব্রাংলেন পৃঙনিলখোনবু কোরৌ তমনোং খোংবগুম লানফম মরাঙ হৌনা হুএল লান্দানখিএ ।। কেকে খৃমাইরেন্বা য়াংলৌ মরমশাং,

লম্লেন তোর্বুঙ খুনবি তোরোফাই চীঙঙু লাথমপোকপু ফৈনা শম, খারম মচীঙকা হেম্না য়ৌপোক তন শৌবোন মাঙওই থিল হেম্না পনথোঙ হাং শাচুন য়ূমখৈ ফংনা পনথেংলবদা, খারম মপুঙ তাক্লা মৈবি তাঙগোই পাই মৈখু নোংদা কানা হেম্না খাংজেন থূমলে, লোইবী মপারীবু নমদা পো, মমোম পানদা শমনা থোনয়া হাথৈবা পূম্নমাবু তাঙজ খোঙগুল-লী, ঈরোক হাথৈ ফংনা পনথেংলে, শম্ভং নারেং হোই মানবী শলয়াম খোম, মেলনাং তনবা চীরৈ চীঙ্গ সেনবুঙ সেনমল পূম্না লোকলে ।। খামরল মনিল নাইবনা পোইরৈ তমদা তানা পনথেংলবগী ব্রাংঙম খুনতাক অহানবদা পোইরৈ তাঙজ ঙাইখংননা ব্রাংঙম থকচেন্নখিবা, কাওরেল শনলক তিন্দবা তুগুম্ববু হুএল লানজেনখিবশিংনা খারম ময়ুমনাক শাচুন মশাইগোন্দা লাংহৈ কুমশীং য়াম্না য়াংগোইরবশিং পূম্নমানা কেকে নিংথৌ সনা মখোঙ খাবু তিলনা চেনশিল্লক্লে, ইনোং নোংয়াইমাদা পানবনা লান্দারবগী মানবী কোন্দৈখিরববু কাওরেল অমরক শনলক তিনলবা তুগুম্ববু তিনলরে হায়দবরা ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা শাচুন মপূঙ য়াইদা ঈব্রাং মৈনা ওৎনা খৌশারবদি, হুএল লালনিগীদি লোইবী শাচুন হাওপাখং খারম আইবিরেং অথৌববু কায়না হুনলে, হেম্না থেনবুঙ থক্তা মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমানা তেন্দোং নমদা হুন থাঙলেন নামৈ য়েপ শমু খূৎশম পানলোইননা ঔগ্রি মালেম লৈরোই শৈবু চীঙখোঙ মিকোল শক্লা পাউদোইনরমলে ।। কেকে মচী হেন ঈব্রাং মরায় লাংনা হলব্রাইরক্লবদা লম্লেন মদাইমা লোইবী মারখেং মনিল নাইবগী চীঙয়া হুইশোনবা তময়া নুংওনবা পোনবী চেক্লা ফাই পামেল মৈশল তাঙ লানলুমঙম্বী নোংয়াই উচান মৈরা লৈবু তনলা উয়াম হৌবদা য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা ব্রাকচীঙ হাওকোনবম চনু নিংঙেল নূরাবী নোইনুম থুমজা মায়ঙৌবিবু মালেম লৈখম তৌ তোকমু লৈতঙ ফেন লৈমু ময়োল হন পেরে চীনখুন থি লাইজ ঈচম চঙহন্দনা তনলা অঙনবা পামেল থুমখোং অরেম্ববু খোংহুকখিএ, অদু নোংগীবু কেকে পুরীক্লাই

ঙাংঙোই খোকখৈ পানজুম্বা খোকলেন মখুৎফা খারম শাচুন খূৎঙম খোং মালেম হাইবিরেং অথৌবা ফানা খোংও তৌনা কৌএ হায়দবরা ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙংঙোই খোকখৈ পানজুম্বনা ব্বাহোম্লকএ, ইদাইরেম ব্বাইরং খ্বারাই কেনবা নঙখোয়বু লাউও নোইনুম চাসু তালনা থুমতূপ মাইরেং শেম নাউদু খূৎফাং শারাউও তমফা ইশানৌ কেকে মোইরাং লৈমদা লমওক্রশে হায়না ব্বাহোমলবগী মদাইরেম তেংলৈ পন্দাই ওনবা ব্বাইরং খ্বারাই কেনবশিংনা চকপা হাওরা নিংথৌ চনু মখূৎশা পুনুং চেগায় পোকতা মৈখু নোংলোন কা মৈরি পোননা থেম্মা ব্বাইরং খোইনীং মেল লারাক খাঙতাই থোম ব্বানপক থুমপান শৌ চিননেপ মাইকোই লৈনা খাঙলা পোৎথিং য়ৈ নোইনুম চাশু তানলে ।। হে ঈব্বাং পুরীক্লাইও কেকে নিংথৌ লোইবী শাচুন য়িমজঙ য়ানবা উরুচেং ব্বাইহুইনবা চাইনেম থংয়ৈনবা ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা পূম্নমাবু ঙাইরোইননা মরান ওস্তেরক্লবদা পুনুং লানপোৎ মঙাল নাই কেকে খুনয়াই চঙ নুংঙাই মরাং কায়না কেকে সনা য়োইকংলা মোইরাং কংলা তোংনায়াংদা করাং লালহৌ চৈবু কৎনা চেঙজা নূঙগোইবীদা হুএল লালচনলে, ঙাংঙোই সনা য়োইকোননুং কোনুং অচনবদা ব্বাইথুংলরবগা তমফা মশানৌ ব্বাংঙম মৈরা পোনজেম্বীদা লোইবী শাচুন খূৎঙম থুম নোইনুম থুমজা মায়ঙৌবীবু লমওক্র রে হায়দবরা ।। হে ঈব্বাং পুরীক্লাইও, লোইবী শাচুন ঙম্বা ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীঙ কোয়রেল লাই মোইরাং কশারেল নামুংবা চীঙঙু য়াইবী পনলোই তানববু উনবী শামন লীকিননা কোরৌ লনশামন ব্বাংবল পাউফামনগী চীঙঙু য়াইবী মথৌজানগী খোইয়ম থংজীঙ মরলকুবু খোইমা মায়ওক্লা য়ামজেং থাফংননা লনকুবিরবগী কেকে মপুঙ য়াইদা, লোইয়া শুমতোং মৈগুম তোংহৌনা অঙানবা খেনগা–য়াইগুম ঙালহৌননা কেকে অনৌবা মনিল নাই মোইরাং মরাঙহৌ পোইরৈ পুম্না তিলনা পানলববু কেকে খাহচেন নাইহন্দা ঙংঙোই পাংশোই নীকহন্দা পোইরৈ খুনয়োক শোয়দা মোইরাং লাংগোল হৈনা, নুংঙাই মরাং কায় হরাউ মথোই তোংনা পানলে হায়ন্দবরা ।।

ঔৱা নিংথৌ খামরল লৈকোয় ফম্বনা ৱাঙমলকএ, ব্রামহোন শাগৈরেলদা নাউনৌবা সদানন্দ নঙবু লাউও হায়না পাউকৌখিএ, তয়ম নঙদি লাহন পোইরৈ খুন্তাক অহানবদগী খামরল ইপুঙয়াই অসিদা য়াংগোইরবনে, নমু মীপুম খরবু ঙাইরোইনখিয়ো, পোইরৈ নপুঙয়াই নাউৱা নখোয়গী খোয়রেনফম্বু য়াঙনা ইন্দানখিও কেকে মোইরাং নিংথৌ শীরি চাউওম্বদা পাউমেনলুও লাহন ঐনা হুএল লান্দা-নোং চাকমোম খাম্বী মৈহৈথগুম পোইরৈ লৈখোঙ কায়বা নোংদা কেকে নপুঙ লেপ্লা পোইরৈ লৈবাক ঙাকলৌরো হায়না য়োইচানলম্বা অদুবু, লানফম মৈশা লাংলিঙৈনিনা কোনলোই য়াম্না পাউমেলনরমদে নোংপোক লৈমায়াই অসিদা ইন্দানলকও নমোম ঈৱাংলোন শমজমনি অহেনবীবু চেংলৌ শকউনখিও হায়না পাউকৌরুও হায়না থৌশীখিএ ।। ব্রামহোন সদানন্দ লৌশিংবনা নিংথৌ সনা ময়াথংবু অমেংতো লাইরীক লুদা থোংনা কেকে চাউবা পুঙদা ইন্দানলক্কে, কেকে পোংলেল হনবা ঈৱাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবা সনা মখোঙ খাদা ৱাইথুংলরবগা ব্রামহোন পায়মা লিন্দাং শাংবনা ৱাহোমলকএ, কেকে লৈকোয় ফম্বা ঙাংঙোই পোংলেলহনবাও নোংপোক লৈমায়াইদা ৱাঙনবা নিংথৌ য়াইফথোইবা সনা ময়াথংনা কেকে লৈমাবা নঙবু চেংলৌ শকউননিংএ নোংপোক লৈমায়াই খামরল ইরৈবাকপু ইন্দানলকও, নমোম ঈৱাংলোনবু চেংলৌ শক উনাখিরাউও হায়রকএ হায়না পাউমেনলবদা, ঈৱাং পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবনা পাউমেনলকএ, নোংপোক লৈমায়াইদা ৱাঙনবা নিংথৌ য়াইফবগী মদাইরেমশিংও খামরল লৈকোয় ফম্বা মাকলৌরেম ঔৱা তোঙদোই নিংথৌগী সনা ময়াথংবু ৱাকনফরোইএ, হায়না পাউখুমখিএ ।। কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবনা কেকে মহীশাং ঙাংঙোই ময়েনলূশিংদা ৱাহোমলকলে, তমফা ইশানৌ য়োইবু মৈরা পোনজেম্বী নঙশু, য়োইহৈ লূম্লাং অপানবী ঙাংঙোই থংজীঙ য়ূমলেন ঙানবী নঙখোয়শু, পারী লাংলেন ৱাপীহল ঙাংঙোই

য়োইদবুং উরা খুন্দাবা নওশু, কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পুন্নমা নখোয়শু নাঅও, কেকে ননিংথৌ ঐদি নোংপোক লৈমায়রইবু ইন্দালখিঙেনে হায়না পাউমেনলবদা, তমফা মশানৌ ব্রাংঙম মৈরাপোনজেম্বীনা ব্রাহেল্লকএ–হায়বিগনুও ইশাবী কেকে পোংলেলহনবাও, নিংথৌ কৈদৌববু সনা নখোঙ লেঙগবনো নপারী লাংলেন ব্রাপীহনবু নোংপোক লৈমায়াইদা থৌশীখিশে হায়না পাউমেনখিএ ।। তৌইগীদি তমফা ইশানৌ কেকে লৈমাবীও, ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌনা ইমান কেকে মোইরাং নিংথৌ শিরি চৌওম্বদি নিংথৌ ইয়াথংবু করিগী ব্রাকনলকপনো, শেনবি কনতৌ য়োৎকুম নুংগন্নেএ, ঙাংঙোই খোইবুং মরৌ চাউনা পায়মা উনবি পারেগে হায়বা নারিঙেনে হায়না য়াইবী কলহৌ নীক্লবগী হুএল অমরক লালহৌরকপনা পোইরে লৈখোঙ কায়রবদি, লাহন লানফম তমথীবা চাকমোম খাম্বী মৈহেৎথগুম্বদগী নমু থব্রায় ঙাকলৌবদি শীংলেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে ।। ইয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ থংজীও কোয়রেল লাই খুয়োল য়াংলৌ লৈবাক মাবা চীঙুু য়াইবী মরল কুগী কেকে ইপূঙ য়াইদা তিনলরে, নহা নুপী হনু হনবা ব্রামহোন বামোন পূন্নমানা পোইরে য়াহীপ্তা কেকে য়াতাফদা খোইমা লাঙতক্লা ব্রাংঙম লাঙফেলননা পুক্রিং শোংকি চঙববু লংমাই শেংবা লাগুম লাই শেংহনলগে নমু থব্রায়পূন্নমাগী তরা লৌচেন পোৎকুম্ববু নিংথৌ নশাবী ঐ লেং শিলনগে ।। খোইয়ম নোংদম্বা মথৌথাগী কেকে লৈবাক তাক মালেম লৈরু কোক্লা লালনংবা অসিবু লোইদাম ফাইরেল অশিং থাদা তনলা উনা কেনবগী পামেল উরোং শামবা তৃগুম্ববু কেকে অচা ব্রাংতা পোইরে আইন তামদনা তনলা য়েন্নিংশৌ পামেল মপূঙ ফাবগুম নুংঙাই মরাং কায়না পানববু চেংলৌ মিংথিংতরিবা মখে নিংথৌ সনা ইহকশাংদা চোয়নৌ সনা কোনলাংচালনচিংবা চরৈ ফিশূংশা মানলৌ ফিরাংচাল নিংথৌ ফিরোয় ইতীক্লববু শেংখিরোইএ, তাইবঙ চাকচা অথোইবা সনা শেনপাক থন্না য়োইনরবসু নিংথৌ ঐগী পায়মা পুক্রিং থুংনা চাখিরোইএ ।। মরাল

অতোন-তা, খমখূ অয়েং চনবা চানা ইরুকৌ লোক্লৌ পারৈ তৎলবদা য়াংগোইরিবাশিংনা মপান্না নাউ থাকতা মযোম নাউহন্নববু নুমিদাং খান্নী মৈরিংদা অয়ুক পুনুং ব্রানথোংদরগনি হায়বগী চাজি শুমফৎ-তা খোল্লেন তূমখুনদনা য়াংগোইবা তূগুস্নবু নিংথৌ ঐগী ফমজাউ থক্তা য়াতাববু চেংলৌ ইমিৎ পেন্না হীপখিরোইএ ।। কেকে পূন্নমা ব্রাংঙম তানদবগী তম্বা নুপা ওইবা খৈবিকপু পুরীল্লাই ইপারী সনা খোকখৈ মরোল য়াম্বা তূগুস্নবু শক্লা নাউয়োককে, মোম্নু নুজা পূন্নমাদি ইমোম ঈব্রাংলোন কেকে নিংথৌ অঙনবা চনুশিংগুম লাংগোনগে তমফা ইশানৌ কেকে লৈমাবী নওগা নদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌশিংগা ঙাংঙোই লৈবাক ঙাকঙমও ।। পারী লাংলেন ব্রাপীহল ঙাংঙোই য়োইদবুং ঊরা খুন্দাবা নওগা নশানৌ সেনাপটি মশেম্বগা নবিংঙানা নশানৌ পারী নাউব্রা লোনখঙদরিবশিংগা ইমোম ঈব্রাংলোন চেঙগোইগুম মীরোল থোক্তুরিবিশিংবু কোরৌ নোংজারেলবু চেংলৌ মিৎব্রাৎনফদনা লাংগোলঙমও ।। পলেম নমা পোকমাবী শানৌ ব্রাংঙমলোনগা য়োইহে থংজীঙ যুল্লেন ঙানবী পলেম নমা অখূবীশিংগা, ইয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ চীঙঙু য়াইবী য়েকমাবা খোইয়ম সনা মখোঙ খাদা কোরৌ পাউফাববু চীঙঙু লনশা কাউগনুও হায়না পাউমেলনরে হায়দবরা ।।

ঈব্রাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ চীঙঙু য়াইবী পনলোই তানববু শমু চাংজৌ চেপ্পা লোন মালেম থৌরে লৈগা পায়না পুরুল্লবগা মদাইরেম চীঙখোঙ পুয়োকলোই ঙাংঙোই পুখললোই নমু মীপুম খরবু ঙাইরোইননা শমু খোঙশানলক্লে ।। কেকে মরৈবাক লৈ-তরেৎ মকাইফম খুয়োল য়াংবা মরৈ-নেৎ নুংঙাই মরাং কায়ববু নমদা হুলনা নোংপোক লৈমায়াইবু ইন্দাল্লক্লে, ব্রাইরং লমনা তাম্বগী অঙানবা কোরৌ নোংশা মৈবু খাঙনা ব্রাইরং লমতুপ খুদিংদা মালং অহুম চল নীক্লা ব্রাইফেন ফং লময়েন লাবা য়াহীপ্পা খামরল লৈকোয় পূঙবু ইন্দানলক্লে হায়দবরা,

নোংপোক লৈমায়াই কোরৌ নোংলৈবাকুম নুংঙাই মরাং কায়না পানবা নিংথৌ সনা নাক্তো ৱাইথুংলরে হায়দবরা ।। ঔৱা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবনা পাউমেনলকএ, কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বাও কেকে নপৃঙ লেপ্লা পোইরৈ লৈবাক ঙাকলৌও হায়না য়োইচানলম্বা অদুবু কেকে নরৈবাক পোইরৈ নকাইফম্বু লোইবী চীঙবুরোয়বা হেম্বা তম্বু থনবনা ইংখোল ফৈরোয় খাবগুমএ, লোইবী অকেৎ থিনা হেম্বা অরৌ চঙলবা করম্ববু লৈরিগবনো ।। কেকে ৱাবা খুনথিনা মোইরাং চেঙজা লানলঙ-ৱা করম্ববু লৈরিবশু খঙঙমদে কেকে অচা-ৱাৎ চরৈ অয়িন তাম মানলৌ অশেৎ ৱাৎনা পানলিবরা হায়বগী চেংলৌ শকউনশে নমোম ঈৱাংলোন শমজমনি অহেনবীসু চেংলৌ শকউনখিরাউও হায়বগীবু পাউকৌহনবনে হায়না ৱাহোমলে ।। কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই নৃঙনাং তেলহৈবনা পাউখুল্লকএ, নোংপোক লৈমায়াইদা অৱাং কোরৌ নোংনিংথৌগুম নুংঙাই মরাং কায়না পানবা মাকলৌরেম নিংথৌ য়াইফবা নাথৌজানগী নুংঙাই মরাং কায়না পানলে, কেকে লৈবাক পুম্নমাসু তরা অচা ৱাৎতে চরৈ অয়িন তামদে, লাহন নিংথৌ সনা নখোঙনা পোইরৈ ইপৃঙয়াইদা তারকঙৈ হুএল লালজেন খাকলম্বা তরা নঙনা চাপিজবা অদুনা থৱায় য়োই-য়োইনরিএ মানলৌ ফি পানবা অদুনা চরৈ ফিওইনরি নিংথৌ কোনলোই নম্বিংথোং য়াইফববু তানা লোইবী কনানা অকেৎ থিরদে হেম্বা করম্বনা অরৌ লঙলদনা পানলে কেকে চেপ্লা হৈ ৱাংঙম পুম্না লোইনা ৱাবা খুনথিৱা চেঙজা লানলঙ-ৱা করম্ববু লৈতে হায়না ৱাহোমখিএ ।। ঔৱা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈমাবনা ৱাহোল্লকএ তৌইগীদি ইমান কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবাও পোইরৈ অরাপপা ৱাংঙম অতাম্বদগী নিংথৌ ঐগী নোংপোক লৈমায়াইবু ইন্দানলকপদি অৱা শোনখৈ নীক্লিঙৈনে খামরল ইপৃঙয়াই অসিদা ফয়েং নোংফাই য়াম্না অৱা পোথাখিও, ঐদি নিংথৌ ইমান্নবা খাগী মনিল নাই তালুক তানদবনা হুএল লালহৌরকপা অসিবু খোঙফেল মায়ওক য়ানা

হৌএল লালশোক্লখিগে হায়না ৱাহোমখোনগী কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবদি ৱাইরং মদাইমা পাঙল শংখু হিথাংফম তেরা উঙৌপোক পোনবী শেককুরেক অঙৌবনা লোকলৌ লুমথি ৱাই শ্রানচে লৈমায়াইবু নাতৈননা ইরাবতি লাইজ ঈৱাংমা ঙারা মপাল শাংদা শঙলেন তৈনা শানা লোইদাম থাশীং য়াম্না নোংথোইরে হায়দবরা ।।

পোইরৈ মৈতে নিংথৌ লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বসু শেনবি তেখাও মপুঙ য়াই অশাম মশাইগোন্দা শানথুপলুববু থিংলৌ নীংনা তেনা পোইরৈ মপুঙ য়াইদা হলৱাইরক্লে হায়ববু ৱাংঙম তানদবাশিংনা নাতারবগী, মপল অমন অমনববু খমলৈ মিনুংকোনগী হলৱাইরকপগুম হরাউখিএ ।। লাহন নুংশি লৈখে তানা পোইরৈ লৈখোঙ কায়বা নোংগী খামরল লানমী পূম্নমানা চানা লাকা নম, খোইমা নায়াই খায় ঈরোক শানথুপফমদা তাউবা খুমল হৈবনা য়াউরৌ খোঙগুল লীবগুম পোইরৈ হাথে ফংনা লালনংনোং, মপারী নমদা পো মমোম পানদা শম খোইমা নাউহিং চঙঙমদা উরী ঙামপল কানঙমদনা লালনং নোংদি, পোইরৈ ইনিংথৌ লীক্লাই ৱাংঙম লৈমাবা লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বা পোইরৈ মপল লমবু নমদা হলনা থাই তৈনা লানখিএ পোইরৈ লৈখোঙ কায়রববু ৱাংঙম লৈবাক ঙাকপিদরে ।। নমু পোংনাউতোনবু ওইরবসু খামরল লৈমাবা সনা মখোঙ খাদা চঙনা পোইরৈ লৈবাক ঙাক্লৌরবদি নমু মীয়াম অপুম্বা অসিবু পলেম পীবুক্লুংগী নাউনৌরকপা তুগুম ৱাচিনঙেনে হায়না নোংগী নুংশি মৈচাক তমথীববু নমদা হলনা থৌকাউরে ।। চীঙঙু নোংদম্লকপবু খঙদনা কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবনা পোইরৈ মপুঙ য়াইদা চোয়নৌ সনা সিংহাশোনবু লেপ্পা মুলহৌবাগুম কেকে লৈবাক তাক্লববু শংলৌ থৌরাঙএ, পোইরৈ নাদা ঘেৎ ৱাংঙম শীংদা পক্লবা পূম্নমাবু তরা অচা ৱাৎহন্দা চরৈ অয়িন তামহন্দনা পোনবি শাৱা লুমকোলনা লোকলৌ শানা কোলনা লাংগোনলে হায়ববু খঙদনা, য়াংলৈ তউবা মহুইচা তরা চাদুম হলনা নাউয়োকপনা হুইবী চীনগোই চলনা য়াংলৈ

য়াথং পীবা তৃগুম্ববু কেকে লৈখোঙ কায়না মোইরাং লৈবাক তাক্লববু শংলৌ থৌরাংলে য়েনলাং ঙমদমলে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বনা বাহোল্লকএ, ইদাইরেমশিংও নঙখোয়দি ইপুম কেকে চাউবা পৃঙবু ইন্দানখিও ইমান নিংথৌ কেকে লৈমাবা অদুবু লাইরেল ইপা মৈদিংঙু লীক্লাই পোইরৈ নিংথৌহনবা তৃগুম্ববু, পনথৌ লেপলৌ শিনগুম লাংগোনবীরকপনে, ঔব্রা তোঙদোই নিংথৌ খামরল লৈকোয় ফম্ববু ইন্দানখিএ হায়ববু নাতাইএ, ইমান তমফা ব্রাংঙমলোন কেকে মোইরাং লৈমগা মপারী লোয়না হৈগী অপানবা লাংলেন ব্রাপীহনগদা পাউমেনলুও ।। লাইরেল ঐদি খোইয়ম নোংদম্না মথৌথাগী অশাম তানদবা তেখাও মপৃঙয়াইদা শানথৃপলুববু ইরান থিংলৌ নীংনা তেনা ব্রাংঙম ইকাইফম পোইরৈ ইপল লমবু ইন্দাল্লকলে তেখাও তানদববু নমু মীশীং য়াম্না ঙাইরোইনরকএ তরা চাওকপিরমও হায়রুও, হায়না থৌশীখিএ ।। লাইরেল মৈদিংঙুনা পোইরৈ শান্তাকতা ব্রাংঙম শানফোঙদনা মদাইরেম পান্না তপতাই লোয় মাধপরাম লোইয়ম অমুব্রামচাবু পাউকৌখিএ, তয়ম নঙদি ইমান নিংথৌ কেকে লৈমাবগী শেবোপ মদাইরেম পায়মা নুংজংবানে, মপারী লাংলেন ব্রাপীহল পলেম পীমাচাগুম ঙাইরোইনবা লোয়নহৈগী অপান্বদা হায়রুও, পোইরৈ মরাঙ হৌ ব্রাংঙম মথি নাইবাশিংবু চেংলৌ শকউহনগনুও, য়াংলৌ লমদাং ইনদা খোইমা নায়াই খায়না লাইরেল সনা নাক্তা ইন্দাল্লকও চেংলৌ শকউনশে হায়রুও হায়না থৌশীখিএ ।।

অসাইঙৈগী লাইরেল সনা ময়াথং পুনা থৌশীখিবাশিংদি কেকে চাউবা পৃঙ মোইরাং শাংবা য়াইদা ব্রাইথুংলরে, তমফা কেকে মোইরাং লৈমা ব্রাংঙম মৈরা পোনজেম্বী য়োইবু সনা মখোঙ খাদা লাইরেল কোনলোই মতিলমেনবু খাক্তনা ব্রাকৎচখিএ, তমফা ব্রাংঙল্লোনগা মদাইরেম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌশিং পুরীক্লাই মপারী লেংনা তিনবশিংদা ব্রাহোমখিএ, পারীশিংও নপল পনথৌ নিংথৌ শাবী কেকে পোংলেলহনবসু নোংপোক

লৈমায়াই নিংথৌ সনা নাক্তা নোংথোইহরিএ, ইদু লোইনাই শীংখোঙ য়াইমবা লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্ববু পারী নখোয়না কোলোই চম্না থা, য়াথং পাউখী থোক্লা ব্লারোঙনববু পূম্না লৈতে মমান নিংথৌ শাবী কেকে পুরীক্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনবনা পোইরৈ মপূঙ য়াইবু লেপ্না মুনলুবা ব্লাসু নত্তে ।। ইদু নিংথৌ লীকলাই মিথোই খোম্বা তুবি মহাকথক্তা ইদু লোইনাই শীংখোঙ য়াইমবা মাবু ফংতা শিথি থোক য়াথং লাংখৈ থানা ব্লাথোক্লগেদো নপল পনথৌ নিংথৌ ঈব্লাং পুরীক্লাই শাবী শংলৌ মথৌরাং য়েনলাং মঙমদমগী মপুম কেকে চাউবা পূঙ মোইরাং শাংবা য়াই নয়ু থংজীঙ লাইমরুগী খোইয়ম সনা মখোঙ খাদা শানথূপহনবনে, লাইরেল মশাবি লিলব্লাই ফাংলৌ মরাম্বনা তুপী ফম্মোই মিংতা ফম লাইরেল ফোলাংমৈদা তোংলবদা, নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ চীঙগু য়াইবী পনলোই তানবা খোইয়ম সনা মখোঙ খাগী পোইরৈ মপল লম্বু ইন্দানখিবনে ।। কেকে চাউবা পূঙ অসিবু তুবী মাগী হৌনফম, লাইরেল কানফমগুম্বনে মপুম কেকে চাউবা পূঙবু কৈদৌরগবনো, লাহন খল্লাং পা-ব্লারী ঈরেং পুব্লারীদসু মপুম ব্লাশোক্লহৈদে চেংলৌ মঙম শোই হায়ববু ইদু লোইনাই পায়মা ঙানবা মানা থোইনা খঙলিবনে, হায়না ব্লাহোমখিএ ।। তমফা কেকে মোইরাং লৈমদি ব্লাংঙম খোইবুং মরৌ চাউনা মপাম পোইরৈ লাংতম্বা মদু ব্লাংঙম লাংশেম্ববু খঙঙমদ্রবগী, কেকে ঙাইনুংশাং পোইরৈ ঙাইরৈবাকনে হায়না নীংখনলবগী ব্লাহোম্লকএ, পারী লাংলেন ব্লাপীহল ঙাংঙোই ঊরা খুন্দাবাও নশানৌ সেনাপটি মশেম্বগা নয়ু খাম্বী লৈকাই লাকপা ময়ুম মৈদিংগু লাইরেল চীঙখোঙ তোনাবা সনা ঈদ কাফাবা লোইয়ম নিংথৌজাম্বগা ঙাইরোইননা লাইরেল মৈদিংগুবু লমওক্লশনো হায়না ব্লাতানরবগী, কেকে পুরীক্লাইচা সেনাপটি অদোন মশেম্বনা হাওশি ঙমগা চিংনা কেকে লানমী পূম্নমাগা ঙাইরোইননা শমু খোঙশানখিয়ে ।। লমলেন মদাইমা মৈদিংগুচা নূঙথোনবা সনা চূঙসেনকোল থোংনাং লালুপৈদা পোইরৈ তেংগোল লিংলে, হায়দবরা, লাইরেল মৈদিংগুগী তুবি হৈব্লাং মউশা লাইরেল

অাউজিও মহেকোল পনথৌ মপাতোনশিংগা পোইরৈ পূম্না তিলনা ব্রাতনরে, কেকে পুরীক্লাইচা সেনাপটি অদোন মশেম্বা অসিবু লাইরেল মৈদিংঙুগা চেংলৌ শক উনহনগনুশে কেকে ঙাইনুংশাং পোইরৈ মঙাইরেল অচেৎপা মহাকনে, অদোন মশেম্বগা চেংলৌ শকউনরবগা লাইরেল মৈদিংঙুদি য়াইবী কৈদৌনোংবু কলহৌনীকপিরোইএ লাইরেল সনা ময়াথং কোনলোয় অমেঙবনাদুম নুংশি পাউমেলনরঙেনে হায়না ব্রাতনরে ।। কেকে পুরীক্লাইচা অদোন মশেম্বদি পোইরৈ ঙাইনুংশাংনে হায়বগী পুক্রিং অকি লৈতনা থাঙলেন নাকত্তা থাদ তিমেল খুৎতা শূদনা ফমফমলিঙেদা খুঙম সলামচা লাংলেন অপোইবা শনগুম্বনা, পামবা কৈথৌথিগা মচেং কাইরৈ য়েনগা থৌদু নূঙপাক থকতা ইনা শাননা পাউদোইনশে হায়না নমু মীয়াম খোমনা য়াহৌশিন্নরবগা, খুঙম সলামচানা শমু হকথেং ফংনা নল্লবগা পোইরৈ নমু মীয়াম চঙ য়াইবী হিংথৎননা তানথোং লমফাই চেনগুম্ববু নোংমনহনলে, খাম্বী লৈকাই লাকপা লোইয়ম নিংথৌজাম্বাসু পানম খোময়েখায়গুম্ববু লালনংহনলে হায়দবরা ।। অশাইঙেগী লাইরেল মৈদিংঙুনা পোইরৈ শান্তাকতনা লোননা থৌশীখিবা পান্না তপতাই লোয় লোইয়ম অমুব্রামচাবুসু কেকে চাউবা পূঙবু য়ৌহন্দনা, পোইরৈ লানমীশিংনা শমু তুংদা পারৈ লালগা শানা থৌখামলে হায়দবরা, পোইরৈ মথি নাই ব্রাংঙম মরাঙ হৌ থাঙলেন খেরাং থাং তিমেন মথৌ হেননা কেকে চাউবা পূঙদা হুএল লালতানলক্লে ।। পুরীক্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি নোংপোক লৈমায়াইদা নোংথোইরিবনিগীনা কেকে মরৈ বাকপু পামবা কৈশেন লোক্কুম খোইমা নাগা থেক্রদা নমু মীচঙনদনা শোংকিনববু, পামবা চাকথিখিরবগী কৈরেল মহুম তিংলবাগুম নমু মীয়াম চঙ পোইরৈ লানলাউ নোংদা কানা, কেকে কোনুং চঙ, নমু মীয়াম চাই কেকে লৈখোঙ কায়না মোইরাং লৈবাক তাকহনলে, কেকে হীচা খোম মোইরাং য়াইশা লৌরে, তমফা কেকে খুনলৈমনাচিংনা য়োইবু মঙাইরোই য়োইহৈ মহীশাং থংজীঙ য়ুমলেনবী পূম্নমাসু পানম লোইখৈ য়েনবু মচেং

পোন্দাই লাকপগুম পোইরৈ লানমী খুৎতা চনলে ।। তমফা কেকে খুনলৈমাসু য়োইহে লুমলাং অপানবী পূম্নমাসু সুমাই নোংলাংদা কংলৈ য়াথোক্তবনিগীনা অরাম য়াংবা চনু লমচংনা পোইরৈ লানমী মাঙদা থা য়োইবু তাঙজ লুখুমচাউ মালেম খোঙবী লৈবু য়েংনা কাওরেল শনগু হোইগুম খোমথরক্লে, মপারী ঙাংঙোই য়োইদবুং উরা খুন্দাবসু পোইরৈ লানমী খুৎতা চল নমু মীয়াম চঙনা মপাল থোংলেনখৈদা থব্রায় য়াইবী হিংথৎননা অব্রাং কোরৌ নোংগাহনলে হায়দবরা ।। তমফা ব্রাংঙমলোন্না মপারী লাংলেন ব্রাপীহনবু নোংমনলে হায়ববু নাতারবগী মালেম লৈদা ওননা মিকপখিএ, পারী পায়মা নুংজঙবা তিনলাং খোয়দাবা নঙবু নপল পনথৌ নিংথৌ কেকে লৈকোয় ফম্ববু নোংপোক লৈমায়াইদা নোংথোইরিবগী নপল চেংলৌ শকউদা পলেম নমা ঐবু পুনুং লেপখঙদনা পোইরৈ মখুবাক্তা করিগী লালনংবনো কনলকএ, পামেল শাবী মাঙলবগী তনলা শাগন লৈতবা পামেল উতোমপোক মালং মথোঙ খোনবা উগুম পোইরৈ মীয়াম মখুবাক্তা কোরৌ করম্না ঙমলোন্নখিবনো কনলকএ ।। ইদু লোইনাই শীংখোঙ য়াইমবা করি ব্রানো পারী লাংলেন ব্রাপীহনগা নবিঙঙাবু চরৈ য়াকু ফমজাউ থক্তা য়াতামিন্নবনে, সনা শেনপাক থক্তা তরা খুৎপুনমাবু পীমিন্না লাইজ চীনখুনমাবু য়ুংমিন্ননা পলেম পীবুক্লুং ইনুং শীয়োম লাদগী লমহৌমিন্নরকপগুম খোম্লাং চৈজেন মাগুম ঙাইরোইনরকপা নত্তবরা, লমলোয় লানখুম খঙদা ঙাইরী ব্রাথি লৈতনা করিগী লালনংহনবনো ।। লাইরেল নপা মৈদিংঙু ইদু নিংথৌ লীক্লাই কাইনৌ চীঙশোম্বদা পলেম ইমা ইনিংলোম চাখা মরিং লোইখোম্বী তমফা ঈব্রাংলোনবু নমান নিংথৌ শাবি কেকে পোংলেলহনবনা কাওজনরম্বদি, হয়েং নপারি শাৎলবদা মপুম কেকে চাউবা পূঙবু কেকে লৈখোঙ কায়না মোইরাং লৈবাক তাকহনগে হায়না কাওজনরমদে পোইরৈ ঙাইনুংশাংনে থৌজাল পূকমান্ননা কেকে ঙাইরী তৎনগনুশে হায়বগী কাওজনরম্না নৎতবরা ।। লাইরেল ইপা মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বগা ইদু পোইরৈ নিংথৌ হনবগা খোইয়ম লাইরৈবাক্তা

য়াইবী লীউিন্নবা কোরৌ নোংগাখিরে অৱাং নোংমদোন কোরৌ মথোঙজিন নূংনাং কাউখঙ কোন অৱাংবদা মিংয়েং করম্না শানখৈরিগবনো কনলকএ, পলেম নমা ঐদি ওইনু মরুপ্পী শঙদিং লোলনাউ তাবীবু থোংনাং লাংশূবা ময়াং লাংতন্নবা নাউৱা কোঙগোই লাংদা হৈরৌরবগী থোংনাং কংলে মশূমাং পোনচেং লাইচমনুংদা কোরৌ থোইনা য়েংনা নোংথোইবাদুগুম পোইরে শমু মখূবাক্তা লালনংলে ।। শাবী ঈৱাং পুরীল্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনবা নোংপোক লৈময়াইদা নোংথোইশিবাও নঙবু চেংলৌ শকউনদরে, পারী পায়মা নুংজঙবসু খাইনরে তমফা ইতোম্মদবু ইপল করম ওন্তেশিবনো ইদু ৱাংঙম করম্না হলৱাইখিশিবনো ।। ইয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ খুয়োল য়াংলৌ লৈবাক মাবা চীঙঙু য়াইবী পনলোই তানবা নঙবু কোরৌ পাউফা য়োন চীঙঙু লনশা তাল্লবগী কেকে ইপুঙ তাল্লববু লালনংলরে, ঙাংঙোই ইরৈবাক অসিবু করম খাইনরমশিবনো হায়না নুংশি মখৈ লৈতনা মিকপ্পমএ, য়োইবু মঙাইরোয় থংজীঙ য়ুম্লেন ঙানবী পূম্নমাসু পিরেল খকমাতা কোরৌ নোংলাউখোনগুম মিকপ্পরে হায়দবরা ।।

অশাইঙৈগী পোইরে লানমী পূম্নমানা কেকে চাউবা পৃঙবু মোইরাং লৈখোঙ কায়না পনথেংলবগী মালেম লৈফু নুংদগী খোইয়া মহুম চাইবগুম লালনংঙৈ পানবা অথৌবনা কাওরেল কোনজাইরবগী মানবী থকচেন্নখিবা তৃগুম্ববু থৱায় মিরেল পাই তাঙজ ঙাইখংননা হুএল লানচেনথোকখিবা ঙাংঙোই নাউৱা অখূবা কেকে পুরীল্লাইচা চারল য়োইরীল্লাই অতেংবগা মশানৌ ঙাংঙোই মৈরাবগা অনিমাদি পলেম মমা পী থাংশিন খোইমা নাউরোয়বিশিংগা শমু নমদা পো, চরৈ নাহোং শা পাইখু লেংহালননা হুএল লালচেনখিএ ।। ৱাইরং মদাইমা থৌবাল লম্মাহন্দা শানথূপচববু পোইরে লানমী পূম্নমানা তাঙজ খোঙগুল লীখিএ, পামেল উতোনথক্তা পোনবী মকাইফম্বু শৱা লুমচাইথোল্লবগী, চেক্লা মপারী শাগল তৃফাং লিংদনা লোক্লৌ কাইগুম হৈতরিববু পামেল উতোন থক্কি মালেম লৈদা তানা পাইথরকপবু,

তাইবত্ত নমু পোংওইবনা অচেন খোঙলে য়াঙ লোক্লৌ খুদোন ফুনা শমু খুংনা লাক্লা ফারুবা তুগুস্নবু পোইরে লানমী খুৎতা চলনা ফারুরে হায়দবরা ।। লাহন নোং ময়ু নিংথৌ মেনখোম্বা সনা হোঙবদা কেকে লৈখোঙ কায়রবগী, মবেন নোংবানলোন শমলা লংমাই নিংথৌ চনুগা, মহুইরোন থৌরে নোংচু অহোঙবা চনুগা কেকে পূম্নমাবু পোইরে মপূঙ য়াইবু তালনা খোমগংলকঙে, য়োইময়াই অঙানবনা থোঙলেন খম্নবগী লম্লেন হৈবোক শৌতিয়ালবু নাতৈননা শীংলেন কিয়ামলৈ পোকপিদা লানলোয় লমদনবা ফয়েং নোংফাইবদা, য়োইরুম্লোন থৌরে নোংচু অহোঙবা চনুগা মপারী থীক্লেন খোমহুক্লরিবা নাউব্রা চীঙথংতোন অতোনববু শারেল য়েংনা কোলনা য়াতখিবদা শমু হকচাং পুনা ইনুং শোইয়াইমদা নাউব্রা পূম্না মাঙখিরে হায়দবরা ।। কেকে পুরীক্লাইচা চরনবগা মশানৌ ঙাংঙোই মৈরাবগা অনিমাদি ময়ু নাউব্রা চীঙথংতোলনা খোইয়ম লাইওই ব্রাই শীংলেন কিয়ামলৈ পোকপিদা পোইরে লানমী পূম্না কোয়রবদা ঙাংঙোই মৈরাবা অতোনবনা থব্রায় মিরেল পাই চেংলৌ মমিৎ ঙাংনা ব্রাহোমজরকএ, ইয়ু পোইরে লানমী অথৌবাশিংও তিমেল নখূৎশূবু য়েংনা শোংকাঙএ, ইয়ু নখোয়গী নপারী চরৈ নাহোংতোলগুস্বনে, ননোংয়াই য়াব্রা লোনখঙদ্রিবা লৈরাং মশুং মানবা মশেলনে চেংলৌ ইবিংঙাগী ইশক য়েংনা নুংশিবীয়ো, পুনুং ইরেপ য়েংনা নুংওনবিয়ো ।। নুংঙাই মরাং কায়না অফ মথোই থোংগে হায়বা ব্রাশু খঙজদরি, পলেম ইমাশিংনা হৈরাঙ ইবুক পেন্দা তাউজিঙ ইনীং থুংদবগী পিরেল খকমা তানা ব্রাওইজরিবা মশেলনে হায়না ব্রাহোমজববু পাউয়াবিদ্রবগী, মশাবী কেকে পুরীক্লাইচা চরলবনা মশানৌ ঙাংঙোই মৈরাবগী ঙকথী লুমলাং কোলনা ব্রাহোম্লকএ, শানৌ লৈরাং অতোনবাও পিরেল খকমা তানা মিকপ্লগনুও, ইপল পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্ববুসু চেংলৌ শকউদরে পলেম পুনুং লেপখঙনদরে, চীঙভু নোংদমখোনবু লমজায়ফদবা নারিঙৈনে, হাওরে নোংচূপলা পাংনা কেকে ইপল লমদা শমু

ইবিংঙা মায়ওনশিনলশে, মালেম লৈস্রা অঙাংবা অসিবু চীনগোয় য়াদা হুকনা কেকে ইপল লমদা কোরৌ ঙমলোয়মিন্নখিরশে হায়না পাউমেলনববু, নাউব্রা নুংশি খঙদনা উনবি মহৌশাবু থব্রায় মীরৌ থৌদা পায়মা পুক্লিং পেলনবা, নমু মীতমথী লূব্রাংকোল কোনজেংবনা কেকে পুরীক্লাইচা নাউব্রা অনিমাবু তানথোং লমফাই চেনগুম য়াইবী হিংথৎননা কোরৌ নোংগাহনলে হায়দবরা ।। তমফা ব্রাংঙমলোনগা পলেম মমা অখুবিশিংগা লম্লেন ফুবাল লাইমকোলবু য়ৌরবদা পুরীক্লাই মপারী নাউব্রা অখূবা অনিমাবু য়াইবী হিংথৎননা পোইরৈ লানমী মখুবাক্তা নোংমনলে হায়ববু নাতারবগী মিকপ হনকৎ ঙমদনা ঈমু খাব্রাক্লবগুম মালেম লৈদা ওননা মিকপ্লরে, পারী নাউব্রা অখূবা নখোয়বু নপল চেংলৌ শকউদা পলেম নমা ঐখোয়বু পুনুং লেপখঙনদা হাওশি খুদোপ মনলাইবা হাওমন লাংনা কেমলাইবা তুগুম্ববু নাউব্রা নতীক নত্তনা করিগী লালনংলবনো কনলকএ, নশাবী পারী কোরৌ মথোঙজিনবু ইন্দানখিরবশিংনা নাউব্রা নখোয়বু খুজেং হংজি লাক্লা লমওকঙম্বরা পলেম নমা ঐখোয়বু পোইরৈ শমু মখূবাক্তা চনখিরে হায়না পাউদমলুরবরা হায়না মিকপ্লরে হায়দবরা ।।

তমফা ব্রাংঙল্লোনগা য়োইহে মঙাইরোয়শিংগা হেকঙাই নুংয়েং চেং, নুংগোই শিমা ওন, কেকে মরৈবাকপু পাম্মু শেৎনা ঙমদা নুংশি খাইনা ঙমদা পোইরৈ লানমী পূম্নমাগী শমু মাঙদা চৎনা মপল কংলৈ পুঙময়োনবু ইন্দানলক্লে ।। লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বদি পোইরৈ মপূঙয়াইদা ব্রাইথুংঙমলে, তুবি হৈরাং মউশা লাইরেল তাউজিঙ মহৈকোল পনথৌ মপাতোনশিংগা মদাইরেম পোইরৈ খুনফমথৌ তয়ম নাইফমথৌশিংগা ব্রাহোম্নরকএ, লাইরেল মৈদিংঙু লীকলাই নোংপাখং অতেংবাও, নমান তমফা ব্রাংঙল্লোন কেকে মোইরাং লৈমা অসিবু তুবি নঙগী য়োইকোলনুংদা ব্রাইথুংহনগনুশে হায়না ব্রাকৎখোনগী, লাইরেল মৈদিংঙুশু, পনথৌ মপাতোলশিংগা, পোইরৈ খুলনা শাউ তয়ম নাইশিংনা য়াদ্রবনিগীনা তুবি

মদোম ককনঙমদনা মমান কেকে লৈমাবীবু মপারী কেকে পূরিক্লইচা লাংচেং নেমনেম মকায়রকপাংগা, মল্লেন মদাইমা হাওরে লাইনা পাংবা লম, য়োইরুল্লোন কোয়ৌ খোংজোম্মুবী খোইনৌ মতা তরুকমানা অরাং কোয়ৌ নোংগা লম খোয়নৌ ইঙেল নূরাবী লৈমা য়াংদৌ অতাউবীনা মপারী হরি খোইতৈবা চীঙশাং লাংলেপপা কৌবা লৈখাম মানবা শাংনফম চীঙয়াই কোনথাচা নাউবা খোয়রীখুন তুনুং লংপাললোইদা নুংশি মখে লৈতনা, কোয়ৌ থোইনা য়েং রাংবল পাংনা য়েংনা কোয়ৌ মখল অমগুম নোংথোইহনলে হায়দবরা ।। তমফা রাংঙমল্লোনগা য়োইবু মঙাইরোয়গা কোয়ৌ নোংজারেলবু য়োইময়াইনা খেনগাবা অঙানবনা খেনজোংলকপা খুদিংদা, মমায় হাওরে নোংপোক লাইনা পাং, মশাবী কেকে পোংলেলহনবনা নোংপোক লৈময়াই নিংথৌ সনা নাক্তা ইন্দানখিববু তাঙজ মখোঙগুলবু য়েং কজেং থাঙখোক চৈশৌননা মিকপখিএ হায়দবরা ।।

অসাইঙৈগী কেকে পোংলেলহনবা নোংপোক লৈমায়াইদা নোংথোইরিববু য়েংনা, ঔরা তোঙদোই নিংথৌ রোদনাপুরো লৈকোয় ফম্বনা রাহোল্লকএ, ইমান কেকে মোইরাং নিংথৌ শিরি চাউওম্বাও, ঐদি খাগী মনিল নাইবা ডারুক তানদববু খোঙফেল লানশোক্লবগী খাগী নেং-চং য়াননা ডারুক লানয়াম ফারৌরে, ইমান নঙসু খামরল ইপুঙয়াই য়সিদা লোইদাম থাশীং য়াম্না নোংথোইরে, লাহন নিংথৌ ঐগী সনা নাক্তো থৌশীরকপা পূম্নমাবু ঙাইরোইনখিও, নিংথৌ মতীক্লববু সনা চোঙলেন পী মপল লাংগোই লৈরাম্বীচা পোইরৈ খুনেংশা লুরাংববু পীনা, ইমান নিংথৌ পায়মা লৌশিং থোইবা, য়াথং রাচুম শূবা পুক্লিং অরেপপাবু নিংথৌ ঐনা খঙলে, কেকে নপূঙ য়াইদা য়াঙনা হলরাইবিরো, হয়েং লাংহে কুমমা ওনলবদা সনা ইরৈবাক অসিদা অমরক হলরাইবিরকও, নমোম নাউরা তুংগবিত্র অহেনবীবু অচাউ লেপফারবগা নিংথৌ ঐঙোন্দা কাওজনবিয়ো হায়না পাউমেনজাখিএ ।। কেকে পোংলেলহনবা ঙাংঙোই নুঙনাং তেলহৈবনা মমোম

শমজমনিদা পাউমেনখিএ, ইমোম চীঙঙু নরাইবক নপল ব্রাংঙম নাক্নু ফিয়াল নুংদা চীঙঙু নোংদমলকপবু চেনফদবগী নোংপোক লৈমায়াইগী নিংথৌ সনা নাক্তা ব্রাইথুংলবনে, নপল ঐখোয়বু তাম্লে নদু ঙাংঙোই লাপলে, নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা উনবী পুক্লিং চেৎনা থৌগনলো, হায়না ব্রাহোম্নরবগা কেকে পুরীক্লাইচা ঙাংঙোই নৃঙনাং তেলহৈবদি খামরল মরৈবাক নোংপোক লৈমায়াইবু নমদা হুলনা মরাল ওস্তেরক্লে ।।

লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বনা মমান নিংথৌ ঙাংঙোই নৃঙনাং তেলহৈববু থিংলৌ নীংনা তেনা কেকে মপূঙ য়াইদা হলব্রাইরক্লে হায়ববু নাতারবগী, মদাইরেম লোইয়ম তানথোং অহোঙবচা ভোপানন্দ অয়েকপাবু পাউকৌখিএ, তয়ম নঙদি লাহন পোইরৈ লৈখোঙ কায়ভৈদা তুবি হৈনা ইতুং ইল লাইরেল সনা ইমৈ ব্রায়না কোরৌ নোংথোইভৈবু চীঙখোঙ পুয়োকএ, লাইরেল ঐবু খনলকপানে নুংশি লৈখৈ তাববু তামিন্না অব্রা পোৎলুম নংববু নংমিন্না, লাইরেল কোরৌ ননোংথৌ ঐগা মালং য়েৎতা লৈববু লৈমিন্না খমকোন ওইদা হুম্ববু হুমমিন্না অসাম মশাইকোন্দা শানখুপমিন্নরকপনে, নমু মীপুম তোংঙানবা কনাবু লাইরেল ঐনা থৌশীনিংদে, তয়ম মচেঙ হাকমা ওইবা নঙনা হাওশি ঙমগা চিংনা ইমান কেকে মোইরাং নিংথৌবু লমওক্লুও ।। কেকে পুরীক্লাই ইমান নৃঙনাং তেলহৈবা অদুবু ইপল মৈতৈ লৈমা তমফা ঈব্রাংলোনগা নাউব্রা খোয়খাউমা ইনুং শীয়োমমাগী লমহৌ মিন্নরকপনে, লাইরেল ইপা মৈদিংঙু লোইবী লোক্লোপাই লানথবা পনথৌ মহকশাংগুম্ব্রা মহাক্লে ।। ইমান নিংথৌবু শায়বা ফিয়ানফরোই খোইবু তৃগুম্ববু তুমচঙফরোই চোয়নৌ সনা দোলাই থক্তা পুনা চেৎনা লাংগোনলকও লাইরেল ইপা মৈদিংঙু পোইরৈ নিংথৌহনববু চেংলৌ শকউনবগুম কোরৌ ননোংথৌ ঐবু চেংলৌ শকউনহনলো হায়না লাইরেল সনা কাগোক মখুম হাং পান্না তপতাইমা কা শুংদাইমাবু তুবি শমু খুৎতা থুম পান্না খুৎশিন্ননা য়োইচালনখিএ, কাওরেল থীক্লেন নুংগী শনখোম

লাইজ ঈঙৌ থুমথোইবা চোয়নৌ সনা তেংকোৎ থনবা লাইরেল সনা মহাকখাক কোঙগাইবু তুবি শমু খুৎনা পীনা ব্রারেপ্লখিএ হায়দবরা ।। মদাইরেম ইরেম তোইবী মসু লোইয়ম তানথোং অহোঙবচা ভোপানন্দ অয়েকপনা শমু চাংজৌ চেপ্লা লোলনা ব্রাকৎচখিএ, তুবি লীক্লাই নপাউমেল লাইরেল সনা নয়াথং নমাল চেংলৌ শকউনববু নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌনচিংনা য়োনদনা লনকুবিশনো, নমান নিংথৌ কেকে লৈমাববু নদাইরেম ঐ চীঙখোঙ পুয়োক্লুগে ঙাংঙোই পুখনলুগে হায়না পুরুপ্লমলবগা লোইয়ম তানথোং অহোঙবচাদি পোইরৈ লালবু মরুপমাগী হাওশি ঙমগা চিংনা শমু খোঙশানখিরে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙুগী তুবি হৈরাং মউশা পনথৌ মপাতোলশিংগা পোইরৈ পূম্না তিলনা ব্রাতানরে, কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা অদুবু নমু মীচম অরায়বা নত্তেএ চীঙঙু ললকু লৈনা নাউনৌরকপা খোইয়ম মশালওনগুম্বা মহাক্লে, পায়মা লৌশিং থোই য়েনলাং থৌরাঙ চাউএ শংলৌ ঙমদম শোয়দে পায়মা মাগী পুক্লিং থুংগে হায়না নীংলবদা তম্বা মমাঙ খাঙফদে নমু পোংওইবা করম্বনা শমু মমাঙদা লেপঙমদে ।। কেকে মরৈবাকপুসু পোইরৈ ঐখোয়না মোইরাং লৈবাক তাকহনলে, মপারী পায়মা নুংজংবশিংসু নোংমনহনলে, হয়েং পোইরৈ ইবু চেপ্লা হৈ, ব্রাংঙম পূম্না লোইরঙেনে তুবি সনা মখোঙ খাবু য়ৌহনগনুশে হায়না ব্রাতানরবগী, পোইরৈ নমু মীতিন্দবা কাওরেল লীতৎ শলগুম্বা খূঙম সলামচাগা লূব্রাং কেনজেংবগা অনিমাবু পাউকৌখিএ, লাইরেল সনা ময়াথংনে ইমান কেকে মোইরাং নিংথৌবু পোইরৈ ইপুঙয়াই অসিদা য়ৌফরোইএ, ব্রাইরং লমখাঙমদা মাঙহনলো, লাইরেল সনা ময়াথং কোরৌ চীঙহৈ কাবগুম হনফদবা মহাক্লে হায়না ভোপানন্দ অয়েকপদা থৌশীখি হায়দবরা ।। লোইয়ম তানথোং অহোঙবাচাগু ব্রাইরং মদাইমা তুমু মপূঙয়াইদা ফয়েং নোংফাইরিঙৈদা তানফংলরে, খূঙম সলামচানা পনথৌ মপাতোলশিংগী কোলোয় মতিলমেন লাইরেল সনা ময়াথংনে হায়বা ব্রাবু খাক্তনা পাউদম্লবদা,

লোইয়ম তানথোং অহোঙবা চাসু লাইরেল সনা ময়াথংবু খাজিক্লে হায়দবরা, পোইরৈ লানমী মথি নাই ৱাংঙম মরাঙ হৌনা হুএল লানজঙলক্লে ।। কেকে পুরীল্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবসু চকপা অংগো ঈবু লাইজ ৱাংমা লান অংগো চীঙশাং শম্না, চীঙখোঙ পোইরৈতোন মমা লৈনু পিয়াইনুচা তেকপি ওকথক থোংনা লাংওন লম ওকতোং লম্মাহন্দা পোইরৈ লানমী পূম্নমাগা খোইম্না মায়ওক্লরে হায়দবরা ।। নমু পোং নিংথৌবু ওইনা পোক্লবশিংদি চীঙঙু মশালওন্না পোক্লকপা মহাক্লে মিৎয়েং খানা য়েংহৈদে চেংলৌ মিৎথুম্বনে, শমু খূৎনা থিনলবসু খুৎ লোম্বনে, নিংথৌ শমু মহাকচাংদা তিমেল তারৈ চঙহৈদে লাইসনা কাকফে ঈবু নিংথৌ শমু মহকচাংদগী ঈঙাং মালেম লৈদা তারবদি থাঙয়ি চাহি কৌএ, লোইমোম চাথং লোমএ মালেম লৈবাক তাকএ হায়ববু খমলাং মপা অমনবা পুরেল মমায় ওনখিরবশিংনা ৱারীরম্ববু খঙলৌদবা, ইরেং মপু অকেম্বা লাংলেন মকা চাউনরবশিংনা ৱাহোমলম্ববু নাতা লৌদবা খূরাই অতাকপা কাও লাংলেন অপোইবা শনগুম্বা য়াইথোঙ লাক্ল থৌবু খম্নুং ৱারক কিদবা খুঙম সলামচাগা লূৱাং কোনজেংবগা অনিনা কেকে পুরীল্লাই নিংথৌ সনা মহকচাং পুনুং লায়োনখোক কুম্ববু চোয়নৌ সনা দোলাই থক্কি তানথোং লমফাই চেনগুম্ববু মালং য়াইবী হিংথৎননা কোরৌ নোংগাহলে হায়দবরা ।। লোইয়ম তানথোং অহোঙবচাগা পোইরৈ লানমী পূম্নমাদি থিংলৌ নীংনা তেনা ৱাইরং লমশাং ইলনা মরান ওস্তেরক্লে, পুরীল্লাই দোলাই মখুনেৎ অতিংবগা নিংথৌ পোৎলোই পূম্নমাবু লাইরেল সনা মখোঙ খাদা কৎনা ৱাইথুংলরবদা, লীল্লাই ৱাংঙম লৈমাবা লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বনা মমান কেকে পুরীল্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনবগী দোলাই মখুনেৎ অতিংবগা নিংথৌ পোৎলোই পূম্নমাবু উনা নুংশি মখৈ লৈতরবগী লাইরেল য়াইবী কলহৌ নীক, থাঙলেন খুৎতা শূ তুবি হেনশোল নীক্লা ৱাতাথিরকএ ।। তয়ম ভোপানন্দা নংঙোন্দা ইমান নিংথৌবু ৱাইরং লমখাঙমাদা মাঙহনলোই হায়না লাইরেল সনা ইয়াথংবু

ব্রাহোমখিবা ব্রাবু লৈবগী ইমান চেংলৌ শকউনহন্দবরা কোলোয় কনাগী য়াথং তনা ইমানবু কোরৌ ঙমলোইনহনখিবনো, পলেম মমাগা নাউনৌমিন্নবা মকু থব্রায় মাঙহনলবগা পোইরৈ খুননিংথৌবু ওইএ হায়বদি লাইরেল কোলোয় ইমিং থীএ, ব্রাংঙম লৈবাক ঙাক্লা পোইরৈ খুননিংথৌবু ওইঙন্নরোইএ, তুবি ইপাচা কনাগুম্ববু পোইরৈ লৈবাক ঙাক্লববু নীংখননৌও হায়না লাইরেল য়াইবী কলহৌ নীক্ল ব্রাত থীরে হায়দবরা, মদাইরেম লোইয়ম তানথোং অহোঙবচানচিংনা হুএল লানচিংবা পূম্নমাসু নিংথৌ ব্রারক মতীক্ল ববু ব্রারক্লরে হায়দবরা ।। তুবি হৈরাং মউশা পনথৌ মপাতোলশিংনা লাইরেল সনা মখোঙ খাদা মানবী খূৎতপ্পা মূকমু লৈতোল কোলনা ব্রাকৎচরকএ, লাইরেল মৈদিংঙু লীক্লাই ব্রাংঙম লৈমাবও, নমান নিংথৌ ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বা অদুবু শংলৌ খৌরাঙ চাউএ নমু পোংওইবা করম্বনা ঙমফদে, হয়েং নপোইরৈ চেপ্লা হৈ, ন-ব্রাংঙম পূম্না লোইরগনি হায়বগী লাইরেল সনা য়াথং ইন্দনা লঙজরে হায়না ব্রাকৎচরবগী লাইরেল মৈদিংঙুসু তুবি মপাচাশিংগী শংলৌ মথৌরাঙবু ওইঙন্নবগী উনবী পুক্লিং তেনা লাইরেল য়াইবী কলহৌ নীকপবু চৈরৎলে হায়দবরা ।। লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌরা চীঙথংখোম্বনা ব্রাহোন্নকএ, ইমান শীংখোঙ য়াইমবা মপারী শ্যামচান্দ নঙবু লাউও, কেকে পুরীক্লাই নপাচা ঙাংঙোই নয়েনলূশিংবু ঙাইরোইননা নপল পনথৌ নিংথৌ ইমান কেকে লৈমাবা ব্রাইরং লমখাঙমাদা অব্রাং কোরৌ নোংগাখিবা নিংথৌ শমু মহকচাংবু চাকমোম খাম্বী মৈদা ইক্লা অমন পিখোম্লুও হায়না ব্রাহোম্নবগী, কেকে পুরীক্লাইচা শ্যামচান্দ লাংচেং মথোক্লকপগা পুরীক্লাই মপাচা ঙাংঙোই ময়েনলূশিংগা ঙাইরোইননা হাওরৈ নোংপোকলা পাংবা লম ব্রাইরং কোনগা লম্বু ইলনা ওকতোং মপূঙ য়াইবু নাতৈননা কোরৌ নোংগাফম ব্রাইরং লমখাঙ মাদা ব্রাইথুংলুরে ।। থাঙলেল নাপল হাই কজেং য়োৎহক চল নিংথৌ মালেম শেম শীঙবী ঙামজাউ পৈরবগা পুরীক্লাই শমু মহকচাং মালেম লৈরোলনুংদা, তীনগোং লাইশ্রাবীচাগুম য়াহীপনা লৈনুং সনারেম্বী য়াতানরম্ববু লৈমু মথোঙ হাংনা

শানফোঙলে, নিংথৌ শমু মহকচাংবু লাইজ শানতেং থোই অমন নোংগা ফি চরে ফিডৌ অডৌববু চরে ফিথোনলবগা শীঙবী ঙামজাউ থক্তা হাপ্লা মপারী শ্যামচান্দ অহনবনা চাকমোম খাম্বী মৈগা কোয়না অমন পিখোম্লবদা, নিংথৌ তাঙজ লুরেলতোনগী, লাইবক খেলাইথোং শাব্রা লুমথাঙথৌ অপানববু, নোংলৈমা মখূৎশা চরে পাশোৎ অডৌবনা য়োম্না কেকে পুরীক্লাইচা শ্যামচান্দ অহেনবগী শমু ঙকতা কিনা পোইরে ওস্তেরক্লে লাইরেল সনা মখোঙ খাদা ব্রাইথুংলরে ।। লাইরেল মৈদিংঙুনা ব্রাহোম্লকএ, ইমান নিংথৌ কেকে লৈমাবগী শাব্রা লুমথাঙথৌ অপানবা অসিবু ইমান কেকে মোইরাং লৈমদা থিনলমলুও হায়না থৌতিকখোনগী কেকে পুরীক্লাইচা শ্যামচান্দ অহনবনা হাওরে লাইনা পাংবা লম চীঙয়াই কোনথাচা নাউব্রা খোয়রীখূন তমফা সনা মখোঙ খাদা ব্রাইথুংলুরে ।। তমফা ব্রাংঙল্লোন্না মশাবি ঙাংঙোই লৈকোয় ফম্বগী লাইবক খেলাইথোং শাব্রা লুমথাংথৌ অপানববু থীক্লেন থাদা কোন মালেম লৈদা ওননা মিকপখিএ, শাবি ঈব্রাং পুরীক্লাই তমফা কোরৌ ইনোংথৌ নঙদি নোংপোক লৈমায়াইদা নোংথোইরুববু থিংলৌ নীংনা তেনা তমফা নশানৌ ঐবু ইন্দানলকপদি, নদাইরেম কেকে চীঙখোঙ পুয়োকলোয় ঙাংঙোই পুখনলোয়শিংবু ঙাইরোইনদনা ওকতোং মপূঙ য়াইদা কৈদৌরম্বনো ।। নিংথৌ অব্রা হুইরাং শোলনা নোংপোক মৈনা থেংলবগী শেনবি লাইবু লাইকারম্বরা, শেনবি কবো লাই চকপা অঙাং কিশি লাই য়াওসু খুনদোল লাইবু লাইকারবগী পলেম নমা খায়োইরোল ইমান লোইয়ম্বা চনুবু পলেম কোলোয় মিংলেন ফাননা হয়ু পিশোনলম্বগীবু শেনবি মপূঙ য়াই ওকতোং মশাইগোন্দবু নোংথোইরম্বরা ।। কেকে নরৈবাক ঙাংঙোই নকাইফমদা ব্রাইথুংলুবগী খুয়োল য়াংবা নরৈনেৎ অদুবু কেকে লৈখোঙ কায় মোইরাং লৈবাক তাক্লা, মালেম লৈরুকোকঙম্লবগী তমফা নশানৌ ঐবু তাঙজ খোঙগুল লীরকপরা, তমফা নশানৌ ঐদি য়োইবু ইঙাইরোয়শিংগা মালেম খোঙবী লৈখৈ য়েং, অব্রাং কোরৌ মখলমাগুম নুংশি মখৈ লৈতনা নোংথোইঙম্বীনে ।। তমফা কোরৌ ইনোংথৌ কেকে লৈকোয় ফম্বা নঙগী

লাইবক খেলাই খোং শাব্রা লুমথাংথৌ লৈরাং অতিংঙানিগুম লাহন নাউব্রা নখুঙৈদা পলেম নমা ইমান খায়োইরোল লোইফম্ব্রা চনুনা ফৈরা তান্দা থোংনা তোইনবা তুগুম্ববু, শাবি শাব্রা লুমথাংথৌ লৈরাং অতিংঙনিগুম্ববু চেংলৌ মিংকুপ মরমদং তোইনখিগে হায়না মিকপখিএ ।। লমলেন মদাইমা অসিসু য়োইরুম্লোন কোরৌ খোংজোমনুবী তরুকমানা হাওকু মমান মচাশিংবু ঙাইখমলবগা, হাওকু লোইনাই শাফাবা তরুকমাবু ঙাইরোইননা অব্রাং কোরৌ নোংগাফমনে ।। তমফা নশানৌ ঐসু য়োইরুম্লোন কোরৌ খোংজোমনুবী লৈরাং মশুং মানগুম শাবি নোংপোক লৈময়াইদা নোংথোইরিবা নঙবু ঙাইখমজঙমএ, নিংথৌ লাইবক খেলাইথোং শাব্রা লুমথাংথৌ লৈরাং অতিংঙানিগুম তমফা ফৈরা ইতমপাক্তা ব্রাইথুংলরে, য়োইবু থীক্লেন থাদা কোলনা কোরৌ মথোঙজিনবু ইন্দানমিন্নখিরশে হায়না তমফা মনীংখমবু লৈতানা মিকপখিএ ।। পারী পায়মা নুংজঙবশিংনা কোরৌ নোংমদোলদবু শাবি নঙবু লমওকঙম্লবরা, কোনলোই করিগুম্বাবু পাউমেল ঙম্বনো হায়না মিকপখিএ য়োইবু মঙাইরোয় থংজীঙ য়ুমলেন ঙানবিশিংসু শমলাং ফাদনা মালেম লৈদা ওন মিকপ হনকৎঙমদনা নুংশি খোয়খৈ নীক্রা নুংওন্নখিরে হায়দবরা ।। তমফা ব্রাংঙম্লোন কেকে মোইরাং লৈমগা য়োইহৈ লেংনা তিনবি পূম্নমগা পুরীক্লাই নিংথৌ মশাবিগীদমকপু খম্নুং ফুনুব্রাল নিংথিনা অমন শংলৌ লূতিন থৌবু খোইজি নুংচানলে, নিংথৌ পুরিৎ মনাওয়োকনা, নিংথৌ পোৎলোই অচৌবা শোরাৎ শোন য়ূমশেং থৌবু খাকতনা থৌরম মতোল লোম্নে হায়দবরা ।।

লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীঙথং খোম্বনা ব্রাহোমলকএ, পনথৌ ইপাতোল থোংলেন খূরায় লাকপা লোইবী লৈরিখোম্বা নঙবু লাউও, ইমান কেকে মোইরাং লৈমা তমফা ব্রাংঙমলোনবু ইরোই ঐগী লোইবিরেল তুনুং লংপান লোই নাউব্রা খোয়রী খুনদা নোংথোইফরোই, লাইরেল ঐগী কংলৈ পূঙময়োনদা পাউকৌখৎলুও হায়না থৌশীখিএ, মৈদিংঙুচা থোংলেন খূরায় লাকপনা হাওরৈ লাইনা পাংবা লম খোয়রী খুন্দবু ইন্দানলক্লে ।।

তমফা কেকে মোইরাং লৈমনা হালনা ব্রাহোমঙমএ, ইদু নিংথৌ লোইবি লৈরিখোম্বা থোংলেন খুরায় লাকপা নঙনা তমফা ঐবু ইন্দানলকপদি, নপারী ইদু লোইনাই শীংখোঙ য়াইমবা লোইনাই কৌবা চীঙথংখোম্বনা তমফা ঐবু কোরৌ নোংদা কাহনলো চীঙঙু পন্দলহনলো হায়বগী নমোম ঐবু ইন্দানলকপরা, কোরৌ নোংগা ফরোই চীঙঙু পন্দলফরোই হায়বগী তুনুং লংপান লোইবু লৈরাং খলওনগে হায়বরা, অমফা ঐদি ইপল কংলৈ পূঙময়োন মোংবা থাঙঙা নিংঙোন কাগী লমহৌরকপী কেকে খুনলৈমানিগিনা তরেঙ হুংশোন লৈ মোংবা তানশিল হালনা অরাই পায়মা নিংশা লৈবু তুনুং লংনাই হৈতরি হায়না মিকপঙমএ ।। মদু নিংথৌ থোংলেন খূরায় লাকপা লোইবি লৈরি খোম্বনা নুংগোই শিমা ওন্না ব্রাহোমলকএ, ইমোম তমফা ব্রাংঙল্লোনও নদু লোইনাই লীক্লাই ব্রাংঙম লৈমাবনা নপল কংলৈ পূঙময়োন লাইরেল সনা মখোঙ খাবু ইন্দানলকও হায়রকএ হায়না পাউমেনববু, তমফা ব্রাংঙল্লোননা ইদু নিংথৌ থোংলেন খূরায় লাকপও লাইরেল নপারী লীক্লাই শীংখোঙ য়াইমবনা নমোম ঐবু পাউকৌরবদি মমান শাবি পুরীক্লাই তমফা কোরৌ ইনোংথৌগা পারী পায়মা নুংজঙবশিংগা য়াইথোঙ শিরমলেনগীবু হলব্রাইরকপবু ইপল কংলৈ পুঙময়োন্দা ব্রাইথুংলবগী অমফা ঐবু পাউকৌরবরা শাবি কোরৌ ইনোংথৌবু লৈতরবদি ইপল কংলৈ পূঙময়োন্দা কৈদৌরশিবনো হায়না মিকপখিএ ।। থোংলেন খূরায় লাকপা লোইবি লৈরিখোম্বনা, ইমোম তমফা ব্রাংঙল্লোনও নশাবি পাইরৌরেম কেকে লৈমাবা অদুবু নদু নিংথৌ ঐখোয়বু নাউব্রা ইখুঙৈগী হৌনা পুরীক্লাই মপারীগুম থৌজাল মায়ওক্লনা য়োইচানবিরকপনে, পাইরৌরেম তমফা কোরৌ ননোংথৌ অদুবু কোরৌ মথোঙজিন্দগী হলব্রাইফররোইএ, লাইরেল সনা মখোঙ খাবু ইন্দানলশে হায়না ব্রাহোমলকএ ।। তমফা কেকে মোইরাং লৈমাগা য়োইহে মঙাইরোয় পূন্নমাসু দোলাই লেংদম তেংনা মপল কংলৈ পূঙময়োনবু ইন্দানলক্লে, লাইরেল সনা মখোঙ খাদা ব্রাইথুংলরবগা তমফা ব্রাংঙল্লোন্না হেকঙাই নুংয়েং চেংনা ব্রাহোম্লকএ, ইদু লোইনাই লাইরেল শীংখোঙ য়াইমবাও, লাইরেল নপা

মৈদিংঙু ইদু পোইরে নিংথৌহনবগা শাবি পুরীক্লাই কেকে লৈমাবগা নাউৱা মখূঙেগী হৌনা পনথৌ পোকমাবগুম ঙাইরোইনরকপা নত্তবরা ।। ইদুরোয় নখোয়গা য়াথং পাউথী থোক কোনলোই চম্না থানা ৱাওইনবা ৱা করম্বৱু লৈবগী নমান কেকে পুরীক্লাইবু লালনংহনবনো হায়না পিরেল খকমা তানা ৱাহোম্লবগী, লাইরেল মৈদিংঙুনা, ইমান কেকে লৈমাবী তমফা ৱাংঙম্লোনও নশাবি ইমান কেকে পোংলেলহনববু কোরৌ ঙম্লোন্নহনলো হায়বা ৱাদি, লাইরেল সনা ইয়াথং তুবি লীক্লাই ইপাউমেনবু পূম্না লৈতে, নদু নিংথৌ পনথৌ অখূবশিংগী শংলৌ মথৌরাঙ য়েনলাং মঙমদম্বু লাইরেল ঐনা খঙহৌদরে হায়না পাউমেলনরে ।। লাইরেল মৈদিংঙুনা মমান তমফা ৱাংঙম্লোনগীদমকপু য়াংলৌ মদাইমা পোইরে মৈতে থিংবা পুনেম শাফাবা নোংমনৱাই মদু তোনদি তুহাউতোলনা কোইবা লম, শায়ান পনমৈ খা ৱাংথোইবী শাকৎলম্বু নাতৈননা লাংগোই শাগোলবন্দবু লৈকাই ইনলুম্না মাংগোল শাইনোলননা কোনলোই তৈনা শেম শঙলেন মখন তৈনা তাউখঙলবগা মমান কেকে মোইরাং লৈমবু, পুরীক্লাই মপারী নাউৱা অখুবশিংগা, মনোং য়াই য়াৱা লোনখঙদ্রিবাশিংসু য়োইবু মঙাইরোয় পূম্নমাগা য়াংগোইহনলে হায়দবরা, লাইরেল মৈদিংঙুনা তয়ম মরেন থি, চংবী কৈরেল খায়না য়োইচানখিএ ।। লাংহে কুমমা ওনলবগা মমান কেকে লৈমাবগী মোইরাং নোংগা থৌবু মমান কেকে মোইরাং লৈমগা শংলৌ থৌরাঙ চাউ ৱামহোন পূম্না তিল পোইরে মনিল নাই নমু মীয়াম তিলনা নুংঙাই মখে লৈতনা কোরৌ নোংগা শক্লে হায়দবরা ।।

লাইরেল মৈদিংঙুসু পোইরে মরাঙ হৌ ৱাংঙম মনিল নাইনা পানলবদা খাগী মনিল নাইবনা হুএল লালহৌরক্লবগী, খামরল লৈকোয় ফম্না মদাইরেম অথৌ লীচা হেপপা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা খামরল লানমী পূম্না হৌনা, খাগী মনিল নাই দারুক তানদববু হুএল লালশোক্রম্লবগা হাওরে নোংচূপলা পাংবা লম পোইরে মৈতে তালনা হুএল লান্দারক্লে ।। খামরল মনিল নাইবনা হুএল লানশোক খমথেংনরবগী পোইরে মনিল নাইবদি লানশোক মায়ওক

য়াঙমদনা ৱাংঙম লৈখোঙ কায়রে ।। নমু মীয়াম খোল্লবদা খামরল লানমী পূম্নমাগী হাওশি ঙমগা চিংনা হুত্রল লানজিংবা রোদনাপুরো সনা লৈকোয় পূঙদা খামরল লৈবাক কোয়বনা ৱাহোল্লকলে, কেকে মোইরাং লৈমাও পুরীল্লাই পারীশিংবু অচাউ লেপফাদরি শাংশু লমঙমদরিএ কেকে নরৈবাকপু মোইরাং লৈবাক ঙাকঙমদ্রগনি নিংথৌ সনা মখোঙ খাদুম ইন্দাল্লশি হায়না ৱাহোমলকএ ।। তমফা ৱাংঙল্লোন্না পাউমেনলকএ, কেকে ইপাচা ঙাংঙোই ইয়েনলূশিংও, পুরীল্লাই ইপারী নাউৱা অখূবশিংবু অচাউ লেপফদরি, ইনোংয়াই শাংশু লমঙমদরি, কেকে ইপূঙয়াইবু মোইরাং লৈখোঙ কায়রে, ঙাংঙোই ইপূঙ লেপ্তরে নোংপোক লৈময়াইবু ইন্দাল্লশি হায়না য়াহৌখিএ ।। তমফা কেকে মোইরাং লৈমনা, ইমোম ঈৱাংলোন নাউৱা তুংগবিদ্যা অহেনবি ...বু নোংপোক লৈমাঙলদা ৱাঙনবা ঔৱা তোঙদোই নিংথৌনা ইমোম কোনলোয় নমিং থা নদু নিংথৌ সেনাপটি অদোন মশেম্বদা ইমোম নঙবু পীয়ু হায়না নিংথৌ সনা ময়াথংনা হায়না নউ কল পামেল উরাই হক্কবা ৱাশু লৈত্র ।। নপল পনথৌ নিংথৌ শাবি কেকে লৈমাবদসু নোংপোক লৈমাবা সনা য়াথং থোক্লা খামরল ইঙাইরেল তাবু ওইরে নমোম ঈৱাংলোন তুংগবিদ্যা অহেনবী অদুবু কোনলোয় মিংনা হেনলে, হয়েং অচাউ লেপফারা শাংশু লমঙল্লকলবদা নিংথৌ ঐঙোন্দা য়োন্দনা পীয়ো হায়না ৱাহোল্লকপা ৱাবু তমফা ঐনা নাতাহৌএ ।। ইমোম চীঙঙু নরাইবকনাউৱা খোয়খাউমা ইনুং শীয়োম্লুংগী খোইয়ম কোরৌ ৱায়েনবা নিংথৌ সনা নাক্তা ইন্দাল্লশে হায়না ৱাহোল্লবদা, মমোম ঈৱাংলোনগীদমকপু পোৎলোই মশীংশু পোৎয়াও মতোন লোম অওং অউন তম্লা নোংদল্লবগা নোংপোক লৈময়াইদা ৱাইথুংখিএ ।। কেকে পুরীল্লাই ঙাংঙোই নূঙনাং তেলহৈবদি থৱায় ইংনা থৌবু উনবি পারৈদবগী নমু মীকলৱা থৱায় মীয়োক থৌগী অৱাং কোরৌ নোংগাফবদি চোয়নৌ সনা মিংহুলগীবু চূনবনে, কেকে ফম্লল বাদা চহী ২৪ পানলমএ ।। ☐

